[illegible]

# পরিষদকী

# খঙংলবা কলচরগী রারেং

সম্পাদক

অরিবম চিত্রেশ্বর শর্মা

ডা. খুদোংবম গোকুলচন্দ্র সিংহ





মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল

সম্পাদক

অরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মা

ডা. খুন্দোংবম গোকুলচন্দ্র সিংহ




মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ

ইম্ফাল

**Parishadki Khangatlaba Culturegee Wareng**
***(A collection of cultural essays)***



Published by :
**General Secretary, Manipuri Sahitya Parishad, Imphal**


First Edition : 22nd November, 2010

**পরিষদকী খঙ্গৎলবা কলচরগী ৱারেং**

ফোংবা ঃ জেনরেল সেক্রেটরি,
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল

মমল ঃ লুপা ১৫০/-


অহানবা খুৎনম ঃ নবেম্বর ২২, ২০১০ ইং ।

নম্ফম ঃ টাইপ সেটিং (পুথিবা প্রেস কম্প্যুটরাইজ),
*খুরাই লমলোং কৈথেল ।*
ওফসেট প্রিন্টিং (সুচেতা প্রেস),
*পাউনা বাজার ।*

# জেনরেল সেক্রেটরীগী ৱারোল

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা অৱা-নুংঙাই, অকা-অকুমগী পুন্সি অমা হিংলকপা চহি ৭৫ মপুঙ ফারে । খৃ: ২০১০ অসি পরিষদকী প্লাটিনম জুব্লিগী থৌরমশিং পাঙথোক্কদৌরি । শাংলবা চহি ৭৫ অসিদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা মসিবু লিংখৎপিরম্বা লাইওইশ্নবা অহল-লমনশিং অদুনা পামজবম্বা পরিষদকী পান্দম অদু কাযদনা পাঙথোক্নবা হোৎনদুনা লাকখি, পাঙথোক্লি । মণিপুরী সাহিত্য, কলা অমসুং সংস্কৃতিগী লমদা চাওখৎনবা হায়দুনা লম অসিদা মপুন্সি কত্থোক্না থোইদোক হেন্দোক্না চংশিল্লিবা মীওই কয়াদা মনা-মথুম, উপাধিনচিংবা পীদুনা লাক্লি । মনা কয়া, উপাধি কয়া পীবদা নত্তনা মতম মতমগী ওইনা সেমিনার, সিম্পোজিযম, মেমোরিয়েল লেকচরনচিংবসু লেপ্তনা পাঙথোক্লি । মসিগা লোয়ননা পরিষদনা সাহিত্য অমসুং অতৈ হীরম কযাদা ইবা লাইরিক কযাসু পুথোকখ্রে অমসুং মসিগী চেফোং 'সাহিত্য' সু লেপ্পা লৈতনা পুথোক্লি । মবক অসিদা কলচরগী মরমদা, মপুঙ ওইনা, মণিপুরী কলচরগী শকলোন কযাগী মরমদা ফোংবা লাইরিক্কি ইরাৎ ৱাৎপগুম পরিষদনা ফাওজবদগী মণিপুরী কলচরগী ইতিহাস অমা শেমগৎনবা মতম কুইনদগী খন্নদুনা লাকখি । য়াম্না চাউবা থবক অমা ওইগদবা থৌবাং অসিগী শৈহৌ ওইনা হন্দক পাঙথোক্কদৌরিবা প্লাটিনম জুব্লিগী থৌরম অসিগসু চান্ননা কলচরগী লাইরিক অমা পুথোকসি হাযবা পরিষদকী ৱারেপকী মতুংইন্না লাইরিক অসি পুথোকপনি । লাইরিক অসিনা মণিপুরী কলচরগী ইতিহাস অমা পুথোক্নবা হোৎনবগী অহানবা খুৎথানি, মসিগী মখা তাবা কলচরগী লাইরিক পুথোক্নবগী খন্নবা লৈরজরি । অহানবগী ওইনা পুথোক্লিবা লাইরিক অসিদা যাওরিবা ৱাবেং অয়াম্বা পরিষদকী 'সাহিত্য' চেফোং অমসুং অতৈ নীংশিং চেফোংনচিংব হান্না লৈজরবা ৱাবেংশিংদগী লৌখৎচরনি ।

লাইরিক অসি পুথোক্নবা শ্রীঅরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মা অমসুং ডা. খুন্দোংবম গোকুলচন্দ্র সিংহ অনিদা সম্পাদন তৌনবা শিন্নবদা হরাও হবাও যাবিবদা নত্তনা খুদক্কী ওইবা অকন্বা ভাব পুন্না পুবিখি । মসিগীদমক শ্রীচিত্রেশ্বর শর্ম্মা অমসুং ডা. গোকুলচন্দ্র সিংহ অনিগী মফমদা পরিষদনা লমন তোনশিল্লবনি অমসুং থাগৎপা ফোংদোক্লি ।

লাইরিক অসিনা লমদম অসিগী কলচরগী মশক খজিক্ত ওইববসু উহনবা ঙমগনি থাজে ।

**বী.এম. মাইস্নাম্বা**
জেনেরেল সেক্রেটরী

# রাহৌদোক

কলচর-সংস্কৃতি হায়বসি সমাজ অমগী হৌন লোনচৎ. চৎনবী কয়ানা অমগা অমগা মরি লৈনহল্লিবা অকক্লবা মতম অমদা লৈবন্ধা হৌনলোনচৎ, হৈনবী, চাবা-থকবা, ফিজেৎ-চাকশেং, থবক শুবগী মওং, লৈবাক ঙাক্লোনগী অপূনবা মচৎনি । মদুবু সমাজ অদুদা লৈরিবা মীওইশিংনা পথাং পুথাং নাইনা লেপ্তুনা খুদুং ইনবনি । কবিগুম্বদা মতিক-মগুনদা থোইদোক হেন্দোকপা কনাগুম্বনা সমাজ অমগী হৌন লোনচৎ - কলচর অদুবু হোংদোকতনবা অমদি অনৌবা চৎনবী কয়া শেমগৎপসু থেংনৈ । অদুবু অসিগুম্বা থৌদোক অসিদি তাঙনা থোকপা থৌদোকনি । কবিগুম্বা মতমদা সমাজ অমগী মীওই কাংলুপ অমনা নৎত্রগা মী অমনা অতোপ্পা সমাজ অমদা যুম হোংলকপা, ললোন ইতিক্কীদমক লাকপদা, লান্দাবকপদা নৎত্রগা অতে মনম কযাদা কলচর অনিগী পুনশিন্নবগী মতাং লাকই । অদুবু কলচর অনিগী পুনশিন্নবা নৎত্রগা তিন্নবা হাযবসিনা কলচর অনিদুগী মুখাইনবনি হায়না লৌবদি লানগনি । তোঙানবা কলচর অনিগী নৎত্রগা অনিদগী হেনবগী মীওইশিংনা মশা মশাগী নত্তবা অতোপ্পগী কলচরবু ব্যবহার তৌরিবমখৈ মখোযগী মবক্তা মূক্লবা লৈরোই । অসিগুম্বা ফিভম অসি কাংলুপ খুদংনক্লা চপ মান্নবা ফিভমদা লৈরিবমখৈ নৎত্রগা অমনা অমদা মুক্লবা হৌদ্রিবমখৈ নৎত্রগা মপান্দগী ফোর্স অমনা হঞ্চক-ঙাচক শাদ্রিবমখৈ কাযনদনা লৈগনি । অদু নৎত্রেবদি কলচর অনিগী মবক্তা মুক্লবা, কাযনবা লাক্কনি অমসুং অনৌবা কলচর অমনা হান্নগীদুগী মহুৎ শিল্লক্কনি । অদুগা হোংলকপা হাযবসিসু মপান্দগী ঙাক্তনদি ওইদবসু যাই । করিগুম্বদা সমাজ অদুগী মনুংদগী সমাজ অদুগী কলচর অদুবু হোংলক্লবা তোৎনরকপা যাই । করিগুম্বদা সোসিয়েল রিফোর্মর অমনা সমাজ অদুগী ইন্টলেকচুয়েল কলচর, মেটিরিয়েল কলচর অমদি স্পিরিচুয়েল কলচর পুম্নমকপু শেমদোকপা অমদি হোংহল্লকপসু যাই । অদুগা করিগুম্বদনা সমাজ অদুদা ফিভমনা যাদদুনা মাগী লৈরিবা চৎনবী, চাবা থকপগী হৈনবী, যুমশা-কৈশা, লম্বী-থোং কয়া হান্না লৈবমদবা সমাজগী অনৌবা মশক কযা অমদি অতোপ্পগা লাম্বানবগী মওং কযানা মরম ওইদুনা হেন্না খুদোংচাগদবা মওংদা হোংলকপসু যাওই । অদুবু মেটিরিয়েল কলচর অসি হোংগ্রে হাযদুনা মাগী নন-মেটিরিয়েল কলচর অদুসু হোংখ্রগনি হেক্তা হায়বদি লান্না খাঞ্জনবা ওইগনি ।

কলচর অমসুং কলচরগী হোংলক্লিবা মওংশিং অসি থিজিনবগা লোয়ননা কলচরগী তোঙান তোঙানবা শকলোনশিংবু য়েংশিন্দুনা মণিপুরী কলচবগী ইতিহাস অমা শেমগৎনবা পান্দমদা অহানবা ওইনা কলচরগা মরি লৈনবা লাইরিক অমা পুথোক্লবা সম্পাদন তৌবগী থৌদাং অমা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা শিন্নবি । লাইরিক অসি অদুগুম্না থৌবাং অদুগী খুৎথানি । অহানবগী ওইনা অযাম্বা ৱাবেংশিং অসি পরিষদকী চেফোং 'সাহিত্য' অমসুং তোঙান তোঙানবা মতম অমসুং মবমগীদমক পরিষদনা পুথোকখিবা 'নিংশিং চেফোং' শিংদগী লৌখৎচরগা পুথোকচবনি । মতাং অসিদা পলহৌদবা য়াদবা ৱাফম অমদি মণিপুরী বনানগী ৱাফম অসিনি । পুথোকচরিবা ৱাবেংশিং অসিমকসু লাইওইশ্ববা অহল-লমনশিংনা থম্বীবম্বা ওইবদগী হেন্না অৱাবা থেংনজ্ঞৈ । বনান অমসুং ফোঙদোক্লিবা ৱাফম পুম্নদি অইবা মশা-মশাগী মতনি হায়না থমজবি । লাইবিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা নেপ্রম ময়া দেবী, সোবোকখাইবম চন্দ্রশশি দেবী অমসুং য়েংখোম গোপাল সিংহনা প্রুভ লৌবিবা অমসুং অতৈ মতেং কযা পাংবিবগীদমক থাগৎচবি ॥

এ. চিত্রেশ্বর শর্ম্মা
ডা. খু. গোকুলচন্দ্র সিংহ

# মনুংগী লমায়শিংদা

# মণিপুরী সংস্কৃতি ইতিহাসকী শক্তম খরা

মণিপুর - মণিপুর লৈবাক অসি হিমালয় চীঙশাংগী চীঙশাংদা লৈ। মফম অসি ব্রহ্মপুরাণ শিব পুরানগী ৱা য়েংলবদি গন্ধর্বগী লম ওইন উই। লৈবাক অসি অহানবদা (১) সারাং-লৈশাং, (২) হাওরোক-কোন্থৌ, (৩) উরোক-উশাই, (৪) থাঙঙা-কম্বোং, (৫) খুনফম-ঙাংজেং (৬) হায়রেম-খুনজান, (৭) লোকখা হাওখা কাঙলুপ ৭ অসিন পাললমই। মখোয় অসি মাগী মাগী লমদ নিংথৌ পান্দুনা লৈরমই। মতুংদা খৃষ্টগি অহানবা শতাব্দীদ নোংতা লাইরেল পাখংবনা পাললবদা হৌজিক লৈরিবা শল্লাই ৭ অসিন পানবনি। মথক্কী কাঙলুপ ৭কী সংস্কৃতিগ অকোনবগী কাঙলুপ ৭কি সংস্কৃতিগা তিননরগা মণিপুরী সংস্কৃতিগী মরু ওইবনি।

অদুগা ঐখোয়গী মনুংদা ঙাঙনব ৱানা মণিপুর হায়বা মিং অসি লৈবাক অসিগী মমিং নত্তে, অনৌবা থোনবা মিংনি হায়বা য়াওরি। হায়নরিবনা লৈবাক অসিগী মমিং অসি কনান তিললি কোকতোঙ, কনানা মুৱা পললি লৈবাক, কনান কংলৈপাক কনা অমনা কংলৈপুঙ কৌই হায়। মণিপুর কাঙলুপ ৭ন পানবা লৈবাকনি। অদুন কাঙলুপশিং অসিগী অমগী লৈবাক ওইরমবসু য়াই। অদুগ মমিংশিং অসি কাঙলুপ অসিগী লৈবাক মমিংনি হায়বদি য়াওদ্রি। মবম অসিন মসিসু নৈনফম থোকই। অদুগ পণ্ডিত ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহনা হায়বনা শান্তদাস লাকলগা লৈবাক অসিগী মমিং মণিপুর থোনখি হায়নী "সনামহী লাইকল" দ য়াওই হায়। "সনামহী লাইকল" য়েংবদ লাইরিক অনীনা হান্ননা থোনদুন লৈ। অমনা শান্তদাসনা থোললি। অদুগা ইংরেজশিংন ইবা লাইরিক্তনা খৃ: মাং চহী ৬০০০ ফাওবদা চীনাগা পারশ্যাগা লল্লোনবগী পোৎ শিন্নফম ময়ায়দি মণিপুরনা ওই হায়না ই। থাঙ্গেশেংবদি লৈবাক অসিগী মমিং মণিপুর থোনখিবা অসি চহি কয়া কুইরবা, করম্বা মতমদা করিদগী থোনখিবা হায়বগী মরমদা নৈনবগী ৱাদি ঙসি ফাওবা থোইদোকপা তাদ্রি।

**নোংচুপকী মোত** — অদুগা মণিপুরগী মরমদা নোংচুপলোমগী পণ্ডিতশিংগী মোতনা মখাগী অসুমনা ইরি - অযোধ্যাদা লৈবা মীনা অর্জ্জুনগা বব্রুবাহনগা অনীনা লাল থেংনখিবা মফমদি সীতাপুরগী মখারোমদ মাইল ২৬ চৎলগা লৈব মসুৱা হায়বা মফম অদুদনি হায় । জেনেরেল কেনিংহামনা মণিপুরদি রত্নপুরগী অৱাংদা লৈবা চেদী রাজ্যগী কোনুংনি হায় । দক্ষিনাত্যগী পণ্ডিত শিবরামনা কলিঙ্গদা মণিপুর লৈ হায় । ডাক্তর এ পাটিন মাদুবাদকী নোংপোক্ত লৈব মোহজপুরবু মণিপুরনি হায় । নগেন্দ্রনাথ বসুগি বিশ্বকোষতন কলিঙ্গগী কোনুংদা লৈবা মমফুরবু মণিপুরনি হায়রি । অদুগা আহ্নিক সুত্রাবালী ইবা কাশীগী পণ্ডিতনা মণিপুরদি হৌজিক্কী মণিপুর অসিনি হায়না মহাক্কী টিপ্পনিদা ইরি । অসুম তৌনা নোংচুপলোমগী পণ্ডিতশিংশু মণিপুরগী মরমদা মানা মানা থোকপা হায়নদুনা কোক ঙাওনরি ।

**মীতৈগী পুরান** — অদুগা মীতৈগী ''শদিং শকোক'' হায়বা পুরান্দ ইবনা নুঙগৌবীগী মনাক তাইবোংথোঙগী মরক্তা মণি কৌব য়াই অমা লৈ । মদু লৈবগী লৈবাক অসিগী মমিং মণিপুর কৌঈ হায় । অদুগ ''নুঙলোন'' দা ইবনা ''তাইবঙ পানবগী মপূ গুরুনা নোংপোক ওনন লোংনা হিপ্লগা মখুৎ য়েৎনা খুরায় মখুৎ ওযন ৱাংখৈ ওই । মখোঙ য়েৎন খ্বাই মখোঙ ওয়ন য়াইস্কুল ওইদুন লৈকাই মরি থোক্লা খায় খোয়দৌদি শুরুংনে, শুকং মহাক্তি গুরুগী খোইদৌনি হায়না ই । অদুগা লৈপাক পুন্নমকপু নহারূপ অহল্লুপ পানা অনী খায়দুনা গুরুগী খোইদৌবু ঙাকই । অদুগা ''অমেৎলোল'' হায়ব মীতৈ মাইবগী লাইরিক্তা ''খোইদৌগী অকোয়বদা লৈকা চনা কোয়না লৈ'' হায়না ই । অদুগা হিন্দুগী রুদ্র যামল তন্ত্রগী মোতনা নাভিচক্রবু (খোয়দৌবু) মণিপুর কৌঈ হায়না ই । মাদুদা চতুর্দ্দল পদ্মা, ষড়দল পদ্মা, অষ্টদল পদ্মা হায়ন চক্র অহুম থোক্লা লৈ হায় । প্রকৃতিবাদ অভিধাননা মণিপুরগী অর্থ খোয়দৌ ক্লাবত ঘট চক্রগী মনুংচদা লৈবা অহুম শুবা চক্র হায়না ই । মসিগা ''নুঙলোন'' গী ৱাগ মান্নরি । অসুম তৌনা মণিপুরগী মরমদা ইরি । মণিপুরগী মরমদা খবদং উৎচরিবা অসি লৈবাক অসিগী মরমদা হায়বা তাবনা পনজবম্ননি । মসিগী মরমদি থিজিনব কাঙবুনা থিজরসনু । হৌজিকতি মণিপুরগী সংস্কৃতি য়েংলসি। মসি য়েংবা তারবদি অমতগী য়েংবা য়াদে । মণিপুরী জাতি অসি লৈশেমঙৈদগী

কাঙলুপ ৭ন পানবা লৈবাকনি । অদুনা লৈবাক অসিগী সংস্কৃতি অসি কাঙলুপ তরেৎকী সংস্কৃতিনা পুল্লপ ওইবনি ।

**মণিপুর সংস্কৃতি** - হৌজিক মণিপুরদা লৈরিবা সংস্কৃতি অসিগী মরুদি মীতৈগী অরিবা ধর্ম্মদগী লাকপনি হায়বা তাই । মীতৈনা নুপীবু নুপাগী মশাগী তংখাইনি হায় । মসিগী মরমদি লৈশেমঙৈদা তাইবঙ মপু গুরুনা লৈশেমগে নিঙলকপা মতমদা মশাগী মঙাননা মশাবু থাবিয়ুম শানা কোয়রগা ময়ায়দা খাইবোক খায়দুনা য়েৎনা নীপা, ওয়না নুপী ওইদুনা লৈথোকখিবা অদু য়েংদুনা ঙসি ফাওবা নুপীদি নীপাগী তংখাইনি হায়না চৎনরি ।

**লুহোংব** - লুহোংবগী মরমদা নীপা ময়ুমনা নুপী ময়ুমদ পাউপুবা মী থাদুনা হায়জব, হায়জপোৎ পুবনচিংবা তৌরিবা, অদুগ অওঙ-অউন তমদুনা থিনবা পূন্নমক অসি খাবনা পাম্বোইবীগী মমা মপান মী থাদুনা হায়জরগা লুহোংখিবদগী চৎনরকপনি । অদুগা লুহোংবদ ঙা থাব অসি মীতৈগী মহৌশাগী লুহোংবদা য়াওবা ''ঙাপা পাউতোংয়াল'' হায়ব অদুগী মতুংইন্না চৎথরকপনি।

অদুগ উমং লাইগী মরমদ চহীগী চাকলোল কৎপ, হরাউরিব অসি খাব শল্লাইন পাম্বোইবীবু চাক কৌখিবা, অমসুং লাইয়ামন নোংপোক পাম্বোইবীবু লাইগী নিংথৌ সোরারেল হাপ্পদা লৈ লাংদুন হরাউখিবদগী হৌবনি। অদুগা লাইদা মৈরা কৎপদা (আরতি কৎপদা) পুঙ-শেল য়ৈবা মোইবুঙ খোংবা, লাইগী মথক্তে থাখল খনবা অসিসু পাম্বোইবীবু লুক কৎপদগী হৌখিবনি। হিন্দু ধর্ম্ম লাকলগা হৌবা নত্তে ।

**অশিবগী মথৌ** - মীতৈনা শিরগা মথৌ য়াংগেনবা, পুরোয় মৈকোয়বা হায়দুন শুমাঙদা খাঙলেনব শিঙ শেমদুন মৈ কোয়রগ পোৎলোইবা, অদুগা খাঙলেললিঙৈদা শ্বম্বল ফাৎপা, থোঙ থিংলগ পুংশেল য়ৈদুন অশিব পুথোকপসু হিন্দু ধর্ম্মদগী চঙলকপা নত্তে । খাবন শিশিন্নরগ খাঙলেনবদ তৌবা হৌনব অসি তৌখি, অদুগ কৌবরেল খুনগুমদা শিব পুথোকপদা পুঙ-শেল য়ৈবা য়াওরি । মী শিরগা পোৎলোইব অসি গুরুগী অশিব মশাবু সনামহী পাখংবনা পোৎলোইখিবনা খ্বাইদগী অহানবনি । অষ্টি লৌবসু গুরুগী লূ চামবগী লূচাম্ফমবু লূ ফৌবগী লূফৌনূং হায়বা অসিনা তাকই । পোৎলোইবগী মরমদি অসিদ নত্তনা ''কোম্বৌজম নোংগারোন'' দ পোৎলোইবগী ৱা য়াওরি । ''পোইরৈতোন

খুনথোক'' ত চকপ শংলৌরেম্নীগী মচা শিবগি পোৎলোইবগী ৱা য়াওরি । অদুগা পোৎলোইবগী শিঙদ শিঙখল ৭ শেম্না অসিগী মরমদা কনা কনাগুম্বনা শান্তদাসন পুরান মৈ থাবগী শিঙ শেম্বদগী হৌদোকপনি হায়বা য়াওঈ । শান্তদাসন লাকপদি গরিবনিৱাজ হাকতক্তনি । অদুগা গুরুম্বু পোৎলোইবদি নিঙশিংব থোকত্রবা মতমদনি । মীতৈন শিববু নোংকাব হায়নৈ । অদুগীদমক নোংথৌ কানব নোংথৌ মরোল ৭সু শিঙখল ৭ন শিন্দুন শিঙ শেম্বনি । উয়ুং ৬ য়ুংবন নিংথম কামবী খায়ব খঙনব য়ুংবনি । মরম অসিনা পোৎলোইবগী শিঙ শেম্ব অসি হিন্দু ধর্ম্মদগী লাকপা নত্তে, মীতৈগী হান্না লৈজব সংস্কৃতিনি।

**লাইনিং** - মীতৈন ইহান হান্না নিঙবা লাইদি লৈবাক-নোংথৌ অনীবু মমা মপা ওইন নিঙঈ । নোংথৌবু মপা ওইন নিঙবন তাইবঙ পানদ লৈরিবা মী, শা, ঙা. উ, ৱানচিংব পোক্লবা মরূওইব পোৎ (বীর্য্য) নোং, লৈচিল, লিক্লানচিংবা পীরক্লগা মমা ওইবী লৈপাক লৈমন য়াদুন পুম্নমক পোক্লকঈ, অদুগা হিংনব মচাক পুম্নমক পীদুনা য়োকপি । মরম অদুনা মখোয়না লৈপাক-নোংথৌবু নিঙবনি । মখোয়না অনী অসিবু তাইবঙ মপুনা লৈশেমগে নিঙ্গলকপদা মশা মথনতনা নীপা নুপী ওইদুনা লৈশেমখিব অদু খন্দুন মীতৈনা মপাগী মশক ওইবা নোংথৌ; অদুগা মমাগী মশক ওইবী লৈপাক লৈমবু লাই ওইন নিঙখি। মতুংদা লৈপাক নোংথৌ অনীবু নোংপোক পানথোইবী মিংথোনদুনা ঙসি ফাওবা নিঙনরি ।

মীতৈন গুরু লৈমরেলবু নিঙবত নত্তন নুমিৎ, মৈ অনীবুসু য়াম্না লুন নিঙঈ । অয়ুক নুমিদাংদা লাই অনী অসিবু খুরুমজবগুম য়ুমগী নিংথৌ সনামহী লাৎলী । সনামহীবু লাৎপদি য়ুমগী নিংথৌনি, তাইবঙ শেম্ব গুরুনি হায়ন মতম পুম্নমক্তা হীরম খুদিঙদ খুরুমঈ । অদুগ মীতৈগী য়ুম অমা শাববদা ফুঙ্গা ১, সনামহীগী কা ১, লৈমরেলগী কা ১ শোয়দনা থমঈ । শঙকাবা নুমিৎতা অহানবা মৈ পুম্নমক্কী হৌফম ওইবা, থৱায়গী মশক ওইবা মৈগী লৈফম ফুঙ্গাদা কোনয়াই থারগা মৈ হৌঈ । অদুগা চেঙ্ফু খিল্লগা লাইনিঙথৌ সনামহীদা অথেলপোৎ কৎলগ য়ুম চঙঈ । মসি মীতৈগী চৎনবনি, ফুঙ্গাদা থারিবা য়োৎশবী মখোঙ অহুম গুরুগী মখোঙ অহুমনি, অদুগা ফূদপ অহুমন নোংমা পুবা নুমিৎকি মতম তাকপা মমিং মঙাং, লুৱাং খুমন গুরু ৩গি মশকনি ।

মীতৈগী য়ুম পুম্নমক মমায় নোংপোক ওললী । মীদুনা য়াহৌরকপদা অহিং তুম্বগী চোকথব, তুম্বদ মাঙখিবা থৌনানচিংবা অদু নুমিৎ মশেক ফংবদা কোক্লবা নোংমগী অহানবা থোকপ নুমিৎপু খুরুমবগী য়ুম নোংপোক ওনবনি। মীওইবগী পাঙ্গল পীবা, পৃক্লিং মকা লামহনবা নুমিৎপু নোংমগী অহানবদ তাইবঙ পানববু অমম্না কোকহন্দুনা অঙানব পীবগুম অঙানবা জ্ঞান পীবিনবা খুরুমবনি । অদুগা নুমিৎ মঙালদি মতম পুম্নমক্ত চপ মান্ন কান্নবা পীদে । মরম অদুন মীতৈন নুমিৎপু মতম অহুমদ খুরুমঈ । নুমিৎন থোক্লকপগী মমিংবু মঙাং গুরু, নুমিৎ য়ুংবদা লুৱাং গুরু অদুগা তাব মতমদ খুমন গুরু হায়ন মিংথোনদুনা মতম অহুম অসিদ খুরুমঈ ।

মীতৈগী লাইনিঙদা জগোই ঈশৈনা মরুওইনা লৈ । লমতাইব, শরোয় খাঙবনচিংবা থবক পুম্নমক জগোই য়াওঈ । অরোইবদ লাইন পেন্নবা লৈশি লৈথোনদুনা ঈশৈনা লোইশিল্লি । লম তাইবগী থবক অসি লৈকাই লোন্নবা খুল লোয়বদা লনচিত লনলেনগী লাই তাইনদুন কুম কাংদনব, নোংজু ফদুনা মহৈ মবোং ফনবা তৌবা থবকনি । লম তাইবা অসি অনী থোক্লা লৈ । নিংথৌনা লৈবাক্কী ফনব তাইবা অমা, খুল খুলন মখুলগিদমক তাইবা অমনি । নিংথৌন তাইবনা লমতা থাগী অহানবা থাঙজদ য়াচঙবদ লৈকাই মরিমক্ত তাই । খুননা মখুনগী তাইবনা ইংঙা থাদ অফবা নুমিৎ য়েংলগা অয়ুক্তা তাই । শরোয় খাঙবন লমতাগী অহানব থাঙজদা চহীগি কুম পুব শরোয়ন লাল্লুপ শিন্নবা নুমিৎতা লৈবাক ফনবা তৌবিরমনব চৎখিগদবা শরোয়দা পীজ-পীথকপনি ।

**লাই হরাউবা** - (ক) মীতৈগী মরুওইবা সংস্কৃতিদি মীতৈগী লাই হরাউবদ লৈ । মসিদা লৈশেম্বা, গুরু লৈমরেনগী মশক তাকপ, জগোইগী হৌফম অনোয়রোল, য়ুমশারোল, পাময়ানব, লৌতারোলনচিংবা মী ওইনা তাইবঙ পানবদ নুংঙাইনা পানবা হীবম পুম্নমক য়াওরি । অদুনা মীতৈগী লাই হরাউবগী ৱা অম-অনীদং উৎচরি । লাই হরাউবগী মরুদি লাই ঈকৌবদা লৈ। ঈকৌবদা তাইবঙ পানব অসি শেমদ্রিঙৈ, ঈশিঙ তরঙ ওইনা লৈরিঙৈদ তাইবঙ মপুনা মতোমত ঈশিং তরঙদ লৈখিবা ফীভম অদু খয়োমনা উৎতুন তাইবঙ মপুবু অহানবদ ঈরাংলি । খয়োম থাদ্রিঙৈগী মমাঙদ ঈকৌগদবা ঈশিং অদুদা তাইবঙপানবগী মমা মপাগী মশক ওইবা গুরু লৈমরেল অনীদা মখোয়গী লৈশেমগী লীলা লাই হরাউবা য়াওবিনব সনা লুপা অনীনা কোনয়াই থারগা

মথংদ খয়োম লাকঈ । (খ) খয়োম - মীন মখৈ ফংলগ শাউঈ, লাইন মখৈ ফংলগ হরাওই, পেনবি । মরম অদুনা তাইবঙ মপুন পেনবিনবগীদমক লৈতাকপা মতুংদ গুরুন ঈশিং তরঙদ তাইবঙ পানব পূম্নমক খোমজিনলগা মশাদ পূল্লপ থমদুন লৈখিবগী মওং অদু খয়োম ওইনা উত্তুনা ঈশিংদগী গুরু লৈমরেলবু লৌখৎলি । খয়োমনা মতম অদুগী গুরুগী মশক তাকলি ।

খয়োম হায়বা অসি লারোল ৩দ চেঙ হাপ্পগা মনুংদা সনা লুপা কোনয়াই হাপ্পা, মতোনদা লাংথ্রে মতোল ৩ থেৎপা য়েরুম অমগা পয়ানা পূল্লপ পুনবা ময়োম অমনি । ময়োম অসিন তাকপদি খয়োমদা হাপ্লিব য়েরুম অদুন তাইবঙ মপু গুরুনা মহাক্লা শেম্না লৈপাক পূম্নমক মুৎথৎলগা ঈশিং তরঙদ মতোমত ৱা ঙাঙদন তুম্পক তাশিন্দুন লৈবদু উৎলি । মনুংদ হাপ্পা সনা লুপা কোনয়াই অদুনা লৈপাক তাক্লব মতমদা গুরুগী মশাদ গুরুন লৈমরেল শিদবীবু চিংশিন্দুনা অনীমক পূন্ন অমতা ওইন লৈমিন্নবা তাক্লি । খয়োমদা হাপ্পা চেঙন তাইবঙ মপু গুরুনা লৈবা মফম মফমদা মশিঙ নাইদবা তাইবঙপাল কয়ানা গুরুবু কোয়না য়োমদুন লৈবা তাকঈ, য়েরুমদা থের্ৎলিবা লাংথ্রে মতোল অহুম্না লৈশেম্না, লৈঙাকপা, লৈতাকপা অহুম্মক গুরুন লৈ ওইন থেৎতুন থম্লগা তৌনিঙবতা তৌবা তাকঈ । অদুগা লাবোল অহুম অদুনা গুরুনা শেম্ন তাইবঙপাল পূম্নমক গুরুগী লোইনা হৌখ্রবা, ওইরিব, ওইরক্কদবা মতম অহুম্না য়োমদুনা মখোয়গী মখাপোন্ন থমঈ, অদুগা তাইবঙ পানবদ লৈরিবা পূম্নমক মতমগী মখা পোনব ঙাক্তনি হায়ব তাক্লি । খয়োম্বু পয়ানা পুন্দুন পূল্লপ থম্বনা গুরুন শেম্না খুৎশেম পূম্নমক গুরুগী শক্তি অমন গুরুনা ময়োল ওইরগা পূল্লপ পুন্দুনা ফাজিন্দুন থম্না তাকঈ । অসুম তৌন মীতৈগী সংস্কৃতি মশক খঙন লৈবা ঙাক্লি । (গ) ঈহাইফু - ইকৌবদ মাইবীন চক্ষু অনী পায়দুন জগোই শাই । মদুন তাইবঙ মপুন শেম্না পৃথিবী অসি চক্ষু মওংগুম তুমঈ হায়বা তাকই । গুরুন অকোয়ব মতুম ওইবা থবিয়ুম অদুবু অনী থোক্ল খায়দুন গুরু-লৈমরেল অনী ওইখিবা অদু উৎতুন চক্ষু অনী পায়বনি । অদুগ লাইনিংথৌগী ঈহাইফুদা লংজা ৯ লাইরেম্বগী ঈহাইফুদ লংজা ৭ পুনশিনবনা লাইনিংথৌগী লংজা ৯না গুরুদগী লাইবঙথৌ ৯ থোকখিবা, লাইরেম্বগী লংজা ৭ন লৈমরেনদগী লাইরুরা ৭ থোকখিব উৎপনি । অসুম্না লাই হরাউবগী হিরম পূম্নমক মরম অমমম উৎলি ।

**খাগেম্ব** - মৈতৈ নিংথৌশিংগী মনুংদ মৈতেঙ্ভু খাগেম্ব মীতৈগী সংস্কৃতি চাওখৎনবা হোৎনব নিংথৌ অমনি । মহারাজ অসিগী সনা হাকথক্ত মীতৈগী অথোইব লাই পাম্থোইবীগী লাইশঙ শাদুন লাৎলি । লাই হরাওবগী লাইরিক ইদুন লাইবুঙ পূম্নমক্ত নিয়ম কায়দনা হরাওনবা হোৎনরমঙ্ঈ । নীপাগী ফিশেৎত কোয়েৎ শলাই হৌদোক্লুন নীপা ফিশেৎ চাওখৎনব হোৎনরমঙ্ঈ । অদুগ মীতৈতগী ওইব শগোল কাঙজৈ হৌদোক্লুন মীতৈ সংস্কৃতিগী মরমদ পৃথিবী ফাওন থনমঙ্ঈ। অসুম তৌন মৈতৈ নিংথৌশিংন মীতৈগী সংস্কৃতি য়োক্লুনা লাকপনা মৈতেঙ্ভু চরাইরোংবা সনা হাকথক্ত নোংচুপলোমদগী লম্বোইবা রামগোপাল বৈরাগ্যানচিংবা লম্বোইবা ১১না শ্রীবৃন্দাবন চন্দ্র পুদুন লাকপা নুমিৎতগী মীতৈগী সংস্কৃতিদা হিন্দু ধর্ম্মগী সংস্কৃতি চংলক্লুনা ঈবুংঙো গরিবনিৱাজনা সংকীর্ত্তনগী মরু হুনবা হৌখি । মহারাজ অসিনা নোঙ্গাখ্রবগী মতুংদা গরিবনিৱানা পাল্লবদ নোংচুপলোমদগী শান্তদাসন রামজী মূর্ত্তিগা লোয়নন লাক্লগা রাময়েত ধর্ম্ম পুশিল্লকপদগী মৈতৈগী সংস্কৃতিদা অকায়বা কয়া থোকখি । মহাক্কী থৌইনশিন্দগী মহারাজ অসীন মীতৈগী মপা-মপুগী হাকথক্তগী লৈরক্লব লাইগী মরমদ খুৎ থাদুনা লাই কয়া থুগাইদুন সংস্কৃতি থুগাইরে । মপা ইবুংঙোন লিংখৎলম্বা সনামহী মূর্ত্তি থুগাইখ্রে । অদুগা মীতৈগী য়ুমথোঙ খুদিংদা লাৎচবা সনামহি কয়া থুগাইদুনা হিন্দুগী সংস্কৃতি পুশিন্নবা হোৎনখি । মমৈথংদা ধর্ম্মগী ৱাথোক্তগী মহারাজ অসীবু মচা ইবুংঙো জিৎ শাইগা প্রজাগা তানদুনা মণিপুরদগী তানথোকখি।

**জয়সিংহ** - গরিবনিৱাজ মহারাজন নোঙ্গাখ্রবা মতুংদা মণিপুরদা লৈতাক খুন্তাক কয়া থোকখি । রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা তেখাউদগী হল্লক্লুনা পাল্লবদ মবুধৌন চাইখায়রম্ব মীতৈগী সংস্কৃতি অমসুং শেমগৎলম্বা মীরৈবাক্কী সংস্কৃতি পূম্নমক অদু পুনশিন্দুন অনৌবা মওংগী সংস্কৃতি অমা থনমঙ্ঈ । মহাবাজ অসিগী সনা হাকথক্তা শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ রাস কৎলমঙ্ঈ । অদুগ রাস লিংখৎলকপগা লোয়ননা সংকীর্ত্তনগী নিঙথীজব ফিভম অমগা থনমঙ্ঈ । অয়াম্বা মীনা অনী অসিমক নোংচুপলোমগী সংস্কৃতি ওইনা খন্নে ।

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা শ্রীগোবিন্দদা কৎলম্বা রাস অসি মরুওইবা মখল অনীনি । অমন শ্রীগোবিন্দগীত ওইব রাস অমা, অদুগা অমনা শ্রীবিজয়গোবিন্দজি অমসুং প্রজা পূম্নমক্লা কৎচনব রাস অমা, অনীনি ।

শ্রীগোবিন্দজিগী রাসতা কৃষ্ণ শাবা, থৌরানী শাবী য়াওদে । শ্রীগোবিন্দগা রাসেশ্বরীগা লেঙথোক্লগা নোংপোক পাম্লোইবী হরাউবগী ফিভমদা শেম্লকঈ । অতোপ্পা অমা অসিনা রাধা কৃষ্ণ শাবা য়াওরগা বৃন্দবনগী ৱারী মতংইন্না শেম্লমই । রাজর্ষিনা শেম্বা জগোই মখল অনী অসীগী মরুওইব শরুক্তি ভঙ্গি পরেং অচৌবনি । মহারাজনা কৎলম্বা ভঙ্গি পরেংগী জগোই খুৎথেক শাথেক অয়াম্বা মীতৈগী হান্না লৈজরম্বা জগোই খুৎথেক্তগী লৌরগা শেম্বনি । ভঙ্গি পরেংদ য়াওরিব চম্প্রা ওকপি, চম্প্রা খায়বী লাই হরাউবগী মনুঙদ য়াওরিবা পাম্লোইবীন নোংপোক্ত লান্নব হৈ হেকপ, খায়বগি খুৎথেক্তগী শেম্বনি । লশিং কাপ্পী, লশিং মনবী লাইবৌগী ফিশা জগোইদগী লৌবনি । ভঙ্গি পরেংগী ঘাৎ তাব, চক্র লৈবী, থবাক্তা খুৎ ওয়ন থম্লগা খুৎ য়েৎন শাব জগোই লাইবুঙথৌ লাইরু নুরান শান্নব ফিবুল ওকপিদগী লৌবনি । চালি জগোইগী খুৎথেক শাথেক অয়াম্বা পাম্লোইবী জগোইদগীনি । অদুগা কৃষ্ণ জগোইদ খোঙ নাম থাঙ্গৎলগ খোঙ নামন খুদোল লৈতারগ লৈবসু ফিশা ওকপী শান্নবগী নিয়মদ হায়নখিব ৱানা চোংবা য়াদবদগী তাৎ তৌদুনা চোংবা মান্দনবা খুদোল কাঙলগা লৈগনি । মাসি ফিবুল ওকপীদ নুপীন চোংব য়াদব নীপান লৈবদা চোংদবা হায়বা ঙাঙনবা ৱাদগী চোংদবনি । রাসতা কোয়না চৎলগা পুষ্পাঞ্জলি কৎপা অসি লাই হরাউবগী মথেক চৎপদগী শেমদোকপনি । অদুগা অতোপ্প মখলগী রাসতা মরি থোকপী জগোই লাই হরাউবগী চোঙখোঙ লিৎপদগী শেম্বনি । অনী থোকপী জগোইন লাই হরাউবগী ফুঙ্গরেল, জগোইদগী লৌবনি । অসুম তৌনা রাজর্ষিনা মীতৈগী সংস্কৃতি কায়হন্দনা মহৌশা লৈজবা জগোইদগী শেম্বা রাস ওইবন শ্রীগোবিন্দগী রাস হায়দনা মণিপুরী রাস হায়ন লৈবাক পুম্নমক্ত খঙনবনি । মসিদ কনাগুম্বনা রাজর্ষিগী মঙদা উবা জগোইদগী শেম্বনি হায়নৈ । চুমঈ মঙদা উবা পোৎ হায়বা অসিমক্তবু তাইবঙপানবদা উবা পোৎ ঙাক্তনি । অদুগা রাজর্ষিগী মঙদা গোবিন্দনা জগোই উৎলমবা য়াই, অদুবু ঐখোয়গী অউবা লাই হরাউব জগোই নত্তনা অতোপ্পা অমা ওইরোই ।

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা শেম্বা নিয়ম, শ্রীগোবিন্দগী অষ্টকাল সেবা অসিদা হিন্দুগী সংস্কৃতি ইনৌ নৌনা পূম্লপ চঙলকপা ওইনা থোকখি । তৌইগুমসুং মদুদি নত্তে । শ্রীগোবিন্দগী মতম ৮ গী সেবাদা সংকীর্ত্তন য়াওবা অসিদ হিন্দুগী সংস্কৃতি নত্তবা পান ৪ গী পালা ৪ শেমখিবগা লোয়ননা পূঙগী রাগ

অচৌব, সঞ্চরাগ কোন্নবা রগ, মেল ১২, ধুমেল শেম্লমঈ । রাস তা ভক্তি অচৌবনা মপুঙ ওইনা মহারাস, বসন্তরাস, কুঞ্জ রাস অহুম শেমলমঈ । নুপীগী রাশেশ্বরী পালা, অদুগা চৈতন্য সম্প্রদায় পালা লিংখৎতুন মীতৈগী সংস্কৃতি ফজবমক্তদা থমলমঈ ।

হন্দক রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা শেমলম্বা সংকীর্ত্তনগী ফিভম অমসুং পুঙলোনশিং অসি নোংচুপলোমগী ফিভম অমসুং পুঙলোন্দগী লৌবদি নত্তে । মীতৈগী অরিবা পুঙলোনগা মরী লৈননা শেম্বনি । অদুগা ঈশৈগী রাগনা অ. তা. রি. না. ময়েক মরিন হ্রস্ব, দীর্ঘ, প্লুত খায়না শেমঈ । নোংচুপকী রাগগা মান্নদে । রাগ রাগিনী মমিং মান্নরবসু মশক মান্নদে । নোংচুপকী সংকীর্ত্তনদা পালা লেপ্তুনা শক্তে । মখোয়গী সংকীর্ত্তনদা রাগা, সঞ্চার বৈষ্টা, বেরিঘাৎ, মেল, মেনকপু, তানচপনচিংবগী ফিভম লৈতে । রাজর্ষিন শেমলম্ব সংকীর্ত্তনগী পরেং অমসুং পুঙলোন তশেংবা মীতৈতগী ওইনা শেমলম্বনি । হিন্দুগী লাস্য, তাণ্ডব হায়বা জগোই মখল অনী অদু শাস্ত্রগী মত কায়দবা অমসুং মীতৈগী জগোইদা লাই হরাউবগী নীপা নুপীগী জগোই কায়রক্তবনা মহারাজনা রাস অমসুং নীপা পালাদা কায়দনা থনমঈ ।

**গম্ভিরসিংহ-চুরাচান্দ -** চহী ৭ খুন্তাকপগী মতুংদা মৈতেঙঙু গম্ভিরসিংহনা পাল্লমবদা মপাবুং ঈবুংঙোগী খোঙ্গুল লীদুন রাসগী ভঙ্গি পরেং অচৌবগী ফিভম কায়দন বৃন্দাবন পরেং অমসুং গোষ্ঠ বৃন্দাবন হায়বা ভঙ্গি পরেং অনী অমগা কৎলমঈ । মথংদ মনাও ঈবুংঙো নরসিংহনা জলকেলি পালা চৈতন্য সম্প্রদায় লিংলমঈ । অদুগী মতুংদ সার চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহজিনা রাসগী ভক্তিদা ভঙ্গি অচৌবগী মতুংইন্না খুরুম্বা পরেং হায়বা ভঙ্গি পরেং মখল অমা শেমলগা শ্রীগোবিন্দদা কৎলমই । অদুগা রাধা কৃষ্ণগী লীলাদা রস মপুঙ ফানবা রস ৬৪ ইদুনা রস কা কোন্ননা রাগ, সঞ্চার, মেল ৬৪ শেমদুনা রস ৬৪ শকখি । পুঙলোনশিং অসি মীতৈ ওজাশিংনা শেমলগা শ্রীগোবিন্দদা কৎখিবনি । ঐখোয়গী পুঙলোল নোংচুপ্তা লৈতে । মীতৈগী ঈশৈগী তাল মমিং ঈশৈদগী থোনবনা নমঈ । মখোয়সি তালনা পুঙলোন্দা লৈ । ঈশৈগী রাগ মহৌ মান্নদবগুম্না পুঙগী রাগসু মান্নদে । রাসবু মণিপুরী রাস হায়বগুম সংকীর্ত্তনসু মণিপুরী কীর্ত্তন হায়নবা অসিমক্না নোংচুপতগী লৌদে হায়বা তশেংনা উৎলি । অদুগা কালিদমন লীলা হৌদোক্লমঈ অমসুং ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা পামজবা মতুংইন্ন নিতা রাস হৌদোক্নুনা

থমবিরমঙ্গী । মীতৈদা লৈতবা পখব্রাজ, মনোহর শাই, চোবা সঙ্গীত ওজাশিং থাদুনা তমহল্লমঙ্গী । অদুগা সার চুড়াচান্দ মহারাজ হাকথক্তা দিবারাস হৌদোক্লমঙ্গী । মীতৈলোন্না ঈশৈ শকপা হৌদোক্লমঙ্গী ।

অসুম তৌনা মীতৈ নিংথৌশিংনা মীতৈ সংস্কৃতিদা গৌরলীলা, কালিদমন, দ্রামানচিংবা পুশিন্দুন শেমগৎলমঙ্গী । মরম অসিন মীতৈগী সংস্কৃতি অসি হিন্দু ধর্ম্মদগী, লাকপা ওইনা খন্নে । থাঙ্গৈশেংবদি মীতৈগী মরুওইবা সংস্কৃতি, পুঙ, ঈশৈ, জগোই, ঈরাৎ-পূজা পূম্নমক অসি ঐখোয়গী হান্নগী সংস্কৃতিদা নোংচুপলোমগী সংস্কৃতি য়ানশিনবনি । অসুম তৌনা হিন্দুগী সংস্কৃতি লাক্লবসু মীতৈগী সংস্কৃতিনা মপুঙ ওইরগা লৌশিল্লি । ॥✻॥

# চৎনবী অমসুং সাহিত্য

মীওইবনা চাবা থকপা ৱাৎতব, শেৎপা চাবদা মনিঙ থুংব, মশাগী মরল মথুম ৱাৎতবনা নুংঙাইবা ওইনা খন্দে, মদুবু নুংঙাইবা হায়বসু য়াদে । অদুনা মখোয়না ময়ামগী নুংঙাইবা অদু ফংনবা লম্বেল থি । মখোয়না থিরিবা লমবেল অদুনা জাতি অদুগী নুংঙাইনবা ওইরবা অদুগা হৈনেজরবা অমদি মনাৎ ওইনা লৈখ্রবা অদুবু জাতি অদুগী চৎনবী হায়না কৌই । চৎনবী অসি জাতিগী ওইবা অমসুং ধর্ম্মগী ওইবা অনী থোক্লা লৈ, জাতিগী ওইবা চৎনবীদা শরোয় খাঙব, লম তাইব, ক্বাক তানব, থাবলচোংবীনচিংবা লৈ । অদুগা ধর্ম্মগী ওইবী চৎনবীদা লাই হরাউবা, চাকলোল কৎপা, হৈগ্রুহিতোংবা, ঔগ্রিহংগেল চোংবা, শোরাৎ শোনবা, লুহোংবনচিংবা লৈ । চৎনবীগী মরমদা অমা অনীদং ইজরি। গায়নদগী মণিপুরগী শরোয় খাঙব অসি কায়বা য়াদবা থবক অমা ওইনা চৎনরকই । মসি লমতা থাগী অহানবা থাঙজদা অনিশুবা থাঙজদা শরোই খাঙই । অহানবা থাঙজদা খাঙবন শরোয় ময়ামনা কুম অদুদা শিগদবা মী শিঙথাবা তিনবদা শিঙ থাবা যাওহনবিদনবা অচা অথক খাঙবনি । অনীশুবদা খাঙবনা শিঙ থাবদা য়াওখিবা কনাগুম্বা কনবা য়াবা মী য়াওববদি শিঙ শৎপীনবা খাঙবনি । লমতাগী থাঙজ অসি মমাঙগী কুমপুবা শরোয়গা শিল্লগদবা শরোয়গা লাল্লুপ শিননবা নুমিৎনি । মখোয়না পুল্লিঙৈদা অচা-অথক খাঙবনি ।

শরোয় খাঙবদা নুপী ৩, ৫ নৎত্রগা ৭ ন খাঙই । শরোয় খাঙবা হৌদোকখিবা লাইদি হংপোকলৈম মোনশামবী, ললামবুং লৈম হেমোইবী, নোংমৈবুঙ লৈম ইমোইনু, লাংজিঙ লৈম পিয়াইনু, লীৱা লৈমা তেঙ্গোল চাইবী, চিঙঙা লৈম লালহৈবী, পিশুম লৈম শাফাবী মখোয় তরেৎ অসীনা কুম অদু পুরগদবা শরোয়গা চৎখিগদবা শরোয়গা লাল্লুপ শিননবা নুমিৎ অসিদা কুম অদুদা অনা অয়েক ঙাকপীদুনা ইংনা নুংঙাইনা পানবা য়ানবা মখোয়বু পীজ-পীথক তৌদুনা পেলহনবনি । মদুদগী হৌরকপনা ঙসি ফাওবা লৈকাইগী নুপী অহননা শরোয় খাঙলিবা অসিনি । অদুগা লৈপাক্কী ওইনা শরোয় খাঙবনা কোনুংগী মায়কৈ মরিদা মাইবীনা শরোয় খাঙই ।

ঐখোয়না মীতৈগী চৎনবী শরোয় খাঙবা অসিদগী ফাবদি লমতা থাগী অহানবা থাঙজদা কুম পুবা শরোয়না লাল্লুপ শিননবগীদমক লাইরেম্ম তরেৎনা তৌরম্বা থবক অসিনা মীওইবনা খুল তাদুনা লৈবা হৌবগী চহী থীবা হৌবা অসি লমতা থাদগী হৌবগী ৱা উৎলি । অদুগা লমতা হায়বা ৱাহৈ অসিমকসু লমদা তাবা হায়বদি খুল তাবা হৌবা হায়বনি । মরম অসিনা মীতৈনা লমতা থাগী থাঙজবু শরোয় খাঙদুনা য়াম্না লুনা তৌরিবা অসি খুল তাবা হৌবা চহী হৌবা নূমিৎনি হায়দুনা তৌবনি । শরোয় খাঙবদি অয়ুক্তা খাঙই ।

শরোয় খাঙবগুমনা লমতাইবসু মীতৈগী চৎনবীগী মনুংদা থায়নদগী লৈরক্লবনি । লম তাইব অসি লৈবাক্তা অনা অয়েক তৌদনবা অশি-অনা লৈতনা নুংঙাইনা পাননব শা-লাল থোক্তনা ইংন পাননবা অদুগা কুম ফদুনা নোংজু ফদুনা মহয়-মরোং নীংথিনা পানদুনা চাবা থকপা ৱাত্তনবা লৈপাক্কীদমক লম তাইবনি । লম তাইব অসি নিংথৌনা লৈবাক নুংঙাইনবা তাইব অমা, খুল খুনন মখুল নুংঙাইনবা তাইব অমা অসুমনা অনী থোক্না লৈ । নিংথৌনা লৈবাক্কী তাইনবা লমতা থাগি অহানবা থাঙজগী য়াচঙবা মতমদা লৈকাই মরিগী লমতাইফমদা তাই । লৈকাই মরিগী লমতাইফমদি খুরাইগী খুরায়পুঙ, ৱাংখৈগী কোংব শৌদোমপুঙ, খ্বাইগী ৱাংথোনবী, অদুগ য়াইস্কুলগীনা ককৱা লমতাইপুঙনি । অদুগা মখুলগী তাইবন ইঙা থাদা তীনচা লাইচা অফবা নুমিৎ য়েংদুনা লমতাই । নিংথৌনা লৈবাক্কীদমক তাইব খুরুম্বা লাইনা খুনতা হানবা মী-লাই ৯বু খুরুমই । খুননা মখুনগী খুরুম্বনা খুল অদুদা হাননা তাবা মী, কোননা শিব মীদা শিন্নদুনা খুরুমই ।

লমতাইব হৌখিবগী মরমদা অসুমনা লৈ । মতম অমদা লৈবাক অসিদা লৈবা লাই ময়াম্না কুমতম্বগী মরমদ হয়চেৎ-হয়কায় নাইবগী ইৱাং অমা থোকখি । কৌব্রুন কুম তমবনা নোংজু নুংশা ফদুনা কুম ফবা, মহয় মরোং, ফদুনা চাব-থকপা ৱাৎতনা লৈবাক নুংঙাইনা পানবা, অদুগা থাংজিংনা তমলগা কুম কাংদুনা ইঙা কুমতমব ইঙেল কুমখাইব নাইরকতবনা অনা অয়েক কনবা, মীশি মীনা তোয়বা, শা-শল শিব, কুম ফত্তবনা ফৌ থোক্তবগী চাব থকপা ৱাৎপনা মী ৱানবদগী কুম তমবগী থবক অসি পামনরক্তে । মরম অদুনা লাই অহল কৌব্রুদ ৱাকৎতুনা লাই ময়াম খুনতিননখি । মদুদ লাইয়ামনা কৌব্রুন কুম তম্লগা কুম ফৈ, থাংজিংনা তমলগা কুমথি কুম কাংদুন মীশি মীনা থোকলে, চাব থকপা

ব্বাৎলে । মরম অদুনা কুমতমবগী থবক পামজদ্রে, তোকপিরো হায়খি। মদুদা কৌব্রুন হায়খি - ঐখোয়না কুম তমব অসি তাইবং মপুগী শিনথা ওইবনা তৌবনি । অদুনা ঐখোয়না মপুগী থৌদা অসি হেক তোকপা ঙমদে । অদুগা লাই ময়াম নখোয়সু কুপ্পী থাবী চুপ্পা অব্বাবা ময়াম অসি থাঙদুন লৈবা য়াদে, মাসি পৃম্নমক অসি কোক্লবা, কুমতমবসু কায়দনবা নঙগী নঙগী লমগী লাই তাইনরসি, অসুম তৌন লাই ময়াম লেপ্পখিব কৌব্রুগী য়াথং মতুংইন্না লম লমগী লাই তাইনবদগী লম তাইব অসি ঙসি ফাওবা চৎথরকপনি । ঐখোয় লম তাইবগী ব্বাদগী লৈবাক অসিদা থায়নদগী লৈবাক পুব নুপা অমা লৈব নৎত্রগা ময়াম তিনবদ ব্বাতেমনবা মকোক অমা লৈরম্মী, অদুগা মকোক অদুগী ব্বা মতুং ইননা থবক তৌরকঙ্গী হায়বা খঙবা ঙমই । অদুগা কৌব্রুগী ব্বাদগী মমাংঙৈদগী লৈরক্লবা লৈবাক অমগী চৎনবী অমবু হেক থুগাইদুনা অনৌবা অমা হেক হোংব য়াদে হায়বসু ফজনা উৎলি কবিগুম্বা কৌব্রু থাংজিং অনীনা তাইবঙ মপুগী থৌদা অসি তোক্লমলবদি লৈবাক অসি ঈশিং ফংদদুনা লৈকংলা ওইরম্বা অমা, নৎত্রগা ঈশিং থৃমদুনা মী তাব য়াদবা মফম অমা ওইরম্বা য়াই । কুম তমবগী থবক অসি তাইবঙ মপুন শীল্লকপা চহিগী নোং পুবা নুংশিৎ (মৌসুমী) গী মায়কৈ তাকপনি । মদু তোকপা তাবনি । কৌব্রুনা মহৌশাগী ওইবা খোঙচৎ থুগাইব ঙমলোইদব উদুনা তাইবঙ মপূগী থৌদা তোকপা ঙমদে হায়বনি । মরম অসিনা মীতৈগী চৎনবী অসি নৈনব য়াবা মখৈ নৈনদুনা মশক মুনন খঙলগা লেঙদন থনম্বনি ।

মীতৈগী থাবল চোংবী অসি লৈশেম্না লোইবদগী লৈরক্লবা চৎনবী অমনি। মসি ইচম চমনা য়েংলবদি লৈশাবী পাখংনা ঈরাং পামদুনা চোংব ওইন উই । কনাগুম্বা অমনা মরী মখোঙ থিরবদি ঈরাংগী থবক নত্তে, লৈশেমঙৈগী থবক ওইনা উগনি । থাবল চোংবী হাযবদি থাবল ফব অহিংদসু নুংঙাইবদগী নহা অহল পূন্দুনা শাননবদগী থাবল চোংবী কৌখিবনি । মসিন হৌখিবদি গুরুনা মচাঈবুংঙোশিংদ তাকপিখিবা নোংখোঙ তরেৎলক কোয়বা হায়বা অদুদগী হৌখিবনি । গুরুগী য়াথং মতুংইননা সনামহীনা কৈ তোংদুনা নোংখোঙ কোয়বা চৎখ্রে । মরক অসিদা মনাও কোনজিন তুথোকপনা মমা লৈমরেননা তাকপীব মতুং ইন্না গুরুগী ফানখোং ৭ লক কোয়রগা "পাখঙব" মিংথোল ফংদুনা গুরুগী মহুৎশিনন ফমবাল ফমখ্রে । সনামহীনা হলক্লুনা গুরুবু খুরুমগে তৌবদ

পাখঙবনা খামলে । মদুদগী সনামহীনা পাখঙবগী চরোয়মৈ হায়বদি ফম্বাল ফংবগী ফিরাল মৈ থারগা পাখঙববু হাৎকে তান্নরে । সনামহীনা পাখংববু তাননব অদু উবদা লাইবঙধৌ ৯ লাইনুরা ৭ না খুৎশম্নদুন সনামহি থৎখি । মখোয়না নীপা অমা, নুপী অমা খন্ন খন্ননা লীকলেংবগুম কোয়ন লৈরগা পাখঙববু ময়ায়দা থমখি । মদুম তৌনা লীক লেংবগুম পরেং শাদুনা চোংববু লীকশারি চোংবা কৌঈ । অদুদগী সনামহীন হেনজিল্লকলবদা পাখঙবনা য়েল ওন্দুন 'কে ক্রে কে' হায়না চেললে, সনামহীনা কৈ ওন্দুনা 'মোক মোক' হায়না তাননরে । মদুবু 'কেক্রেকে চোংব' কৌরে । অদুনা থাবল চোংবীন কৈ-য়েল য়াওনা চোংলগা 'কেক্রেকে চোংব' কৌঈ ।

হৌজিক্তি থাবল চোংবী য়াওশঙ মতমতদ চোংলে । মমাঙৈঙদদি চীনবী কানবী অনীমক্তা থাবল ফবদ চোংলম্মী । অয়ামব মীন য়াওশঙ মতমদা থাবল চোংবা উবদগী মসি মীরৈবাক্কী কুম্মৈ ওইনা খন্নব য়াওঈ । লমদা পুর্ণিমা নুমিৎ অসিদা মহাপ্রভু জন্ম, শ্রীকৃষ্ণগী দোল যাত্রা, অসামগী ভেড়াঘর, প্রহ্লাদগী মচল হোলিকা মৈ থাব অমসুং মীতৈগী পাখঙবগী চরোয় মৈ থাব থৌদোক ৫ অসি পূন্ন থোকঈ । মরম অসিনা থাবল চোংবীবু মীতৌ তন্না ওইন খনবনি । য়াওশঙগী তৌরিব থবক অসিনা মশক ফজন উৎলি । মীতৈগী য়াওশঙ হায়বা ৱা অসি অসামগী ভেড়াঘরদগী লাকপনি । থা মশক উবগা মৈ থাবগা শেল নিব, শেল দান তৌব মহাপ্রভু জন্মগী দাননি । য়াওশঙদা নুমিৎ ৫নি অবির তয়নবা পিচাকারী কাপ্লবা দোলযাত্রাগী কুম্মৈনি । য়াওশঙদ চরোয়মৈ থেংপা ফিরাল থাবনা পাখঙবগী চরোয়মৈ থাবনি । থাবল চোংবীন লাই পাখং লাইনুরানা সনামহীদগী পাখঙব কনখিবগী থবকনি । অদুগা হোলিকা মৈ থাবদি মীতৈগী মৈ থাবদ য়াওদে । মীতৈগী য়াওশঙদ হোলিকা মৈ থাবগুমনা মী মৈ থাবগী থবক য়াওদে ।

মমাংঙৈদা থাবল চোংবী অসি থানিল নুমিত্তগী নুমিৎ ৫নি চোংলম্মী। মদুদা অহল লম্মননা কুম্মৈ য়েংলগা মচা মশু ময়ামনা থাবল চোংঈ । মদুদ নীপা নুপী পুন্না চোংলবসু লীকশারি চোংবগুম নুপী নিপা খন্ননা লেংবদি তৌদে। মতম অদুদা চোংবদি ঈশৈ হনব য়াওদুনা ফজব ঈশৈ শকঈ । খোঙথাংন ঈপোম নাইতক তৌন মাঙ থাবা খোঙ চোংদুনা চৎলি । মতম অদুগী ঈশৈনা মীতৈ পুরানগী ৱারী, রাধাকৃষ্ণগী ৱারী, গৌরাঙ্গগী মরী লৈনবা ঈশৈনচিংব

শক্তুনা ঈথক ঈরাং য়াওদনা ইংনা চোংঈ । অদুগী মতুংদা খোঙ অনিমক খোঙথাং অনী অনীরক চোংদুনা খোঙজাউ হায়দুনা নিংথৌরোল শক্তুনা পূঙশেল য়াওনা চোংব হৌরে । মতম অদুদদি নুমিৎ ৫নি ১০নি মফম অমতদা চোংলগা অরোইবা নুমিত্তা থৱায় মি কোনবা য়াওখ্রে । মসিগী মতুংদা থাবল চোংবীদা ঈশৈ য়াওদ্রে, বেণ্ড পার্টিন শিন্দুনা বেণ্ড চোংবী কৌখ্রে । হৌজিক থাবল চোংবী লাংওন মাইক চোংবী ওইরি ।

অদুগা থাবল চোংবীগুম্বা ঔগ্রি হংকেল হায়বা অমসু লৈরি । মদু "থৌরিগী মশক ওইবা হংকেললে" হায়বদগী ঔগ্রি হংকেল হায়বনি । মীতৈ লোন্দা থৌরিবু ঔগ্রি কৌঈ । মসিনা হৌখিবনা সনামহীন শেম্বা শামতোন অয়াঙবদ পাখঙবনা চংদুন সনামহীনা শেম্বা পোৎ পুন্নমক নেৎথক্তুনা মাঙহললবদা লাইবঙথৌ ৯গা লাইনুরা ৭কা লাংগোয় চননা থৎলগা সনামহীন থৌরি থূদুন হং চললগা ফাখি । অদুদগী সনামহীনা শামতোন অয়াঙবগী মকোই ফোয়রে, মশা থৎলগা থৌরিগী হং থাখি । অদুবু থৌরী থারে, হংকেললে হায়বদগী ঔগ্রিহংকেল কৌখি । লাইবঙথৌ লাইনুরান লাংগোয় চনদুনা ফায় হায়বগী শামতোন অয়াঙববু লাংগোয়. সনামহিনা শাগোন্ননা ফাবগী শগোল কৌনখি । কনাগুম্বা পণ্ডিতনা ৱারী অসি নাকোইনন থম্বীরগা ঔগ্রি হংকেলবু শিবগী উগ্র অঙ্গহারদগী থোকপনি হায়না ইবিরকই মসিমক মৈতৈগী ৱাহৈ অমসুং চৎনবী মাঙনব ইবিরম্বনি ।

অদুগা ঔগ্রি হংকেলগা থাবল চোংবীগা অনি অসি মপানথোংদ অমত ওইন উরবসু মখোয়গী চোংব মচোং ফিরেপনচিংবদ য়েংলবদি য়াম্না খেন্নে। থবল চোংবীদ চোংনিঙবা মতমদা চোংব য়াই মাগী অককনব নিয়ম লৈতে । থাবল চোংবীদ য়াওনিঙবা মী য়াওবা য়াই, পায়নিংব মী পায়ব য়াই, নিপা নুপী মশিঙ মাননব মাননদবগী অকায়বা লৈতে । মী অমনা চোংলম্বদগী পোথাবা, তোকখিবদ থোইদোকপা অকায়বা লৈতে । মাঙোন্দা শকনিংবা ঈশৈ শকপ, ঈশৈ য়াওদন চোংবা য়াই । থাবল চোংবীগী মরু নোংখোঙ কোয়বনি । অদুগা ঔগ্রি হংকেনন মতম নুংঙাই হায়দুন চোংনিঙব মতমদা চোংবা য়াদে । মাদি অককনব নিয়ম অমগী মখাদা চোংবনি । মসিগী মরুদি সনামহীনা শামতোন অয়াঙবা ফাবদগী হৌখি । ঔগ্রি হংকেল চোংবদ থাবল চোংবীগী থবক অমতা য়াওদে । মসিদ য়াওদবা মীদি নুপা মশিঙ নুপী মশিঙ মাননগনি । নিপানা নাকল

নুপীনা নাকল অমদা লেপকনি । ঔগ্রি হংকেল চোংব হৌবদগী লোইব ফাওবা অয়াওব মী পূম্নমক পোৎথাবা, তৎপ, মরক্ত লেপ্পা য়াদে । মশা শোম্বা, মাংব, ফিমাং শেৎপ চাকমাং চাব মী য়াওবা য়াদে । মরম অসিনা ঔগ্রি হংকেল চোংবগা থাবল চোংবীগা অমতা ওইব য়াদে ।

ঔগ্রি চোংবদি চোংগদৌরিবা মফম অদুদা য়াওগদৌরিব মীনা লেংবদ কোননগদব অশাংব থৌরি অমা কোয়না থমগনি । থৌরি মচিল অনি অদু শম্নরগা মাইবীগী শরিক অমা য়ানগনি । মদুগী নাকল অমদা মাইবনা চিংদুনা নিপানা পায়গনি, নাকল অমদনা মাইবীন চিংদুন নুপীনা পায়রগা ঈশৈ হনবা, মাইবনা ময়ায়দ লৈদুনা ঈশৈ হললী । নীপা নুপী অনীমক ফীরোয় অশুবা শেৎলী । নুপীদি খ্বাঙজেৎ শেৎকনি । ঔগ্রি হংকেল চোংবগী মরম অনীনি । অমনা লাই হরাউবগী মশা ওইনা লাইরোই মতুংদা খুনজাউ লৈচাউনবা, অকায় অতোয় খোমজিননবা চোংব অমা, অদুগা লমহেন ৱারকনবা চোংব অমা, অনীনি । অহানবগী অসি চোংবদা খোঙ থিন্ন চোংব, খোঙনা লৈপাক্ত নৈন নৈন চোংবা য়াদে । ঈপোম নাইদন চোংগনি । অকোনবগী অসিনা খোঙজাউ চোংবগুম খোঙ থিন্দুনা নৈন নৈন চোংগনি । ঔগ্রি চোংবদা শরী লীৎপ শরী হনব য়াওঈ । শম্না হায়রবদা ঔগ্রি হংকেল চোংবদি লৈবাক ঙাকপগী মনুংচনবা লৈশেম্বদগী লৈবক্লবা থবক অমনি ।

অদুগা মীতৈগী লাই হরাউবা অসি মীতৈ পূম্নমক খঙনরবা চৎনবী অমনি । মসিদা মীতৈ জাতিগী লাইনিঙ লাইশোল তাইবঙ পানবা শেম্ব, অদুগা মীনচিংব শেমলগা কবম তৌনা চাওখৎলক্লুনা ঙসি লৈরিবা ফীভম অসি য়ৌরকপা পূম্ন মক উৎলি । লাই হরাউবগী মশাদা চাউরাক্লা শরূক অহুম থোক্লা খায়রি । অহানবদি ঈকৌব, অনীশুবদা লাইপৌ শাব, অকোনব অহুম শুবদা লাইরেল মথেক চৎপনচিংবা লৈ ।

অহানব ঈকৌবদা তাইবঙপানবা অসি লৈত্রিঙৈদা তাইবঙ মপুন কদায়দা করমনা লৈবগে হায়বা অদু অহানব ঈশিং লাৎলিবা খয়োমন তাকই । খয়োম অমগী মশাদা য়াওরিব পোৎতি য়েরূম অমা, য়েরূম নুংদ সনা লুপা কোনয়াই পু অমা, লাংখ্রে মতোন অহুম, চেঙ, লাতোন অহুম, পয়া অসিনি । য়েরূম অসিনা, তাইবঙপান অসিনা, তাইবঙপান অসি লৈত্রিঙৈ তাইবঙ মপুনা ঈশিং তরঙদা য়েরূমগুম ৱা ঙাঙদন তুম্বক তাশিনদুন লৈবা উৎলি । মনুংদ য়াওব

49676



সনা লুপা কোনয়াইনা তাইবঙ মপুগী মশাদা তাইবঙপান শনদোকনবা নুপী নুপা অনিনা পূন্ন থুপ্পুনা লৈব তাকই । অদুগা লাংথ্রে মতোল অহুমনা য়েক্নমদ থেৎপনা তাইবঙ মপুনা লৈশেম্ব, লৈঙাকপ, লৈতাকপ অহুম অসিবু লৈগুমনা থেৎতুনা থমই হায়বদি, মহাক্কীনি হায়বা তাকলি । চেঙন তাইবঙপান পূন্নমক্কী থৱায় মাঙোন্দা লৈ, অমসুং মহাক্না লৈব মফমদা মনিঙনি মশিঙ নাইদব তাইবঙ পান কয়ান কোয়না লৈব উৎলি । লারোল অহুমনা য়োম্বনা তাইবঙ মপু অসি হৌখ্রব, ওইরিব, ওইরক্কদবা মতম অহুম্মা য়োমদুন লৈ হায়বা তাকপনি। খয়োম পুল্লিব পায়ানা মহাক্না শেম্ব তাইবঙ পানবা পূন্নমক করিগুম্বা শক্তি অমগ অমগা পুনদুন থম্ব খঙহর্ললি । খয়োম হায়বা ৱাহৈ অসি খয়োম হায়বদি অতিংঙান যোম্বা হায়বনি । অদুগা তাইবঙ মপুন শেম্ব তাইবঙপান মওঙ করম তৌব, করম্না শেম্বা হায়বনচিংবা অদু ঈশাইফু হিরীলংনচিংবনা তাকই । অহানবদা তাইবঙমপুনা ঈশিংদা লৈরমই হায়বনা ঈশাইফুনা তাকই । অদুগা অনীশুবা লাইপৌগী মতাংদ তাইবঙপানদ লৈরিব মী, শা, ঙা অমসুং উ-ৱানচিংবা অসি করম্না শেম্নকপগে হায়বা অদুন হোইবৌ হয়া লাউবনা তাকঈ । মীতৈগী জগোইনা কনানা হৌদোকতুনা করম্না শনদোকখিবা হায়বনা অনোয়রোল শকপন উৎলি । মীওইবনা ঈ মতমদগী করম্না মী ওইরকপা অদু মখোয়না করম্না পান্দুনা চাওখৎলকপগী ৱান লাইপৌ খুৎথেকপনা উৎলি । তশুব লাইরেল মথেক-না পৃথিবী অসি কনান করম্না ফাদুন লেঙদন লৈব অদু উৎলি । চোঙখোঙ লীৎপন মায়কৈ লেপ্পগী ৱা তাকলি ।

মীতৈনা হোইরৌন ইপানি, হয়া-না ইমানি হায়না নিঙই । মদুদি গুরুগী পীপুকনুংদগী থৱায় পানব পূন্নমক হোইদোক্তুনা লাওবগী গুরুবু হোইরৌ, গুরুদগী হোইদোক্ককলিবা হয়া পুন্নমক য়াদুন লওই হায়বগী লৈমরেনবু হয়া কৌই । মসিনা মীতৈনা মমা মপাবু লাই ওইনা নিংব উৎলি । হোইরৌ হয়াবু ইপা ইমা হায়বদি ইপা মশক ওইনা তাইবঙ পানববু কোনবিরিবা অতিয়াদগী তারকপা লেঙলি পাল্লিবা পূন্নমক্কি মরূ ওইরব নোং লীক্লানচিংব পূন্নমক ইমাগী মশক ওইবী লৈপাক লৈম লৈমরেলনা যাদুনা মী শানচিংবা পোকপবু তাকপনি। মরম অসিন মীতৈন মমা মপা ওইন লৈপাক নোংথৌ অনীবু লৈশেমঙদগী ঙসি ফাওব নিংজবা অদু হোইরৌ হয়া-না তাকলি । লাইপৌ খুৎথেক্ত মী পোকপ, শাব, পাম য়ানব, য়ুম শাবা, ফি শাবনচিংব মথং মথং উৎপনা মীওইবনা করম্ন

তাইবঙ পানদ চাওখৎলক্লুন ঙসিগী ফীভম অসি য়ৌরকপা হায়ব অদু উৎলি । মখোয়না য়ুম শাব, ফি শাব লোইরগ লাইদ কৎপনা মীতৈন লাইদা কৎতব পোৎ শীজিন্নদে হায়বা উৎলি । অসুম তৌন লাই হরাউবদ মীওইবনা লৈশেম্বদগী হৌন ঙসি ফাওবগী মীওইবগী লমচৎ লাইনিঙ লাইশোল তাক্লি ।

অদুগা মীতৈগী চৎনবী মনুংদ ক্বাক তানবা চহীগি তৌদব য়াদ্রব থবক্লি । মসি ক্বাক্লা পাইখিব মায়কৈ য়েংদুনা কুম অদুগী অফ ফত্তব খুদম খঙনবা থবকনি । মৈতেঙঙু গরিবনিৱাজ মহারাজনা রামায়েত ধর্ম্ম চৎলবদ মীতৈগী ক্বাক তানব অমসুং উকায় কাপ্প অসি মুৎথৎলগা দেবী পূজা তৌদুনা বিজয়া দশমী নুমিত্ত রাবণ হাৎপগী মতৌ তমদুনা রাবণ কাপ্পদ ওম্থোকলমই । অদুগী মতুংদ রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রন পাল্লবদা মীতৈগী চৎনবীসু মাঙদনব, মবুধৌ ইবুংঙোগী থবকসু কায়দনবা ক্বাক তানববু ক্বাক যাত্রা হায়ন মপুঙ ওইন থমলগা উকায় কাপ্পগী মহুত্তা বিজয়া দশমীগী রাবণ কাপ্পদ ওম্থোক্লুনা মীতৈগী চৎনবীদ বিজয়া দশমীগী থবকপু ক্বাক যাত্রা হায়ন থনমই ।

ক্বাক তানবগী মরুওইব থবক্তি ক্বাক তানথোক্লগা মানা পাইখিবা মায়কৈ মতুংইনন কুম অদুগী অফব ফত্তব য়েংবনি । মসি মেরাগী নোংম পানবদ চাউরেল হৌরগা মাগী তৌগদব থবক হৌই । মসিদ কনাগুম্বনা দেবী পূজাগী থৌরমগা মাননৈ, হিন্দু দেবী পূজাগী থবক ওইন খন্নব য়াওই । তৌইগুম্বসুং মদুদি নত্তে, দেবী পূজাগী থৌরমদা চাউরেল হৌবগী ৱা লৈতে । চাউরেল হৌব হায়বা অসি কুম অমগী প্রজানা নিংথৌদা পোৎ কৎপ হৌব নুমিৎনি । নুমিৎ অসিদগী চীং-তম প্রজা তিনব হৌবন তরানি পানবদা মান মান কৎকদবা পোৎ কৎলগা জগোই তান্নদুনা কুম্মৈ তৌই । নিংথৌনা মনা পীব য়াব মীদা মনা পী । অদুগা চাউরেল হৌবা নুমিৎতগী কুম অদুগা পক্লব মফম চিঙঙা, নোংমৈবুঙ, লালমবুঙ মফম অসিগী অমদা ঙাখা ঙাচিং কবোক অফাবনচিংব চাইদুন শা শল চঙহন্দনা ক্বাক থেমগৎলী । মাদুম তৌন থেমগৎপ অদুনা তরানি পানব নুমিৎ অসিদা নিংথৌনচিংব লৈবাক তিনব য়াব মফমদ চৎতুনা জগোইনচিংব কুম্মৈ অদু তৌরগা ক্বাক তাললী । মদুদা উকায় কাপ্তুনা খুৎ চুম্ব তান্নহল্লী, থাঙ তাগী কুম্মৈ তৌই, অদুগা লম লমগী মীন জগোই শাই, কুমগী থোক্লগদবা ক্বাকপাউ তাই । অদুগা কুম্মৈ তৌরিঙৈ অসিদ লাম্মী য়াইরেকশঙগী ফমনাইবন ক্বাক থাকফমদ চৎতুনা ক্বাক তানখাইরগা মানা পাইখিব মাইকৈ য়েংলগা কুম অদুগী

অফ-ফত্ত ৱারম নিংথৌদা অমসুং তিললিব লৈবাক পুন্নমক্তা পাউ তমই। উকায় কাপ্পসু মাঙোন্দ পানব মফম য়েংলগা কুম অদুগী থোক্লগদব খুদম য়েংবনি।

ক্লাক নুমিৎ অসি মণিপুরগী লেমজনফম ওইবনা নিংথৌগী মনাই অঙম অথৌনা নিংথৌন পীবা মনা মথিল সেত্তুনা তান্নবগুম শগোলদ দোলাইদ তোংদুনা চৎনবনি। নুমিৎ অসিদা মণিপুরগী চহী অমগী তৌগদব থবক তৌবা অদুগ কুম অদুগী অফব ফত্তবা খুদম য়েংবা অচৌবা নুমিৎ অমনি। মরম অদুনা ফম্নাইবা অকন অথৌত নত্তন মীচম ফাওবনা খুদম অদুগী অফ ফত্ত পাউ তানিংবন অমসুং কুম্মৈ য়েংনিঙবন সনা কোনুংদগী ক্লাকশঙ ফাওব য়ৌব ফাওবদ ফিঙৌ ফৌবগুম নিংথৌন লেঙথোকপ ঙাইরগা ক্লাকশঙ ফাওব থৌগল তৌদুনা চৎলী। মসি প্রজানা পেঞ্জব ক্লাকতানবগী ফজব কুম্মৈ অমনি।

নিংথৌন নুমিৎ অসিদা লেমজবন শঙ্গাইদগী লেঙথোকত্রিঙৈদা অঙম অথৌ ফমনাইবা পুন্নমক লুপা তা থোঙদা থৌগলগী ঙাইদুন লৈবগা ফমদৌ নিংথৌনা পুথোকত্তুন শঙ্গাই মনুংদগী ''সনরেম্বী থোরকলো, নহুম পোনজেল শাবিগে'' হায়ন শক্লগা খুবাক খুন খুন নিংথৌগা মায়োকননা তুংহনন লাকলগা লুপা তা থোঙদগী শামুদা লেঙখত্তুনা লেঙথোক্লকপ হেক উবদ তিললিব মী পুন্নমক চপ মান্ননা খুরুমই। অদুদগী সিফাই পরেংনা মাঙদ থা, শগোল শামু পবেংন মথং চৎ, চোঙ পে লোয়নব ফমনাইবনা পরেং শান থৌগল তৌ, নিংথৌগী হৌনবা থৌগলগী চোঙ পে ফিরালগী মতুংদা শামু তাইপোৎ মথক্তা সোবাবেলগী মতৌগুম নিংথৌনা লেঙলগা মতুংদ থৌগলগী লময়িন পেনা খোং মোইবুঙ খোঞ্জেল হৌনা খোং অশৈবগী কাঙলুপনা নুংশিব খোঞ্জেন নুংশিব লময়িল ঈশৈ শকতুনা নিঙথীব শামুগী শাজৎন ক্লাক শঙ তানন লেঙবনা ক্লাক তানবগী নিঙথীব নিংথৌন লেমজবা অচৌব কুম্মৈনি। ক্লাকশঙ য়ৌরে, খুদাদ নিংথৌ লেঙশিনবগা লৈকাইনা অথেনপোৎ কৎলগ উকায় কাপ্পগী থবক হৌই। মতম অদুদা লাম্খী শঙন কাক্কী খুদম য়েংব চৎলুরগা ক্লাকপাউ তমই, উকায় কাপ্পগী পাউ তম্লগা অপানব মীদা মনা পী। অদুগী মতুংদ নিংথৌন হল্লক্লগা পাখংব নোংশাব য়ুমজাউ লাইরেম্মদা পাউ তম্লগা লোই।

অদুগা মীতৈগী পানা হিয়াঙ মণিপুর পুন্নমক্কী ওইবা অচৌব থবক অমনি। মসি লাংবল থাদা থোকপন লাংবল হিয়াঙসু হায়নৈ। হিয়াঙ নমিৎ মরীনি

তান্নে । অহৌবা নুমিৎত্তা লু, নাউ তাবা হায়দুন ঈঙৌ ঈমুন তান্নে । হি তোংবা মীদি নিংথৌন তোংহননিংব মনাই অনিবু তোংহললি । লু নাউ তাব নুমিৎ অসিদি নিংথৌ য়াওদে । ঈঙৌ হায়বনা তুরেল মপাল তাবা খুননি, ঈমুন পাৎ মপাল তাবা খুন কৌঈ । অদুগা নিনি চনবা নুমিত্তা খাবম লাইফম, হুমনি চনবা নুমিতা নহারূপ অহল্লুপ পানা মরিগী হিয়াঙনি । পানাগী হিয়াঙ তাননবা নুমিৎ নিনি অসিদি হি মরি হোল্লি । হিয়াঙ হিরেল অনিদা নিংথৌ বিষ্ণু অনিনা তোংলগা তান্নহি অনিদা পানাগী হিয়াঙ তোংব অনিনা তোংই । তান্নহি অনিনা মাঙ থারগ নিংথৌ বিষ্ণুগী হিরেননা তুংদ তান্নরকই । হিরেল অনিনা মমাঙদা চিঙলাই, মতুংদ মী মকোকন মশম মনা ঈফা ফানা ঈমায় থক্তা চিংলগা হি মরিন তুংথ মাঙথ লাকপদি মশা পানব চাউরব লাইরেল অনিবু চিঙলাই অনিনা তান্নরকপগুম উবদ পূক্লিংদা অকিব পোকই, ফজবদ তু চুংই । হি মরিগী ফজব উবদা নাক-য়েত্ত লৈবা মীগী ঈরাংন নোংমদোন থনন নিনখি । খোঙবাল চেনব কাঙবুনা মখোয়গী হিবু থোইহননিংবগী ময়াইন অশি অনা য়েংদনা হি মতুং ইন্নবি । হিনা হিথুংফম য়ৌবদা অথোইব হিগী হিরোয়ন নৌ থাঙ্গৎলকপদা নুংঙাইবগী ৱা লাউব খোনজেনন মায়কৈ মরি পুমনিন নিনলি। মরিনিশুবা নুমিৎত হিদাক ফানব পোৎ শঙব পানাখুমৈ অনিগী হিয়াঙনি । নুমিৎ অসিসু নিংথৌ বিষ্ণু অনি হিয়াঙ য়াওই, তৌইগুমসুং নিঙথম শেৎতে, লোললৈ চিনদে, অচমব ফিংঙ্গী থোন্দুন তি তোংই ।

হিয়াঙ হিরেলগী হিদ হাপলিবা শজি মকোক অসি লুৱাং পুদাংকোয় খুৎকোইবগী মকোক্লি । মনাও ঈবুংঙো হোঙনেম লুৱাং নিংথৌ পুনসিবন, মহাকন চৎপদা ময়াম্বনা মমাঙ থানা চৎপগী ৱাখন্দ হিরুদ খিনদুনা থমবদগী হাপখিবনি । অদুগা হিনাউদা হাপলিব মী মকোক অসিগী মরমদা ৱারী অনি থোক্লা লৈ - অমনা মৈতেঙঙু খাগেম্বনা নিংথৌ অখুব ওইবিঙৈদা শুগ্নুদ হিরালতমব চৎপদা মখৌবোক্ত লাললুমলমবা মখাউ খুল্লাকপগী মকোক ককতুন হিনাউদ খিল্লগা পুবকপদগী হাপখিবনি । অদুগা অমনা খুমন নিংথৌ মচা নুপী হাৎখিবগী লম্মল শিংনব মৈতেঙঙু থৱান থাববু হাৎনব শিন্নদুনা হৈরেম খুনজাল লাল পাংবিনব কৌরগা মহাকপু হাৎনব লানলম শিল্লিবা অদু খঙলক্তুন লমখাঙদগী হললকপদা খুমন ক্লাকপা অথৌবগী মকোক কক্তুনা হিনাউদ খিনদুন পুবকই । মদুদগী ঙসি ফাওবা হাপখিবনি । অসুন্না ৱারী অনি লৈ । মসিদা খুমন ক্লাকপা

হাৎপগী ৱাদি থৱান থাব হিরান-বদ ফংই ।

পানা হিয়াঙ তান্নব লোইরগা কাঙজেবুঙ চত্তুনা মুক্লা, কাঙজৈ, লমজেলগী কুম্মৈ তৌই । হিয়াঙদগী হনবদা হিরোয় ময়াম্না মখোয়গী হিতোংবা মীগী মমাঙদা হিজল হিরাউ শত্তুন থিল্লী । মুক্লা, কাঙজৈ লমজেল অসি মাগী মাগী পানা মনুংদগী অকম্বা, অথৌব, লমজেল য়াঙব মী পুথোকনদুনা অহেনব তান্নবনি । মদুদা অহেনব মীদা নিংথৌনা লৈবাক মমাঙদ মতিক চাব মনা পীদুনা মথৌনা মরিংজেল থৌগৎপী । অসুম তৌনা মীতৈগী চৎনবীগী মনুংদা হিয়াঙ অসিন মথং মথং কায়দনা লাকপন সার চুড়াচান্দ মহারাজ সনা হাকথক ফাওব লৈরমই । অদুদগী মচা ইবুংঙো বোধচন্দ্র মহারাজ সনা হাকথক্তা অসাম গবর্ণর অকবর হায়দরিগী মমাংদ উৎপদগী মহাক্লা লৈখিদবগ লোয়ননা মীতৈগী হিয়াংসু লৈখিদ্রে ।

অদুগা মীতৈগী চৎনবগী মরক্ত পৃথিবী ফাওখ্রব শগোল কাঙজৈ অসি লাই হাকথক্তগী লৈরকপগী ৱা কাঙজেরোল হায়ব মীতৈগী লাইরিক্তা ইরি । মদুদা কাঙজৈরোয় ওইদুনা শানখিবদি থাংজিং, মারজিং নচিংব লাই ১৪ন শান্নখি। অদুগা লাই হরাউবদা সোরারেলগী মচা খোরীফাবনা কাঙজৈ শান্নব যাওরি । মসিদা খল্লিবদি শগোল কাঙজৈ মণিপুরনা হৌদোকপনি হায়ব চুমই। অমনা বৃটিশনা The Origin of Polo হায়ব অমদা শগোল কাঙজৈ হৌরকপদি মণিপুরনি হায়রি । মসি পৃথিবীগী অচৌ অচৌবা সহর পুম্নমক্ত খঙনখ্রবা ৱানি। কনা কনাগুম্ব জাতিনা শগোল কাঙজৈদি মখোয়গীনি হায়দুনা ইনসাইক্লোপেডিয়ানচিংবদা ইরি । অদুবু মদুগী মতিক চাব প্রমান পীদুনা বৃটিশকি ৱা অসি ককপদি ঙমদ্রি । মীতৈগী শগোল কাঙজৈদ মী তবেৎনা মীচঙ অমা ওই । কাঙজৈ পুঙগী ময়ুং মফৈ ঙমখৈ লৈ । কাঙজৈ হৌবদ নীপা অমনা কাঙজৈ পায়ব নীপা অনীগী মরক্তা হনতে ৱাংন হুল্লগ শান্নবা হৌই । পাঞ্জল চনবদি মান মান য়ৈব মায়কৈগী ময়ুং লানথোকপদা চল্লি । করিগুম্ব মফৈদা হেনব, নক্তগ মায়কৈ অদুগী মীনা অমসুং মীগী মীনা য়ৈবদা ময়ুং হেনখ্রবসু লাম্বা কৌই । অদু ওইরবদি পাঞ্জল লৌদ্রে । অদুগ বৃটিশনা শানব কাঙজৈনা পোষ্ট অনীগী মরক্ত পাঞ্জল চল্লি । কাঙজৈরোয়ন মী মরি মরিনা ওই । কাঙজৈগী নিয়মদা শগোলনা কাঙদ্রুম তান্নরকপা মতমদা কনাগুম্ব অমনা কাঙদ্রুম অমন ফৈন তৃবৎ থত্তব যাদে । কাঙজৈ হাইবদা মীগী শগোল মমাঙদা হাইব

য়াদে । কাঙভ্রুম মুন্নবদা কাঙজৈরোয় মশেল মথক্ত ইন্নব, কাঙভ্রুম ওক্নুনা থোন্ব য়াই । পানা কাঙজৈদা কাঙজৈরোয় কোয়েৎ য়েৎলী, খদাঙচেং লাকই । মচুদি পানাগী মতুং ইল্লী ।

শগোল কাঙজৈ হৈব নীপা অমনা কাঙজৈ হৈ হায়দুনা পানা কাঙজৈ হেক য়াওব য়াদে । পানা কাঙজৈ য়াওব তারবদি মহাক্কী পানাগী ময়ান্বশিংনা নিংথৌদা হঙ্গৎপিরগা য়াবিরবদি য়াম্না কন্না হুল্লগা য়াওগদবনি । মতৌ অসুম্না কন্ন হুনদুনা কাঙজৈরোয় ওইখ্রবা মী অদুদি মতুংদা কন্না হুল্লকপা অমসুং পানা কাঙজৈদা য়েনব পোৎ পুম্নমক শান্নবদা য়াওদ্রবসু মহাক্কী শরুক থুংই । মসিনা পানা কাঙজৈরোয় ওইবগী নিয়মনি ।

শগোল কাঙজৈদা থৎলিবা মথন্ত, মিৎয়েং খুৎহাই, শগোল তোংবদ হৈ-শিংব, শগোলনা অতোংব মীগী পৃক্লিঙ খঙলিব অসিনা তাকপদি শগোল তোংব য়াম্না হৈরব, শগোলগী মরিল থেক্ল তৌনিংবত তৌব ঙমলবা অদুগ শগোলবু মতিক চানা তমবিদুনা চৈ হাইব, ইন্নব পুম্নমক্তা কিহনদ্রবা মতুংদ হৌদোকপগী খুদমনি । মসিনা তাকপদি মীসু শগোলসু লালগী ইন্ন-কাওনব, য়াম্না থিন্নব, শারী শারা পুম্নমক খঙলব মতুংদা শগোল কাঙজৈ অসি নুংঙাইনব অমসুং লানদ মতিক চাব শগোল তোংবা লাম্মী শেম্না খুদোং চানব হৌদোকপগী মওঙনি । মখোয়না শগোল কাঙজৈদা তৌরিব থবক অসিনা মখোয অসি শগোল তোংব মতিক চাব, শগোল তোংবদা হৈ-শিংব জাতি অর্মান হায়ব উৎলী । অসিগী মথক্তা মখোয়না শগোল মথক্তা লাল তান্নদুন য়েক্রবগী তেঙ্গোল চাইথায়বদা অদুগ মথৱায় হিংনব চেনবদা আরামবাই হায়ব খুৎলাইদু শীজিন্নবদা হৈ-শিংব অসিনসু মখোয়বু মতিক চাব লাম্মীনি হায়বা উৎলি । মীতৈগী ৱাঙাঙ থৌদোক খুদিঙদা চৎনবীগি ৱা চঙদব লৈতে । মরমদি সাহিত্যদি সমাজগী মিংশেলনি, অদুগা মীওইবা হায়ব অসিনা মীতৌ তমবতন চাওখৎতুন সমাজ শেমদুনা পাললকপনি । অসুম তৌন মীওইবগী সমাজনা চাওখৎলকপ, ওল্লকপ মতুংইননা সাহিত্যসু ওল্লি, চাওখৎলকপা, ওল্লকপ মতুংইনন সাহিত্যসু ওল্লি, চাওখৎলী । সাহিত্যনা অঙক অঙকপা ৱাখলগী ঈচেন্না ঈফাং নাইনা চেনব মীওইব সমাজগী ফিভম লেপ্তবগুম সাহিত্যসু নৈনবদা ঙমখৈ লেপ্লা ঙমদে ।

সাহিত্য নৈনবদ ফাওরব পণ্ডিতশিংনসু সাহিত্যগী মরমদা মান মান পুনিংব মায়কৈদা পুরম্মী । ভরত মুণি, আচর্য্য বিশ্বনাথন সাহিত্যগি মথৱায়দি ‘‘বাক্যং রসাত্মকং কাব্যং’’ হায় ? দণ্ডি, ভামা, কেশব দাশন অলঙ্কারন সাহিত্যগী আত্মানি হায় । কাব্য প্রকাশ ইব মম্মটাচ্যান ‘তদদোষৌ শব্দার্থৌ সগুনাবনলাকৃতে, পূন: ক্বাপি’’ হায়দুনা দোষ লৈতব গুণ অমসুং অলঙ্কার য়াওব ৱাহৈ পরেংবু কাব্য কৌই হায় । রসগঙ্গাধর ইব জগন্নাথন ‘‘রমনীয়ার্থ প্রতিপাদক ঃ শব্দ ঃ কাব্যম’’ হায়ন পুই । কনানা ধ্বনিনা সাহিত্যগী আত্মানি হায় । কনা অমনা ‘সত্যম শিবম সুন্দরম’ হায় । সাহিত্যগী মরমদ রস ১০ লৈ । রস শুন য়াওরগা মহাকাব্য, রস ১০ শুদবন খণ্ডকাব্য কৌই । অদুনদি মথক্ত হায়জখ্রিব চৎনবীশিং অসিদসু রস অমা, নৎত্রগ অনিদি শোয়দনা য়াওফম থোকই । ভারত মুণি, বিশ্বনাথ অনিনা হায়রিবা অসি রস শুন য়াওবগি ৱা নত্তে, রস অমদি য়াওদব যাদে হাইবনি । ‘সত্যম শিবম সুন্দরম’ হায়বন অচুম্বা ওইগদবনি য়াইফনব অমদি ফজব ৱারেং ওইগদবনি হায়বনি । মরম অসিনা মীওইবনা ঙাঙন-শানবদ য়াওরিব ৱাহৈ ৱাতা পূম্নমক অসি সাহিত্য ঙাক্তনি । সাহিত্যনা সমাজগী মিংশেল ওইবনা চৎনবি পূম্নমক অসি সমাজগী মশক তাকপা ৱা ঙাক্তনি । অদুনা মথক্কি হায়জখিব চৎনবীশিং অসি সাহিত্য ঙাক্তনি। মখোয়গী মনুংদ করুণ, রৌদ্র, বীব ভয়ানকনচিংব রস য়াওরি । খুদম ওইনা শরোই খাঙবদ লাইরেম্ম ৭না লৈবাককি ফনব তৌবিরম্বা অসি বাসল্য রসনি । থাবল চোংবীগি ৱাদ সনামহীনা নোংখোঙ কোয়বা বীব রসনি, মমান মনাওদ গুরুগী ফানখোঙ কোয়নব তাকপিবা বাসল্য রসনি । সনামহীনা হললকপদা পাখংবনা ফমবাল ফম্নম্ব উবদা হাৎকে তৌবা রৌদ্র রসনি । পাখঙবনা সনামহীনা তানবদা য়েন ওন্দুন চেম্বা ভয়ানক রসনি । অসুম তৌনা মথক্কি চৎনবীগি ৱারিশিং অসিদা রস ১০গী অমা নৎত্রগ অমা য়াওরি । অদুগা চৎনবীন ঙসি ফাওব চৎথরকলিবা অসিসু সত্য ওইব, শিব ওইব, অমসুং সুন্দর ওইবনা লেঙদনা চৎথরকপনি ॥ ||*||

# মণিপুরী অমসুং য়ুমথংনবা লৈবাকশিংগা লৈনরম্বা কলচরগী মরী

## ১. ভৌগলিক অবস্থা ঃ

মহৌশাগী ভোগলিক অবস্থানা মণিপুর অসি ভারত অমসুং খা-নোংপোক এসিয়া অমসুং খাথংবা চাইনাগী মরক্ত লৈবা অচৌবা কোনথোংনি । ইতিহাসতা য়েংলুরবদি, মণিপুর অসি সমদ্রু ময়ায়দা লৈবা দ্বীপ অমগুম্না মতোমতা লৈরমদে। খাথংবা এসিয়া, ময়ায় ওইবা এসিয়া, খাথংবা চাইনা অমসুং খা-নোংপোক এসিয়াদা লৈরম্বা কাংলুপশিংগী লোল, ঈ-মরী, সংস্কৃতি, য়ুমলৈ-কৈরৈ, চাকচা-য়ুথক, সমাজগী নকশিল্লকপদা মণিপুরগা য়াম্না চেৎপা মরী লৈনবদি, নোংপোক অমসুং অৱাং নোংপোক ভারতকী থাইনদি নীং-খা তমলম্বা, হৌজিক্তা বাংলাদেশ নত্তনা ভারতকী রাজ্য ওইরিবা লমশিং নোংচুপ বেঙ্গল, অসাম, ত্রিপুরা, কছার, নাগালেন্দ অমসুং মিজোরামনি । নোংপোকলোমদনা, বর্মাগী মনুংদা লৈবা ষ্টেটশিং পোং অমদি কবো হায়ন খণ্ডনবা সানশিং, কাচিন অমসুং চিনশিং, চাইনাগী য়ুনান প্রদেশতা লৈবা কাংলুপশিং অমসুং থাইলেন্দগী থাইশিংনি ।

## ২. মী কাংলুপশিং :

মণিপুর অসি খা-নোংপোক এসিয়াগী ইকোন-সিষ্টেমগী শরুক অমনি। ইতিহাসকী শাংলবা মতমদা খাথংবা এসিয়া, ময়ায়থংবা এসিয়া, খাথংবা চাইনা অমসুং খা-নোংপোক এসিয়াদগী তোঙান তোঙানবা মী কাংলুপশিং মণিপুর ফাওনা চৎখিবা খুদম লৈ অমদি মখোয় খরনা মণিপুরগী চীং অমসুং তম্পাক্তা খুন্দাদুনা লৈখি । মরু ওইনা মণিপুর তম্পাক্তা জাৎ য়াম্না তোৎন-তিন্নদুনা খুন্দাখি । অদুন হৌজিক মণিপুরদ লৈরিবা জাতিশিংগী মরক্তা মরুওইবা কাংলুপতি তম্পাক্তা লৈরিবা মৈতৈশিংনা নোংচুপ্তা, অৱাং অমসুং নোংপোকথংবা চীংদা খুন্দারিব চীংমীশিং হৌজিক্তা নাগা হায়না পুন্না খংনরিবা কাংলুপশিং অমসুং খাথংবা চীংদা খুন্দারিবা কুকি-চিনগী চীংমীশিংনি । হৌখিবা চহি ২।৩ গী মনুংদ ভারততগী খুন্দারকপশিংসু ইম্ফাল তম্পাক্তা লৈরি ।

মী কাংলুপশিং অসি অয়াম্বদি খাথংবা মোঙ্গোলোইদ গ্রুপকী টিবেতো-বর্মন কাংবুনি । (মখোয়শিংদুদি মৈতৈ, নাগা অমসুং কুকি-চিননি) মৈতৈশিংগী মরক্তা কাংলুপ অহুম থোকই - মৈতৈ অরিবা, নোংপোক হারম, নোংচুপ হারম । মৈতৈ অরিব অমসুং নোংপোক হারমশিংনা তিবেতো-বর্মনননা অয়াম্বা ওইরবসু টাই লোন লোনবা কবো অমসুং পোং কাংবুসু য়াওই । নোংচুপ হারমশিংদি আর্য্যশিংনি অদুবু মখোয়গী মরক্তা টিবেতো-বর্মন লোনবা বোড়োশিংসু য়াওখি । বামোনশিংদি অর্য্যশিংগী মচা-মশুশিংনি । মুস্লিমশিংনা ইন্দো-আরিয়ান লোন লোনব কাংলুপ ওইরবসু মণিপুরদা লৈবা মতমদদি মৈতৈলোন লোনবা মৈতৈ পাঙন নত্রগা মণিপুরী মুসলিম ওইরে ।

৩. **মেথোদোলোজী (নৈনবা পথাপ) :**

অ) য়ুমলোন্নবা লৈবাকশিংগা লৈনবা কলচরগী মরী নৈনবদা অহানবদা মণিপুরগী তোঙান তোঙানবা কাংলুপশিংগা লৈনরিবা মরীদা নৈনবা য়াই ।

(ক) নাগা কাংলুপকী জাতিশিংগা নাগালেন্দ, অসাম অমসুং বরমাদা লৈবা নাগা কাংলুপকা লৈনবা মরী ।

(খ) কুকি-চিন কাংলুপকী জাতিশিংগা, মিজোরাম, অসাম অমসুং ববমাগী চিনহিলসতা লৈবা কুকি-চিন মিজো কাংলুপতা লৈনরিবা মরী ।

(গ) তম্পাক্তা তারিবা মৈতৈশিংগা - অসাম, বাংলাদেশ, ত্রিপুরা, নোংচুপ বঙ্গদা লৈবা মৈতৈশিং অমসুং বরমা অমসুং থাইলেন দা লৈরিবা টাই কাংলুপশিং মরুওইন, কবো, পোং (মাউশান), বর্মা অমসুং থাইশিংগা লৈনবা মরী ।

আ) অনীশুবদা কলচরগী মরী নৈনবদা - মেতরিয়েল কলচর অমসুং নন-মেতরিয়েল কলচর অনীগী মরীদু য়েংশিনগদবনি । অদুনা কলচরগী মরী নৈনবদা মখাগী ৱাফমশিং য়াওগনি -

(ক) হৌরকফম অমসুং খুন্দা লৈতারকপগী মরী মখোং ।

(খ) রাজনীতি অমদি লল্লোন-ইতিককী মরী ।

(গ) সমাজগী তোঙান তোঙানবা মশা-মরেংদা মান্নবা মওং থিবা, মরুওইনা চারৌ মৌরৌনবা ।

(ঘ) ধর্ম্মগী মরী, লাইফমশিংদা তীর্থ চৎপা ।

(ঙ) কলা বিদ্যা, জগোয়-ঈশৈ, ফিরোল, চাকচা-য়ুথক, শিজিন্নরিবা খুৎজু খুৎলাই, য়ুমলৈ-কৈরৈ, য়ুমশা-লোনশা মান্নবা থিদোকপা।

(চ) লোল অমসুং সাহিত্যগী মরী অমগা অমগা মপান তাংবা অমসুং ইনফ্লুয়েন্স তৌবা ।

ই) অহুমশুবদা নৈনবা মওং অসি অহুম থোকপা য়াই -

(ক) ইতিহাসকী মওংদা নৈনবা ।

(খ) সোসিওলোজিকেল অমসুং এন্থ্রোপোলোজিকেল (ফোকলোব য়াওব) মওংদা নৈনব ।

(গ) সাহিত্য (লিতরেরী) মওংদা নৈনবা

অদুবু মওং অহুমসি পুল্লপ শিজিন্নবা মেথদনা মপুংফাবা ওইগনি খল্লি ।

৪. মণিপুর অমসুং ময়ায়থংবা অমদি খা-নোংপোক এসিয়া ঃ

১) খা-নোংপোক চাইনা অমদি নোপোকথংবা তিবেতকী তিবেতো-বর্মন খুনথোকলকই, মতম খৃ: মমাং ১০০০দনি । নপাচিক্ত ফংবা অনৌবা য়ুগকী খুৎশু খুৎলায় অমদি চফু ইৱান্না মণিপুরদা খৃ: মমাং চহি ১৫০০ দা সভ্যতা লৈবে হায়বা উৎলি । মখোং অহুম পানবা পুখম মণিপুর অমসুং অৱাং চাইনাগী মরী উৎলি ।

''পোইরৈতোন'' ন খুনথোরকপগী ৱারীদা খমনুংদগী লাকপনি হায়বসি তিবেতকী খমনুং শৱাদগী ওইরম্বা য়াই হায়না মোৎ পীনরি । খাগেম্বনা খাগী গুর্ম্বসি (খৃ: ১৬০১) য়ুনান প্রদেশতগী লাকপা কাংলুপনি । মণিপুরগা চাইনাগা লল্লোন ইতিক তৌবসি খৃ: ১৮১৩ ফাওবা চৎথরমই ।

২) মণিপুর অমসুং পোং (মাউশান, কবো অমসুং থাই) ঃ

পোং হায়বসি মৈতৈনা শান, থাইশিংবু কৌবা মিংনি । মৈতৈগী ৱারীদা পোংসু পাখংবগী ধারা নালানি হায়বা লৈ । মণিপুরদা সমলুংফা লোত্তুনা চহি

তরা লৈরমই (নাউথিখোংগী মতমদা ওইরমলোই হায়না খল্লি) । চকপশিংসু থাই ওইনিঙাই মরম লৈ । ক্যাম্বনা পোং নিংথৌ খিকখোম্বা লল্লোমিন্নদুনা কবো তম্পাক মণিপুরদা লৌশিনখি (খৃ: ১৪৭১) । মতমদুগী খৃ: ১৮৩৪ ফাওবা কবোশিংনা মণিপুর নিংথৌগী প্রজা ওইখি । চারৌ মৌরৌনরমই । নিংথৌগী ফন্নাইবা ওইরমই, লোইপোৎ কারমই, বৌধ ধর্ম্ম মণিপুরদা চৎনরমই, নোংপোক হারমদা কবোশিং খরদি তিনশিন্নরমই । শেক্তাদা তৌথোকখিবা খুৎলায়শিং চফু ইৱান, মোংফমনা উৎলিবদি মসি চকপশিংগী খুন্দাফমনি - বৌধগী মচাক খর ফংবসিনা বর্মাগা মরী লৈনবা উৎলি । মতমসি খংবা ঙমদ্রবসু ক্যাম্বগী মতুংদদি ওইদ্রে । কবোগা মোইরাংগা মরী লৈনরমই - খম্বা-থোইবী মমাংদগী লৈরম্বা য়াই । তুমুরাকপা ফম অসি ১২শুবা শতাব্দীদা মোইরাংদা লৈরে । নিংথৌখোম্বনা খৃ: ১৪৩২ কবো লোই চনখি । চকপশিংবু খর হেন্না থিজিল্লবদি মণিপুরগা টাইগা লৈনবা মরী হেন্না খংবা ঙমগনি । চাবা থকপদা, য়ুম, কৈ মওংদা মান্নবা লৈরে হায়বসি চুমই । মসিদ কুপ্না থিজিনবা দরকার ওই । কাচিন অমসুং মৈতৈ লোন মরী লৈনৈ হায়না গ্রিয়রসন্না পিরম্বনি থিজিনবা কান্নগনি । মৈতৈগা নত্তনা তাংখুলশিং বর্মাগী তাংখুলশিংগা অকনবা মরী লৈরে । কুকিশিংনা বর্মাগী চিনশিংগা তৎন-থানদবা মরী হৌজিকফাওবা লৈরি । কুকিশিংদি, চিন হিলসদগী অমদি মিজোরামদগী ১৮শুবা অমসুং ১৯শুবা শতাবদীদা মণিপুরদা লুসাই অমসুং চিনশিংনা তকথোকরকপদগী মফমসিদা লৈখিবনি ।

## ৫. মণিপুর অমসুং অৱাং নোংপোক ভারতকা লৈনবা মরী ঃ

ইতিহাসকী মমাংদা অৱাং নোংপোককী চীং অমসুং তম্পাকশিংদা টিবেতো বর্মনশিংন হিমলয় চীংশাং ফাওরক্তুনা খুন্দাখি । মখোয়না ব্রহ্মপুত্রা তম্পাক, বরাক তম্পাক, অসামগী চীংশিং অমসুং ত্রিপুরাদা খুন্দাখি । মণিপুরগা নক্নখিবা কাংলুপতি বেড়োশিংনি-বোড়োশিংগী মরক্তা কছাড়ী, ত্রিপুরী অসিগা মণিপুরগা মরী লৈনখি । ইতিহাসকী মমাংগী মতমদা নাগালেন্দদা লৈরিবা নাগা কাংলুপশিং অয়াম্বা অঙ্গামী, চখেশাং, সেমা, লোথা, রেংমা, জৈমৈ, লিরেমৈ, অসি অৱাংথংবা মণিপুরদগী মাওগী মখেল খুন্দগী খুনহোংখিবনি হায়না থাজনরি । বোড়ো লোন লোনবা টিবেতো বর্মন কাংলুপ খরা মণিপুরগী নোংচুপথংবা চীংশাংদা হায়জিন্দুনা খুন্দারম্বা য়াই । মসিগী খুদমদি জেমৈ, লিয়েমৈ, রোংমৈ (জেলিয়েরোং) গী লোলশিংগা বোড়ো লোনগা মান্নবা লৈ ।

ত্রিপুরাদ লৈবা বোড়োশিংবু মৈতৈশিংনা তখেল কৌই । কছাড়ী বোড়োশিংবু থোংনাং হায়ন খংনরমই । নিংথৌ পানবা লৈবাকশিং ওইবনা শা-লান কন্নরমই । তখেলনা মণিপুরদা লান্দাবগী ৱারী ঐখোয়না ইতিহাসতা থেংনরিবা অসিনি । অদুবু সমাজ, সংস্কৃতি অমসুং লল্লোন ইতিক মাইকৈদা মণিপুরগা তখেলগদি য়াম্না নকনৈ । অসামগী অহোমশিংসু মণিপুরগা মরী লৈনৈ । মৈতৈনা মখোয়বু তেখাউ হায়না খংনৈ । ১৬শুবা শতাব্দীদগী মণিপুরগা অহোমগা মরী লৈনরে । নিংথৌ মশেল খুদোল পীনরমই । খুদমদি মৈতৈনা ঙা ফংবগী তেখাউলু শিজিন্নরিবসিনি । লল্লোন ইতিক তোয়না তৌবনা অতৈ মরীসু লৈনখি । ১৮শুবা শতাব্দীদ মণিপুরগী নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রগা অসামগী নিংথৌ রাজেশ্বর সিংহ অনীগী মকুপ ওইবনা অসাম অমসুং মণিপুর যাম্না নকশিন্নখি । কুবঙ্গনযনীগী ৱারী মীয়াম্না ৱারীনরি । শামু ফাবা ৱারী ঐখোয় খ্বাইনা খঙনৈ । ১৯শুবা শতাব্দীদা মণিপুর নিংথৌ মচাশিংনা মণিপুরদগী চেনখ্রগা কাছাড়দা পান্নবা হোৎনখি । মখোয়দুগী মরক্তা গম্ভীর সিংহগী মিং নিংশিংবা যাই । হায়রিবা রাজনীতি অমসুং লল্লোন ইতিককী মরীশিংনা সংস্কৃতিক মরীদসু শোকহল্লকখি । মণিপুরদা ১৫শুবা শতাব্দীদগী বামোনশিং খুন্দাবা, ১৭শুবা শতাব্দীদগী মুসলিমশিং খুন্দাবা অমুক্তা হেন্না মরী অসি থিগৎপদ মতেং ওইখি । অৱানা তোইনা মণিপুরদা লান্দখিবদগী মণিপুরগী মৈতৈশিংন ১৮শুবা শতাব্দীদগী অসামগী তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা মরুওইনা কাছাড় অমসুং শিবসাগর অদুগা ত্রিপুরা, শ্রীহট্ট অমসুং ধাকাদা খুন্দাখি । মৈতৈশিংবু অৱানা লানকা ওইদুনা মন্দলে অদুৱাইদা খুন্দাহনখি ।

## ৬. মণিপুরগা ভারতকী হিন্দু সভ্যতাগা লৈনখিবা মরী ঃ

মণিপুর অসি ভারতকী নিংথৌ মচাশিং অমদি লল্লোনবশিংনা খা-নোংপোক এসিয়াদ চৎনবীগী মরুওইবা লম্বী ওইরমই । মহাভারত অমদি ভবিষ্য পুরান্দা পল্লিবা মণিপুর অদু হৌজিক্কী মণিপুরনি হায়না থাজবা পন্দিতশিং লৈরি । গ্রীককী জিওগ্রাফর টোলেমিনা মহাক্কী জিওগ্রাফিকেল হায়বা লাইরিক্তা লম অহুমখক পল্লি, তুগম, মেৱেরা অমদি ত্রিলিপতনা পোরিনিনা তুগমাবু তম্মু, মেৱারাবু মণিপুর অমসং ত্রিলিপতনবু ত্রিপুরনি হায়না লেপই । ঐখোয়না হায়রিবদি মণিপুর অসি তোঙান তোঙানবা মিং কৌরবসু ভারতকী অখং-অহৈশিংনা খরদি খঙলমই । আর্য্য কাংবু খরসু মণিপুরদা খুন্দরম্না য়াই হায়না ই. দবলিউ দ্যুন্না পল্লি ।

ইহান হানবা ওইনা, মণিপুরদা হিন্দু ধৰ্ম্ম শন্দোক্লবা পাঙল গুরু অমা নাওফংবগী মতমদা লাকখি । মহাক মাইপাকখিদে হায়না শকোক লমলেমদা থেংনৈ । নোংথিংখোংগী লৈমা অমা চীফুলেম্নী হায়দুনা নোংচুপলোমগী নিংথৌ মচানুপী অমা লুহোংখি । মহাক্কী খোংলুপপু চীঙুরেম্নী খোংল্লুপ হায়না খংনৈ। মহাক হিন্দু ওল্লবী বোড়ো নিঙোল ওইরম্মা য়াই।

১৫শুবা শতাব্দী দা বামোন য়াম্না লাকখি হায়না বামোন খুনথোকলোন্দা লৈ । লম্মাংদোংগী বিষ্ণু মন্দির ক্যাম্বগী মতমদা শাবনি হায়না লৌনৈ । মথং মথং বামোন অমসু ধৰ্ম্ম শন্দোকপা মণিপুরদা লাকখি । অদুগা অহানবা ওইনা ১৭০৪ দ মহারাজ চরাইরোংবা সিংহ হিন্দু ধৰ্ম্ম লৌখি । মহাক্কী মচা ইবুঙো গরিবনিৱাজনা মৈতৈ সমাজশিংবু হিন্দু ধৰ্ম্ম চৎহনখি । মতুংদা ভাগ্যাচন্দ্রনা গৌরিয়া ধৰ্ম্ম পুরক্লুনা হিন্দু ধৰ্ম্ম অসি অমুক চেৎশিনহনখি। ১৮শুবা শতাব্দীদগী হৌবদুনা মণিপুরগী মৈতৈ হিন্দু সমাজ অসি ভারতকী হিন্দু সভ্যতাগী শরুক অমা ওইরে । হিন্দু ধৰ্ম্ম চৎলবদা মৈতৈশিংনা গৌরিয়া ধৰ্ম্মগী হৌফম বেঙ্গলগী ফিজেৎ-ফিরোল, ধৰ্ম্মগী লাইরিক, ঈশৈ, লাইনিং লাইশোন মখেক অসিনচিংবা লৌখি । তীর্থ চৎনবা হিন্দুগী লাইমাংদা তোইনা চল্লুনা ভারতকী হিন্দু সংস্কৃতিগী মওং উখি ।

মসিনা ভারতকী সংস্কৃতিগী মমি মণিপুরগী কলা বিদ্যা, সাহিত্যদা মমি তাহনখি । মরুওইনা বাংলা সাহিত্যগী মমি মণিপুরী সাহিত্যদা তাখি ।

অদুবু কলাগী লমদা মরুওইনা জগোইদদি মণিপুরনা ভারতকী সংস্কৃতিগী মতিক মগুণ হাপকৎখি । মণিপুরগী রাসলীলা অসিনা ভারতকী শাস্ত্রীয় জগোই ওইরে । অসিগুম্না মৈতৈ জগোই চাওখৎলকপদা কবি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী মতেং পনবা য়াই । মতুংদা ত্রিপুরাদা তোয়না লাকপদা মণিপুরগী রাসলীলা উখি অমদি মহাকপু শুমহৎখি । ত্রিপুরাগী মহারাণিশিং মৈতৈ নুপীনা অয়াম্বনি । কবি রবীন্দ্রনাথনা মহাক্কী শান্তিনিকেতনদা মণিপুরী জগোই তম্বীখি । মণিপুরী সাহিত্য অসি মশাগী শক্তম লৈজবা সাহিত্যনী অদুবু ইন্দিয়াগী অফাওবা ফাইলোলোজিষ্ট অমসুং পন্দিত ডাক্তর সুনিতিকুমার চেট্টর্জীনা য়াম্না কন্না শৌগৎপীখি । হৌজিক্তি মণিপুরীবু সাহিত্য একাদেমীনা শকখঙলে অমসুং ভারতকী কনস্টিটুসনগী ৮শুবা সেদ্যুলদা চল্লে । পুম্নমকসি মণিপুরগী কলচরবু নুংশিজবা মণিপুরগী মনুং অমসুং মপান্দগী মীওইশিংগী মতেং য়াম্না য়াওই ।

অরোইবদা, মণিপুরগা ভারতকদি হিন্দু ধর্ম্মগী লিচিংদা য়াম্না চেৎনা সংস্কৃতিক মরী থম্না ঙমখি । অদুবু বর্মাগদি ঙমখিদে । বর্মাদা লৈবা কবো তম্পাক লোই চনশিল্লবদা মণিপুরদা বৌধ ধর্ম্ম চংলকখি । অদুবু মৈতৈশিংনা বৌধ ধর্ম্ম লৌখিদে । গরিবনিৱাজনা অৱা লান্দাবদা বৌধ পেগোদা য়াম্না থুগাইখি । চরাইরোংবগী মচানুপী, গরিবনিৱাজগী মচে অৱা নিংথৌদা থাজরবসু বর্মাগা মণিপুরগা চান্নবা পুরকখিদে । চহি তরেৎ খুনতাকপা অমসুং মসিগী মমাংদা অৱানা লান্দবদা ওৎ-নৈখিবদুনা মৈতৈশিংনা অৱাবু থাজদবা অমসুং নুংশিদব পোকখি । কবো তম্পাক অসি খৃ: ১৮৩৪ দা বর্মাদা পীথোকখিবদগী মণিপুরগা বর্মাগা চৎনবা থোংসু থিংখ্রে । অদুবু কবো শানশিংদি অৱা নত্তে । মখোয়দি মণিপুরগা সংস্কৃতিক অমসুং লল্লোন ইতিককী মরী ফজনা লৈরি । ||*||

# রাস অমসুং সংকীর্ত্তন

মণিপুরদা শ্রীগোবিন্দগী মূর্ত্তি লীংখৎপগা লোয়ননা মূর্ত্তি শাখিবা থাইনগী থৈবোং মউ অসিমক্তা অখন্নবা মূর্ত্তি তরুক অমগা লীংখৎতুনা পূন্না শ্রীমূর্ত্তি তরেৎ শাখিবগী ৱারী অসিগী মরিদা পুথোকপীরকপা লাইরিক খরদা মূর্ত্তিশিং অসিবু খেন্নবা মমিং অমসুং হৌজিক সেবা চৎলিবা মফম লানবা খরা য়াওরে। অমনা জগোই হৌরকপা অমসুং জগোই রাস কৎপদা নুপা পালা হান্না কৎলিবগী মরম অসিবু কনা কনাগুম্বশিংনা ওন্নবা ভাব অমসুং মশক তাক্লবা য়াওরে । মতাংশিদা ঐনা ওঝা গুরুশিং অমদি লৈখিদ্রবা ঐগী ঈবেনবোক্লচিংবদগী তাজহৌবা ৱারী ৱাখোঙ খরদং তমজগে ।

## গোবিন্দ অমসুং মূর্ত্তি লীংখৎপা

কাইনা চীংদগী মপান ফুক্তুনা পুরক্লগা লাংথবান কোন্নুংদা শ্রীগোবিন্দগী মূর্ত্তি লীংখৎখি তাজহৌই । মূর্ত্তি অহানবা পান্দম লৌদুনা শাবদু নিংথেম জয়সিংহনা তেখাওদা উজখিবা ইবুংঙোগী শক্তমগা খেন্নরে হায়দুনা থংনবা উকক অমদা অমুক হন্না শাখি । মসিনা শ্রীগোবিন্দ ওইখি । অহুমশুবা উকক্লা শ্রীনিত্যানন্দ, মরিশুবদা শ্রীগোপীনাথ, মঙাশুবদা শ্রীআদ্বৈত্য প্রভু, তরুকশুবদা শ্রীবংশিবদন (মদনমোহন) অমসুং চহী খরা লৈরগা মচা ঈবেম্মা বিম্বাবতী (শিজ লাইওইবী) না হায়জবা অমদি শ্রীগোবিন্দনা তাকপীদুনা থৈবোং অসিগী লেমফু উকোক্লা শ্রীঅনুপ্রভুগী মূর্ত্তি লীংখৎখি ।

মূর্ত্তিশিং সেবা চৎহনখিবগী মতাংদা তাজহৌবা ৱারী খরদি শ্রীবিজয় গোবিন্দনা নিংথেমগী মতোন ইবুংঙো আনন্তশাইনা নীজবদগী সেবা ফংখী । বিজয় গোবিন্দবু কোনুংদগী লেংথদুনা আনন্তশাইগীদা য়ৌবা নুমিৎসিদগী হিয়াং তোংদুনা লৈবাক্লী কুম্মৈ অমা ওইনখি । নুমিৎসিবু হৈক্রু হিদোংবা হায়দুনা ঙসি ফাওবা খঙনরি । গোপীনাথনা নিংথৌখোংদা লৈহৌবা মচা ইবুংঙো অমদি জয়সিংহনা লৈবাক কায়বদগী ৱারবা চিরবা মতমদা থৱাই য়াওনা সেবা তৌজখিবী লৈমা ইবেম্মগী মমা মচাদা সেবা ফংহনখি । শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা গোবিন্দগী

মন্দিরদা লৈবম্বদগী খুদম পীদুনা তোঙান্না থম্বা তারবদা নিংথেমদা নীজবদগী মনাই অরাম্বম মেঞ্জরদা নিত্যানন্দ সেবা ইং ১৭৯৭ তা ফংহনখি । অসুম্না শ্রীঅদ্বৈত্য প্রভুসু চীঙথংখোম্বনা লমাংদোংদা মতম খরা অৱাবা খাংদুনা লৈরিঙৈদা নিংথেমগী সেবা মথ্বাইয়াওনা তৌজখিবা ব্রাহ্মণবু সেবা ফংহনখি । শ্রীবংশিবদন (মদন মোহনসু) খাঙঙবোক্কী নিংথৌ কার্ত্তাগী অচানবা মনাইদা সেবা ফংহনখি । মমৈদা শ্রীঅনুপ্রভুনা নবদ্বীপ্তা মচা ইবেম্মা বিম্বাবতীগা লোয়ননা লেংশিনখি, নবদ্বীপ্তা শিজ লাইওংগী বিম্বাবতীন সেবা চৎখি । মমৈদা ভাগ্যচন্দ্র কার্ত্তাসু পুন্সিগী অরোইবা মতমফাওবা নবদ্বীপ্তা লেংশিল্লগা অনুপ্রভুগী সেবা তৌজখি অমসুং পুন্সি লোমখি ।

মুর্ত্তিশিং অসি শাবিখিবা খুৎহৈবশিংদি শ্রীশাপম লক্ষন সিংহ, অঙোম গোপীরাম পাচহনবা অমসুং অতৈ কয়াসু থৌগন য়াওখি হায় ।

মণিপুবদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম হৌরকখিবদি মৈদিংঙু খুঙ্গাউবগী মতম ইং ১৬৬১ দগীনি হায়নসু ঐগী ইনাও শ্রীব্রহ্মচারিময়ুম (পুরিৎময়ুম) ইবোমচা শর্ম্মনা কোর্কোক লোয়ননা হায়বিরকখি ।

শ্রীগোবিন্দগা লোয়ননা সেবা চৎলিবা রামকৃষ্ণ অমসুং শ্রীজগন্নাথ বল্লভদ্র অমদি মচন ইবেম্মা সুভদ্রাগী মূর্ত্তি নিরুপণ তৌবিরম্বসু মৈদেংঙু গম্ভীর সিংহনি । মূর্ত্তিশিং অসি শাবিখিবা খুৎহৈবনা শ্রীচুংখাম ললাবী সিংহনি । উনা হৈনৌনি, হৈবোক চীংদগী য়ানবনি হায়না তাজহৌই ।

## রাস কৎপা

শকাব্দ ১৬৯৮ (ইং ১৭৭৬) তা শ্রীগোবিন্দ নিরুপণ তৌবদুনা জয়সিংহ কার্ত্তানা সেবা ফংলবদা মহারাজগী পূক্লিংদা বৃন্দাবন্দা ইবুংঙোনা ইবেম্মশিংগা শান্নখিবা রাস লীলা অদুবু অমুক হন্না মফমসিদা কচ্চনীংদুনা ৱাখল খনবা হৌরকখি । ৱাফমসি নিংথেমগী অচার্য্য গুরু পরমানন্দ ঠাকুর, মতোন ইবুংঙো ঙৌরামশাই অমসুং ধমান্দি গুরুনচিংবা পণ্ডিত কয়াগা লোয়ননা কুপ্না খন্নখি । নিংথেমগী অপাম্ববু থুঙহন্নবগীদমক ঙৌরামশাইনা গুরু পরমানন্দ ঠাকুরদা শাস্ত্রগী নিয়ম য়েংলগা নিংথেমগী মনিং থুংহল্লু হায়না শীন্নখি । অসুম্না পণ্ডিত অমসুং বৈষ্ণব কয়া অমদি মতমদুগী জগোই হৈবা কবো খুবোম্বনচিংবদা তাকপিদুনা জগোই রাসকি ফজরবা পরিং শেমহনখি ।

রস-ভাব অমসুং খুৎথেক শাথেক্কী চপ-চাবা মওং কায়দনা মৈতৈগী অনোইরোন্নচিংবদগী লৌখৎখি হায়না ৱারী তাজহৌই । মসিদা নত্তনা শ্রীমদ্ভাগবত অমসুং অতৈ বৈষ্ণব গ্রন্থ কয়াগী যুক্তি প্রমাণসু য়েংবিখি হায় ।

জগোই অসি কৎনবগীদমক রাধিকাগী প্রতিনিধি ওইনবা মচা ইবেম্মা বিম্বাবতীবু জগোই তমহল্লে । জগোই তম্লীঙৈ জগোই কৎত্রিঙৈ মনুংসি মচা ইবেম্মদা গোবিন্দগী প্রসাদি নত্তনা অতৈ পীজদে, ঙা-নচিংবা চাহন্দে । মকোকচিংবীগী থৌগনগীদমক রাণী ঙাংবম চনু হরিমতীসু জগোই তম্বা হৌখি । লোয়ননা গোপী ওইননবগীদমক নিংথেমগী নক্লবা মরী অমসুং সনা ইবেম্মশিংবু জগোই তমহনখি । অসুম্না শরত পূর্ণিমাদা ইবুংঙোনা শান্নখিবা রাসলীলাবু নৌহৌনা নীংশিংজদুনা শ্রীগোবিন্দদা মহারাস কৎনবা থৌরাং তৌখি অমসুং শরত পূর্ণিমা ঙাইদুনা লৈখি ।

মতাংসিদা পঞ্জনীংবা অমত্তংদি শ্রীব্রহ্মচারিময়ুম ইবোমচা শর্ম্মগীদা লৈবা কর্বেক্তদি রাসগী জগোই অসি ইহান হান্না হৌখিবদি ইংকুমজা ১৬৬৮ দগী হৌরে হায়দুনা ইরি । ইংশোক অসি চৈথাবোল কুম্বাবা য়েংলবদি মৈদিঙু পাইখোম্বগী মতম ওইবগুম তৌরি । মরম অদুনা মতাংসি খন্ননবা নীংশিংজরি ।

## সংকীর্ত্তন কৎপা

মণিপুরদা ক্যাম্বা মহারাজনা বিষ্ণু লাৎপা হৌবদগী কির্ত্তনগী মশক চঙলকপা হৌখ্রে । অসিগুম্বা সংকীর্ত্তনগী মশক অসি নিংথৌরোলশিং মথং মথং চাওখৎলকপনা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মতমদদি মওং মশক নীংথিনা লেপচরবা অমসুং নীংথিনা চাওখৎলবা মতমনি হায়না তাজহৌই । ৱাফম অমনা মৈদিংঙু ভরতশাইনা পানবা মতমদা মী শিরগা শ্রাদ্ধ কর্ম্মনচিংবা তৌবদা সংকীর্ত্তন তৌবা হৌরক্লে হায়নসু তাজহৌই । মরম অদুনা চীংথংখোম্বা মহারাজনা গোবিন্দদা জগোই কৎননবগী থৌরাং অসিনা গুরু পরমানন্দ ঠাকুরনা মহারাজদা হায়খি ঃ- মহারাজদি গৌরীয় বৈষ্ণব অমা ওইরে অদুগীসু মথক্তা হৌজিক্তি কলি যুগনি । কলি যুগতদি নাম সংকীর্ত্তন্না অথোইবা যজ্ঞনি হায়না শাস্ত্রনা লাউরি। থোইদোকপা মরম অমনা কলি যুগতা শ্রীগৌরাঙ্গনা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী প্রেম রসপু মপুংফানা ফোঙদোক্লুনা মনাইশিংবু কলিগী পাপ্তগী লানবিগে হায়না

অবতার তৌরিবনি হায়রি । মরম অসিনা গৌরাঙ্গনা পেনবীনবা অমসুং কলিগী মহা যজ্ঞ ওইরবা সংকীর্ত্তন হান্না কৎলগা মথংদা রাস কৎপনা গৌরীয় বৈষ্ণব ঐখোয়গী অচুম্বা ভক্তি লম্বী ওইগনি । কীর্ত্তন মখলশিংগী মনুংদা মরুওইরিবা নামকীর্ত্তননী, গুণকীর্ত্তন অমসুং লীলাকীর্ত্তন কৎপদা কলিদদি নামকীর্ত্তন অসি য়াউদনা মপুং ফাদে, মরম অসিনা সংকীর্ত্তন হান্ননা কৎপিয়ু ।

শ্রীরূপ পরমানন্দ ঠাকুরগী পাউতাক মতুংইন্না জয়সিংহ মহারাজনা শ্রীগোবিন্দদা নুপা পালা সংকীর্ত্তন হান্না কৎলগা রাস কৎখি । নুপা পালা অসিদা মতোন ইবুংঙো ভৌব্রামশাইনা ঈশৈ হনবা, ধরশাইনা দুহার, শ্রীজয়সিংহ মহারাজনা পুং থোনবা অমসুং তুং ইনবনা ঙাংবম প্রেমানন্দ সিংহনি । পালাদি ফম্নাইবা, নাম শোনবা মশকনাইবা অয়াম্বা য়াওখি । অসুম্না মচা ইবেম্মা বিম্বাবতীনা রাধিকাগী প্রতিনিধি ওইদুনা জগোই কৎখিবা অসিদগী হৌজিকফাওবা সংকীর্ত্তন হান্না কৎপা চৎনরি । চহি খরা লৈরগা মচা ইবেম্মনসু ইবুংঙোদা মথ্বাই হকচাং কচ্চখিবদগী শ্রীরাশেশ্বরী মূর্ত্তি লীংখৎপদা মূর্ত্তি ওইবা য়াখিদ্রে । নিংথেম জয়সিংহনা পণ্ডিত বাচতপতি ভাস্কর শর্ম্মা, খুম্বোং চন্দ্রসিদ্ধান্ত অমসুং অতৈ অঙম্বশিং তান্নরবা তুংদা মচা ইবেম্মা বিম্বাবতীগী খুৎকি খুজিল তরা, খোঙগী খুজিল তরাগা শম অমগা হাপ্লগা ধাতুগী মূর্ত্তি হৈবদা হাপ্লবদি য়াগনি হায়বদা মরমশিংদু কায়দনা পাংথোক্লগা অহুমশুবা মুর্ত্তি শাবদা অশোয় অঙাম য়াওখিদ্রে । অসুম্না রাশেশ্বরীগী মূর্ত্তি লীংখৎখি । অসিগুম্বা ওইথোকপদা ৱারবা অঙকপা কয়াবু পাংথোকচবা ঙমখিবা অমদি বৈষ্ণব পূম্নমক্তগী অথোইবা, লাইবক ফরবা নিংথৌ ওইবগীদমক ভাগ্যচন্দ্র হায়বা মিংথোন অসি মহারাজদা পীবিখি । অসুম্না শন্নপ্লা ৱারী খরসি তাজহৌই । ৱারীসি অশোয় অরান য়াওরবসু চুমথোকপীয়ু অমসুং ঙাকপীয়ু ।। ।।*।।

# নট সঙ্গীত

মীওইবনা তাইবংপান্দা লৈরকপদগী জ্ঞান অমদি বুদ্ধিনা মথং-মথং চাওখৎলক্লুনা সভ্যতা ফংলকপা মতম অদুদগী সঙ্গীতনা থোক্লকপনি হাঙ্গবদা চিংননিংঙাই লৈতে । মীওইবনা অপান্বা, নুংশিবা উরগা মতমদুদা থোক্লকপা অমেংবা খোঞ্জেল, হকচাংগী ফিরেপ, মাইথোং, লেং-ওৎপা, মদুগুম্না অঙকপা অকিবা য়েংনিংদববু উরগা, মদুদা থোক্লকপা খোঞ্জোক, মীৎয়েং ফিরেপ অদুনা অনুকরণগী বৃত্তিদা লাক্লগা হায়বদি - মীওইবনা উখিবা তাখিবশিং অদুবু মতুংদা অমুক হন্না মতৌ তল্লক্লুনা খোঞ্জেলগী অনেম অৱাংনা মীবু পেলহনবা, হকচাংগী শাথেক খুৎথেক্লা মীবু খংহনবা, অসিগুম্বা মতৌশিং অসিবু অখং-অহৈশিংনা মথং-মনাও নাইনা শেমদুনা অমদি লেংশিন্দুনা, মীওইবগী হিংবদা কান্নবা পোৎশক অমা ওইরকপগা লোইননা, মদুবু মখল অহুম থোক্লা গীত বাদ্য নৃত্য হায়না খাইদোক্লুনা সঙ্গীত অসি শেমখিবনি । সঙ্গীতকী গ্রন্থকার ঋষিশিংনা মাগী মাগী গ্রন্থ ইনবগীদমক তাইবংপানবদা সঙ্গীতনা থোক্লকপগী ৱারী অমমম শেমদুনা ইনরকপা মরম্না, ঋষি খুদিংগী সঙ্গীতনা থোক্লকপগী ৱারী অসি অমগা অমগা মান্নদ্রবসু, মনুংগী ৱাফমদি অমত্তা ওইবা মরম্না থোইদোকপা অকায়বদি লৈতে। ভাবতকী প্রাচীন সঙ্গীতকার কনাগুম্বা ঋষিশিংনা সঙ্গীতপু তাঙ্কক ৭ থোক্লা খাইদোকই, মদুদি - ১) সুরাধ্যায় ২) রাগাধ্যায় ৩) তালাধ্যায় ৪) হস্তাধ্যায় (dealing with the playing on Instrument) ৫) নৃত্যাধ্যায় ৬) ভাবাধ্যায় (on gesticulating and acting) ৭) অর্থধ্যায় (on the meaning, sense and signification of tunes) অসুম তৌনা তাঙ্কক ৭ অসিগী অমমম্বু পন্দুপ মচা মচা খাইদোক্লুনা মাগী মাগী লিরৌ লিচৎনচিংবা হেন্দোক হেঞ্জিন য়াদবা শক্তমদা সঙ্গীতপু লেঙবা য়াদনা পুন্দুনা থম্মি, অসুম তৌদুনা অখং অহৈশিংনা লেঙবা য়াদনা পুন্দুনা থম্বা সঙ্গীত অদুবু শাস্ত্রীয় সঙ্গীত কৌই । অসিগুম্বা শাস্ত্রীয় সঙ্গীতকী রাগরাগিণী বর্গীকরণ তৌবা মতমদা মত মখল য়াম্না উবা ফংই । মতময়াম অদুগী মনুংদা মত মখল মরিখক্তুংবু মরুওইনা চৎনৈ, মদুদি (১) শিব মত নত্রগা সোমেশ্বর মত (২) কৃষ্ণ মত নত্রগা কল্লিনাথ

মত (৩) ভরত মত (৪) হনুমান মত অসিগুম্বা মত ৪ অসিবু পুম্নমক্লা হেন্না পাম্মে ।

ভারতীয় সঙ্গীতকী ইতিহাসকী মাইকৈদা য়েংলুরবদি, নিংথিনা মওং তাবা মরাং কায়না উবা ফংদ্রি, অদুবু হুজিক্তা নৌনা মাইকৈ অসিদা অকনবা থৌরাংদা চংশিনবা হৌনরকপা উবা ফংই । মসিদগী ঐখোইনা উবা ফংবদি - ভারতীয় সঙ্গীতকী ইতিহাসতা মতম্মু শরুক মরি থোক্লা খাইদোকই । মদুদি - (১) অতি প্রাচীন কাল (বৈদিক কাল) খৃ: পূং ২০০০ দগী খৃ: ১০০০ ফাওবা। (২) প্রাচীন কাল (বৈদিক সাংস্কৃতিক পরম্পরাগী মতুং) খৃ: পূ: ১০০০ দগী খৃ: ৮০০ ফাওবা (৩) মধ্যকাল (মূসলিম কাল) খৃ: ৮০০ দগী খৃ: ১৮০০ ফাওবা (৪) আধুনিক কাল (১৮০০ দগী হুজিক ফাওবা) ।

**অতি প্রাচীন কাল (খৃ: পূ: ২০০০ দগী খৃ: পূ: ১০০০) ঃ**

অতি প্রাচীন কাল অসিবু বৈদিক কাল হায়নসু খংনৈ । বৈদিক যুগতা মৃদঙ্গ বীনা বংশী দমরু অসিনচিংবা বাদ্যযন্ত্র উবা ফংই, অমসুং সাম বেদবু সঙ্গীতকী মশকনি হায়না খংনবগা লোইননা সপ্ত স্বরবু উদাত্ত অনুদাত্ত অমদি স্বরিত হাঈনা অহুম থোক্লা খাঈদোক্তুনা বেদ পাঠ তৌববু বেদগান তৌবা হায়নসু খংনৈ । উদাত্তে নিষাদ গান্ধারৌ অনুদাত ঋয়ভধৈবতৌ । স্বরিত প্রভবা হোতে ষড়জমধ্যাম পঞ্চমা ।।

উদাত - নি, গ অনুদাত - ৱে, ধ, স্বরিত সা, ম, প । অসুম্না সপ্তস্বরবু উদাত্ত-অনুদাত্তস্বরিত অহুম থোক্লা খায়দোক্তুনা শিজিন্নবা পাণিনি শিক্ষা অমদি নারদীয় শিক্ষানচিংবদা উবা ফংই । ঋগ বেদদা "নৃত্যমনো অমৃতা" হায়বা অসি উবা ফংবা মরম্না বৈদিক যুগতা নৃত্য কলা চৎনরম্মি হায়বা অসিসু খংবা ঙম্মি । মরম অসিনা অতি প্রাচিন কালদা (বৈদিক কাল) ভারতকী সঙ্গীত মপুংফানা লৈরে হায়বসি চিংনবা লৈতনা খংবা ঙম্মি ।

**প্রাচীন কাল (খৃ: পূ: ১০০০ দগী খৃ: ৮০০ ফাওবা)**

খৃষ্ট পূর্ব্ব চহি ১০০০ গী মতুংদগীদি উপনিষদ বেদান্তনচিংবা আদি গ্রন্থশিংদা সপ্তস্বর তিনগ্রাম মূর্চ্ছনা নৃত্য নাট্য বাদ্যযন্ত্র অসিনচিংবগী মর্ণনা উবা ফংলে । খৃ: পূ: ৫৬৩ দা ভগবান বুদ্ধদেবনা দেশ-দেশ খুঙ্গং-খুঙ্গং চত্তুনা নিংথিবা ঈশৈনা মহাক্কি সিদ্ধান্ত প্রচার তৌদুনা মীওইববু মীৎ পাংহনখিবগা

লোইননা সঙ্গীত শাস্ত্রবু মপুং ফানা শেমগৎখি। খৃ: পূ: ৪০০ দগী ২০০ ফাওবা মতম অসিবু প্রসিদ্ধ গ্রন্থ ''রামায়ণ'' অমদি ''মহাভারত'' কী মতমনি হায়না লৌনৈ। রামায়ণদা উবা ফংই, মদুদি সুগ্রিবগী অন্তপুরদা লক্ষণনা বীণা বাদন্ অমসুং শব্দ গায়ন্ তাখি, অমদি লঙ্কাগী রাবণ নিংথৌবু সঙ্গীত শাস্ত্রগী মপুংফাবা বিদ্বান অমনি হায়না খংনৈ। বাল্মীকি মুণিনা তম্বিদুনা সঙ্গীত্তা নিপুণ ওইরবা লবকুশনা রামায়ণ শকই অসিনচিংবা। মহাভারত্তা উবা ফংই, মদুদি - পঞ্চপাণ্ডবকী বিরাট দেশতা চহি অমা অজ্ঞাত বাস তৌবা মতমদা অর্জ্জুননা বৃহন্নালা মীং লৌদুনা রাজকুমারী উত্তরাবু কণ্ঠ সঙ্গীত বীণা বাদন অমসু নৃত্য মপুং ফানা তম্বিখি। ভগবাণ শ্রীকৃষ্ণনা বংশীবাদন তৌদুনা ব্রজগোপী কোটী কোটীবু থমোই শুমহৎখিবগা লোইননা শা-ষণ উচেক ৱায়ানচিংবা জীব পুম্নমকপু থমোই শুস্কৎখি, অমসুং ব্রজবৃন্দাবন্দা ব্রজগোপী ময়ামগা লোইনদুনা শ্রীকৃষ্ণনা রাসনৃত্য শান্নখি হায়বা ৱাফম অসিদগী শ্রীকৃষ্ণ অমদি অর্জ্জুনবু চাংদমনিংঙাই লৈতবা সঙ্গীতকী মহাবিদ্ধাননি হায়না লৌনৈ।

পৌরাণিক কাল অসিগী মনুংদা রামায়ণ মহাভারতকী মতুংদগীদি সঙ্গীতকী গ্রন্থ মথং মথং উবা ফংলে। ভারত কৃত নাট্য শাস্ত্র ৪শুবা শতাব্দী ওইনা লৌনৈ, মসিবু কনাগুম্বগী মত্তা পাণিনি শিক্ষাদা ভারতকী চর্চ্চা থেংনবা অমদি বামায়ণদা ভারতকী সুত্র থেংনবা মরম্না ভারত নাট্য শাস্ত্র খৃ: পূর্ব্বগী গ্রন্থনি হায়নিংবা য়াওই। ৱাফম অসি অখং অহৈশিংনা নৈনরসনু ঐনা নৈনরুব্বনা মপুংফাবা ঙম্মরোই। অসিগী মথংদা মতঙ্গগী বৃহদ্দেশী, নারদকী নারদীয় শিক্ষা, অমদি সঙ্গীত মকয়ন্দ অসিনচিংবা গ্রন্থ উবা ফংই।

**মধ্য যুগ (মুসলিম কাল, খৃ: ৮০০ দগী খৃ: ১৮০০ ফাওবা) ঃ**

মতম অসিবু মধ্যকাল নত্রগা মুসলিম কাল হায়না খংনৈ। ৮শুবা শতাব্দীদগী ভারতবর্ষদা মুসলিম সভ্যতা চংশিল্লকপগা লোইননা, ভারতকী সঙ্গীততা মুসলিম সঙ্গীতগী প্রভাব চংশিল্লক্কুনা তোঙানবা শকফম অমা হৌরকখি। অওনবা শকফম অসিনা মথং মথং চাওখৎলক্কুনা ১১শুবা শতাব্দীদদি, মপুং ফারবা মরন্নাই ওইবা প্রণালী অমা চৎনরকই, মদুবু হিন্দুস্তানী সঙ্গীত হায়না সঙ্গীত অদুনা দক্ষিণ ভারত্তা কর্ণাটকী সঙ্গীত হায়না, মহাক মহাক্কি পদ্ধতিগী মতুংইন্না চৎখি। মতম অসিদগী হৌদুনা গায়ক বাদক কয়ানা অনৌবা রাগ কয়া, বাদ্যযন্ত্র কয়া অমদি অনৌনা তাল কয়া শেমদুনা পুথোকপা হৌনরকই।

**আধুনিক কাল (খৃ: ১৮০০ গী মতুং) ঃ**

খৃ: ১৮০০ গী মতুং অসিবু আধুনিক কাল হায়না খংনৈ । মতম অসি ভারতবর্ষদা ইংরেজ শাসন লাকপা মতমনি । হৌখিবা মতমদা বাদসাহশিং অমদি হিন্দু নিংথৌশিংনা সঙ্গীতপু থৱাই য়াওবা য়োকখৎলম্বা অদুগী ওন্ন-তৈনবদা লাকপা মতম অমা ওইখি । মরমদি ইংরেজশিংনা ভারতকী সঙ্গীতপু হন্থবা ম্নীৎয়েংগা লোইননা কয়া থৱাই য়াওনা পান্নমদে । মসিনা মরম ওইদুনা হিন্দুস্থানি সঙ্গীতনা য়াম্না হন্থবা মতম ওইখি । ১৯শুবা শতাব্দীগী লোইরমদাইদগী ২০ শুবা শতাব্দীগী ময়াইচনবা ফাওবগী মতম অসিদা পণ্ডিত বিষ্ণু নারায়ণ ভাতখণ্ডে অমদি পণ্ডিত বিষ্ণু দিগম্বর পলুস্কর পণ্ডিত অনি অসিনা হিন্দুস্তানী সঙ্গীতপু অমুক হন্না উদ্ধার তৌদুনা সঙ্গীতকী স্কুল কলেজ কয়া লিংখৎপগা লোইননা অনৌবা গ্রন্থ কয়া ফোংদুনা মপুংফাবা শকফম অমা ঙসি ঐখোয়না উরিবসিনি । হৌজিক ঐখোয়না হিন্দু সঙ্গীতকী মতেক খরদং খোঙ্গুল লিরুবদগী কর্ণাটকী অমদি হিন্দুস্তানী সঙ্গীতকী প্রণালী অনি অসি করম্না ওইখিবগে হায়বা খংবা ঙম্লে । মসিগী মথংদা নট সঙ্গীতকী পরম্পরা অমদি প্রণালী, য়াম্না শুপচিনবা মওংদা খোঙ্গুল লিবা হৌজগে ।

নট সঙ্গীত - গীত বাদ্য নৃত্য অহুম অসিনা মফম অমত্তদা পুল্লপ তিনবা, শাস্ত্রগী ৱায়েল বিধিগী বিরুদ্ধ ওইদবা, মণিপুরদা, প্রেমভক্তিগীদমক্তা তৌরিবা সংকীর্ত্তনবু নট সঙ্গীত কৌই । অসিগুম্বা মণিপুরগী সঙ্গীত অসি করম্না থোকখিবগে হায়না থিবা তারবদি মতম্থু শরুক অহুম থোক্না খাইদোক্লীংই । (১) মৈদিংঙু ক্যাম্বনা বিষ্ণু মন্দিরদা সন্ধ্যাকীর্ত্তন কৎপা, শতাব্দী ১৫দগী ১৭ ফাওবগী মতম (২) মৈদিংঙু গরিবনিৱাজ মহারাজনা পালা কীর্ত্তন কৎপা হৌখিবা শতাব্দী ১৮গী অহানবা তংখাই । (৩) মৈদিংঙু চিংথংখোম্বা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা রাসনৃত্য কৎপা শতাব্দী ১৮গী অকোনবা তংখাই, অসুম্না তাঙ্কক অহুম থোক্না য়াম্না তেন্না থিগৎনবা হোৎনন্দগে ।

মৈদিংঙু ক্যাম্বনা সন্ধ্যাকীর্ত্তন কৎপা (খৃষ্টগী চা তরামঙাদগী চা তরাতরেৎ ফাওবা) - খৃষ্টগী চা ১৫ দা মৈদিংঙু ক্যাম্বনা পোং নিংথৌগী মখুত্তগী খুদোলগী মশক ওইনা বিষ্ণুবু ফংখি । ক্যাম্বা নিংথৌনা হাক্কজবা হোৎনবা খুৎলাই ওইরুবদগী মশাদা লাইথুং পক্লবদা, অমাইবা অমাইবীনা তাক্কুনা বিষ্ণুবু হৌনবী মতুং ইন্না ব্রহ্মণনা পূজা তৌরগা মহাপ্রসাদী ষঙ্গোমক্ষীর পিজদুনা নিংথৌগী মশাদা পকপা

লাইথুং পুম্নমক কোকখীবা মতম অদুদগী মৈতৈ নিংথৌনা বিষ্ণু লাৎপা হৌখি। মতম অদুদা লৈরম্বা কীতনা (কীতনা হায়বসি কীৰ্ত্ত নীয়া হায়বদগী কীত্তনা হায়নখিবা ওইবা য়াই) হায়না খংনবা অমনা পুং ঝাল থিরুদুনা বিষ্ণু মন্দিরদা সন্ধ্যা কীৰ্ত্তন শকপা হৌখি । নিংথৌগী লোঙ্গৈশংদা কীৰ্ত্তনগা মরি লৈনন কীতনা হঞ্জবা হায়না হৌজিক ঐখোয়না উরিবা অসি মতম অদুদগী ঙসিফাওবা চৎনরকপা ওইগনি । বঙ্গদেশ কীৰ্ত্তনগী শকফমদা হিন্দুস্তানী সঙ্গীতকী অংশ অমা ওইনা মণিপুরদা খ্বাইদগী অহানবা ওইনা কীতনানা সন্ধ্যাকীৰ্ত্তন শকখিবা অসিনা, মপানগী ঈশৈনা মণিপুরদা চংলকপগী অহানবা খোংথাংনি । মসিগী মথংদা মৈদিঙু চরাইরোংবনা খৃষ্টগী চা তরাতরেৎতা মৈতৈনা নিংথৌগা লোইননা ব্রহ্মণ্য ধৰ্ম্মদা দীক্ষা তৌদুনা বৈষ্ণব ধৰ্ম্ম লৌবগা লোইননা দেবতা মূৰ্ত্তিনচিংবা লিংখৎতুনা মণিপুরদা মৈতৈ কীৰ্ত্তন পাকশন্না চৎহনবা হৌখি ।

মহারাজ গরিবনিৱাজগী মতম (১৮শুবা শতাব্দীগী অহানবা তংখাই) - ১৮শুবা শতাব্দী হৌগৎলকপদা গরিবনিৱাজ মহারাজনা পানবা মতমদা বাঙ্গালী গায়ক অমনা মৈতৈ ওন্দুনা বঙ্গদেশ পালা কীৰ্ত্তন মপুংফানা শেমখি, অদুবু বংদেশ পালা হায়না খংনখি । বংদেশ পালা কীৰ্ত্তনদা নাত্য শাস্ত্রগী সভামাণ্ডব শেম্বগী পরিং চপচাবা নত্রবসু বঙ্গদেশ পদকৰ্ত্তাগী ঈশৈ হায়বদি বাঙ্গালা লোনগী ঈশৈনা পালা কীৰ্ত্তনগী ঈশৈ ওইনখি । মতম অসিদা তৌবা কীৰ্ত্তন অসি নাম কীৰ্ত্তননা মরুওইবা শকফমনি, লীলা কীৰ্ত্তনগী অঙ্গদি মপুংফানা উবা ফংদে । নিংথৌরেন গরিবনিৱাজবু কীৰ্ত্তনদা পুক্নিং চংবা হৈবা অমদি ফজবা পুম্নমকপু সনামহি লাইহুইদা বৰ্ণন তৌই ।

**রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মতম (১৮শুবা শতাব্দীগী ২শুবা তংখাই অমসুং মতুং)** - ১৮শুবা শতাব্দীগী অকোনবা তংখাইদা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা ফম্বাল তোংদুনা, শ্রীমন্মহাপ্রভুদা ওইবা শাখা শ্রীলোকনাথ গোস্বামীদগী খাইথখিবা শ্রীনরোত্তম মহাশয় ঠাকুর শাখাদা শ্রীরূপ পরমানন্দদগী গৌড়ীয় দীক্ষা ফংই । মসিদগী হৌদুনা মৈতৈনা গৌড়ীয়া ধৰ্ম্ম চৎপা হৌখি । মতম অসি মণিপুরগী সঙ্গীতনা খ্বাইদগী চাওবা অওনবা মতম অমনি । ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা শাস্ত্রগী বিধি নিয়মবু কুপ্না বিচার তৌরগা, মৈতৈগী পরম্পরা লাই হরাওবগী পরিংবুসু কায়হন্দনা কুপ্না নৈনদুনা হান্না লৈরম্বা বংদেশ পালা কীৰ্ত্তনবু (অরিবা পালা) লীলা কীৰ্ত্তনগী শকফমদা মপুংফানা শেমগৎলম্মী ।

শকাব্দ ১৬৯৮, খৃঃ ১৭৭৬ তা কার্ত্তিক মাসগী শুক্লদ্বাদশী তিথিদা রেবতী নক্ষত্রনা পানবা শুক্রবাবদা, পুর্ব্বহ্নদা মণিপুরদা শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউনা আর্বভাব ওই । আবির্ভাব দিনদগী ৪নি শুবা কার্ত্তিক পূর্ণিমা নিংথৌকাবা নুমিৎ শারদীয় রাস যাত্রাদা শ্রীমদ্ভাগবতনা হায়বা শ্রীকৃষ্ণগী রাস ক্রীড়া অদুবু মণিপুরীয় কীর্ত্তনগী মশক্তা ওহ্লোক্তুনা, অহানবদা পূর্ব্বরঙ্গগী মশক ওইনা নট পালা কীর্ত্তন তৌদুনা, মথংদা মণিপুর সংকীর্ত্তনগী মওংদা তিনতাল, রাজমেন, তানচপ অমদি মেনকুপ অসুম্না অঙ্গ মরিথোক্লা খাঙ্গদোক্তুনা রাস নর্ত্তন তৌদুনা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা সংকীর্ত্তন নাট্য ওইনা শ্রীশ্রীগোবিন্দদা কৎখি ।

(রাস পঞ্চাধ্যায় ভুমিকা - পণ্ডিতরাজ)

নুমিৎ অসিদগী হৌদুনা মণিপুরী সংকীর্ত্তনবু নট সঙ্গীত হায়না খংনখি অমসুং হান্না নৈবম্বা বংদেশ পালা কীর্ত্তনবুনা অরিবা পালা হায়না খংনখি । হৌজিক ঐখোয়না ভারতকী সঙ্গীতপু খোঙ্গুল লিবদা কর্ণটকী সঙ্গীত, হিন্দুস্তানী সঙ্গীত অমদি নট সঙ্গীত অমদি নট সঙ্গীত হায়না প্রণালী অহুম ফংলে । কর্ণাটকী অমদি হিন্দুস্তানী সঙ্গীত অনি অসি স্বরনা মরম ওইদুনা শাস্ত্রগী ৱায়েল মতুং ইন্না রাগবু মশক ফোংদোকপা ভাবপ্রধাণ ওইবা সঙ্গীত মখলনি । নটসঙ্গীতনা ৱাফম অসিদগী য়াম্না তোঙাল্লি - মদুদি নটসঙ্গীত ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী লীলানা কীর্ত্তন তৌদুনা প্রেমভক্তিনা ভাবপ্রধাণনি । নট হায়বা ৱাহৈ অসি অভিধানদা a dramatic actor হায়না থেংনৈ, মসিখক্তনদি পেনবা খরা ৱাৎলি । ভারত নাট্য শাস্ত্রনচিংবা গ্রন্থশিং য়েংলুরগা ঐখোইগী পুক্লিংদা ফাওবদি - কনাগুম্বা মীওই অমনা ৱা ঙাংবদা নত্রগা ঈশৈ শকপদা, ঈশৈ শকপদা, ঈশৈ অদুগী ভাব অদু ফোংদোক্লবা হকচাংনা লেং-ওৎপা, খুৎনা হাই-হুম্বা, হায়বদি ঈশৈগী পদ অমা "কাংঙগী খোংথাংবু ঙমজবী" হায়বা অসি শকপদা নাট্যশাস্ত্রগী চপচাবা মুদ্রাদি নত্তবা হকচাংগী শাথেক খুথেক অমা মতোমতা তৌরক্লিবা অদু নটনি, মসিবু মৈতৈলোন্দা মোত থোকপা হায়নসু কৌই । মীওইবগী থম্মোইদা ভক্তি অমদি প্রেম্না ফাওরকপা মতমদা কপ্পা নোকপা তুচুংবনচিংবা মতোমতা থোকচরকপা বিকার মওং মতৌ অদু নটনি । নাসিকতা গোদাবরী তুরেল মপান্দা রমানন্দরায়দা চৈতন্য মহাপ্রভুনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রেম তত্ত্ববু মথং মথং হংলকপদা, অরোইবদা শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ শ্রীরাধাগী স্বরূপ রসগী তত্ত্ব, প্রেম তত্ত্ব করিনো হায়না হংবদা, রামানন্দরায়না হায়খি - ঐদি নটনি রঙ্গভূমিদা থোক্লিবনি,

ইবুঙো নহাক্না সুত্রধারনি, নহাক্না শাহনবা জগোইতা ঐনা শাজবনি । ঐগী লৈয়েংনা বীনা যন্ত্রনি, নহাক্না বীনা খোংবনি । অসুম তৌদুনা মীওইবগী পুক্নিংদা ফাওরক্লিবা ভাব অদুগী মতুং ইন্না মশাদা লাকপা বিকার, হকচাংগী লেং-ওৎপা, খুৎ হাইরকপা, মাইথোংগী ওইরকপা মওং, চিন্না হায়রক্লিবনচিংবা পুন্নমক অদুনা তিনবা অদু নটনি । অসিগুম্বা নট অসিগা লোঈনবা প্রেমভক্তিগীদমক তৌবা সংকীর্ত্তন অদুবু নট সঙ্গীত কৌই । কর্ণটকী অমদি হিন্দুস্তানী সঙ্গীততা রাগ রাগিনী অমদি তাল মমিং মান্নবা কয়ামরুম লৈ, মদুবু পাংথোকপা মতমদদি মশক তোঙান তোঙান্না থোক্লকই । মতৌ অদুগুমদুনা হিন্দুস্তানী অমদি নট সঙ্গীতকা রাগ অমদি তালদা মমিং মান্নবা কয়ামরুম লৈ, অদুসু পাংথোকপা মতমদদি মশক তোঙান তোঙান্না থোক্লকই । মতৌ অদুগুমদুনা হিন্দুস্তানী অমদি নট সঙ্গীতকা রাগ অমদি তালদা মমিং মান্নবা কয়ামরুম লৈ, অদুসু শকপা মতমদদি মমিং মান্নরবসু তোঙান তোঙান্না উবা ফংই । মদুগী মরুওইবা মবমদি - হিন্দুস্তানী সঙ্গীতকী মৃদঙ্গ অমদি তবলাদা য়ৈরিবা বোল অদু মৈতৈ পুংদা য়ৈবা তারবদি মশক মান্নদবনা মরম ওইদুনা খোম্লোক মান্নদে, খোম্লোক মান্নদবনা মবম ওইদুনা খুৎফমসু মান্নদে, খুৎফম মান্নদবনা বোলসু মশক ওল্লকই । মরম অসিনা প্রণালী অমনা পাদম তম্বা য়াদে । অসিগুম্মা নট সঙ্গীতকী নৃত্যদসু চপ মান্নে, মদুদি - জগোই হায়বা অসি করিগুম্বা ভাব অমা ফোংদোক্লবগীদমক লয় তাল অমগী মথক্তা খুৎ অমদি হকচাংনা লেং-ওত্তুনা শারিবা অদুবু জগোই কৌই । অদু ওইরবদি পৃথিবীদা লৈরিবা প্রণালী খুদিংমক্কী জগোই পুম্নমক মশা অমত্তা ওইনা মান্নবা তাবরা ? মান্নদে, প্রণালীশিংগী মাগী-মাগী জগোই শেমগৎলকপগী মচাকশিং অমগা অমগা তিন্নদে, অদুনা মরম ওইদুনা ভারতনাট্যম, কথক, কথাকলী, মণিপুরী অসিনচিংবা নৃত্যশিং অসি তোঙান্না উরিবা অসিনি । মরম অসিনা কনাগুম্বা প্রণালী অমগী মাগী পরিং পথাপনা অতোপ্পা প্রণালী অমদা পাদম তম্বা তারবদি শোইদনা তুং ওম্লোক্লবগুম উগনি । মরম অসিনা মাগী মাগী সম্প্রদায়গী পরিং পথাপ্পু মশক মুন্না খংনবা হোৎনরগা, মদুবু অকনবা যোগ তৌদুনা হেন্না ফজহনবা হায়বা অসি সঙ্গীত সমাজদা লেমজনফম ওই ।

নট সঙ্গীতকী মরুওইবা শকফমদি সংকীর্ত্তননি । কীর্ত্তন হায়বদি ভগবানগী কীর্ত্তিবু শকপনি । ভজন গান ভক্তি গীত হায়বনচিংবা পুন্নমক কীর্ত্তননি অমসুং

নববিধা ভক্তিগী অনিশুবা অঙ্গনি । অসিগুম্বা সংকীর্ত্তন অসি চৈতন্য মহাপ্রভুনা বাঙ্গলা লৈপাক্তা ইহান হান্না হৌদোকখিবনি হায়না বৃন্দবনদাসকী চৈতন্য ভাগবততা অসুম্না হায়রি -

আজানুলম্বিতভূজৌ কনকাবদাতৌ
সংকীর্ত্তনেকপিতরৌ কমলায়তা ক্ষৌ ।
বিশ্বম্ভরৌ দ্বিজবরৌ মুগধর্ম্মপালৌ,
বন্দে জগৎপিয়করৌ করুণা বতারৌ ॥

সংকীর্ত্তনৈকপিতরৌ - সংকীর্ত্তনগী অমত্তা ওইবা মপানি, অসুম হায়না ইরিবা অসিদগী খংবা ঙম্বদি - চৈতন্য দেবনা মতম অদুগী মীওইবা খুদিংমক্তা সংকীর্ত্তনবু মশক খংহনবিরম্মী, হায়বা অসিনি । সংকীর্ত্তন হায়বা অসি চৈতন্য দেবনা ইহান হান্না হৌদোকপদি নত্তে, শ্রীভাগবত একাদশস্কন্ধদা অসুম্না হায়রি -

কৃষ্ণবর্ণং ত্বিষা কৃষ্ণং সাঙ্গোপাঙ্গাস্ত্রপার্ষদং ।
যজ্ঞৈঃ সংকীর্ত্তন প্রায়ৈর্যজন্তি হি সুমেধস ঃ ॥

মরম অসিনা সংকীর্ত্তনগী মরমদা য়াম্না শম্না খোঙ্গুল লীনবা হোৎনজগে - খৃ: পূ: ৫৬৩ দা ভগবান বুদ্ধদেবনা পোক্তুনা, মহাক্না ময়াম তিন্নদুনা ঈশৈনা লম্বি ওইদুনা মহাক্কি সিদ্ধান্তবু প্রচার তৌখিবগা লোইননা বৌধ যুগতা ভারত্তা সাহিত্য খম থেংনা চাওখৎখি । কাব্যরস পুম্নমক্তগী অহেনবা শৃঙ্গার রসতা স্বকীয়া ভাবতগী পরকীয়া ভাবনা হেল্লি হায়বসি বৌধ সহজিয়াশিংনা পুথোক্লম্মী। বৌদ্ধ ধর্ম্মদ ঈশ্বরবু মানিদে, মরম অদুনা মখোইগী খমথেংনা চাওখৎপা সাহিত্যবু অচম্বা নিপা নুপীদা পান্দুনা লেংই । বৌধ ধর্ম্মনা চহি ১০০০ ভারতবর্ষদা লৈরম্লগা মুংখি । ৭শুবা শতাব্দীদা খা-থংবা ভারততা ইহান হানবমক্তদা বৌধগী ভক্তিবাদপু বৈষ্ণবাচার্য্যশিংনা শেংদোক্তুনা পরকীয়া ভাবতা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী মধুর প্রেম রসপু শক্তুনা কীর্ত্তন তৌই । মদুগী মথংদা অৱাং থংবা ভারত্তা লাক্তুনা ১২ শুবা শতাব্দীদা বাঙ্গলা লৈপাক য়ৌরক্তুনা কবি জয়দেবনা বৌধ সহজিয়াগী অচম্বা নিপা নুপীদা পানবা কাব্যদগী লৌদুনা, ফজরবা পদাবলী গীতগোবিন্দদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী পরকীয়াভাবতা মধুর প্রেম রসবু শকই । মদুগী মথংদা কবি বিদ্যাপতি, কবি চণ্ডিদাস অসিনচিংবা বৈষ্ণব কবিশিংনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী মধুর

প্রেমরসবু শকই । ১৫শুবা শতাব্দীদা ভারতবর্ষ শিনবা থুংনা মুক্তি ফংনবা লম্বিদা ভজন গীত নত্রগা ভক্তিগীতনা ভগবনাগী গুণগান তৌদুনা ঈহৌ অমা লাকপগা লোইননা মহাত্মা সুরদাস, রামচরিত মানসকী লেখক গোস্বামী তুলসীদাস, হিন্দু অমদি মুসলিম অপুনবগী মশক ওইবা সন্ত কবিরদাস, ভজন গায়িকা মীরাবাই, বঙ্গদেশতা চৈতন্য দেবগী নাম কীর্ত্তন, অসিনচিংবা ভক্তশিংগী ভক্তি গীতনা ভারতবর্ষ থুংখিবা মতম অসিবু ভক্তি অন্দোলনগী মতম হায়না খংনৈ। ভক্ত কবিশিং অসিনা শকখিবা কীর্ত্তনগা চৈতন্য দেবনা শকখিবা কীর্ত্তনগা য়াম্না খেন্নবা লৈ । চৈতন্য দেবদি কবি নত্তে ভগবানগী নামবু শক্তুনা নামকীর্ত্তন তৌবনি, করিগুম্বদা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী লীলা কীর্ত্তনসু শকই, করিগুম্বদসু শাস্ত্রীয় সঙ্গীতনা শকপসু য়াওই, নাম সংকীর্ত্তন্দা শকপদি, -

হরি হরয়ে নম: কৃষ্ণ যাদবায় নম : ।<br>
যাদবায় কেশবায় গোবিন্দায় নম ঃ<br>
গোপাল গোবিন্দ রাম শ্রীমধুসুদন ।।<br>
অসিনচিংবা ।

হরিনাম হায়না ঐখোইনা খংনবা তারকব্রহ্মনম হরেকৃষ্ণনা হৌবা মন্ত্র অসি চৈতন্য দেবনা ঈশৈ ওইনা শকখি হায়বা থেংনদে - মরমদি জপ তৌনবা মরম ওইবননি । অসিগুম্বা চৈতন্য দেবগী কীর্ত্তন অসি বঙ্গদেশগী লোকগীত ঐখোয়না বাঙ্গলা কীর্ত্তন হায়না খংবা অসিনা শকখি । বাঙ্গলা কীর্ত্তন মখল যাম্মি, অদুম ওইনমক বাঙ্গলা কীর্ত্তন পুম্নকক্কি শকফম শুনা য়াওবা মরম্না মনোহরসাহী শৈশক্লা মরুওইবনি হায়না লৌনৈ ।

বঙ্গদেশ পদকীর্ত্তন অসিনা ঈচেল মচা অমা ওইনা মণিপুরদা য়ৌরকই, মদুনা মণিপুরগী লোক গীততা তিল্লরগা তোঙানবা শকফম শৈহেক শৈদা অমা ওইরকই, শৈহেক অদুনা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা মপুং ফানা শেমগৎতুনা নট সংকীর্ত্তনদা শক্লখিবা অদুনা ঙসি ফাওবদা মণিপুরদা ঙান্দুনা লৈরিবা অসিনি। সংকীর্ত্তন মখল অনি সুই, মদুদি নাম সংকীর্ত্তন অমদি লীলা কীর্ত্তন । সংকীর্ত্তন শকফম অনি অসিবু ইবা তারবদি য়াম্না পাক চাওখ্রে, মরম অদুনা য়াম্না সম্না হায়জগে । নামসংকীর্ত্তন মফম মতমগী অরেপ্পা লৈতে ময়াম পুম্নমক তিন্নদুনা শকমিন্নবা য়াই অমসুং ভগবানগী নাম ময়াম পরেং লেংশিন্দুনা শকনৈ ।

লীলাকীর্ত্তন - মণিপুরগী লীলাকীর্ত্তন মফম মতম অকক্লবা লৈ, সভা মাগুব শেমদ্রবদি তৌবা য়াদে, শ্রীরাধা কৃষ্ণগী অষ্টপ্রহরগী লীলানচিংবা শক্লে । লীলাকীর্ত্তনবু রস কীর্ত্তনসু কৌই । মাবু আস্বাদন তৌবা ইন্দ্রিয় মীৎনচিংবগা মরী লৈনরগা, থম্মোইদা ওইথোক্তরিবা হায়বদি হৌজিক্তা ওইবগুম্না থোকপা, নুংঙাইবমক্তনা হাকমন্দুনা ঙকপা পোকপবু রস কৌই । শ্রীকৃষ্ণগী লীলাগী রস ৬৪ বু শক্লে । ব্রজবৃন্দাবনদা শান্নবা লীলা রস পুম্বদগী শৃঙ্গার রসনা পুম্নমক্তগী হেল্লি, মরম অদুনা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী মধুর রসবু ৬৪ থোক্লা খাইদোকই । শৃঙ্গার রসবু অহানবদা বিপ্রলম্ভন অমদি সম্ভোগ হায়না অনি থোক্লা খাইদোকই । বিপ্রলম্ভন ৪ থোক্লা খাইদোকই মদুদি - পূর্ব্বরাগ, মান, প্রেম বৈচিত্ত্য, অমদি প্রবাস । মরি অসিনা অমুক অমমম্না ৮/৮ থোক্লা খাইদোকই, মরম অদুনা বিপ্রলম্ভন ৩২ শুই । সম্ভোগ মরি থোক্লা খাইদোকই মদুদি - সংক্ষিপ্ত, সংকীর্ণ, সম্পন্ন, অমদি সমৃদ্ধিমান । মরি অসিনা অমুক অমমম্না ৮/৮ থোক্লা খাইদোকই, মরম অদুনা সম্ভোগ ৩২ শুই । বিপ্রলম্ভন ৩২ নে সম্ভোগ ৩২ নে পুন্না ৬৪ অসিনা লীলা কীর্ত্তন নত্রগা রসকীর্ত্তনদা শকনৈ ।

নট সঙ্গীতকী শকফম্নু খরদং ওইরবসু মশক খংনবগীদমক ভারতকী সঙ্গীতকী অতৈ সম্প্রদায়শিংগী খোঙ্গুল খরদং লিজরুবা অসিদগী খংবা ঙম্বদি, নট সঙ্গীত-রসপ্রধাণ সঙ্গীতনি হায়বা খঙবা ঙম্মী ।। ||❋||

# জগোই রাসকী নুংগী ঈচেল-ভক্তিরস

পূক্লিংগী নুংঙাইবা শরুক য়াওদনা চুম্লগী পানগী ওইবা নুংঙাইতনদি খক নুংঙাইবদুগী মপুং ফাবা ওইদে - লমখাঙদা হেক্তমক ঈচেল খকখি । পানগী নুংঙাইবদি মাঙবা, তাকপা নাইবা মীরমলেনগী পোৎতগী ফংই অদুনা মাঙবা, তাকপা নাইবনা মশিন্নি । অদুম্নদি ওইরগা ঐখোয়গী নুংনদি মতম পূম্নমক্তা খৌরাংনা ঙাইদুনা লৈ নুংঙাইবা মাতবু । অসুম্না লেঙবা লৈত্রবা, খক ময়েং তাবা তৌদবা অদুগুম্বা নুংঙাইবা ঈচেল অদুতবু খৌরাংজবদা, জীবদা মমিৎ তাঙবনা পোৎ মাবগুম মাদুনা ঙাইহাক্তগী ওইবা নুংঙাইনববু থেংনৈ, মদুনা অমুক চীকমাঙ-মাঙখ্রবদা নীংবা কায়না হাহাকার লাউই । জীবনা মশামক্তা খঙজদনা অসুম্না খৌরাংজরিবসিবু করিনো - ময়েং তাবা লৈররোইদবা অদুগুম্বা নুংঙাইবা অদুতনি । অসুম্না নুংনা ঙাইবা নুংঙাইবা অসিবু করিনো ? অশেংবা নুংঙাইবা ঈরেল অদুদি মহাক্তনি অতৈ কনাসু নত্তে । লেঙলি পাল্লিবা জগৎ-তাইবঙ পানবা পূম্নমকপু শেম্লিরিবা মপু অদুতনা লেঙদবা নুংঙাইবা ঈরেলনি। খঙনবু ওইরবসু থব্রায় পানবনা মাতগী খুৎচিং মখাদা, জীবগা মাগা অনীবু শম্ন হল্লিবা মিৎনা উঙমদবা মরী অদুনা থোং শাদুনা মিৎকুপ খুদিংগী তত্তনা মাগী মায়কৈতদা চেনশিন্নরি । শোল্লবা জীবনা উদবা, খঙদবা মরী অদুগী অশেংবা মশক্তি খঙজদবনা মখোঙ মরম খঙদনা লেপ্পা লৈতনা অদুম্মক অপল-অহুই কয়া থেংনথেংননা, মপোক কয়া কয়া লান্না পোত্থাফম খঙদনা চেন্নরি । মতম পূম্নমক্তা মখোয়না মশানা খঙদনা পামজরিবদি লেঙদবা নুংঙাইবা অদুতবুনি । অদুনা খঙনবু ওইরবসু খঙদনবু ওইরবসু জীব পূম্নমক্তা তাইবঙ মপু অদুতবু পামনৈ । মরমদি মহাক্তনা খমথেংবা নুংঙাইবা হায়বদু ওইবনা ।

মীওইবগী ব্রাখল পুক্লিংগী থবক্তি । মসি কনাগীসু মখা পোন্দে মনীং তৌবনা মাগী মনাৎনি । শিৎলিবা নুংশিৎ ফাদুনা থম্বা য়াই, মীওইবগী পুক্লিংদি ফাঙমদে-অকনবা সাধন অমদি অকনবা অভ্যাসতনা মাবু মনীং তৌবা শাজত্তগী পুথোক্তুনা অকক্লবা লম্বী অমত্তদা চৎহন্নবা থেমদুনা নৌদুনা তম্বী তম্বীনা শীজিন্ননিংবদা শীজিন্নগদবনি ।

ন ভাবেন বিনা কাব্যং ন ভানে বিনা রস ঃ ।
ন ভাবেন বিনা নৃত্যং ন ভাবেন বিনা জগৎ ॥

- সঙ্গীত দামোদর

ভাব য়াওদনা কবিনা কাব্য লেংবা ঙমদে । ভাব য়াওদনা রস ফাওরক্তে, ভাব য়াওদনা জগোইসু জগোই ওইদে, তাইবঙ অসিসু লেপ্পা য়াদে ।

করিগুম্বা পোৎকী মহাউবু রস কৌই । তংদুনা খঙলিবা অদু মহাউনি, রসনি । ভাবকা রসকা অনীমক খক থানবা য়াদে, অমা ৱাৎপদা অমগী মশক শেংনা লেপ্পা য়াদে । ভাবকী রসকী মথং মথং হেনগৎলকপা মওঙ কয়া লৈ। অহিং য়াওদনা থোক্লিবা থাগী ফজবা ওইদে । অহিংগা থাগা অনি য়াওদনা শাৎলিবা থরো থারিকথানচিংবগীসু ফজবা খক ওইদে । অসিগুম্বা ভাব অসিনা রসকী মহাউ ফংবনা বৈষ্ণবশিংনা ভাব অসিবু ভক্তি ওইনা লৌনৈ । অসিগুম্বা ভাব নৎত্রগা ভক্তি অসি য়াওদনা কনাসু নুংঙাইবা ফংদে । তাইবঙ মপুগী কা-দতসু নত্তে, ইথ্বায়না য়ৌনা পামলিবা হীরম অমদা অয়ৌবী ওইনা ভক্তি লৈরবতদা পায়রুবা শিনফম অদুনা রসকী মশক ওইরক্লুনা মাবু, কোনজরিবসিংদা পেনজবা নুংঙাইবা ফংহল্লি । অদুনা ঐবু নুংঙাইবা পীরক্কদৌরিবা পোৎ অদুনা ঐনা মাবু লুনা চান্না তৌদ্রবদি ঐঙোন্দা খক নুংঙাইবা মহাউ পীবক্তে । অসুম্না জীবনা তাইবঙগী পোত্তগী ফংবা হৌনবা নুংঙাইবগী মহুত্তা মদু পুম্নমক থাদোক্লম্লগা তাইবঙ মপুতবু পুক্নীং হকচাং চপ য়ুংবা ঙম্লবদি অদুগুম্বা মপাম অদুবু 'প্রেম' হায়না কৌই । তাইবঙগী পোৎ পার্মলিবা অদুনা 'কাম' হায়বসিনি । অসিগুম্বা প্রেম অসি ফংবদা জ্ঞান লৈবা লৈতবগী থোইনা কান্নব লৈতে - ''মহাক অদু ঐতগীনি'' অসুম্না খনজবা ঙম্লগা লোইবে । শাস্ত্রনা হায় মীরমলেনগী মতৌদা অশেংবা বস লৈতে । মরমদি মাঙবা তাকপা নাইবা পোত্তগী ফংবা নুংঙাইবা রসসু অদুম্মক মাঙবা তাকপা নাই । মরম অদুনা অশেংবা রস হায়বদুদি তাইবঙ মপুতদা লৈ, অদুনা ইবুঙো মাবু রসমক্কী মশক্লি অসুম্না হায়নৈ । অদুম্নদি ওইরগা ঙাইহাক্কী ওইবা তাইবঙগী অদুনা মাঙবা নাইদবা লেঙদবা নুংঙাইবা চবুন অদুগী মমি তম্ফম অমদি ওইরিবনি । অসিগুম্বা মিৎকুপকী ওইবা নুংঙাইবা অসিনা অদুম্মক মরী তত্তনা লোইবা লৈতনা নুংঙাইখিনবগী লংজিন্দি ওইরিবনি। অদুনা মসিনা থোং শারগা মদুদা লান্দুনা ঐখোয়না মায়া তুরেল ৱাংমদা লৈখ্রবা অশেংবা মফম (বৈকুন্ঠ ধাম) অদু য়ৌনা চৎপা তাই।

নত্রবদি অদুগুম্বা লাইরৈবাক অদুগী মশক-মচুনচিংবদুবুদি ঐখোয়না ইনীং তৌনা ফনমক খল্লুদুনসু খক লাকশিল্লুবা ঙমগদবা লৈতে ।

অদুনা বৈষ্ণবশিংনা হায়-প্রকৃতিগী শকলোন পুবী শ্রীমতী রাধাদা চঙজদনা খক কৃষ্ণ ফংগদবা লৈতে । শ্রীমতি রাধা কুচু পানবী, হরাউ নুংঙাইবগী শক্লোন পুবনি, তাইবঙ মপু শ্রীভগবানমক্কী শক্তিগী মশক্তি । রাধা কনানো, বৈষ্ণবশিংনা রাধাবু কনানি হায়বগে ? ব্বাফম অসি অরুবা নৈনফম থোকপা ওইনা বৈষ্ণব সমাজদা লুনা য়োক্লে । অপানবা-অঙানবা হায়বসি অচম্বা মীওই ঐখোয়দদি মিৎনা উরিবা, ব্বাখলনা য়েংবা ঙমলিবা, পংখৈ ব্বাংমগী নৎখিদ্রিবা, সৌরমণ্ডলনা কোল্লিবা ঙমখৈ-পোকপদগী শিবা তানবা ফাওবা থোকলিবা-উরিবা, তারিবা ময়াম অসিনা পুনশিল্লগা ওইরিবা অমদি পুক্লিংদা তারিবা অদুগী শক্তম অদুবু বৈষ্ণবশিংনা রাধাগী শক্তম ওইনা লৌনবরা খল্লি । অমরোমদা শাস্ত্রনা হায়বা মতুংইন্না শ্রীমতি রাধাদি পরম প্রকৃতিগী মশক্তি, প্রকৃতি পূম্নমক্কী মপীনি, তাইবঙপানবা অসিসু প্রকৃতিনি, প্রকৃতিদগী পোকলিবা জীবসু প্রকৃতিনি । প্রকৃতি ওইবা জীবনা মশাগী হৌরকফম ওইনা পুরুষ অদুগী খুবম থিরকপদা মহাক মশাগী মনাৎনা অভিসার তৌদুনা অদুম্মক থিজরকপা তাবনি । মনাৎ নত্তনা অতোপ্পা পাম্বে অমদি মানা কদায়দগী ফংলুগনি । অদুনা রাধাগী শকলোন লৌবী মীরমলেন অসিনা থোং ওইনরগা মদুগী ব্বাংমগী পোৎ থিবা তাবনি (Through mortal to immortality).

মিৎ অমদি পুক্লিংগী ব্বাংমগী পোৎ অদুগী মশক-মচুনা অমুক কমদৌরমগবা, কনানা খঙলুগনি ! ইশাগী হৌরকফমসু অমম্বনি, লোইরুফমসু অমম্বনি, অঙানবা ওইনা উরিবা মীরমলেনগী মতৌ অসিমক্কী মরুসু অমম্বনি। অসিগুম্বা অমমম্বদা হৌরকপা অমম্বদা লোইরবা মতৌ অসিনা থাদোক ঙমদবা ইনাৎ ওইনা লৈবনা - পুক্লিংতদা ফাওরিবা, পুক্লিংনা থৌরাংজরিবা, পামজরিবা-যুগ কয়া চঙনা অভিসার চৎতুনা থিজরিবা, য়ৌনা নুংঙাইবনি নীংলিবা অদুগী মশক মচু অদুবুসু মহাক্না খক অঙানবা ওইনা উজরুবা ঙমদে । অসুম্না অমম্বা নত্তনা মদুগী করিগুম্বা মিংথোল অমা থোল্লুফম খঙদ্রবসু অশেংবা নুংঙাইবদি মদুতদা মরেরে হায়বসি য়ৌনা থাজদুনা বৈষ্ণবশিংনা, মখোয়না য়ৌনা পামজরিবা মখোয়গী মবুংঙো অদুগী মচুসু অমম্বা ওইনা কল্পনা তৌনৈ । শরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়না য়েক্রুম্মী - অসিগুম্বা অমম্বা অসিগীদমক্তি ব্রজগী নহা ওইবীশিংনা

ঙাওজখিবা ! ব্রজগী নহাদি কনানো ? মীওইবনা চহি ১০০ পুন্সিদুনসু মদুদগী হেনবা মীওইমক ওইখিদুনসু মশাগী পুক্লিংদি খক অহল ওইশিল্লকপা লৈতে । অদুগা অখণ্ড-অহৈশিংনা হায়নৈ অহল ওইরকপা মতমগী পুক্লিংদি হনুবনা নহামচা অমা লৌবগুম্মী, হায়বদি অহল ওইরবা, হীকথরক্লবা পানগী হকচাংনা নৌরিবা মশাগী পুক্লিং অদুগা চান্নবা থবক তৌবা ঙমদে অসিনি । অসুম্না নৌদুনতা লৈবা মীওইবা পুক্লিং মাগী চানজবা অদুগুম্বা রস অদুতবু চুপচরগা খ্বায়দগী হেন্না পেনজবা ওই । মরম অসিদগী নখোয়না শ্রীরাধাকৃষ্ণগী নিত্য-কৈশোর-মুর্ত্তি অদুতবু কল্পনা তৌদুনা মশাগী আত্মানা মখোয়গী রস-সমুদ্রদ কোয়না তাউদুনা শান্নজবা অদুগুম্বা খুদোং অদুতবু কোয়না থিদুনা লৈ । 'যে যথা মাং প্রশদ্যন্তে তাংস্তথৈব ভজাম্যহং' - ভগবানদি মী মী অদুনা পামজবা অদুতবু হেক হেক পীনবি । অদুনা ইবুংঙো মাবু নীংনীংবা মওঙদা লীশীং লক্ষা থোক্লা নীংনজবা য়াই । মদুগী মপান্না মানা মানা পামজবা মওংদা অদুম্মক লাৎন্নৈ । মরম অসিদগী ইবুংঙো মাবু মনাই ভক্তশিংনা মচা ওইনা মনাও ওইনা, চান্নজবা মরুপ ওইনা নৎত্রগা ঙাকপী কনবীবা ঙমবা মপু ওইনা অমদি য়ৌনা পামজবা শৃঙ্গারগী সংশঙবা শক্তম অদুমক ওইনা নীংনৈজে । অসুম তৌনা মীওইবনা মীরমলেনগী থৌদৌ থৌওংগী মরক্তা লাইরমলেনগী ওইবা মক্তবা, শেংলবা অমদি লংলবা অদুগুম্বা রস অদুগী মহাউ থিনৈ - অদুনা মখোয়গী মবুংঙোদি সংশঙবা রসকী মুর্ত্তি রসবাজমক ওইহল্লি । অদুগা শৃঙ্গার রসকী মহাও থিরিবা নহা ওইবা ভক্তগী পুক্লিংশিং অদুনা মশীং লাকঙমদ্রবী ব্রজগী নহামচা (গোপী নহা) ওইনা কল্পনা তৌনৈ । অদুনা রাস লীলাদা গোপীগী মশীং লোইবা নাইদে ।

হান্নসু হায়খ্রে, মীওইবগী বুদ্ধিনা লৌশিংনা মখোয়না অমুক্তসু হান্না থেংনখিদ্রিবা করিগুম্বা পোৎ অমত্তগীসু খক কল্পনা তৌজরুবা ঙমদে, ফনমক ৱানা হোৎনদুনসু মাগী ৱাখল মরী অদুনা মাগী মচীন্দা থোকপা মিরাংগুম অদুম্মকী মাবু কোয়শিন্দুনা থম্মী । অদুনা পুক্লিংদদি ফাওবা হায়ফমদি খঙদবা অদুগুম্বা তাইবঙ মপুগা মাগা লৈনবা মরী অদুবু মশাগী মনাৎ মতুংইন্না মশানা খনজবা তাবনি - মসি উপায় অমা মঙোম্দা লৈজদে । হায়নৈ, তাইবঙ মপুগী মনাক নকচগে হায়রবদি সংসার থাদোউ । অদুবু থাদোক্লগা মানা চৎখিগদবদি কৈদনো পোকঙৈদগী চেন্নরক্লবা মাগী নুংগী মপুক্লিংনচিংবা পোৎলমশিং অদুবুদি

মানা কদায়দা থাদোক্লুগনি মীরক্তগী থোকশ্নগা পুক্লিং য়ুংবা মতৌবুদি মানা ফংলুবসু ময়াই, অদুবু অদুমকসু হান্নগী হান্নগুম মীওইবা পুক্লিং ওইবদি খক হোংদোকপা ঙমদে । অদুনা সংসার থাদোকশ্লবা সাধু-সন্ত কয়ানা থশ্নীরম্না তাঙলবা লমজিং লাইরিক অসিসু অদুগুমবা মীরমলেনগী ওইবা পোৎতা লাইরমলেন মচাক তানবা ঙাক্তগী খুদম পীনরমলি । কবি জয়দেব, চণ্ডীদাস বিদ্যাপতি, গোবিন্দদাসনচিংবা ভক্ত-কবিশিংগী শৈয়োন-শৈথা পুন্নমকসু ভক্তি মার্গদা চৎচদবা কনাগুম্বনদি খুল্লঙ-ঈশৈমক্নুম উই মথক্কী মরম অসিতনা মসি ওইবনি । উপায়দি লৈতে করম তৌগনি-ইশাসু ইবুংঙো মাগীনি পুক্লিংসু মাগীনি, মানা পীনব খুৎলাইনা মানা পামহনবীরবা পোৎশক্তবু (অমরোমদা মহাক্তবু) থিদুনা হুমদুনা লশ্নী য়াৎচবা নত্তনা ঐগুম্বনসু করি তৌবা ঙম্বগে । অদুগুম্না হায়ফম খঙদবা ব্যাকরণগী নিয়মনা অমদি চৎনবী আইন্না পুল্লুবা য়াদ্রবা অসিদি হায়না খন্দোক্তুনা উৎপা ঙম্বা পাম্বৈসু লৈবা নত্তবা-পুক্লিংতনদি মহাউ ফংবা অদুগুম্না পোৎশক অমদি লৈ হায়বসি থম্মোয় পানবা খুদিংমক্না য়ানগদবা ৱাফম্নি । বৈষ্ণবশিংনা কোয়না থিনরিবসু মসিতনি, মসিগীদমক্নি ব্রজগী গোপী নহামখৈনা ঙাউখিবা, মসিগীদমক্নি রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা রাজ-বৈভবতগী থাপ্না চথোক্তুনা পুন্সি লোমখিবা ।

ভগবানপিতারাত্রি ঃ শারদোৎফুল্লমল্লিকা ঃ ।

বিক্ষ্যরন্তুং মনশ্চঞে যোগমায়ামুপাশ্রিত ঃ ।।

শাৎকায়রবা মাল্লিকানচিংবা লৈনা লৈতেংবগী শরৎ পুর্ণিমাগী অহিংবু উবদা শ্রীভগবাননা রাস শান্নগে খন্দুনা যোগ মায়া কৌবী ইবুংঙো মাগী শক্তিবু আশ্রয় তৌখি । রাস কনাগা শান্নখি - ব্রজগোপীশিংগা । ৱানা কাত্যায়ণীব্রতনচিংবা অকনবা তপ কয়া তৌদুনা নুং-পান অনীমক তরু-তরু শুদোক-চামথোকচরবী, মখোয়গী থম্মোইবু শরৎকী থানীন অহিংগুম তরু-তরুহল্লবী, ফুগায়না শাৎলবা প্রেম-ভক্তিগী লৈরাংনা মদুবু অমুক মনম চেলহন্দুনা মতিক চারবা শ্রীভগাবানগী রাস শান্নফম শেমজরবী অদুগুশ্নী গোপী নহাশিংমক্তনি । গোপী নহা-ভগবৎ-ভক্তি লৈবা, মপোক কোটি কয়া চঙনা ভগবানবু ফংজনবা অকনবা তপ তৌরক্তুনা হায়বদি লোইনাইদবা খোঙচৎনা শাংলবা মপোক কয়া লান্না অভিসার তৌরক্তুনা মমৈদা তাইবঙ মপুগা হকথেংনজবা য়াবগী থাক য়ৌশিল্লক্লবা অদুগুম্না ভক্তিশিং । অদুদি অহলগী মতমসু ওইবা য়াবদা 'নহা' হায়রিবনা

করিগীদমক্লো ? হান্নসু হায়খ্রে-চহিনা ফনমক লাকহৎতুনসু ইশাগী 'আত্মা' নত্রগা ঐগী 'ঐ' অমসুং 'ঐ' অদুগা শাগোন্নরিবা পুক্লিং অদুগী করিগুম্বদসু খক অহল ওইশল্লকপা ঙমদে। শাস্ত্রনা হায় আত্মাদি মাঙবা নাইদে অদুনা মাঙবা-তাকপা লৈতবা পোৎকীসু মম্বুরকপা খুইথরকপা খক লৈতে। মরম অদুনা মাদি মতম পুম্নমক্তা অসুম নৌদুনতা লৈ। বৈষ্ণব ভক্তশিংনা ব্রজকিশোর-কিশোরী অনিতবু থম্মোয়দা লাৎচরল্লিবসি মরম অসিনা ওইরমাল্লে।

মীওইবদি খম্বহৈবা জীবনি খনবতদা নুংঙাইজরিবনি। অদুনা হৈনজবা মশিন্না, শগোন্নজরকপা মনাৎনা, মশানা থাদোকঙমদ্রবা, মথ্বায়না য়ৌনা পামজবা অপাম-নুংশি হায়বা মীরমলেনগী মতৌ অদু ওইদুনা থম্মোই লকানুংদা খমথেংনা নুংঙাইরবা চিন্তামনিধাম বৃন্দাবন উমং শেমজদুনা মদুদা খ্বায়দগী হেন্না নুংঙাইবা, মথক্তা অমা লৈত্রবা জীবনা ভগবানবু ফংজবা হায়বা অদুগুম্বা রাস-লীলা অদু শান্নদুনা মশামক্তা বাসকী মশক (রসময়ী) ওইদুনা তিনশিঞ্জখিবা ফংবা অসিগুম্বা মুক্তিগী লায়খ্রবা পাম্বে অসিবু শ্রীগৌবচন্দ্রপ্রভুনা তাইবঙ জীবা পানবদা মশামক্তা লীলাগী মতৌমক ওইবীদুনা ভাগবত-ধর্ম্মগী লুরবা লাইনীং লাইশোলগী অর্থ অমদি মওং-মতৌ পূম্নমক শোল্লবা জীবদা শংশঙ উৎপিরম্মী।

মথক্তসু হায়খ্রে - জীবনা অমম্বতমক থেংনৈ, অঙানবা মবীক অমা ফাওবা থেংনবা লৈতে। অদুন্নদি ওইরগা থৌওইনমক মিৎ উইশন্দুনা মমহল্লগা খনবা ৱাখলদগী ফংলকপা মঙান অদুদি পুম্নমক্তগী হেন্না লংবা, মেঙখ্রবা অমদি নৌখ্রবা তাইবঙ খোন্না শুক্ষৎপা ঙম্বা মওঙগী ওইরকই। চাউখৎলবা বিজ্ঞানগী পোৎথোকশিং অমম্বদগী ঙাম্বোরকপা খম্বহৈবা ৱাখলগী মহৈ ঙাকনি। অসুন্না মিৎ উইশিন্দুনা অমম্বদা মারগা চীংথোরকপা অরুবা মঙালনা তাইবঙ অপুম্ববু শুক্ষৎলি। অদুন উৎথোরক্লিবা মঙাল অদু অমম্বদগী হেন্না নুংঙাইবা অমা তাইবঙপানবদা লৈতে। অমম্বতনা ঐখোয়গী মৈরানি, অমম্বতনা অথোইবা পুন্সি লমন্দিংনি-হে অমম্ব নঙগী নকাদা চঙজরি।

অসিগুমবা উদ্রিববু উনবা, অমম্বদা কোয়না থিজনবা ভক্তগী অথোইবা মপাঙ্গলনি। অসিগুম্বা লম্বেল অসিদি মানা মানা হৈনজবদা মনীং তৌনা চৎচবনা খ্বায়দগী লায়বা হেল্লি। অদুনা শাস্ত্রগী অফা-অপুন ঙাক্তনসু মসিগী লম্বী হায়বদু ওইরক্তে। মীগী খুৎলাইবু ইশাগী খুৎলাই ওইনরুবা য়াদে। শাগোন্নজরকপা ইশা ইৎন্বা ঙম্বা ইমা পুকনুংগী ঐগী খুৎলাই মচা অদুনা

অদুস্মক ইশাগী লম য়ানজবা তাই নত্রবদি মীগী খুৎলাইবু ঐনা পায়রুবা ইতিক ওইরমদবসু য়াই । তাইবঙ মপুগী মরমদা শিংলুবগীসু থোইনা কান্নদে মরমদি ইথকথোংবা অমত্তসু অশিংবা মরৌসিংনা মাবু খক ফংজবা ঙমক্তে। অপঙবা ঐগীসু লাই লৈতবা নত্তে । ইবুংঙো মাদি মনাই ভক্তগী মখা পোনবনি, পুক্লিং মক্তুগা লোইরে । অদুগুম্বা মায়া মরীক অমত্তসু পকত্রবা পুক্লিং হকচাং পুম্নমক মঙোন্দা কখোকচবা ঙম্বা হায়বা থৌনা অদু ঐ অসিনা করম্বা মতমদা ওইবা ঙম্লক্কবা অমম্বনি । মহাজনশিংনা হায়নরম্মী গোপীগী থাক য়ৌবদি ইতিক নত্তে অদুনা ব্রজগী উফুল মরীক অমা ওইজবা ফংবা অদুগী মখৈতনি ঐনা খৌরাংজবদি অসুমনা ।

জীবনা ভগবানদা চঙজদুনা সেবাগী মওংদা অপেনবা থস্মোইনা ইবুঙো মাবু মহাউ তংজবা অসিগুম্বা ভক্তি-রস অসিদি মীওইবা পুম্নমক্কী মরলনি, জাতি অমত্তগী নত্তে, অচৌ অশাংতগী নত্তে-নিপা-নুপী, অচৎ-চত্তা জীব পানবা পুম্নমক্কীনি । উপনিষদনচিংবদা ব্রহ্মবু রস অমদি নুংঙাইবগী মশকনি শীংথারম্মী - 'রসো বৈশঃ' অসুম্না । রস করিনো, তংদুনা খঙলিবদু রসনি । অদুগুমবা রসকী মশক ওইবা তাইবঙ মপুগী শরুক অদুবু ইবুংঙো মনাই ভক্তনা খক মহাউ তংদুনা পেঞ্জবা য়াদবরা ? নীংথিবা ৱারেং-শৈরেং অমা পারুবদা মদুনা উৎলিবা অর্থ অমদি তাবনচিংবদুগা পারিবা মী অদুগী পুক্লিংগা অমত্তা ওইশিন্নখিবা মশামকপু কাউথোকখিদুনা নীংথিবা মচু মমেন লোয়ননা থস্মোইনুংদা ফাওরকপা হায়ফম খঙদবা নুংঙাইবা মতৌ অদুবু শাস্ত্রনা 'রস' হায়বদুনি হায়না উৎলম্মী। অসুম্না প্রেমনা থুক্কৎলবা ভক্ত থস্মোইনা নুংঙাইবগী মশক ওইরবা মপুগী থুন্নবা মহাউ অদুবু তংজবা ফংলবা মতম অদুদসু মশানা মশাবু কাউথোকখিদুনা তাইবংপানবগী মতৌ নত্তবা অদুগুমবা নুংঙাইবগী ঈচেল অমদা তাউরকই । অসিগুম্বা নুংঙাইবা ইফুৎকা ঈরোয়ননা ভগবৎ-প্রীতিবু মহাউ তংজবা অসিনি 'ভক্তি-রস' । অসিগুম্বা রসকী অধিকারী ওইবা তারবদি তাবগী অধিকার লৈগদবনি । খম্বইবা গুণ চেন্দ্রবদি রসকী মশক খঙবা ঙমদে । অসিগুম্বা ভাব অসি য়াওদনা ভাব-তানা লোইশিনগদবা অদুগুম্বা রসপু মশক খঙবা ওইথোক্তে।

ভক্তিগী মমাঙদা মুক্তিনা খাঙবা ঙমদে - লাই গুরুশিংনা হায়নবা চৎন-ৱাহৈনি । ভক্তিনা লায়না মুক্তি ফংই । অদুবু অশেংবা ভক্তনদি মুক্তি ফাওবা পামজদে, চিনিমক ওইবদগীদি চিনি অদুগী মহাও তংজবা, তংলগা নুংঙাইজবা অদুতবু পামজৈ । চিনি মশামকুদি মশাগী অথুমবা মহাউ অদুবু খঙজদে । ||*||

# মণিপুরী নট সংকীর্ত্তন বিচার অমসুং অনৌবা মীরোন্দা হাপকৎনরকপশিং

মণিপুর অমদি মণিপুরী হিন্দুশিংনা খুন্দাবা মফমশিংদা পাঙথোক্লরিবা নট সংকীর্ত্তনগী বিচার-চৎনরোল মহৌশাদগী লৈজরকই । চৎনরোল অসি ভারতকি কীর্ত্তন সঙ্গীত পদ্ধতিদগী থোইদোকই । মহা যজ্ঞগী মশক ওইবনি । ভক্তি প্রেম অমসুং মুক্তিগী অথোইবা লম্বীনি । কীর্ত্তন মখল অসি প্রচিন (বৈদিক) ভারতকি মার্গ সঙ্গীততগী শমথরকপনি । লোয়ননা নবদ্বীপতা শ্রীচৈতন্যদেব (১৪৮৫-২৫৩৩) গী মতমদা অনৌবা ঈনোৎ হাপখি । নবদ্বীপতগী মণিপুর য়ৌরকপদা মমাঙদা অমুক্ত ওইখিদ্রিবা শক্তম লৌখি । লোয়ননা মসিগী অকুপ্পা নিয়মশিং চৎনরকখি । চৎনরোল অসি মৈদীংঙু খাগেম্বা (১৫৯৭-১৬৫২) দগী হৌরগা মৈদিংঙু চরাইরোংবা অমসুং গরিবনিৱাজ (১৭০৯-১৭৪৮) ফাওবা অহানবা, মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা (১৭৬৩-১৭৯৮) ফাওবদা অনীশুবা, চীংথংখোম্বদগী মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তিদগী শ্রীচুড়াচান্দ (১৮৯১-১৯৪১) ফাওবনা মরিশুবা হায়না চাওরাক্না খায়দোকপা য়াই । তাঙ্ককশিং অসিদা মথং মথং শেমদোকপা অমসুং ভক্তি শাস্ত্রদা হেন্না কুপ্না চঙশিনবা ঙমখি ।

সংকীর্ত্তন বিচারগী অহানবা শরুক্তা করতান্দা রামতাল, পুংনা খোল চৎনরম্মী । রামতাল মরী তেল্লম্মী । কোকয়েৎ য়েৎনরমদে । ফেজোমদগী হেন্না খ্বাংয়েৎ য়েৎনরমদে । অদুবু তাঙ্কক অসিগী অরোইবা শরুকতা খ্বাংয়েৎ অমসুং কোকয়েৎ চৎনবা হৌরকখি । খোলদগী মৈতৈ পুং ওল্লকখি । করতালসু মখা ফাকপা অচৌবা পায়নরকখি । ঈশৈ হনবা, দুহার, পুংয়ৈবা অনী, খোনপাংবা মকোক অমসুং পালা লোয়ননা সংকীর্ত্তন মপৃ নাইরকখি । নবদ্বীপ রস, বৃন্দাবন অমসুং মৈতৈ লাইনীং অহুমগী য়ানশিন্নবা চৎনবী ওইরম্মী । ৱাফমসি অরিবম শাগে পুয়া অমসুং অরিবা মৈতৈ ময়েক্কী কীর্ত্তন বিচারদগী খঙবা ঙম্মী। অনীশুবা তাঙ্কক য়ৌরকপদা পালাগী কোকয়েৎ মতুম চাওখাক্লক্লে। করতাল অউম্বা চৎনরক্লে । মরী শাংদোক্লক্লে । কোকয়েৎ মথক্তা পেংক হাপ্পরকলে ।

শ্বাংয়েৎ ফীবান্দা মচু মচুগী খোইময়েক তিন্দোংবী হাপ্লরকই । ফেজোম কুঞ্জা (গুনজা) খুদোল থুম্না শেৎনরকই । লেংয়ানফী অমদি তিলক ধারন কুপ্না মচা তানরকখি । মতম শ্বাইদা মৈতৈগী পূং-ঈশৈগী লাইরিক ওইনা "নুর্ণকি পালাগী লিয়োননে" হায়বা থোক্লকখি । লাইরিকসিদা মৈতৈদগী ওইবা লাইবংথৌশিং-পাখংবা, হরাবা, খমলাংবা, মুব্রানিংথৌ, লাইনিংথৌহনবা অমসুং পোম্বী লুব্রাঙবনা ঈশৈহনবা, দুহার, খোন পাংবা, পালা অমদি পূংয়ৈবা-তুংইনবা ওইনা শৈশকএ হায়না শীংথারী । মপান্দগী চঙলকপা কীর্ত্তন বিচারশিংগা চাংদম্নরকই ।

অহুমশুবা তাঙ্কক্তা নবদ্বীপ রস বৃন্দাবন রস অমসুং মৈতৈ লাইনীং অহুমগী অমত্তা ওইবা শক্তম ময়েক শেংলকখি । ফীজেৎতা মাইবীগী শারোল ফিজেৎতগী ত্রিকছ, অষ্টবেশ অমসুং তিলক ধারন লোয়ননা উরিক-লুগুন মচা খায়রকখি । ফেজোম, কোকয়েৎ শ্বাং য়েৎফি মথক্তা লেংয়ানফী লৈ পরেং খুজী-তাল অমসুং দ্বাদশ তিলক ময়েক শেংনা লৌখৎলকখি । মসিবু ফীজেৎ-লৈতেং মখল নিপাল (অষ্টবেশ) হায়না চৎনরকখি । মণিপুরী নট সংকীর্ত্তনদা শৈশক্তা নত্রগা পুংয়ৈবা ওইনা শরুক য়াগে হায়রবদি অষ্টবেশ শুদ্রবদি য়াদে হায়না অকক্লবা নিয়ম ওইরকই । নট সংকীর্ত্তনগী শৈশক মখল, নুপা, নুপী, অঙাং অমসুং অয়া-য়াদবা মখল খায়রকখি । মতাংসিদা ওইরকখি সংকীর্ত্তনগী মখলদা রাগ হৌবা য়াদবা, রাগ মচা-অচৌবা অমসুং অঙ্গ শুবা-শুদবা হায়না অকুপ্পা নিয়মশিং লৌখৎলকখি । সংকীর্ত্তনদা শরুক যারিবশিং ব্রজরস, নবদ্বীপ রস অমসুং মৈতৈ লাইনীংগী চৎনরোলদা মশক খায়বদা কুপথরকখি । সংকীর্ত্তনবু ব্রজরসদা রাসলীলাগা অমতনি হায়রকই । নবদ্বীপ রসদা নাম প্রচার ওইনা ঈশৈ হনবা শ্রীবাস, দুহার শ্রীনিত্যান্দ, পূংয়ৈবা মকোক শ্রীঅদ্বৈত, মতুংইনবা শ্রীগোবিন্দ, খোনপাংবা শ্রীগদাধর পণ্ডিত অমদি পালা ওইনা তামু কুণ্ড-মুরারী, সংকীর্ত্তন মপু শ্রীচৈতন্য দেব-গুরুসিদবা - (গুরু কৃষ্ণ বৈষ্ণব) শ্রীকৃষ্ণ অমসুং মোইবুংখোংবা ব্রজাগোপী-ছত হরিদাস অমদি বাস পাউতাকপা খোংঙারেল ওইনা লৌনরকই ।

মপূংফাবা মহাযজ্ঞগী মশক ওইবা সংকীর্ত্তনদি মান্দপ, মণ্ডলী পূজা, মায়কৈ মরিদা ভক্ত-বৈষ্ণবশিংনা ফম্না অমসুং অরাংফম-সম্ভাষানচিংবগী চৎনরোল বিচারশিং লৌখৎলি । ময়াইদা লিক্লাই যুম্বী (যাত্রা) ওবা, মায়কৈ মরিদা মখোঙ

নিপালনা কোইনা য়ুংনা মান্দপ ওইগদবনি । শ্রীহরিগী মনি মন্দির-মান্দপ ওইরবদি ময়াইদা লিক্লাই য়ুম্বী য়াওদে, অদুবু ময়াই মফমদুদা মণ্ডলী পূজাদি কৎকনি । লোয়ননা মান্দপকি চিথেক মরিদসু ধুপ, থাওমৈ, পান্না তাঙ্গা, হৈরুপ তাঙ্গা অমদি আশন কৎতুনা লৈ-চন্দন য়াওনা পূজা কৎকনি । অখন্নবা ধুমেল অমদি কীর্ত্তন অধিবাস য়াওনা নাম থিঙ্গৎপা সংকীর্ত্তনদদি ঘট পূজা অমসুং নিত্যাইপূজা-দধিমলঙ্গর্নচিংবগী থৌরমশিং য়াওগনি ।

মান্দপকি অকোয়বদা লেঙশিল্লীবা মরুওইবশিং অদুদি নোংচুপতা শ্রীললিতা সখি । অষ্ট মহন্ত, মমাসিজা অমসুং ব্যবস্থাকারিগুরুনন্দনচিংবা ব্রহ্মন পণ্ডিতশিং। মখাদা শ্রীচম্পকলতা, চিত্রা, শ্যাম মঞ্জরী । শ্রীনিত্যান্দগী কাংলুপ। মহারাজ, ব্রহ্মাসভা অমসুং হঞ্জবা-হিদংনচিংবা । নোংপোক্তা শ্রীরঙ্গদেবী, রুপ মঞ্জরী, ব্রহ্ম সভা অমসুং হঞ্জবা হিদাংনচিংবা । শ্রীঅদ্বৈতগী কাংলুপ । পণ্ডিত অচৌবা, অঙোম নিংথৌ, সেনাপতি অমদি চৈরাপ-গারোৎকি ফম্নাইবশিং । অৱাংদা শ্রীলবঙ্গ মঞ্জরী, বিশাখা । শ্রীগদাধরগী কাংলুপ পঞ্চ তত্তব । মহারানী, লৈম-শিজা অমসুং ফম্নাইবশিং, চীংখৈদা শ্রীবাসুদে, কুণ্ডলতা । দ্বাদশ গোপাল । পণ্ডিত অচৌবা, কুরা অহুম, খুরাই লাকপা, পুখ্রমবা অমদি ফম্নাইবশিং । মৈরমদা-অনিরুদ্ধ, ইন্দুরেখা, রুপ মঞ্জরী । শ্রীনিত্যানন্দগী কাংলুপ । বৈদ্য-মাইবা, ব্রহ্মসভানচিংবা । মোইরাং লাইজিদা শ্রীতুঙ্গবিদ্যা । শ্রীচৈতন্য অমসুং ভক্তশিং । ব্যবস্থাকারী, গোবিন্দ অধিকার-রাধা অধিকারি, তন্ত্রধারর্নাচিংবা । কৌব্রু মাইকৈদা - শ্রীসঙ্কষন, শুদেবী, রতী মঞ্জরী, তুলসী মঞ্জরী । রাজমাতা, সেলুংবা অমদি গোষাইনচিংবা ফমগনি।

**অরাংফম অমসুং সম্ভাষা ঃ**

মণিপুরী নট সংকীর্ত্তনদা অরাংফম অমসুং সম্ভাষাগী মফম থৌদাং চাউনা লৈ । অরাংফমগী মফম সংকীর্ত্তনগা নক্লনা তোপ্পা লৈগনি । মফমদু সংকীর্ত্তনগী অৱাং নোংচুপ নৎত্রগা চীংখৈ পাংবদা ওই । অরাংফম্না সংকীর্ত্তনদা চঙগদবা পোৎলমশিং থৌরাং তৌগনি । সংকীর্ত্তনগী মমাঙদা অরাংফমদা ঘট পূজা-ধুপ দিপ, হৈরুক-পান্না, অষন, দাক্ষিনা, লৈ-শুর্নচিংবা কৎতুনা শ্রীলক্ষ্মী দেবী, কুবের শ্রীমতী রাধিকাদা পূজা কৎকনি । মৈতৈ লাইনীংদা পাম্ব্লোইবী লৈ । নবদ্বীপ রসদা শ্রীকালিদাসনি ।

সম্ভাষানা সংকীর্ত্তনদা লেঙবিরক্লিবা ভক্ত-বৈষ্ণব পুম্নমকপু মখোয়গী মতীক য়েংনা সেবা অমদি ফম্ফম লাংগনি । অৱাৎ-অপা য়েংশিনগনি । কীর্ত্তন বিচারগী চৎনরোল অসি অঙনবা মতমদগী চৎনরক্লে হায়বসি মৈতৈ চেদা মৈতৈ ময়েক্লা ইরম্বা অরিবা কীর্ত্তন বিচার ফংজবদগী খঙবা ঙম্মী ।

সংকীর্ত্তন বিচারগী মতুংইন্না মণিপুরী নট সংকীর্ত্তন অমদা (নুপা, নুপী, অঙাং অমদি অঙ্গসুবা-শুদবা মখল পুম্নমক্তা) রাগ (পুংনা হান্না হৌরগা ঈশৈনা কোনবা) রাগা তাবদা গুরুবন্দনা বৈষ্ণব বন্দনা । গৌরচন্দ্রা-গৌরাঙ্গভাবি । তিন্তান ঘাট । মেল । তানচপ । মেনকুপ । সম্ভোগ-স্বাধীন । নিত্যাই পদ অমসুং জয়ভায় অসিনচিংবগী মথং মনাও কায়বা য়াদে । তাঙ্ককশিং অসিগী শরুক অমমম লৌখৎতুনা শব্দোক্লা ইবদা অচৌবা পন্দুপ অমমম ওইবনি । নট সংকীর্ত্তন বিচারগী অচৌবা শরুক অমনা পূং অমসুং ঈশৈগী শরুক্লি । ঈশৈ পূম্নমক রাগ-রাগীনিশিংগী মনুং চল্লী । শকপগী মতম মফম, লোয়ননা রসগী অকুপ্পা নিয়ম লৈরি । ঈশৈ পুম্নমক রস ৬৪ গী মনুংদগীনি । পুংলোল, তাল অমসুং মাত্রানচিংবগী খেন্নবা কয়া লৈজবগী মথক্তা চোলোম অভিনয়গী অকুপ্পা নিয়ম কয়াসু লৈ । ঈশৈগী রসগা চানবা পুংলোন তাল মখলগা লোয়ননা শৈগোন্নবী হায়বনচিংবা কয়াসু লৈ । মণিপুরী নট সংকীর্ত্তনকী মরিদা ''নট রাগ নিয়ম, মৃদঙ্গ নির্নয় অমসুং রস ৬৪'' নচিংবা শাস্ত্র কয়া লৈজৈ । ''করতাল নির্নয়'' কৌবা শাস্ত্রগী মতুংইন্না করতাল খিংলিবসি গায়ত্রি স্তপনি হায় । ষোড়শনামনি। খিংগৎপদা ''হরে'' খিংথবদা ''কৃষ্ণ'' হায়বা শব্দ ফোঙদোকই হায়রি ।

মণিপুরী নট সংকীর্ত্তন বিচারগী মতুংইন্না য়ুম মাংবা, মশা শেংদবা, অষ্টবেশ শুদবা, শক-শোনগদৌরিবা মফমদু অমাংবা মফম ওইবা অমসুং শক-শোনগদবা মীশক অদু নাম ফংদ্রিবা লোয়ননা শাক্তদৌরিবা ঈশৈ পদ-শৈরেং অদুনা রুপ বর্নন, মনসিক্ষা অমসুং ভজননচিংবা ওইরবদি রাগ মচা নত্রগা রাগ হৌবা য়াদবা অসিনচিংবা খায়রি । নিয়মশিং অসিগী মখাদা শিজিন্নগদবা যন্ত্রশিং হায়বদি 'করতাল, ঝাল, মাঙ্গং, মন্দিলা, অমসুং অতৈ মখলশিং তোঙান তোঙান লৌখৎলি । অসুম্না মণিপুরী নট সংকীর্ত্তন বিচারদা শৈশক মখল অমসুং মফম মতমগী মতুংইন্না চৎনগদবা শক-শোনগদবা মচা খায়না লৌখৎলি। পূম্নমক অসি বেদ-শাস্ত্র, সঙ্গীত শাস্ত্র অমসুং ভক্তি লোয়ননা রস শাস্ত্র কয়াগী ধর্মীক ওইবা তত্ত্বশিংদগী লৌখৎপনি ।

**অনৌবা হাপচিল্লকপা খরা ঃ**

কুনশুবা শতাব্দী লোইরকপা মতমদগী মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তনদা অনৌবা চৎনবী কয়া হাপচিল্লকপা থেংনরে । চঙশিল্লক্লিবা হাপচিল্লক্লিবশিং অসিগী শাস্ত্রীয় ওইবা য়ুম্ফম থিদোকহৌবা চুম্মী । চৎনবী হায়বসি মীওইবনা শেম্বনি। অফবদি লৌখৎলবসু কান্নদবা মরুওইদবশিংদি য়েংবদা ফজরবসু থাদোকপা তঙাইফদে । হৌজিক চৎনরক্লিবা অনৌবা মখলসিংদি ঃ-

১। নট সংকীর্ত্তনদা সংকীর্ত্তন মপু (মান্দপ মপু) য়াউদবা মহা যজ্ঞগী মশক্কী হায়রিবা কলিজীবগী নট সংকীর্ত্তন হায়বসি শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা হৌদোকপিরম্বা অমদি ২৮শুবা কলিদা রাধা কৃষ্ণ অনীনা অমত্তা ওইনা শাফোঙবিদুনা ভক্তি প্রেম শন্দোকপিরম্বা ইবুংঙো মঙোন্দা চঙজবা হায়বসি কলিজীবগীদমক্তি অরান খুবম ফংজনবগী অমতা ঙাইরবা লম্বীনি । শ্রীচৈতন্য দেব হায়বসি তশেং তশেংবা ব্রজরাজনন্দন অদুমক্তি হায়বসু ধর্ম শাস্ত্র কয়ানা ময়েকশেংনা তাকপিরবনি। অদুগুম্বা অথোইবা গুরু অদুগী অনুগাদা সংকীর্ত্তন পাঙথোক্লিবনি। মপূ অদু য়াওদনদি পংশক-শকপা, কান্নদবদা কৎপা পুজা ওইফম থোকই । মরমসিদগী সংকীর্ত্তন বিচারদা লৌখৎলল্লিবা মাগুপ মপুগী মরুওইবদু খঙনা সংকীর্ত্তন পাঙথোকফম থোকই ।

২। শ্রাদ্ধ কর্মগী সংকীর্ত্তনদা সম্ভোগ শ্বধিন মখাদা আরতি কৎপা । চৎনবী অসি য়েংবদা ফজে । ভক্তি তত্ত্ব অমদি সংকীর্ত্তনগী মগুণ খঙহেন হেনগৎপগুম উহল্লি । থিজিল্লুরবদি মসিগী সিদ্ধান্ত মরুওইবদু করিনো অরেপ্পা খঙদ্রি । মহৌশা তৌনরমদবা মখল অসি করিদা য়ুম্ফম ওইবনো থিগৎলুবদা পূং ঈশৈগী ওজাশিংনা সংকীর্ত্তনদা কৎলিবনি হায়বিরকপা য়াওই । কনাগুম্বা অরাংফম ফমবা ওজা অমনা যুগল আরতিনি হায় । অমনা অমা, অমনা অমা পঙহায় হায়বিরকই। আরতি অমা কৎপদা লৈরিবা হিন্দুগী ৱাংলবা অধ্যাত্মিক তত্ত্ব অদুগা চানরিব্রা হায়বদু য়েংহঞ্জনীংঙি । লোয়ননা মথক্কী গুরুশিংনা করিগীদমক থৌরম অসি লৌখৎলমদ্রিবনো হায়বদুসু খল্পন্নীংঙি । থৌরম অসিনা সংকীর্ত্তনগী মগুণ হাপকৎপগী মহুৎত্তা হঙ্গরক্লবগী মরম ওইহনবসু য়াই । মরমদি সংকীর্ত্তন মফমদুদা তীল্লিবা ময়াম পূন্নমক চপ-মান্ননা আরতিদা ভক্তি উৎলবদি ফৈ । উৎপিদবনা অয়াম্বা ওই, মসিনা অতোপ্পা মীসিংগী মমাঙদা ফজদবা ওইহল্লে । অমরোমদা মণিপুর নট সংকীর্ত্তনগী বিচারগী ৱাংমদনি ।

৩। শ্রাদ্ধগী সংকীর্ত্তনদা পুনরাগ নত্রগা বৈথা রাগ হৌবা । মসিগী অথুপ্পদি লৈখিদ্রিবা প্রেত অদু মীশি চাদনা শিখিবা, থোকহন্নীংদবা থৌদোক থোকখিবা ওইরবদি মাগী ইমুং মনুংদা মতুং অমুক থোক্তনবা চুকশাবগী মশক ওইনা পুনবগা হৌরিবনি হায়নৈ । মসি করম্বা সংকীর্ত্তন বিচারদা য়াওবগে থিজরী, ফংদ্রি । কনা ওজানা হৌদোকপিরকপনো খঙদ্রি । হায়নবদি হায়নরী, থৌরমসু পাঙথোক্লরী । সংকীর্ত্তন বিচার অমদি সঙ্গীত শাস্ত্র খরদা রাগ অমগী শৈশক লোইদ্রিঙৈদা অতোপ্পা রাগ অমা হৌবা য়াদে হায়বদি থেংনৈ । মতাংসিদা বৈথা রাগ হায়দুনা পুংগী সঞ্চার য়ৈদুনা হৌরিবসি 'নট রাগ নির্নয়' কৌবা সাস্ত্র অসিগী ওন্ন তৈনবনি । মমাঙগী ওজা-গুরুশিংনা লৌখৎলমদে । মসিগী মহুত্তা চুকশাবগা মান্নৈ হায়বা নট রাগা খরদি মথক্তা পনখ্রিবা মীশি মীনা থৌদোক্কীদমক চৎনরম্বা লৈ । মদু 'নট রাগ, মালব অমসুং মঙ্গল' রাগনি হায়রি । মসিদি অহৌবগী রাগ অচৌবা হৌবদা পাঙথোক্কদবনি । অতোপ্পা অমনা বৈথা রাগগী চৎনবী নট সংকীর্ত্তনদা লৈ । নিয়ম অসিদি অখন্নবা শৈশক খরদতা পাঙথোকনৈ। মসিদি লালসা শৈশক অমসুং মসিগুম্বা মখল খরদা গুরুশিংনা লৌখৎনরম্মী । মসিগী অকুপ্পা নিয়ম লৈজে । মরমসিদগী শ্রাদ্ধনচিংবা সংকীর্ত্তন খরদা পুনরাগ-বৈথা রাগ হৌনরিবসি কুপ্পা নৈনরগা চুমথোকহৌবা মতম ওইরে ।

৪। নট সংকীর্ত্তনদা পালা মশীং হন্থরকপা । সংকীর্ত্তন বিচারনা পালা মশীং ৩৬ তগী ৬৪ ফাওবা লৌখৎলম্মী । হন্থরবদা ১০দগী তাবদি য়াদে লৌনৈ । মবমদি পালাসিংনা কোয়না লেংলিবদু থোঙ মফম মরি অমদি নোংদোন অমসুং লৈখা তাবগা ৬ ফাৎলি হায়না শাস্ত্রনা তাক্লি । ময়ামনা উনবিবদি অমতনি । মরমসিদগী মশীং শুদনা পালা লেপ্পবদি রস ভঙ্গ, অপারাধ অরানবা মশক ওই হায়না লৌগনি । ফনমক লাইরবা খুদোংচাবা ৱাৎলবসু পালা মশীং ১০দি শুহনগদবনি । সংকীর্ত্তনদা কৎকদবা পোৎলমদা অঙম্বা খরদং কৎপনা অচুম্বা ওইগনি ।

৫। শ্রাদ্ধ কর্মগী সংকীর্ত্তনদা য়ুম্বু নত্রগা কিরা থাংবনা মশাগী ইন্নফি ঈশৈ হনবদা কৎপা চৎনরী । মসিসু মরম থিরুবদা অৱা-অনা নংলিবা ইমুং অদুগী দষা পুম্নমক সংকীর্ত্তনদা শিন্নজরিবনি হায়রি । মসিসু অনৌবা ৱাহম্থোক অমনি। থাজবা নত্রগা কৎথোকপগী মরিদদি অশিবগা মরী লৈনবা লৌখৎলিবা থৌরমশিং অদুনা হেন্না মপুং ফারবনি । ঈশ্বরদা কৎপগীদি ঙমখৈ লৈতে, অদুবু চৎনরোল

অসিসু হেনজিন্না থাজবা কান্নদবা থৌওংনি হায়দবা য়ারোই । মরমদি অসিগুম্বা লান্না থাজবা অসি অনৌবা চৎনবী পামজবসিংদগী থোরকপনি, হান্না চৎনরমদে । মসিগী মহুত্তা কিরা থাংবা নত্রগা বৈদ্য মাইবনা সংকীর্ত্তন খোরমগ্রবদি অতোপ্পনা চণ্ডদুনা খোরম্বা য়াদে হায়বা খঙহনবা ফৈ ।

৬। সংকীর্ত্তনদা হরিনাম-ষোড়শনাম শক শোন্নরকপা । চৎনবী অসি ঙসিগী সমাজদা পাম্লবা নৎত্রগা ফজবা শক্তম ওইনরক্লী । মণিপুরী বৈষ্ণব সম্প্রদায়না হরিনাম মহামন্ত্রবু থুপ্না-চেৎনা থম্লরকই । ফোংনা-লাওনা শোনবা য়াদে । মরমসিদগী গুরুগী মফমদগী নাম ফংবদা নাকোংদা লোন্না তাকপি । করিগীনো ? হৌজিক ফোংনা শক-শোন্নরিবসি বৈষ্ণব সমাজনা য়ারবরা ? শাস্ত্রশিংদা যুগ মরিগী তারক ব্রহ্মনাম পীবিরি । সত্যযুগতা-"নরায়নপরা বেদা নারায়ন পরাক্ষরা । নারায়ন পরামুক্তি নারায়ন পরাগতি ঃ" হায় । ত্রেতা যুগতা - "রাম নারায়নন্ত মুকুন্দ মধুসুদন । কৃষ্ণকেশব কংসারে হরে বৈকুন্ঠবামন" হায়না শোন্নে হায় । দ্বাপরযুগতা - "হরেমু রারে মধুকৈতভারে গোপাল গোবিন্দ মুকুন্দ শৌরে । ষজ্ঞেশ নারায়ন কৃষ্ণ বিষ্ণোনিরাশ্রয়ং মাংজগদীশ রক্ষা" হায়বসি তারক ব্রহ্মনাম ওই । কলি যুগতা - "হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে । হরে রাম হরে রাম, রাম রাম হরে হরে ।" হায়বসি তারক ব্রহ্মনামনি হায়রি । তারক ব্রহ্মনাম ওইরবদি ফোংনা শোনবা কায়দবরা ? ষোড়শনাম নৎত্রগা মহা মন্ত্র ওইরগনা থুপলিবরা ? নৈনব চণ্ডি । মতাংসিদা শ্রীঅতোম্বাপু বিদ্যারত্নগী "হরিনাম" অমসুং তা গোকুল শাস্ত্রীগী "হবিনাম মনিমালা" গী মতুংইন্নদি অয়া-য়াদা অনীমক নৈনৈ । খর্ত্নিঙাই ওইরিবদি মথক্কী গুরুশিংনা লৌখৎপিরম্লিবা চৎনরোল অসিনি । অমরোমদা বায়ুপুরান, স্কন্দপুরান, নারদীয়, বামন পুরান, ভবিষৎ অমসুং গারুড় পুরাননচিংবদা শীংথারম্বশিং য়েংলগদি থোইদোকপা অর্থ কয়া পুনিঙাই ওই । মণিপুরী বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী ওইবদি শ্রীরূপ গোশ্বামীগী "ভক্তিরসামৃতসিন্ধু" নচিংবা ভক্তি শাস্ত্রশিংগী মতুং ইন্না বিপ্রলম্ভ অমসুং সম্ভোগ রস মখল ৮/৮ অনীদগী ৩২ অমসুং ৬৪ থোকখিবদু নাম ১৬ অসিদগীনি হায়রি । ১৬অসি বিপ্রলম্ভগী ৮ অমসুং সম্ভোগ কি ৮ অনী পুল্লগা ওইবনি । মরমসিদগী নট সংকীর্ত্তনদা লৌখৎপিরম্লিবা ঈশৈ অয়াম্বসু রস ৬৪ গী মনুংদগীনি ।

খন্ননিঙাই ওইরিবা অমনা শ্রীচৈতন্য দেবনা লৌখৎপিরম্বা নাম প্রচার হরি সংকীর্ত্তনগা ষোড়শনামনা শক-শোনবদি ফোঙদোকপিরমদ্রে । মথক্কী তারক ব্রহ্মনাম ওইনা লৌরগদি শোল্লমবা য়াবনি অদুবু প্রভুনদি ''হরি হরায়ে নম ঃ কৃষ্ণ যাদবায়ে নম ঃ পোপাল গোবিন্দরাম শ্রীমধুসুদন ... '' অসিনচিংবদং শোনবিরম্মী । মরমসিদগী সংকীর্ত্তনগী ঈশৈ অমা ওইনা হরিনাম মহা মন্ত্র শোনবা অচুম্বা নত্তে । নাম শোনবগী মরিদা ভক্ত, বৈষ্ণব অমদি গোস্বামীশিংনা হায়বা ''ইথন্তা শোঞ্জবদি ঈশাতমক কান্নবা ফংই । ফোংনা-লাওনা শোল্লবদি অতাবা পুম্নমকসু কান্নবা ওই'' হায়বসি মশা মশাগী থাজবনি ।

৭। সংকীর্ত্তনদা পান্না সেবা চংনরক্কবা । সংকীর্ত্তনদা পান্নগী মহুত্তা গুণ, লোংশিং অমদি শিতাম্সিনচিংবনা মহুৎ শিন্নরক্কে । সংকীর্ত্তনদা পান্নগী মফম চাওনা লৈ । পান্নগা লোয়ননা লৈ, চন্দন, ধুপ-থাউমৈনচিংবগী অর্থ ফোঙদোক্লি সংকীর্ত্তন বিচারদা । মরমসিদগী নট সংকীর্ত্তনদা নৌনা চৎনরক্লিবা থৌরমশিং অসি কুপ্না নৈনরগা অমতা ওইবা বিচার অমা লৈহনবা চুম্মী । ৱাফম খরসিনা অরোইবা নত্তে । মণিপুরী নট সংকীর্ত্তনগী মরিদা থিজিন্নীঙাই কয়া লৈরী ।। ||*||

# মৈতৈ থাং-তা হৌরকফম অমসুং চাওখৎলকপা

মৈতৈ থাংগী লাংলোন লাইরিক্তগী ফংবা ঃ

**থাংগী হৌরকফম** -

১। গুরু শিদবগী য়াথং মতুং ইন্না তিন সিদবনা লৈসৌ মপিগুম লৈপাক সৌদুনা সেম্লকপদা পাখংবা কোঞ্জিন তুথোকপনা ময়ানা লৈপাক থিনগায়দুনা লৈপাক চাইখাইখিবা পাখংবগী ময়া অদুনা য়োৎসৌবুং ওইখি । য়োৎসৌবুং ওইরিবা খোয়য়ুম লাইগী মমিংনা চাকাবা কৌই অরাই পোকই, অরোক অরাইনা ঙাইতেঙম্বা পোকই ।

২। মমাংঙৈগী অরিবা যুক্তা লৈপাক অমগা অমগা ঈশিংনা ঈশম শম্লে । মতম অদুদা ঙাইতে ঙম্বদি লাইজ ঈপান লাংদুনা কোইনা শান্নবদা থোংনাং নিংথৌগী সোবালুদা চংঙুরে । লুদা চংবা লাইদি লাইবম্লেলদা তিনবা য়াদবনা মরম ওইদুনা ঙাইতেঙম্বা শিরে । ঙাইতেঙম্বগী যেৎথংবা শরু অদুনা করাক-থাং তেমশাবা ওইখিয়ে । খুয়োম লাইয়ান তান্নদুনা থাং অদুগী মমিংবু হাইকুপলেং ফিরা কথাং কৌখিয়ে । থাং অদুগী ময়াইদি লম্বী চৎপদা লম্মুক্লরবা লৌচিন নোংফাইনা কুপ্পুনা মমশিনলক্লবদা ঙালহনবা ঙমই নোংহৌ শেংহনবা ঙমই ।

৩। ঙাইতে ঙম্ববগী ওই থংবা নাকলগী শরুনা ময়াইদা মমিং লৈবা কপাকথাং ওইখিয়ে । থাং অদুগী মমিংনা লাকপা থাং কোংইবা হাযনা লায়াম্না কৌখিয়ে। থাং অদুগী ময়াইদি মশক উদবা অরাপ্পদা লৈবা য়েক্লববু লালু চনবা ঙমই । মপা লাক্কুনা য়াইচনবা ঙমই ।

৪। ঙাইতেঙম্বগী য়াংলেন শরুনা তেনদোং-থাং ওইখিয়ে । মহাক্কী অথুপ্পা মনুংগী (লিঙ্গ) শিংলি অদুনা থাংতোনদুম্না ওইখিয়ে । থাং অদুগী মমিংনা কবাকথাং কোইরেম্না কৌখিয়ে । থাং অদুগী ময়াইদি শাফা লানফাগীদমক্লি ।

৫। তিন সিদবগী মরৈনা থাংতেমশাবা ওইনা লাংওল্লে । থাংগী মমিংনা হাইকুপ লেংথাং কৌখিয়ে । থাং মহাকতি শা ওইবা খিবিক্তা লৈখিয়ে, সেমকৎপা মাংহনবা ঙময়ে ।

৬। তিন অসিবগী পাম্বোম য়েৎনা তরুং-থাং ওইখিয়ে । থাং মহাক্তি কবোকলৈগী মতমদা কবোদা লৈখিয়ে ।

৭। কবোলৈতেং মনা মানবা কপাক থাং তেমশাবদি পামবোম তারা পানবি, লাইরেম্বী সিদরগী থাংনে । ময়া ৩০ পানবা থাংগোন্না থৌতৌবা ইরাৎ পুজাগী থাংনি । অদুগা থোংঙারেনগী থাংজৌনি ।

৮। থাংজিংগী থাংদি কবাকথাং তেমশাবনি ঃ-

থাংজিং চীংগী তময়াদা থাং ইরাৎফম লাইফম অমা লৈ । মফম অদু চুংয়ান থাংয়ানফম কৌই । মফম অদুদা থাংনা মথি ফোংদুনা মতম মতমগী অফ ফত্তা খংহল্লি । হায়রিবা মফম অসিদা থাং ইরাৎপদি চৌংকুপ থাংকুপনা ইরাৎকনি । মফম অদুদা থাংজিংগী চুংথাং য়ালমই । থাংজিংদগী মার্জিংনা থাং ব্রাইদুনা নুংশা থমদা পুদুনা থাং অদুবু শুদুনা নুমিৎপু কৌবদা লাকখিয়ে । থাংগী ময়াই লৈবা থাংশক খংনা শুরবদি লাই ফাওবা কৌদুনা শিজিন্নবা য়াই । মরম অদুনা খুৎলাই পুন্নমক্তগী থাং মরুনি, গুরুশিংনা য়ারম্লবনি ।

৯। পাখংবা পোকপা নুমিৎতা লাইয়াম্না হরাওদুনা য়াকাবদা শুবা থাংদি চাকাথাং য়াকাথাং কৌয়ে । থাংশকতি মতোক ২ লোংয়ে । থাং অদুগী মথব্রাই মমিদি পোইরৈতোন্না ওইয়ে ।

১০। পাখংবনা মতোক ৩ লোংবা য়াকাথাং ওইদুনা লৈরম্লগা লিল অপানশা ওইদুন লৈখুন হুৎতুনা লৈনুংদা লৈখিয়ে । লিল অদুনা হুৎখিবা মফম অদুবু খুনবীয়োক কৌখিয়ে । পাখংবনা লিল ওইদুনা লৈনুংদা লোত্তুনা লৈবগীদমক লৈনুংলোক্তা পাখংবা কৌয়ে ।

১১। পাখংবনা লৈনুংদা চহিচামা লোত্তুনা লৈরব্রগা মপান্দা থোক্লক্তুনা নুংথিলদা মীওই নুংদাংদা লাইওইদুনা লৈরকপনা লাইশ্রাবু থেংনরুরে । লাইশ্রাবু পুরক্তুনা মমিংনা লাইখুরেম্বী (অরিবদনা লাইখুৎলোৎপী) কৌদুন থোঙারেন্দা শিন্নদুনা লোৎতুনা থল্লে । নুংথিলদা শক লোৎলগা নুংদাংদনা পাখংবগা লোয়নন লৈমিন্নরে । অসুম্না মতম খরা লৈমিন্নরগা পাখংবা ফোংদোরুগে খন্দুনা লাইশ্রাবু

থোংঙারেন্দগী পুথোক্লক্লে । মতম অসিদা থোংঙারেন্দগী মতে পোইরৈতোন্দা খুমচিং কোন্না লংনখি, ব্রাহৈদি হে পোইরৈতোনও নংগী নুপী মীনা মুনবীগ্রেদো পাংদেদা হায়খি । ব্রা অদু তাবদা পোইরৈরোন্না শাওদুনা খমচিং কোনবু ফুগে তান্নে । খমচিং কোন্না খরা চেল্লগা লোংফম লৈতদুনা চীং অমা ওইদুনা লৈখি । মফম চাদবা চীং লৈবদু উরগা পোইরৈতোন্না থাংনা চীং অদু ফাক্কাইগে তৌবদা থাং অদু তেক্লে, চীং অদু থাংতেক চীং কৌই, অদুগা থাংনা কায়হনখিবা চীং অসিবুনা থাঙ্গ চীং কৌই । মফম অদুদা পোইরৈতোন্না ওইনা শুবা থাংদি মি ওন্দুনা লৈখি ।

**১২। মৈতৈ থাংনা ময়াংদা লৈখিবগী মরম ঃ-**

তখেন নিংথৌমচা সোনামনিক্কী মামা তিল্লোং লাইথোং খংবি মমিংসু লাইফাবী হায়না খংনৈ । মামা অসি লাক্কুনা ঙাইতেঙম্বগী শরু নাকলু মচেৎ অমনা লিন ওন্দুনা লৈখিবা থাংনি হায়না খংদুনা লিন অদু পুরক্লগা মচা সোনামনিক্তা শিন্নদুনা ইরাৎপতা কপাক-থাং ওইদুনা তাখি । থাং অদু পায়দুনা মহাক্লা হান্না লোইপোৎ কৎলম্বা মথকথোংবা মংকন নিংথৌদা লান্দখি । থাং অদুগী মপান্না মংকন লোইচনখি । মমৈথংদা মৈতৈ নিংথৌ নম্বা শারাবা নিংথৌনা মরুপ শান্নদুনা লোইনরগা থাং অদু হুরক্কুনা পাইখি । থাং অদুনা নম্বা শারাবাগী মখুত্তা লৈবা মতমদা মমিংনা চোকমবন্দি হায়না কৌই ।

**১৩। থাং খৌবোম্বা ওইখিবগী মরম ঃ-**

চৈকন থেকপা থাং পাইরম্বা নম্বা শারাবা নিংথৌনা নোংগাথ্রবদা থাং অদু শুবীনবা মতিক চাবা লৈতদুনা থাং অদু পাইখিদুনা হান্নগী লৈফম ময়াংলৈবাক্তা পাইখি । থাং অদুগী মপান্না ময়াং নিংথৌনা ক্যায়াম্বা নিংথৌগী মথক্তা লান তারক্কুনা মৈতৈ লাম্মী খরসু ফাদুনা পুখি । ক্যায়াম্বা ময়াম্বগী মতমদা ওইখিবা ময়াংশিংদা লমন খুম্লিংবা ব্রাখল অমা খাগেম্বা নিংথৌনা কাওবা লৈতে ।

১৪। মতম খরা লৈরগা মনাও শানোংবনা ময়াংদা লোৎতুনা লৈরুবদগী ময়াং নিংথৌগা মান্নদুনা মৈতৈদা লোন্না লান তারকই । খাগেম্বদি লান লাকই খংখিদে। মতম অসিদা খাগেম্বনা তুম্লিঙৈদা লাইরেম্বী ৭ লাক্কুনা লান লাক্লে তাকখি । ইথংলেন খাগেম্বা মনাও শানোংবনা ময়াংগী নিংথৌগা লোয়ননা লান তারক্লে হৌগৎলোনে লান যাত্রা তৌরো, অসি নুমিৎ য়ুংবা লান ঙমজৌ হায়খি ।

লাইপাও তাবদা খাগেম্বনা য়াংকোয়দা কুমদুনা মৈতৈগা ময়াংগা লান থেংনৈ ।

খাগেম্বগী লানগী মতেং পাংখিবা লাইরেম্বী ৭ কী মমিং

১। অয়াং খোংচৎ লৈমা

২। তাঙ্খোং লাংমায়বি

৩। শারাংথেম লাইরেম্বী

৪। লৈশাংথেম লাইরেম্বী

৫। শৌগায়জম লাইরেম্বী

৬। য়ুমজাও লাইরেম্বী

৭। লাংমায় লাইরেম্বী ৭ অসিনি ।

লান অদুদা ময়াং নিংথৌনা পাইরকপা মৈতৈদগী হৌখিবা থাং অদু লাইরিক্কী সক্তিনা ময়াং নিংথৌগী মখুত্তগী লান লোক্তুনা অসোংবা নারক্তা লোৎখি । লান্দা ময়াং লাম্মী কায়দুনা চেনখি । অদুগা খরনা ফাদুনা পুরকই । নারক্তা লৈখিবা থাং অদু মতম খরা নাতুন চীংগী চীংশাংদা মৈরি পাইবগুম কোইপাই পাইদুনা শান্নদুনা লৈরে ।

১৫। মোংবিজম কাংবুনা শিং-চনবা চৎপদা থাং অদু থেংনরুরে অমসুং খাগেম্বদা তাকউরে । খাগেম্বা নিংথৌনা ইংখোন কোইবা থাংজৌ অমা মহুৎ শিন্নরমলগা থাং অদু মোইরাং সাথিবা তান্নদুনা থাংফম অদুদা শন্দং উরিৎমচু মানবা অমা ময়াইদা খাইবোক খাইদুনা ইরাংখি । খাগেম্বগী মিংদগী খরা লৌদুনা চান্নবা মমিং থাংখৌবোম্বা কৌখি । মোইরাং শাথিবীনা থাংগী ৱারী ৱাখোং নিংথৌদা তাকতুনা থাংখৌবোম্বা পায়দুনা খাগি ময়াং তেখাও মংকন পাথান ঙম্বা মিংথোন ফংখি । খাগেম্বদি য়াম্না হৈশিংবা মথৌনা লৈবদা নিংথৌ পুম্ন মক্তগী অথোইবনি । খাগি মিংহিংচা লাইমনুবাক হাৎপা মতমদসু পাখংবনা থেংগৌ তম্বি । তা নোংশুনহা লিহৈরসু পিখি ।

১৬। লারাও লান লাও পুথোকখিবা লাইশিংগী মরম পরা ঃ-

পোইরৈখুন্দা অহানবা নৌথৌমউ লিংলকপা মতমদা পোইরৈতোনগী মচা তবুং-শিংমিবনা মতম চাদনা খমনুং শাঙৱা তান্দুনা অসিবগী নিংথৌ খমনুং থোংঙারেন মনাক্তা য়ৌরবদা থোংঙারেন্না হায়রকই । নৱা নংনা শিবা য়াদ্রি তাইবং চাদা পাওফনবা লৈররোই, নহাক হল্লো নহাক্লা হনখ্রগা নপা

ইবুংঙো পোইরৈতোন্দা তমউ । মেরাগী তরানি পানবদা থাং-তা পাইদুনা শাশিং চামা ফাদুনা নুগোইবীদা লানলু চৎলু । মতম চাদনা অশি-অনা লৈররোই চাকহোং ঙাহোংগনি । তরানি পানবা অসিদা তিনমু লাইমু তাছোকনবা ক্লাক তাল্লো হায়রু । ব্রা অসি তবুং শিংমিনবনা হল্লক্কুনা মপাদা তমখি । হান্নগী হকচাং অদুদা থব্রাইনা হল্লক্কুনা হেক হৌগৎপদা নহাদে নোংমা পোকপা মচা নিনি শিবা হৌনদে হায়দুনা লানপাও অসি লাওখি (সিংহনাদ)

১৭। থাংলোন তারোল খোংলোন পুথোকখিবা লাইশিংগী মমিং ঃ-

মেরাগী ১০ নি পানবা নুমিত্তা শাফা লান্দা কুম্মে তৌবা অসিদা লাইয়ামগী মরক্তগী পোইরৈ লুফাংথৌগা ব্রাঙম লৈকাংথৌগা অনি অসিনা থাংগী থাংবী মরোল মরি পুথোক্তুনা কুম্মে তৌই । লাইনিংথৌ পাংগুম্বনা তাখুন শমং পাখংবা শক্তম ওইদুনা টরো খোংলোন খুৎলোন পুথোক্তুনা তা খৌশাদুনা কুম্মে তৌই । ব্রাংচি লৈমা মোংয়াং ঙম্বী লাইরেনবীনা লাংকোই চুঙ্গোই পুথোক্তুনা থাং-তা ঙাকপিগে হায়দুনা চুঙ্গোই মরোল পুথোক্তুনা কুম্মে তৌই।

১৮। উকাই কাপ্পা ঃ-

কাকয়েন মিঙম্বনা নোংথক্তা হৈশিংবা উবদা ইমালৈমরেন শিদবীনা কোক্কী শম মরক্তগী তেম্বী অমা শত্তুনা য়োইমোংবদা পী । য়োইমোংবনা তেন অদু পুনা কাকয়েন মিঙম্বদা কাপই । মদুগী মওং তৌদুনা নিংথৌশিংনা উকাই কাপ্পা হায়না খঙনৈ । হৌজিক্তা রবন (রাবোন) কাপ্পা হায়দুনা ক্লাক তানবদা খঙনৈ।

১৯। পুকক থাংগী লাংপান ঃ-

তাওথিংমাংগা য়োইমোংবগা অনিনা ভুরেন ভৌবদা কাকয়েন মিঙম্বনা থিংঙি, কাকয়েন মিঙম্ব হাৎননবা য়োইমোংবনা থাং শারিঙৈদা পাখংবনা লিন ওইনা লাক্লগা নুংফান্দা কাখৎলকই । য়োইমোংবনা মৈরৌ চেকপনা চপ্তুনা লংথোকই । লিন অদু অমুকসু হেক্তা কারকই, হন্না হন্না কারক্লবদা শাওদুনা য়োইমোংবনা নুংফানগা পাননা নুংথংনা য়ৈবদা থাংওইনা তারে, অদুগা থাং অদুনা কাকয়েন মিঙম্বগী মপুক কক্তুনা হাৎখি । মরম অদুদগী পুকক থাং কৌখি। নিংথৌগী মনাই শংলিংবনা পায়বা থাং অদু পুকক-থাং কৌই । মরমদি মরান লৈরবশিংদি শংলিংবগী মখুৎ য়ৌরক্লবদি পুকফাওবা ককপা য়ারে হায়দুনা পুকক থাং কৌই ।

২০। তা কৌবদি শাতানবদা পায়বদা খুদোং চাই হায়বগীদমক তা কৌই । থাং হায়না কৌবদি করিমতা লেং-ওৎপা ঙমদনা লৈরম্বা পোৎশক অদুবু মথৌ হেক শংবদা লেংহনবা চৎহনবা ঙম্বা মথৌশংবা অমদি মায়া থাংবা ঙমই হায়বগীদমক থাং কৌই । তিন অসিবগী শাকৈনা ওইখিবা থাং অদু শা ওইবা খিবিক্তা লৈবনি হায়বা মরম য়েংলুরবদি জিবা পানবা খুদিংমক লাবা অমোম পোকপদগী নুপী নুপাগী অৱা নুংঙাই শিবা ফাওবদা থাংনা অচৌবা থৌদাং লৌরি হায়বা তাক্লি। ষষ্টিদা থাং পুজা তৌই, শিরবদা মোংফমদা থাংনা লৈয়ি ৭ চিংদুনা ব্রাহে কৰ্ম্মদা কিরাপুববু থাং পায়হল্লি । তাওরোইনাই পাখংবনা ওইখিবা চরাইরোংবা থাংনা লৈমতাক খোংবান্দা হৈরুক্লা পাম্বী ওইনা হৌখি । থাং অদুবু নীংশিংবা খুদম ওইনা গুরুজনশিংনা মন্দোলি ময়াইদা হৈরুক হায়বা খোঙ্লোক অমা ঙসি ফাওবা হায়নৈ ।

২১। তা হৈবা নুপা অমনা লান চংবা তারবদি তা ৩ লোয়নগনি, মদুদি হাকথং তা, চাইনা তা, তারোন তা, ৩ অসি থেৎপা য়ানবা পায়বা তৌগনি, চোঙসু যাওগনি । থাং হৈবা অমনা চংবা তারবসু চুঙ্গোইগা কোন্ননা থাং ৩ লোয়নগনি, য়েৎথাং, ওইথাং তেনদোংথাং ৩ অসি লোয়নগনি । তেনদোং থাংদি নংগন্দা থেৎকনি অদুগা তেনদোং থাংদি তেনগুম আরাম্বাইগুম শিজিন্নবা পাইরক পাইথুগী খুৎলাইনি । ঈশিং মনুংদা শোক্লবদা মহাক্লা মরুনি । থাংখোক্তা খুৎনা পায়বদা থাং মতোন্না লেংবানগী মান্নহনবা থাংদোন্না তেনগুম্বা অদুবু তেনদোং থাং কৌই ।

২২। তাগা থাংগা ঃ-

তা হৈবা অমগা থাং হৈবা অমগা থেংনবা তারবদি মরাইবক লৈবা অমনা ঙমই, অনি অসি হেঞ্জিন্নবা য়ানদে অদুগা লান্দনা কান্নবদি থাংনা হেল্লি, মরমদি থাংদি ১০ লাক্লবসু চামা লাক্লবসু পাবা ঙমই, অদুগা তাদি মায়োক্লবা খরতা পাবা য়াই, অয়াম্বদি পাবা ঙমদে ।

২৩। থাং-তাদা মৈতৈ নিংথৌশিংদি অয়াম্বা হৈশিংই, অদুক্কী মতিক শক্তি য়াম্না লৈরমই ।

১। নিংথৌখোম্বা চোং ২৪ ব্রাংমা লান্না চোংই

২। খাগেম্বা চোং ৬৪ চোংই

৩। ভাগ্যচন্দ্র চোং ১৬ চোংঈ

৪। গম্ভীর সিংহ্ চোং ১৪ চোংঈ

৫। নরসিংহ্ সগোল লাম্মী ৭ কী ৱাংমা লান্না চোংবা ওমই।

৬। টিকেন্দ্রজিৎ কোইরেং সেনাপতিনা ইরোই ৮ লান্না চোংবা ওমই ।

চোং অমনা পায়রিবা মী অদুগী খুদুপ ২॥০ (অনিগা পৱা) চোংঈ ।

২৪। মমিংগা চানবা থাং পায়বনা ময়াইকনবা হেল্লি, খাগেম্বা মহারাজনা থাং খৌবোম্বা পায়, গম্ভীর সিংহ্ মহারাজনা ব্রজসিংহ্ কৌবা পায়, মদুনা নরসিংহ্দা শিন্নদুনা নরসিংহনা অমুক পায়, চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা চন্দ্রসেন কৌবা পায় ।

২৫। হুয়েনলালোংগী মরমদা হৈশিংবদা পাবিনিংঙাই লৈতবা মণিপুর জাতি অসিবু লিংজেল মান্নহৌদবদগী বৃটিশ পেরোৎতা বৃটিশনা লৈখা তানা নমথখি। মরমদি খোংজোম লানগী মতাং বীর পাওনা মেঞ্জর অমসুং থৌবালগী লানফমদা স্নাখ্বা য়াইস্কুল লাকপা অঙাং ওইরি, সেঙ্গোই সনাগী হৈশিংবা থেংনরুবদগী মণিপুরগী সাধারোল প্রজানা চৈ পায়দুনা চৎপা ফাওবা ফাদুনা দন্দি পীরমই । থাং তম্বা য়াহল্লমদে, অদুগা করিগুম্বা লোন্না তম্বা থেংনরবদি চহি ৭ জেল পীগনি লাওথোকই, নীংথিনা থাং শাবা হৈবা ফাওবা নমথখি।

২৬। খৃষ্টাব্দ ১৯১৬ কী মতমদা জর্ম্মনগী লান্দা সার চুড়াচান্দনা বৃটিশকী মতেং পাংবা মৈতৈ লাম্মী তেঙ্গোল খরা থাদুনা জর্ম্মনগা থেংনরুই । লাম্মীগী লুচিংবা তোম্বী সুবদার চুরা জমানদারগী লোয়নবা মীওই ৭ য়াওরুই। মৈতৈ লাম্মীগা জর্ম্মনগী লাম্মীগা বেনেৎ ফাইতিংগী মতাংদা মৈতৈনা হুয়েনলালোং সরিৎ-শারাত্তা লোংখ্রৌ চন্দুনা থাদরগা জর্ম্মনদগী নোংমৈ মুনবা অদু উরগা বৃটিশনা পেনখি । মৈতৈ লাম্মীশিংদা তকমান পীখি, হৌজিক ফাওবা তকমানশিং অদু লৈনরি । জর্ম্মনগী লান্দা মৈতৈগী হৈশিংবা অদু উরগা বৃটিশনা মহারাজ চুড়াচান্দ কেঃ সিঃ এসঃ আইঃ নাইট কমান্দর ওফ দি ষ্টার ওফ ইন্দিয়া হায়বা উপাধী অসি পীখি । অদুগা লোয়ননা মৈতৈ হুয়েনলালোং তম্বা য়ানবা মহারাজ চুড়াচান্দদা খঙহল্লি । মাংহনবা য়াবা মহৈ নত্তে চেকশিল্লক্রগা য়াম্না কান্নবা মহৈনি হায়খি ।

২৭। খৃষ্টাব্দ ১৯৩৪ দা সার চুড়াচান্দনা অখং অহৈ পন্দিৎ ব্রহ্মসভা য়াওনা

প্রজা মীয়াম কৌদুনা হুয়েনলাংলোং থাং তা হৈবা কনানা মরুনো মীশক খঙনবা থিনখি। মৈতৈ অহৈবশিংদি থুপ্তুনা লৈনখি। ফোংনা ঐ হৈ হায়বা খংহনখিদে, অদুবু মহারাজনা য়াথং পীদুনা তম্না য়াহনখি।

২৮। থাং-তাগী পান্বীদগী পালকপা মহৈ অদুবু হেক্তুনা পুং ঈশৈ জগোই তৌবা কলাকারশিংনা চাদুনা হিংলি। মসিগী পাম্বী অসি থারম্বা মপুদি রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনি।

২৯। লানগী লছোং পাখৎ-তুথুপ্তা সংস্কৃতন পালা কোইহন্দুনা অশিথোং অচংথোং নাইনা থোং ৪ ফাত্তুনা ফজহল্লি। অরিবা পালাদা লানবুং মরোন্দা মেন হলবীয়ু, অদুগা তাগী থেঙ্গৌদগী থাংগী থেঙ্গৌ ২ লৌরগা থেঙ্গৌ ৯ না রাসকী ভঙ্গী গোষ্টগী ভঙ্গী ওইহনখি। থাং তাগী থেঙ্গৌ খোংলোন খুৎলোন অঙোম চাওবা কৌবা হৌজিক্তা অঙোম গোপি হায়না খঙনরবা মহাক্তা শাহনখি। গোপি কৌখিবদি গোপিশিংগী ভাব লৌদুনা অঙোম গোপি কৌখিবনি। তুলসিরাম শর্ম্মনা জগোই রাস হায়বা সংস্কৃতিগী মরোলদা কৌদুনা শ্রীগোবিন্দদা কৎখি। হায়রিবা পোৎথোকশিং অসি থাং-তাগী পোৎথোকনি। শ্রীগোবিন্দদা কৎলিবা ফিজেৎ অসিসু য়াম্না লিরবা মতমগী সাফি লানফি গুরুম্না পাখংববু নিংথৌ ফম্বাল তোংবদা পাখংবগী পাফল ফিজেৎনি। থামেন চৎপা নিংখম শমজিনদী পাখংবনা থাং ওইনা পোত্তুনা লিন ওইরকপা লিন অদুগী মওং মতৌ লৌরগা শেমখিবনি। মমৈথংদা পাখংবনা লাংলোনলকপগী ফিজেৎনি।

৩০। মতমগী খোঙলৈ খঙলবা রাজ ঋষি ভাগ্যচন্দ্রনা মৈতৈগী থাং-তা থেঙ্গৌগী ফম্বালথক্তা গোবিন্দ লেংশিনহন্দুনা শ্রীগোবিন্দদা রাজ অভেষেক তৌদুনা নিংথৌ হাপখি। শ্রীগোবিন্দদা থাং-তা থৌগল নিংথৌ অমগী হৌনবী শিনফম কাইদনা চগুখি। মসি হৌজিক ফাওবদা শ্রীগোবিন্দবু নিংথৌনি হায়বগী থকসি খাসি ঙাক্তুনা হোলি পালানা সিংহনাদ লাওবদা জয় জয় শ্রীগোবিন্দ মহারাজ কি জয় হায়দুনা লাওরি। অসিগুম্বা মৈতৈগী অশেংবা কলচরদি থাং-তাদগী হৌরকপনি॥ ॥❋॥

# থাঙ-তা অমসুং শরিৎ-শরাৎ

ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা লিরবা মতমদগী হৌনা থাঙ শিজিন্নরক্লে । 'থাঙলোন থাঙচৎ' কৌবা লাইরিক্তা অসুম্না ইরি । পাখংপনা লৈশক-লৈশোয় য়ামপীকা লিলনপীকা অনিমা পান্নদুনা পোংকা পাইখুবা অনিমা পোকএ । ক্রন্না মপাঙা অমিতা পাইখুতা থাঙ কাইরেন্না পীতুনা মাইকৈ ঙাকও শিখিও । থাঙ মহাকতি ... পোংতা পীখিপতি তরুং থাঙকা চৈশু থাঙকা অনিমনে । চৈশু থাঙতি চুমথাঙ মাল্লে । তরুং থাঙতি পোংথা মনা মানপরে।'' থাঙলোন থাঙচৎতা ইরমলিবা পাখংবনা মচানিপা অনিদা তোখাই তোখাইবা মখলগী থাঙ পীদুনা মাইকৈ ঙাক্লবা থৌদাখি হায়বসিনা য়াম্না ঙল্লিবৈঙে মতম অদুদগী হৌনা মৈতৈনা মমিং মথা অমসুং মওং-মতৌ খেন্নবা মখল-মখা কয়ামরুমগী থাঙ শিজিন্নরমলে হায়বদু উৎলি । অসুম তৌনা নীংশিংবা থোকত্রবা মতমদগী হৌনা শিজিন্নরম্লবা, হৌজিক্তি মী অয়াম্বনা মমিং মথা ফাওবা নিংশিংনদ্রবা থাঙ খরগী মশক অমসুং মমিং পনবা তারবদা ঃ

| | | |
|---|---|---|
| তরুং থাঙ | - | উপোংনা মনাগী মওং মানবা থাঙনি (প্রেমনা বেনগালেনেস (বোট) |
| চকলাই থাঙ | - | থাঙ তোনকোনবা জাৎ অমা |
| তোনফাং থাঙ | - | লৈখাম মান্না তোনককপা |
| থাঙ পুকনবা | - | লাইথাঙ চেকলাওবী মানবা |
| হাওথাঙ শাইরেমথাঙ | - | পেংবা মান্না তোনকোনবা |
| লাইথাঙ নৃঙখনবা | - | লাইখাম তোল্লোংবা মানবা |
| থাঙ চোংকমবা | - | কবো লৈতেং মানবা, অসিনচিংবা । |
| তেন্দোং থাঙ | - | শাঙলিঙবনা মী মঙক ককপদা শিজিন্নবা থাঙ জাৎ অমা । |

অসিদসু নত্তনা মশক মমিং নাইবা লাইশিংনা শিজিন্নরম্বা থাঙগী মমিং মথাসু থাঙলোন থাঙচৎতা ইরি ।

*(১ খুদম - গুরুগী থাওদি -১) তরুং থাঙ ২) কবাক থাঙ তেমশাবা, থাংজিংগী তেমশাবা, মার্জিংগী চৈস্ত থাঙ, অতিয়াগী থাওদি চপথাঙ, লৈমরেল শিদবীগি (১) হৈজাং (২) নুংশম্বা (৩) নাওকন থাঙ (৪) য়েন থাঙ অসিনচিংবা ।)*

হৌজিক মণিপুরগী তমদা খুন্দা লৈতাদুনা লৈরিবা মীশকশিং অসি কাওলুপ তরেৎ থোক্লা খায়দোকপা য়াই । কাওলুপ অমমমবু য়েক নত্রগা শলাই হায়না খঙনৈ । মদুদি - অঙোম, নিংথৌজা, খা-ঙানবা, খুমন, লুৱাং, মোইরাং অমসুং শরাং লৈশাংথেম হায়রিবা তরেৎ অসিনি । হায়রিবা য়েক শলাইশিং অসিগীসু তোপ তোপ্লা মখোয় মখোয়গী শলাইগী ওইবা থাঙ লৈজরম্মী, মদুদি -

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | অঙোম শলাইগী | - | পুকক থাঙ |
| ২। | নিংথৌজা শলাইগী | - | চকথাঙ |
| ৩। | ঙানবা শলাইগী | - | লাইথাঙ চিনাইবা |
| ৪। | খুমন শলাইগী | - | তোনককপা |
| ৫। | লুৱাং শলাইগী | - | তোন্দুম্বা |
| ৬। | মোইরাং শলাইগী | - | য়েনবা মতোক শাবা |
| ৭। | শরাং লৈশাংথেমগী | - | খুনথোং থাঙ (শলাই থোনিরোল) |

অসুম্না মৈতৈনা লাই হাক্তুক্তগী হৌনা থাঙ শিজিন্নরক্লে । থাঙ হায়বসি খোঙমী লাম্মী অমসুং শগোল তোংবা লানমী খুদিংমক্না শা-লান্দা শীজিন্নদবা য়াদ্রবা খুৎলাই মখল অমনি । খোঙমী-লানমী মশেল থাঙগী লান থেংনরম্বদা নত্তনা শগোল তোংলগা থাঙ হায়নবসিসু মৈতৈ লৈবাক্তা য়াম্না চৎনরম্মী । খুদম ওইনা, শকাব্দ ১৫৩৫ (১৬১৪) দা লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা 'ক্যাংলৈবাক্তগী শগোল অঙৌবা তোংদুনা শোমশোক থাঙ য়ৈনরকএ । লান য়াম্না ফাইএ ।" (চৈথারোল কুম্বাবা, লা: ২৪)

থাঙগী মশক মমিং তোখাইবা মখল কয়ামরুম লৈরম্বগুম তাগীসু শিজিন্নফমগী মতুংইন্না মশক মতৌসু খেন্নবা মমিং মথাসু তোখায়বা তা মখল কয়া মৈতৈশিংনা শিজিন্নরম্মী মদুদি, থৌগল তা, নিংথৌগী থৌগলদা শিজিন্নবা,

শগোল তা, শগোল তোংবা লানমীনা পায়বা তা, লম্বু-মখোক চাওনা শাংবা কৈ চনবদা শিজিন্নবা তা, লাংশোই মখোক্তি পিকপা শাংবদি য়াম্না শাংবা শামু ফানবা তা, খঙনিং তা, লমওক্রুচিংবা শা তানবদা, শিজিন্নরম্বা তানি । মওং মতৌদি তাগী মতোন্দা কোচি পানবা অমসুং তাখোক অদু কোমলপ চল্লগা থৌরিনা তাজিন্দা কিশি কিরগা য়েৎলকপনা তাখোককী ময়াই চবুক ফাওবা য়েৎলগা কিশি কিবা মওংনি । শাদুদা পানখ্রগা নানথোক্তুনা চেনখ্রবসু নারক মোংশেংদা তাখোক অদুনা পল্লগা শা অদু মখা তানা চেনবা ঙমদদুনা ফাবা য়ানবা শিজিন্নরম্বা তা মখল অমনি । মসিদসু নত্তনা চীংমীশিংগীসু কাংলুপ কাংলুপকী ওইবা মওং মতৌ খেন্নবা তা কয়া লৈখ্রে ।

থাঙ-তা, মুক্রা, শরিৎ-শরাৎনচিংবগী মহৈ অসি থায়নগী ইপা-ইপুশিংনা তমদবা য়াদ্রবা মহৈ অমা ওইনা তম্নরম্মী । হৌজিককী মতমদা স্কুল, কলেজদা চৎতুনা লাইরিক-লাইশু তম্নক্লিবা অসিগুম্না মমাংঙৈদদি থাঙ-তা হৈবা ওজাশিংগী মফমদা চৎতুনা মহৈ অসি নিপা খুদিংমক্না তম্নরম্মী । মৈতৈ জাতিনা চহি কুমজা কয়া লিশাং শিৎনা মনীং মখা তম্না পানবা ঙমলম্বা অসি থাঙ-তা হৈরম্বননি। মৈতৈ জাতিনা শাফম-লানফমগী মহৈদা চঙখোন্না হৈরম্বগী মরমদি ঐখোয়গী মহৌশাগী ওইবা লম্মিৎ-তুম্মিৎ হায়বদি চাওরবা কবো, তেখাও, খাগিনচিংবগা ইতৎ তত্তনা লানথেংনবা তারম্বা, খরা হেন্না লিবা মতমদনা য়েক-শলাই তরেৎমক তোখাই তোখাইবা নিংথৌ পানবা লৈবাক্ মচা অমমমগী মওংদা লৈনরমদুনা মৈতৈগা মোইরাংগা খুমনগা মৈতৈগা নত্রগা খুমনগা মোইরাংগা ইতৎ তত্তনা চায়না খোঙফেল হানরম্বা অসিদসু নত্তনা চীংমীগা তম্মীগা ইতৎ-তত্তনা লান থেংনরম্বা মরম খিবিক অসিনা লৈবাক অসিদা লৈরম্বা মী খুদিংমক শা-লান্দা য়াম্না হৈথোই শিংথোইবা কাংলুপ ওইরম্বনি ।

মৈতৈ হায়বা কাংলুপ অসি মালেমদা খোঙ্গুল মুৎপা য়াদে হায়বা ৱাখললোন অমগা লোয়ননা শেমলমলবা থাঙলোন-তারোলদসু নত্তনা মৈতৈগী মশান্না কয়া খোঙ কাঙজৈ, শগোল কাঙজৈ, য়ুবি লাকপী, মুক্রানচিংবা শান্ন-খোৎনবগী মওং ফাওবা শাফম লানফমগী মওংদা নুপা খুদিংমক মশা মউ ফনা লৈহন্দুনা থোক্লবা য়াবা শাফম লানফমগীদমক শেম শাদুনা লৈহন্নবা মওংদা লাইওইখ্রবা পারি পুরিশিংদুনা শেমদুনা থম্বীরম্মবনি ।

থাঙবু অরিবা লোনদা কচেং/কজেং, তাবু তিমেন, চূঙবু * মরোং কৌরম্মী, চূঙগী মতোন্দা থেৎলিবা মনাবুনা (লৈতেং ওইনা) ইঙেন লৈথেৎ কৌই। লানবু হুয়েল লাল হায়রগা খঙনরম্মী। হুয়েল লাল তম্বা হায়বদি থাঙ অমসুং তা পায়দুনা য়েক্লবদগী ইশা কল্লগা য়েক্লববু মাইথিবা পীবা ঙম্লবা তম্বা মহৈবু হৌজিক্তি থাঙ-তা হায়রগা ভারতদা নত্তনা পৃথিবীগী জাতি পুম্বনা মহৈ অসিবু খঙনরক্লে। থাঙগী মহৈ অসি চাওরাক্লা অনি থোক্লা খায়দোকপা য়াই। মদুদি, লানথাঙ অমসুং লৈতেং থাঙ। লম্বা পারিবা মীশক অমা নত্রগা অমদগী হেনবনা থাঙ পায়দুনা য়ানগে তৌকপদা য়াল্লকপদা, য়াল্লক্লিবা থাঙয়ানশিং অদু ঙাকথোকপদা নত্তনা য়াল্লকলিবা মীশিং অদুবু থাঙ হৈবা নিপা অদুনা শোকহন্নিংবা মওংদা শোকহনবা ঙম্বা থাঙ অদুবু লানথাঙ কৌই। অয়াম্বা মতমদা খুৎ য়েৎনা থাঙ পায়রগা খুৎ ওইনা চুঙ্গোই পাই। তাঞ্জা ফংলবদি চুঙ্গোইনসু লম্বা পারিবা মীশক অদুদা য়ানশিনবা শুজিনবা তৌদুনা শোকহনবসু য়াই। লৈতেং থাঙ হায়বদি মীয়াম মমাঙদা অয়েংবা ভাবকনা নুঙাইনবা য়েৎথাঙ-ওইথাঙ নত্রগা থাঙ-চুঙ্গোই পায়রগা মশা য়োম্না খোঙফম কয়া চৎতুনা খুজেং লৈবি, থাঙ খাওন, য়েৎথাঙ-ওইথাঙ হাইবা, মাঙদা হামৈ কোথোন ওনবা নত্রগা নাকন্দা থাঙ য়েপ্পুনা ওনবনচিংবা তৌদুনা হাইবা থাঙবু লৈতেং থাঙ কৌই। অসিদসু নত্তনা মী অনি ওনশিন্নরগা হান্না ঔরাইমিন্নরক্লবা থাঙলোন খরদা য়াম্না থুনা য়ানবা ঙাকপা তৌনদুনা অয়েংবশিংবু মীৎ থকহল্লিবা অদুবু লৈতেং থাঙনি।

লৈতেংবু ওইরবসু য়ান্নথাঙবু ওইরবসু তম্বা তাবদা মপী পরিং থাঙলোন অমসুং থাঙহাই কয়া, খোঙলোন খোঙফম কয়া হান্না তমদবা য়াদে। থাঙলোনগী মনুংদা লেংজুম হন্নবী থাঙ মরি, থাঙবী তরুক, থাঙবী তরা, তরানিথোইনচিংবা কয়া লৈখ্রে। হায়রিবা থাঙলোনশিং অসিদসু ওজা ওজাগী ওইবা খুৎলোন পারোন খেন্নবা লৈ।

মথক্কী থাঙলোনশিং অসিদসু নত্তনা তোঙান তোঙানবা ওজাশিংগী ওইবা থাঙলোন পরিং কয়া অমসু লৈরি। খুদম ওইনা ব্রজবাসি ওজা পাওনাগী "অথারো লকরি" হায়রগা খঙনবা থাঙলোন, থাঙফম অনিদগী হৌরগা থাঙফম

---

*মদাইরেম পোইরৈ অথৌ লিচা হেম্লা পুম্নমকসুং লাইরেন মরোং চংফুখোন কচেং থা ঙয়ানখোনগীবু শেনবী মনোং মৈবু শোংকিদুনা লাঙ্গোই শাগৈখোয়. টিমেন নমহনবা হুয়েল লাল শোক্লরে। - শমশোক ঙম্বা।*

তরানিপালদা লোইবা পরিং, মহারাজ ইশ্বরগী (চন্দ্রকৃতি) থাঙফম মরিদগী হৌরগা তরাদা লোইবা পরিং, নিংথৌখোঙজা পোইলা মেঞ্জরগী (সিলোৎতাবা হায়রগা খঙনবা) থাঙফম তরানিপাল থাঙলোন কয়া ঙসি ফাওবদা পরিংশিং অদু কায়দনা খঙবা ওজাশিং* লৈরি, খোঙফমগী মনুংদা থামচেৎ শাবা খোঙফম অহুম, ফুঙ্গানুংদুম শাবা খোঙফম অহুম, মাঙদা শিৎতুনা তান্নবা, তুঙদা শিৎতুনা হনদোকপা ওজাশিংনা 'কদম হাৎনবী' হায়রগা খঙনবা কাচিন্দা য়েক্লববু হোইজিল্লবা নত্রগা কাচিন্দা লৈরম্বা অহৈবা অমনা হোৎচিল্লকলিবা অদুবু কাচিন্দা তাহল্লগা মানা মফম চাবদা লেপ্লবা হোৎনবা মখল মথেল কয়াগী খোংলোন লৈখ্রে ।

## 'তা'

হকথেংনবা লানফমদা মৈতৈ লানমীনা থাঙ শিজিন্নরম্বগুম তা হায়বা খুৎলাই অসিসু অরিবা মতমদগী হৌনা শিজিন্নরমলবা তৎন-থানবা য়াদ্রবা খুৎলাই মখল অমনি । চায়নরোলনচিংবা লাইরিক্তা অকল-অথৌ কয়ানা তা চায়নখিবগী ৱারী কয়া ঐখোয়না থেংনৈ । ১৮৯১গী অবোইবা মৈতৈগী নীংতম লানফমগা মরু হুনখিবা সাহেব মঙা হাৎখিবগী থৌদোক্তা মতম অদুগী পোলিতিকেল এজেন্ট ওইরম্বা গ্রিমউদ সাহেবপু পুখ্রম্বা ফিঙাং ওর্ফে কাজাওনা মথবাক্তা তানা থিন্দুনা হাৎখিবগী ৱারী ঐখোয়না ঙসি ফাওবা নিংশিংলি । মণিপুরদা চীংমী তম্মী অনিনা শিজিন্নরিবা তাগা অতৈ লমশিংদা শিজিন্নবা তাগী থোইদোক হেন্দাকপা খেন্নবা অমদি তানিংদসু য়োৎকী অতুম্বা মচিন থিনবা য়াবা অমা পানবা অসিনি । শাফম লানফমদা তানিং-তামাং অনিমক্তা থিনবা অসি তাগী তারোলদা শিজিন্নরম্মী ।

থাঙ পায়বা লানমীনা মখুৎ ওইনা চুঙ্গোই পায়দুনা মশা ঙাকথোকপদা শিজিন্নবগুম তা পায়দুনা চায়নবা থিন্নবা নত্রগা থাঙ পায়বা মীগা থেংনবদা মশা থুপতুনা ঙাকথোক্লবা অথাবা শউন্না শাবা ময়ুংনা হেন্না শাংবা চুঙ হায়বা অমা

* *থাঙগী ওঝাশিংনা শিজিন্নরম্বা থাঙশিং অসি তামিচা, কমর, করক, পালক, শির শুং দেরাং, বৈরাং, কাল, হুন ডনছা পী হায়বা লোন্দা খরা শিজিন্নরম্মী । চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজগী হাক্তক্তা ওঝা পাওনা, নিংথৌখোংজম পোইলা, অমসুং লৌক্রাকপম সনামীৎয়েং হায়রিবা ওঝা অহুম অসি মণিপুরগী মপান্দা থাঙ তমলুনবা থাই হায়বা অমা ঐখোয়না তাই । হায়রিবা থাঙলোনগী মমিংশিং অসি ওঝাশিং অদুনা পুশিল্লকপা ওইরমগদ্রা হায়না খল্লি ।*

শিজিন্নে । চূঙ অমসুং তা পায়দুনা য়াম্না নুপা থোক্না হকচাংগী খোঙ-খুৎ পূম্নমক শিজিন্নদুনা শান্নবা মখল অমবু তা খৌশাবা কৌই । তা খৌশাবদা খুৎ য়েৎনা তা পায়গনি, ঙক্তা চুঙলী হুক্কুনা য়াল্লগা খুৎ ওইনা চুঙ পায়গনি । মপুঙ ওইনা খৌশারোল ৯ লৈ হায়নৈ । মখল খরগী মমিংদি মরাম নুংশেৎপা, মরাম অচৌবা, মরাম মচা, কবুই, অথৌ, তাংখুল, খেল, য়াংবী, অতোন অসিনচিংবা। খৌশারোলশিং অসি অমগা অমগা খোঙজোং শাথেকনচিংবা খেন্নে । খৌশারোল খুদিংমক অককনবা পরিং অমসুং তাংকক কয়ানা শাই । মদুদি সলামী কৎপা। খুরুম্বা, খেল চোংবা, উচেক খোঙনা হনবা, হোৎপা, শেৎপা, * শৌ কাইব, লালয়েংবা, লাল চেনবা । কোয়বা, শা থেৎপা, অমসুং শা থিনবনচিংবা । অসিদসু নত্তনা চকপা কাঙলুপশিংনা শাবা অখন্নবা খৌশারোল কয়াসু লৈরি । খুদম ওইনা অৱাং শেকমাইগী লৈকোই খৌ, লৈমরামগী চোংফাং থেঙ্গৌ, ফয়েংগী ইপা ইপু খৌশাবা হায়রিবা লমশিং অসিগী ওইবা খৌশারোলশিং অসিদি মী অশিবা পোৎলোইফম তান্না পুথোকপদা চূঙ তা পায়দুনা মচা নুপা অহন্না মাঙ থারগা তিমু লাইমু তানথোকপগী মওংদা খৌশাদুনা চৎলি হায়নৈ। হায়রিবা চকপা কাংলুপকী খৌশারোলশিং অসি উমংলাই হরাওবদা শাদ্রবা য়াদ্রবা খৌশারোল ওইনা ঙসি ফাওবা শানরি ।

মৈতৈগী হৌজিক ফাওবা চৎনরিবা ৱাক তানবগী থৌরমদা পানা খৌশাবা হায়বসি পাঙথোক্তবা য়াদবা চৎনবী অমা ওইনা মমাংঙৈদগী হৌনা ঙসি ফাওবা খৌশাবগী থৌরম পাঙথোক্লি । পানা খৌশাবদা লাইফম, খাবম, অহল্লুপ, নারুপ হায়রিবা পানাশিং অসিনা মথং মনাও কাইদনা শান্নরম্মী । লৈবাক নিংথৌ মমাঙদা মানা মানা মহুৎ শিন্দুনা শারিবা পানা মচা অদুগী পানা মশক তাকপা অমসুং শারিবা খৌ অদুগী মমিং মথা লাউবা অমা চৎনরম্মী। মদুবু পানা লাউবা কৌই । অহাবদা পানা মচা অমনা শাখ্রবা খৌ অদু অতোপ্পা পানা মচা অমনা অমুক হঞ্জিন্না শাবা চৎনরমদে । মরম অসিনা ইকোন কোন্না শাগদবা নহারুপ পানা মচাদি য়ামদ্রবদা খৌশারোল মরি ফাদ্রবদি পানা খৌশাবা য়াওবা য়াদে । লৈবাক নিংথৌ মমাঙদা শাবা খৌশাদি খোঙলোন খুৎলোন্নচিংবা কাইহৈদে

* *চীংগী খুভম থীবা লমদা য়েক্রবনা ইরাই লায়না লান্দাবা ঙমদনবা খুলগী অকোয়বদা ৱা মচিন তুম্না ইংলগা য়েক্রবনা চংলকপদা শোকহন্নবা থমই, মসিবু শৌ থম্পা কৌই ।*

হায়না য়াম্না চেকশিন্না শান্নরম্মী, শোয়রবদি নিংথৌ পুনসিদে, লৈবাক অৱা-অনা নংঙি হায়না থাজনরম্মী ।

শরিৎ-শরাৎ । শারাক ঃ শরিৎ শরাৎ হায়বা অসি থাঙ-তা তৌবা মীপুম খুদিংমক্না খরদং ওইরবসু তমদ্রবা য়াদ্রবা মহৈ অমনি । খুৎতা খুৎলাই অমত্তা য়াওদ্রবসু মীনা ফারকপা কোল্লকপা খুদুম্না শুরকপা, কিন্না থিল্লকপা, খোঙনা কাওরকপা কয়াদগী ইশা নানথোকপা অমসুং কনজবতা নত্তনা চৈ থাঙ অমসুং শুরিনচিংবা খুৎলাইনা ফুরকপা য়াল্লকপা অমসুং থিল্লকপা ফাওবা ইরাই লায়না ইশা কঞ্জবা ঙম্বা মহৈ অদুবু শরিৎ-শরাৎ হায়রগা খঙনৈ । শরিৎ হায়বগী অর্থদি ইশা ঙাকথোকপা হায়বনি (দিফেন্স) শরিৎ নত্রগা শারাক হায়রগনা য়ৈরক য়ৈরকইবা মী অদুবু শোকহন তুহনবা (ওফেন্স) হায়বনি । শরিৎ শরাৎককী থাঙলোন খুৎলোনশিং অসি থাঙ-তাগী খোঙফম খুৎফম অমসুং মুক্লাগী লৌ কয়াগা য়ানশিন্নরগা শেম্বা ইশা কনজবা ঙম্বা তাঙলবা মহৈ অমনি । কনাগুম্বা খরনা মসিবু সৎজাল হায়না কৌনবসু য়াওই । শরিৎ শরাৎপু ওইরবসু সৎজালবু কৌরবসু ইশাদা চুনবা শান্নরবদি পূম্নমক কান্নবা ঙাক্তনি । নুপী ওইবিনা মসিগী মহৈ অসি তমদুনা মশাদা চুশ্লবদি নুপী মশেলদি লায়রদনা নুপা ফাওবনা নুপীনি হায়দুনা পাক লাকচবা য়ারোইদবা মহৈনি ।

থাঙ-তা হৈবা থায়নগী ইপা ইপুশিংদি শা-লান্দা য়াম্না থৌবা শিবা কিদবা হায়নখিবা ৱা শোয়দনবা লাক্লবা লাইবু য়াম্না থাজবা মীশক ঙাক্তা ওইরম্মী। শাচৎ লানচৎলমদাইদা ঈরাৎ পূজানচিংবা তৌরগা শোয়দনা লান ঙমগনি খনবা মীওইশিংনি । ''শকাব্দ ১৩৯১ (খৃ: ১৪৭০) দা মৈদিংঙু ক্যাম্বনা কবো ঙমগে হায়দুনা খারি চিংখোংদা শন্দং অমা ইরাৎলে ।'' হায়না চৈথারোল কুম্বাবদা ইরি । অথৌবশিং অদুনা শাচৎ লানচৎলমদাইদা মখল মখা কয়াগী শাজেল পুজেল শান্নরম্মী । 'শয়ো মীরেন' য়েংবা হায়বসি শা-লান চৎলমদাইদা লান অদুদা শিনি-শিরোই, লানফম অদুদা মাই পাক্কনি পাকলোই হায়বা খঙনবা মহাককী মমি অদু য়েংলগা শান্নবা শাজেল অমনি । মি য়েংবদা ঙক উদ্রবা, পাম্বোম শুদনা উরবদি ফত্তব খুদমনি হায়না থাজনৈ । মিদা য়েংনবগী খুদম অসি মণিপুরদা থায়নদগী হৌজিক ফাওবা চৎনরি । ক্বাক যাত্রা নুমিত্তা মীৎয়েক য়েংবা অদুনা চহি খুদিংগী নিংথৌগী ক্বাক তানবা নুমিত্তা ঙসি ফাওবা থেংনরি ।

থায়নগী ইপা ইপুশিং অদু চুম্নগী পাঙ্গল কনবা, থৌবা থাঙ-তা দা হৈবদা নত্তনা লানগী কাঙলোন কয়া লৈচিল্লোননচিংবা খঙবা মীশকশিং ওইরম্মী। "মচিন্না নোংশাগী, লাইরেনগী মশককুমনা মঙক তেকপা মমৈ লোম্ববু লানগী মখৈরোমদা উরবদি ঐখোয়না ঙমজেএ । ঐখোয়গীরোমদা উরবদি মখোয়না মী, তেঙ্গোল চেন্নৈএ ।" লৈচিল্লোন অসুম্না মহৌশাগী ওইবা ঈশিং নুশিংকী থাঙলোন কয়া য়েংলগা লান থেংনরম্মী ।

শাফম লানফমদা করম্বা শা নৎত্রগা করম্বা য়েক্লবগী লানমী হাৎহৈদবগে হায়বনচিংবগী থাজরম্মী । হাৎলুরগনা মদুগী দোষ, কোক্লনা করি তৌবা হৌনবগে হায়বদু শাতুরোল, লানফুরোলল' অমসুং তখেল ঙম্বা হায়বা লাইরিক্তা তাক্লি। "শানা লান্না তুবদা মপী তারবা মখা চিকপা, ময়া খিগৎপনচিংবা তৌরবদি নুংশি লান্নুংশি, শমাইলোং, লানমাইলোং কৌই । শাচাক লানচাক থাকও, থাক্তবদি মরা তুম্না শিত্র মচা মশু শারৈ হৌবা, উশারাই হৌবা, ঙাওবা ফৈবা তৌএ ।"

"লানফমদা মমায় লৈরবা খুৎসু খুৎলাইবু থাদোক্লবা, উদা কাদুনা খাঙলবা মী লৈশৌপুং মথক্তা তোংলবা, ঈশিংদা কুমদুনা লোৎলবা, ফিবু মঙক্তা য়েৎতুনা লৈরবা মচিন-ময়ানা নাপী চিক্লবা, মখুৎ লোন্দুনা য়াম্না হায়জরবা, মফি-ফৈজোমবু শেৎত্র-ইন্দ্রবা, লানফমদা পূক্লিং য়াম্না কিরবা, হায়খ্রিবশিং অসিবু, হাৎফরোই" হায়না তখেল ঙম্বা লাইরিক্তা ইরি । অসুম্না ঙমলে হায়দুনা য়েক্লবগী লানমী ফাওবা থায়নগী অকল-অথৌশিংনা হাৎনরমদে ।

এনবুম মহুইরোই চনবা ঃ মথক্তা পনখ্রিবা নিয়ম চুমদনা শাফা লানফারুরবদি মী মশা অদু নত্রগা মচা-মশুদা মঙে নিকপা, শারৈ হৌবা, উশরাই হৌবানচিংবা তৌদুনা তেনবানলি হায়বদুগী কোক্লবগীদমক্তা শাফা লানফারুরিবা মী অদুনা মাগী য়ুমগী খেনজোংলাংগী অব্রাংথংবা নাকথদা শামিং লানমিং কৌদুনা মচাক থাক্লগা শাফা-ঈশৈ লানফা ঈশৈ শকনৈ । মসিবু এনবুম হুইরোই চনবা কৌই । কনাগুম্বা শাফা লানফরুরবা মী অদুনা এনবুম হুইরোই চন্দদুনা মদুগী দোষ কোকথোকলমদদুনা মচা মশুদা তেনবাল্লবদি লৈহৌরিবা মচা মশুশিং অদুনা মপা মপুনা শফা লানফা কায়খিবগী দোষ কোক্লবা লানচাক থাকপা অমসু তৌনৈ, মদুদি য়ুমগী নাকথদা তৌদে, মাগী ঈংখোল ব্রাংমদা তৌনৈ ।

তাঙবল্লোই, থাঙবল্লোই : অকল অথৌদা পীবা শাফী লানফিগী মনা অথোইবনে। লানফা চাম্মা ফারবা নত্রগা শাশিং চামামঙা ফারবা নত্রগা নিংথৌ মথ্বাই কন্না ফরবা নত্রগা অতোপ্পা মাইকৈগী নিংথৌ ফাবা ঙম্বা অকল-অথৌদা পীনরম্বা মনানি। তাঙবল্লোই চারবা অথৌবশিংদি চিঙ্গোল থেল কাবা য়ারে। তাঙবল্লোই চারবা অথৌবশিংদা তাঙবল্লোইগা লোয়ননা পীনরম্বা মনাদি - নিংথৌফি খঙ্গা, খোঙ্গ্রাই মথক মখা, খুবোম য়াইশি লোনবা, খুদাংয়াই চৌখুবা, খুৎশি, তানশি, খোঙশি, উরেকশেৎ, নোংনিংখোই য়েন্দু লাংমৈ, সনা লৈখম, সনা লিকতোং লৌ পরি য়াঙখৈ ইল্লি। লাইনিংথৌ খাগেম্বা হাক্তক্তা লৌগী মহুৎ ফি পীবা হৌখি। অদুগী মরিফি কৌই। লানদি ফিরাল অঙৌবনে শাদি ফিরাল অঙাংবনে।

ঙসিগী পৃথিবী পুম্নমক্না খঙনরবা থাঙ-তা ঃ

ঙসিদি মণিপুরগী থাঙ-তা অসি পৃথিবীগী মফম অয়াম্বদা শকখঙনরক্লে। ||*||

থাঙ-তা দেমোনস্ট্রেসন উরগা পীরকপা কম্মেন্ট খরা মখাদা পীজরি :

The limits of human endurance, discipline, the grace in violence, trust, total co-ordination and absolute energy .... witnessed these conditions in the state of disbelief and capture. Thank you for this elightening, visual experience.

Rustom Barucha
(Persian)
Ford Foundation 4/10/86

The movement pattern are amazingly fast. Goves we a better insight in kineseology. The physical mental and spiritual are combined in a most beautiful way.

Dr. R.C. Sharangpani
Consultant : Sports Medicine

Some comments on Manipuri Martial Arts :

1. The Manipuri Thang-Ta Martial Performances were a superb example of Asia's Martial Fighting forms.

Tkatschow, Dwight A.
University of Toronto, Canada

2. It is the collective excellence rather than just one group of people or other. The skill exhibited in Thang-Ta is fanastic.

Andrew Tsubaki, Kanasas.

3. The sparking duels of Hula Sindamsang mesmerised the audience. The movement undoubtedly demand long strenuous years of practice and above all utmost dedication.

The Metropolitan
Dec. 17, 1987

4. The Thang-Ta martial arts displayed by members of Hula Shindamsang overwhelmed viewers .... the visual impact of sparks flying when hade struck opposing blade, or the mentallic sheen created by protectively twirling swords fast and close to the body, dwarfed the best special effects of science ficition cinema.

The Telegraph
Dec. 18, 1987

5. Thang-Ta exposition .... kept the audience on the edge of their seats.

The Statement
Dec. 19, 1987

6. Manipur carried on dominating proceedings at the second session of the Asian Festival of Theatre, Dance and Martial Arts (Dec. 15 Gyan Manch), interpersad with short sequences from China and Japan. The Hula Academy's martial derring-do continued to have spectators balanced on the knife edge of tension.

The Telegraph
Dec. 23, 1987 ||*||

# মণিপুরদা লাই শাবা অমসুং হকপা খোংপগী কলা

মণিপুরদা লাই শাবা অমসুং হকপা খোংপগী পাম্বৈনা পুথোকপা পোংশিং অসি কলাগী পোংশক ওইনা খন্নরকপসি ইংশোক ১৯৭০ অদুৱাইদা মণিপুর ষ্টেট ম্যুজিয়ম লিংখৎপা মতম অদুৱাইদগী হৌবনি । মসিগী মমাংদা পোংশকশিং অসি ধর্ম্মগা মরী লৈনবা ইরাৎ চবানদা চংবা পোং ওইনা খন্নরমই অদুগা পোংশক খরনা খুংশা হৈবগী (শিল্পগী) পোংশক ওইনা খন্নরমই । পোংশিং অসি কলাগী পোংশক ওইনা খন্নরকপা মতমদা লৈরমইবা পোংশকশিং অসিগী মনুংদা খ্বাইদগী কুইরবা হায়ব তারবদা উমংলাইগী কোনমাই অমসুং শেঞ্জংনা শাবা শেল (কোইন) অনি অসিনা ওইব তাই । শেলবু (কোইন) কলা পোংওইনা পনবসি য়েৎননিঙাই ওইবা ৱাফমনি অদুবু মমাংঙৈগী মতমদা শেল অসি মতম অদুদা পাল্লিবা নিংথৌ-নিংথৌ অদুগী মতম মতমগী ওইবা শেল য়ৈরমই । নিংথৌশিং অসিনা হান্না পাল্লম্বা নিংথৌগী শেলদগী অকোনবগী নিংথৌ অদুনা মহাক্কী মতমগী শেলনা হেন্না ফজহন্নিংই । মরম অসিদগী শেল য়ৈরিবা খুৎহৈব অদুনা নিংথৌগী মপুক থুংনবা অখং অহৈ তান্নরগা মহাক্কা হেক হৈবমখৈ তৌদুনা নমুনা শারগা শেলগী ছাচা শারগা য়ৈবনি । মরম অসিদগী শেল অসি হক্কুনা শাবা কলাগী পোংথোকনি হায়বসু য়াই । উমংলাইগী কোনমায়গা শেলগা অনী অসিগী মরক্তা উমংলাইগী কোনমায়না শোয়দনা হানফম থোকই । মরমদি কোনমাই হায়বা পোং অসি ঐখোয়গী মমাঙঙৈগী মীশিংনা মহৌশাগী থৌদোক, নোং খাকপা, অখাক-অরাও তাবা, লাম্মৈ চাকপা, য়ুহার হাবনচিংবা । মীওইবগী খুদোংথিহনবা থৌদোক পূম্নমক অসি লাই অমমমনা তৌহনবনি, শাউদুনা মীওইববু অৱাবা পীবনি হায়না থাজনরম্বা মতম অদুগা মরী লৈনবনি। মতম অদুদা ঐখোয়গী ইপা ইপুনা শিরগা অশিবশিংগী মথৱাই অদুনা হিংদুনা লৈহৌবা মচা-মশুশিং অসি খুদোংথিবদগী ঙাকপিব ঙমই অমসুং শেন্নদুনা লৈ হায়না থাজনরকই। মতম অদুদগী মথংদা লম অসিদা খুন্দারবা মী কাংলুপশিংগী লুচিংবশিং অসি শিখ্রগা মচা-মশুশিংনা ইরাৎতুনা থৌনিরবদি লৈহৌরিবা মচা-

মশুশিংগী অফবা নুংঙাইবা চাউখৎপা মচা-মনাও তাবা পীনবি হায়না পুম্নমক্না থাজনরমই । মরম অদুদগী উমংলাইগী কোনমাইশিং লৈখিদ্রবা পুরেলশিংগী থৱাই লৈফম ওইনা থমদুনা মচা-মশুনা থৌনিবা য়ানবা থম্নরমই। মতৌ অসুম তৌদুনা মী কাংলুপ কাংলুপকী অমরোমদা হায়রগা সলাই খুদিংগী উমংলাই অমমম কোনমাই অমমম থম্নরকই । পুয়াদগী তাবদি শান্তিদাসনা উমংলাইগী কোমাই ময়াম মহাবলী উমংদা মৈ থাখি হায়না তাই । অদুনদি কোনমাইশিং অসি থেংলবদা ১৪।১৫ শুবা শতাবদীগী অদুৱাইগী মমাংদগী লৈরম্বা তাই । হৌজিক লৈরিবা কোনমাইশিং অসিদি ১৭।১৮ শুবা শতাবদী অদুৱাইদা শাবা ওইবা তাই । কোনমাই লৈরিবশিং অসি শাবা 'কোম' হায়বসি পিথ্রাই হায়বা কোন অদুনি - কোনমাইশিং অসি মওং মতৌ হাইফেৎ মান্নে। মী অমত্তনা শাবদৌনা তৌই । মী অমতনা শাবদি ওইফম থোক্তে অদুনদি মতম অদুদা কোনশুবা অহৈবা অমনা শারম্বদগী মহাক্কী মখাদা থবক শুদুনা হৈখিবা মী খরনা শাবা ওইরম্বা য়াই । কোনমাইশিং অসি চাউরাক্না মীগী মমাই মান্নি। খুজি পোপচাউবীগী ময়েক তোংখৎ তোংখৎতুনা থোকপা অদুগুম্না মনিংলোমদগী খুৎলাইনা ফুগৎলগা তোংখৎহন্দুনা (ইমবেজিং) পিশুম, মিৎ, নাতোন, চিনবান হাপ্পনি । মখোয় অসি সিম্বোল ওইনা শিজিন্নবনি মীমক মান্নবা শাবা নত্তে অদুনা সিম্বোল আর্ট হায়বা তাবনি । মসিগী মথংদা লাক্কদবনি রিপ্রজেনটেসন আর্ট হায়বদি মী মান্না অমসুং অকক্লবা পোৎমান্না শাবা মওং অসিনি । মসি মফম খুদিংদা চৎথরকপা মওংনি অদুবু মণিপুরদদি মতাং অসিদা কোননা মূর্ত্তি অমসুং পোৎচৈ শাবা অসি খর্মখিবগুম উরি । শিল্প ওইনদি শিজিন্ননবা পোৎচৈ পুথোকপা চৎনরম্বগী খুদম থেংনৈ । অদুগা কলা অমা ওইনদি তৌখিবগী খুদম উদ্রে ।

মসিগী মথংদদি মণিপুরদা হিন্দু ধর্ম্ম চংলকপনা মরম ওইদুনা অনৌবা মওংগী হকতুনা শাবা লাই মওং থোকলকলে । অহাবদা মূর্ত্তিশিং অসি হিন্দু ধর্ম্ম শন্দোকপা মীওইশিংনা শারগা কোনগী নত্রগা নুংগী মূর্ত্তি ওইনা পুশিল্লকপনি । হৌজিকসু, কোননা শাবা মূর্ত্তি লৈরি । খুদম ওইনা বিষ্ণুগী মূর্ত্তি, দূর্গা মূর্ত্তি, হনুমানগী মূর্ত্তি অসিনি । মদুদগী লম অসিগী খুৎহৈবা কাংবুনা কোন্না হৈবা অমসুং উনা শাবা অদুগা লোয়ননা নুংনা শাবা মূর্ত্তি থোকলকই । মখোয় অসি হিন্দুগী শিল্পশাস্ত্রগী মতুংইন্না শারকপনি । মূর্ত্তিশিং অসি লাই ওইনা লাৎনবা শাবনি । ময়াম্না খংনরিবা অসিদগী কোক (মাই) না খরা চাওই-মিৎ

য়াম্না লাওই-ফিভমদি নোকপনচিংবা পূক্লিংগী ৱাখল ফোংদোকপা য়াওদে, মূর্ত্তিগী মওংদি ''সমভঙ্গ'', 'ত্রিভঙ্গ', 'অতিভঙ্গ' অহুম অসিদা অয়াম্বা শাই। অহল-লমন খরনা 'লাইদা লাই মাল্লি', 'ফজে' হায়নরমই অদুবু তশেংবদি মণিপুরগী মীওইশিংনা য়েংবদদি 'অকিবা' ওইনা থোকই ফজবগী মওং উবা ফংদে । ইহান হানবা লমদম অসিগী খুৎহৈবনা শাবা মূর্ত্তিদি ''শ্রীগোবিন্দ অমসুং রসেশ্বরী'' অনি অসিনি । ১৮শুবা শতাবদীগী ময়াই চল্লকপা অদুৱাইদনি। মূর্ত্তিশিং অসি হিন্দুগী শাস্ত্রগী নিয়ম মতুংইন্না ব্রহ্মণনা তাকতুনা শাবনিদি হায়ববু ইহান হান্না হেক উবদা খনবদি লমদম অসিগী ৱাখল চংলকলে । হকচাংগা য়েংনবদা মাইথোং পিকথরক্লে মিৎ লাওবা খরা হন্থরক্লে য়েংবদা অকিবা অমা পোকপদু লৈরকত্রে । ৱাংখৈ গোপীরাম্না শাবনি - য়েংবদা নুংঙাইনবা হায়বদি ফজবগী ৱাখল খরা ফোংদোকপা উই । রাসেশ্বরীগী মাইথোংদি কোননা শাবনি। লমদম অসি কোনশুবা মীনা শাবনি মতাং অসিদসু হান্নগী মাই চাওবা মথিক নেম্বা মিৎ কাহেন্না লাউবা য়েংবদা কিবা মওং অদুদগী হোংলে । লমদম অসিগী খুৎ হৈবশিংনা য়েংবদা নুংঙাইবা-ফজবগী ৱাখল ফোংদোকপা মতম অদুদগী হৌরকলে। মদুদগী বিজয় গোবিন্দ, বলরাম, কৃষ্ণ, নিংথৌখোংগী গোপীনাথ, বিজয় গোবিন্দ, নিত্যাইনন্দ, রনামচন্দ্রনচিংবা মূর্ত্তিশিং অসি মথং মথং শারকলে। মূর্ত্তিশিং অসি শাবদা তুংদা শারকপশিংনা রিপ্রজেনটেসনেল আর্ট হায়বা মহৌশাগী পোৎকী মওং মান্নবা শাবা অসি খবা খরা হেল্লকই । ফিভম অয়াম্বা ত্রিভঙ্গনি, হনুমান ঠাকুরগী মুর্ত্তি অভিভঙ্গনি । হনুমান ঠাকুর অসি হকতুনা তোঙথোক্না শাবনি - হাইরিলিফ হায়বা য়াই । মসিগী মতুংদা সমভঙ্গদা শাবা মুর্ত্তি খরা থোকলকলে - মখোয় অদুদি চৈতনা মহাপ্রভু, নিত্যাইনন্দ অসিনচিংবনি । মখোয় অসিদি লমদম অসিদা শাবনি, মী মান্ননবা শারে । মথংদা মণিপুরগী অচৌ অশাংশিংগী য়ুমদা লাইশিংশিং অসিদা কৃষ্ণগী মুর্ত্তি অমমম লাৎলি । মণিপুরদা লাই শাবা খুৎ হৈবশিংনা শাবনি । লাই পূন্নমক অসি য়েংবদা চাউরাক্না খুৎশা অমতা ওইনা শাবনি । মূর্ত্তিশিং অসি লাৎপা মতমদা লাইগী থম্ফম (সিংহাসন) অদুদা উদা খুৎনা হকপা লৈ মান্না হকপা ৱাহোং, তেনৱা মান্ন হকপা, থম্বাল মান্ন হকপা অসিসু অহকপা অশাবশিংগী মরক্তা চনবা য়াই। মূর্ত্তিশিং অসি শানরকপদা ইভোল্যুসন হায়বদি অহোংবা পংলৈ লৈতে অদুবু চাউরাকপা রিএলিজম হায়গদরা রিপ্রজেনটেসন হায়গদরা মদুগী মাইকৈদা খরা

খরা চংশিল্লকই । মসিগী মথক্তা লৈখোমনা শাবা মতম খরগী লাৎনবা লাই খরা শান্নরম্মি । মরুওইনা দূর্গাগী মূর্ত্তিনি - নুমিৎ ৫নি লাৎলগা দশমী পানবা নুমিৎতা ঈশিংদা থাদবনি । মূর্ত্তি ওইনা শাবসি কোন্নুংদনা ইহান হান্না শাবনি মতুংদা কালিমায়গীদা অদুদগী মথং মথং খুল্লক্তা শানরকই । অহানবা শাবদি রাভি বর্মাগী লাইগী মশক মওংদা শাবনি । শকফমদি রিএলিজমনি পান্বোম তরা অদু হিন্দু শাস্ত্রগী নিয়ম মতুংইন্না পাল্লি । মদুগা লোয়ননা লক্ষমী, সরস্বতী, গণেশ, কার্ত্তিক সু লৈখোমনা শারগা লাৎলি । মসি ফাওবদা ইনদুভিদ্যুএলিস্টিক ওইবা মওংগী শানদ্রি । মসিগী ইকোন কোনবা কৃষ্ণ মূর্ত্তিদি অনীশুবা লাঞ্জাও লোইরকপদা মহারাজ বোধচন্দ্রনা পাল্লবা মতমদা 'বৈকুন্ঠ নাথ'' হায়না মিংথোনবা মূর্ত্তি (রাধা-কৃষ্ণগী) লৈখিদ্রবা অঞ্জা হেমচন্দ্র শর্ম্মনা শারমই । মসি হান্না শানরম্বশিংগী অহোংবা খরা উবা ফংই । মূর্ত্তি অসি তশেংনা রিপ্রজেনটেসনেল হায়বা য়ারে । হিন্দুগী শাস্ত্রগী নিয়ম অয়াম্বা থাদোকলে । হকচাং কয়াৎ মীগী এনাতোমিদা শারে-মাইথোংদা নুংশিবগী, নুংঙাইবগী ব্রাখল ফোংদোকনবা শারে । মসিনা মণিপুরদা উ শিজিন্নদুনা মূর্ত্তি শাবগী পংখৈ অমা ওইরে অমা হৌরে হায়বসু য়ারে । মরক অসিদা মণিপুরগী লাই য়েকপা ওঝাশিংনা মরক মরক্তা উ (বুদ) না মীগী মমাই মকোকনচিংবা শারমই, মখোয় অদু অমতা লৈত্রে অমসুং অয়াম্বনা নিংশিংনদ্রে ।

**নুং শিজিন্নদুনা শাবা ঃ**

মণিপুরদা নুংনা শাবা লাই (ফিগব) খরা থেংনৈ । অহানবদা মণিপুরগী কৃষ্ণগী লাইশংগী ফকলাং অকোইবদা ''দশবতার'' কৃষ্ণগী শায়োল তরা শাদুনা থেৎনরমই । মখোয়শিং অসি নুংদা হকলগা মচু তৈদুনা লাইশিং অদু মশক খংনবা তৌই । অদুগা হনুমান, গড়ুর, গোবিন্দগী থোং ময়াদা থম্বা অসি গোবিন্দ শাবা মতম অদুব্রাইগী ওইগনি হায়না নিংই । অদু নত্তবা নুং অপাকপদা হকতুনা শাবা মূর্ত্তি খরসু লৈরমই । খুদম ওইনা খ্বাইরাম্বন্দ নুপী কৈথেলদা ''কৈথেল লাইরেম্বী'' হায়না খংনবা মূর্ত্তি, হনুমান ঠাকুর অসিনি । মণিপুর ম্যুজিয়মদা ১৮শুবা শতাবদগী ''কবুইব্রোরিযর'' হায়না থাবা মূর্ত্তি অনিখক লৈ। মসিগী মূর্ত্তি অসিগী খুৎশা অসি নুংনা শাবা অতৈ মূর্ত্তিদগী খুৎসু অসি য়াম্না হেন্না নিংথিনা শাবনি । মণিপুরগী নুংশুবা শিল্পিশিংনা শারমগদরা হায়বসি চিংনবা খরা লৈ - নত্রগা মপান্দগী শারগা পুরকপরা ? হনুমান (১৯শুবা

শতাবদী) রামসীতা, (১৮শুবা শত্যবদী) - অনিমক বিষ্ণুপুরদগী অমসুং সরস্বতী (চিরাং ১৯শুবা শতাবদী) গী মূর্ত্তিশিং অসিগা কবুই ৱোরিয়র অদুগী শিল্পি খুৎশা খেন্নবগী মঁওং নিংথিনা উবা ফংই । ম্যুজিয়মদা বুদ্ধগী মূর্ত্তি -লাংথবাল (১৩শুবা শতাবদী) খোমনাম লৈরক (১৬শুবা শতাবদী) ককচিং (১৫শুবা শতাবদী), চান্দেল উৎলৌ (১৩শুবা শতাবদী) মূর্ত্তিশিং অসি গ্রেনটে, মার্বল, সেন্দস্তোননা শাবনি লম অসিগী খুৎ হৈবনা শাবা নত্তে মফম অমদগী পুরকপনি। মতাং অসিদা পনবা য়াবা অমনা ''কংলাশা'' হায়নরিবা অসি চেক (ব্রিক) না শারগা হকতুনা শেম্বনি । কাঞ্চিপুরগী ভস্তীরসিংহ মহারাজগী থোংদা তেকতুনা তারম্বা অদু ইংশোক ১৯৪১ ফাওবা মকোক অতেকপদুগা মশা অরেপ্পা অদুগা লৈরম্বা অদু ঈশানা উহৌই । ফুট ১০ মুক ৱাংগনি মতম অদুদা ৱাটর কলরনা অতেকপদু য়েকখি - অদুবু লাল মনুংদা মাংখি । অদুদগী হৌজিককী কংলাগী শা অসিসু চেক্কা শারগা হকতুনা শেম্বনি । শারিবা মীগী মগুণ হায়ববু শিজিন্নরিবা পোৎ (ব্রিক) কী ফিজিকেল প্রোপরটি খংনা মওং শেমলম্বা অদুনি । মথংদা হৌজিকমক কোনুংগী থোংশংবা সিফাই থাউমৈ পাইবা লৈরিবা অসি রিএলিসিটিকনি অদুবু শাবদি দলাল শাবা মীশিংনা শাবা ওইরম্বা তাই । অনিশুবা লানজাউগী মমাংদদি অসুৱাইদগী হেন্না থোইদোক্কা পনবা য়াবা লৈত্রে । লান লোইরবা মতুংদা কলাগী ঈহৌ অমা লাকলে কলাগী খোংচৎ হোংলে অদুদগীদি থুনা চাউখৎলকলে । লান মতুংদা মণিপুর দ্রামাটিক ইউনিয়নগী হোলদা কলিকাতাদগী থোরকপা লাই য়েকপা খোৎপা খর খর তৌবা নহারোলশিংনা - লৈখিদ্রবা ভেটরিনারীগী এদিসনেল দিরেক্তব ওইরম্বা লৌরেম্বম ডাক্তর বিজয়নচিংবনা শিন্দুনা আর্ট একজিবিসন অমা তৌখি । মদুদা পদ্মশ্রী মহারাজকুমারী বিনোদিনী দেবীনা মহারাজকুমার পি.বি. গী বস্ট অমা লৈবাক (ক্লেনা) শাদুনা উৎলি । মদুনা অনৌবা য়াওনগী অহৌবনি । মদুদগী ঐহাক্কা বেঙ্গলী স্কুলগী ওঝা ওইরিঙৈদা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী মূর্ত্তি (ক্লে) শাখি । অদুবু সরস্বতী পূজাগী শাবা নত্তনা মূর্ত্তি শাবা অসি তৌনদ্রি । মদুগী মতুংদা রবীন্দ্রনাথকী মপোক কুমওন ১০০ শুবগী থৌরম পাংথোকপদা রবীন্দ্রনাথকী মূর্ত্তি অমা প্লাস্টর ওফ পেরিসনা শাখি, মদু হৌজিকফাওবা চিলড্রেন লাইব্রেরী, কৈশামপাৎতা লৈরি । মূর্ত্তি অদু উবদা অখং অহৈ খরনা মোর্দন ওইদে - শক নমল্লি হায়না হায়নখি । মদুগী মতুংদা হৌজিক পব্লিসিতি পার্টমেন্টকী রা: কু: সনাতোম্বনা লৈবাক্লা মূর্ত্তি খরা

শাখি । অদুদগী লৈখিদ্রবা ওঝা সাইখোম পিশক্লা উদা হকতুনা তাংখুলগী মূর্ত্তি শারমই । মখোয় অদু ক্রফট (শিল্পি) গী পোকথোক ওইনা কৈথেলদা য়োন্নবা শাখিবনি । অদুবু আর্টিস্ট কী এটিচুদতি ভাইগরস এক্সপ্রেসননি আর্ট ব্রার্কনি হায়বদা থোইনা লান্দে । ঐনা শাবা গান্ধী মূর্ত্তি অমা মুনিসিপালিটিগী গান্ধী হোলদা লৈরি । ১৯৮০ দগী নহায়োলশিং মপালদা তমলুবদগী মখোইগী থবক খরা উরে । মরুওইনা শ্রীশামুরাইলাৎপম জয়চন্দ্র শর্ম্মা, লাইময়ুম বনমালী শর্ম্ম অমসুং সারুংবম নিমাই সিংহনি । মখোয়গী থবকশিং অসি উনা অমসুং টনালেতোগী থবকনি । উগী থবকশিং অসি নেচরেল ফোর্মনা ইনস্পীরেসন ওইবনি । রাইমগী ফজবা য়াওই সরফেস ট্রীটমেন্ট ফজে । অদুবু মসিগী পোৎশক মওং অসি মপান্দদি চহি ৮০।৯০ রোমগী মমাংদা লোইখ্রবনি । য়েংবদা ফজে অদুবু অখং অহে খরনদি একপ্রেসন ব্রাৎলি হায়নৈ । অদুবু মসিগী মওং অসি একাদেমিক ওইনা লৈরি লামেংলিংদ খুনাং চাদ্রি মরম অদুনা পংঙাং ঙাংদবা চুমই হায়না খল্লি মতম খরা লৈরগা মীয়াম্না অপাম-পামদ ফোঙদোক্লরক্কনি।

ব্রাফম অমনা হকতুনা খেৎতুনা শাবা কলাগী পোৎ মণিপুরদা পংলৈ লৈতে হায়বদা থোইনা লাল্লোই । লৈত্রিবগী মরমদি থবক শুবা অখং অহে ব্রাৎপনা নত্তে । মরুদি লৈবাক্কী শা-লাল মৈহৌ লাংপোক্লা মরম ওইদুনা কুইনা লৈবা য়াবা চুম্না য়েংবদা ফজগদবা পোৎ অমতা শাবা ঙমদবনি । অদুবু ফজবগী ব্রাখল অমসুং ফজবগী ব্রাখল ফোংদোকপগী ইহৌদি নমথদুনা থম্বা ঙমদে । মবম অসিদগী থবক শুবা অখং অহেশিংনা মখোয়গী ব্রাখল ফজবগী ইথিল অসি মী অমগী য়ুমগী অমসুং সমাজগী শিজিন্নবা চংদবা য়াদবা পোৎ ওইনা শাবদা ফোংদোকই । পোৎশিং অসিশিজিন্নবা হেক লোইবগা মাংখিবা খরা অদুগা থবক শুবগী খুৎলাইগী মওংদা খরা অমসুং নীতিগী শিজিন্নবাপোৎ শাবদা ফোংদোকই । মসিগী পোৎশকশিং অসি অখং অহে খরনা ক্রফট শিল্প হায়ন হায়নৈ অদুগা এষ্টেথিক সেন্সতা থাক খরা হনথনা খন্নে । ব্রাফম অসি তশেংনা য়াবা ঙমদে । মরমদি ক্রাফট কা আর্টকা মরক অসিদা খেন্নবসি অসুব্রাইদা আর্ট লোইরে, অদুগা ক্রাফট হৌরে হায়বসি কনা অমত্তনা হায়বা ঙমদ্রি । ক্রাফটতসু ফজবনা মরুনি মমল লৌদুনা য়োনবদা ফজবগী ব্রাফম অসি মরুওইনা চংই অদুনা ক্রাফটসমেন শিংনা শারিবা পোৎশক অদুদা ফজবগী গুণ

হাপ্পবা কন্না হোৎনৈ । অদুগা মীপুম্নমক্না মশক খংনরবা সালভেদোর দেলি না দিজাইন তৌবা ওর্নামেন্টশিং ম্যুজিয়মদা থম্নরি ইনাকখুনবশিংনা তান্নরি । পাল গেঙ্গিনশু তৌরমই অফাওবা অতৈ আর্টিস্ট খরসু তৌরমই ।

ইচম চম্না হায়রবদা ইমুং মনুং শিজিন্ননবা পোৎশক-নুপীমচাশিংগী লুহোংবদা হাপ্পবা এনশাং শেম্নবা থাং-হৈজাং হায়বদু অমুক্তা মুম্না য়েংবিয়ু । মাগী মওং-ফিনিশ-অদুদগী য়াংগদা লৈরিবা-মখোককী কোনথাং অদু পিথ্রাইনা শারিবা পূম্নমক অসি উরগা চুম্না ফংসনেল ওইবগী মথক্তা ফজবগী ইরাং অসি তশেংনা উবা ফংই । অদুদগী ইচম চম্বা ফিজাবীশিংনা শিজিন্নবা পাংগন্দেম হায়বা খুৎলাই অসি জাতি অতৈগী পাংগন্দেমদগী ফনা থিনা ফজবা হেল্লি । মপানগীশিং অসিনা তশেংনা ফংসনেলনি অদুগা মীতৈগী পাংগন্দেমদি লূকা হি মচাগী শকতমনি - মশক য়েংবদা 'নামিবী' হায়বা ৱাহৈ অদু চপ চাবনি ।

শিল্পগী পোত্থোকশিংগী মরক্তা হকপা খোৎপগী মনুংদা চনবদা কাইদবা মখল খরা -

(ক) কোন - বেলমেটল না শাবা -ক্লাগোক, চিংকুপশেন, কাউশেল ।

(খ) সনাগী লৈতেং - ক্রৈ পরেং, পুংদুম, বোকুল পরেং, মরৈ পরেং, শন্দ্রেম্বী পরেং, ঙাঙ্গোই পরেং, ক্যাংলিকফাং ।

(গ) উ (ৱা) না শাবা - হিদাকপু মঙক, য়ুমজাউগী মনুংদা উগী লৈতেং, ফি শাবগী পাংগন্দেম শিজিন্নবা পোৎকী লৈতেং ওইনা তরেংগী মনা পানবা লংচাক পানবা মাইকৈগী তরেং য়েৎপা মফম - খুৎ পাইদুনা নৈবা উচেক মান্না শাবা অদু ।

(ঘ) ঈশৈ নোংমাইগী মরী লৈনবা যন্ত্রশিং-ত্রাইবেল ভাইওলিন মাল্লি-হাইফেৎ য়েংবদা মীওইবগী স্কল মাল্লি ।

(ঙ) ৱা অমসুং ৱারুনা শাবা পোৎ-চৈশু মখোকনচিংবা - শামু ময়ানা শাবা ।

(চ) তনশামু । ||❋||

# মণিপুরদা লাইয়েকপা অমসুং চাওখৎপা

করিগুম্বা মী কাঙলুপ অমগী কলা মখল অমা চাওখৎলকপা হায়বসি চহী চা কয়া চঙনা শেমগৎলবদতা ওইরকই । মণিপুরগী ভৌগলিক অবস্তা, চীংশাংশিংগী হৌরকপগী ইতিহাসকসু মরী লৈনৈ । ময়ায়থংবা ভারতকী কাইবুর বিন্ধ্যা চীংশাং রাবগর চীংশাংগী জোগিমারাগী স্ত্রকচর অকনবা অরিবা সেডিমেন্টরি রোক ওইরম্বনা শুরুং মরাং কায়না লৈরম্মি । শুরুংশিং অসিদা ইতিহাসকী মমাংদা লৈরম্বা মীওইশিংনা নোং, নুংশিৎ, অয়িং অশাগী খুদোংথিবা কয়াদগী ঙাকথোক্লবা লৈফম ওইরম্মী । হায়রিবা শরুকশিং অসিগী মনুংদা খম থেংনা চঙশিল্লগা লৈবা ফক্লাংশিংদা য়েক্লম্বা শজি, শামু, থেব অমদি শা-তানবগী মওংশিং অদুনা তাকই । মণিপুরগী অথোৎপা লৈচাক ওইনা তৌবা সেনস্তোনগী চীংশিংদা শরুং লৈবা খরা ৱানা থোকই । মরম অসিমক্লা ওইবা য়াই মণিপুরদা নুংগী মুত্তিনচিংবা অরিবা মতমদগী লৈরক্লিবা অসি লৈরম্লবসু অথোৎপা নুং ওইবনা ঈশিং-নুংশিৎকী শাফুনা মতম কুইনা য়ৈরকপদা মতোমতা মাঙখি । হৌজিক ফাওবদা শুরুংদা য়েকলম্বা লাই অমত্তা মণিপুরদা ফংবগী পাও তাদ্রি । মরম অদুনা ঐখোয়না মণিপুরগী লাই য়েকপগী করিগুম্বা পরিং অমা শাগৎলকপদা ঙল্লবদা চহী লীশিং অমদগী খরা হেন্না ঙনখৎনা য়েংবদা খরা ৱানা থোকই । অদুবু জগোই, ঈশৈনচিংবা কলাকারশিংনা থল্লবা মণিপুরদা লাই য়েকপগী শিনফম অসিসু ইতিহাসকী ঙল্লিবা তাংকক্তগী লৈরকলম্লোই হায়বসি ওইথোক্তে । হৌজিক মায়কৈ অসোমদা থিজিনবগী দরকার লৈরি ।

অদুম ওইনমক, মণিপুরগী ইতিহাসনা খৃষ্টগী মতুং চহী চা কুনথ্রাহুমদোই শুবদগী ময়েক লানা লৈরকপদগীদি লাই য়েকপগী শিনফমসু খরগী মখৈদি লৈরক্লে হায়বসি নোংদা লাইরেল পাখংবগী মতমদগী পাখংবা পাফলগী শক্তম তোঙান তোঙানবা শকলোন চহুম হুম্ফুমরি থোক্লা য়েক্লম্বা অসিনা তাকই । খরা থেংথরক্লগা ইংশোক ৯৬৯ দা পাল্লম্বা য়াংলৌ কৈফাবগী মতমদা মীতৈগী লুনা থমজরিবা নুপীগী ফনেক ফিবানদা খোই ময়েক লোনবা পাকশন্না পামননা

চৎনরকখি । হৌজিক ফাওবা লেঙদ্রবা অমদি তঙায় ফদ্রবা ময়েক অমা ওইনা লৈরি । মসিগী মমাংদা শীজিন্নরম্বা ময়েক খরদি লাইরেল, লীল অমদি শা-ঙাগী মকু, মশাদা থোক্লিবা ময়েকশিং অদুগী মতৌ তম্বা অসিনি । তরানিথোই শুবা ইংদদি খামেন চৎপা, নিংখম শমজিনচিংবা খম্বা-থোইবীগী জগোয়গী ফিজেৎ লৈতেং চঙখোন্না য়েক্কুনা অমদি ফিদা লোন্দুনা য়েক খোৎপগী থবক অসি মথং মথং চাওখৎলকপগী মওং অমা উবা ফংঙি । মসিগা ঈরোয়ননা চহী খুদিংগী মোইরাংদা লৈবা থাংজিংগী লাইমাংদা লাই হরাওবগী থৌরাং লৈরকপদগীদি ফিজেৎ লৈতেংগী পুক্লিং হুরবা ডিজাইন পুথোকনবা হোৎনবদা য়েকপগী থবক অসিসু অমুক্কা হেন্না ৱাংখৎনা চঙশিল্লকখি । অমরোমদা, ঐখোয়না থোইদোক্লা মুন্না খনথরুদবা অদুগা লমদম অসিগী চীংলমগী ঈনাৎপু তোপ তোপ্পা শক তাক্লিবা সরকারনা শকখঙলবা চীংমী কাঙলুপ কুনমাপলগী তোঙান তোঙানবা কলর স্কিম য়াওবা ফিজেৎ লৈতেং কয়ামরুমসু লৈরি । মসিনা টেকস্তাইল অমসুং হেন্দিক্রাপতা চিংলবসু চীংলমদা চৎনরিবা থানবা য়াদনা লৈরিবা চৎনরোল অমদি পামজববুদি ময়েক শেংনা ফোঙদোক্লিবা কলাগী ঈথিলশিংগী মমিনি, মেডিয়ম খেন্নবগী ৱাদনি । মখোয়না ফিদা লোল্লিবা ডিজাইনশিং অমসুং উৎ কাবীং তৌদুনা ফোঙদোক্লিবা মী, শা অমদি লাইতিনগী চবৌ-চবৌবা শক্তমশিং কলাগী হৌরকফমনি । শক্তমশিং অসি ঙসি ঙরাংগী ৱা নত্তে, চহী চা কয়াগী মমাংদগী মপালগী ঈথিল য়াওদনা লৈরক্লবা ময়েকশিংনি । অয়াকপা মচুশিং হায়বদি অঙাংবা, অমুবা, অশংবা অদুগা অচুম্বা লৈই অমদি ট্রাইএঙ্গলনা পুনশিল্লগা শেম্বা ডিজাইনশিং, খুদোংথিবনা থল্লবা পুন্সিগী মমিনি। খরা ৱাদনা হিংবা য়াবা তম্পাক্কী তর্ম্মীশিংনা শীজিন্নবা মচু অমসুং ডিজাইনশিংদি অমেঙবা, হর্মোনিয়ল ওইবা মচুনা নম্মি হায়বদি হিগোক, অশংবা, নাপু নৎত্রগা অঙাংবা, কোমলা মচু, নাপু নৎত্রগা অঙৌবদা অঙৌবনা ফেনবা ডিজাইনশিং অদুগা লৈইশিংগী মওংসু অকোয়বা, অকোনবনা নম্মি । মখল অনীমক কলাগী মচাক ঙাক্তনি, অমনা অমদগী হেনবা হেন্দবগী ৱাফম নত্তে। মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা (১৭৫৯-৬২) বৈষ্ণব ধর্ম্মদা লুপশিনখিবগা ঈরোইননা সনাকোনুংদা করিগর লোয়শং লিংখৎলগা কলা অমসুং সংস্কৃতিবু য়োকখৎলকখি। মণিপুরগী ওইজবা মওংদা রাধা কৃষ্ণগী লীলা কয়া জগোই রাসকী মওংদা মপুং ফানা পুথোকলকখি। রাধা কৃষ্ণগী পোৎলোই অমসুং ফিজেৎ লৈতেং য়াম্না ৱাংবা থাক্কী ৱাখলগা লোয়ননা ডিজাইন তৌদুনা হৌজিকফাওবা পুক্লিং শুমহৎনা তোমথিন ঙাল্লি ।

মণিপুরগী লাই য়েকপগী পরিং অমা থিরকপদা থায়নদগী লৈরক্লবা পুয়াশিংদা য়েক্লিবা লাইশিংগী মরমদা খরদং পল্লম্বা কান্নগনি । অয়েকপশিং অসিদা লৈইনা নম্মা শীজিন্নে । অদুগা করিগুম্বা মীগী নৎত্রগা শাগী মওং অমবু চাং মান্ননা চাওবা লৈইশিংনা কোয়শিল্লগা লৈপাক অমসুং লৈশিংদগী লৌবা মচুশিংগী চিংগোংলৈ, কৌবুলিয়াগী গমগা য়ানশিন্নরগা শেম্বা মচুশিংনা হেক্তো মেড পেপর নত্রগা আগরবাগ তা য়েকই । অসিগুম্বা অয়েকপশিং অসিনা মতম মতমগী চৎন-লোনচৎ, য়ুমলৈ-কৈরৈগী মওং খরদং ফোঙদোকলবসু অয়েকপশিং অদুনা মশা মতোমতা লেপচদুনা মপৃং মরৈ ফাবা অয়েকপা লাই অমা ওইবদি ঙমদে । মসিগী মরমদি অয়েকপশিং অয়াম্বা লাইরিক ইরিবা পণ্ডিত মশানা মহাক্লা ইরিবা ৱারেং অদুবু হেন্না ময়েক শেংনা তাকনবা ডাইগ্রামগী মায়কৈরোমদা য়েকপনা ওইরম্বা য়াই । রাজপুত, পঞ্জাব, বেঙ্গল, কুচবিহারনচিংবদা ফংবা মেনুস্ক্রপ্ট পেইনটিংশিংদি গীত গোবিন্দগী নৎত্রগা করিগুম্বা ৱারী পরিং অমা নেরেটিব ওইবা মওংদা য়েকপনা মশা মতোমতনা ৱাখলগী ফিরেপ অমা ফোঙদোকপা ঙম্মি । অদুগা অমুকসু পুযাশিংদা য়েক্লম্বা অয়াম্বা স্কেচি ওইনাতৌবনা অকক্লবা স্পেশ অমা স্তান তানা শীজিন্নবা উদে । অদুম ওইনমক, মীতৈগী অরিবা পুয়াশিংদা য়াওরিবা (খরদং) অয়েকপশিং অসিনা মণিপুরগী লাই য়েকপগী ইতিহাস অমা শাগৎপদা কান্নবা মচাক অমদি শোয়দনা ওইগনি । মায়কৈ অসোমদা খরগা হেন্না থিজিনবা চঙলি ।

মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা পানবা মতমদগীদি (১৮৩৪-৪৪) বৈষ্ণব ধর্ম্মদা য়ুম্ফম ওইদুনা রাধা কৃষ্ণগী লীলা কয়া অপীকপা চেদা নৎত্রগা কেনভাসতা পোষ্টর কলরনা য়েকপা লাই কয়ামরুম থোকলকখি । মতাং অসিৱাইদগী হৌরদুনা হাওবম লিকলাইখোম্বা, মংশাতাবম অঙাংমচা, বাজকুমার গৌরসিংহ (১৮২৪-১৯২২) নচিংবনা ব্রহ্মণশিংগী মশকাশংদা থেৎননবা হিন্দু ধর্ম্মগা মরী লৈনবা লাই কয়া য়েকপা হৌরকখি । মীওইবগী শাওং শাদা, উ-ৱা প্রকৃতিগী দৃশ্যনা বেকগ্রাউণ্ড ওইবা লৈইনা ঙমবা অয়েকপা হৌরকখি । অদুবু করিগুম্বা ৱারী নত্রগা ধর্ম্ম অমদা য়ুম্ফম ওইরগা করিগুম্বা মীওই অমগী দরকারগীদমক হঞ্জিন হঞ্জিন য়েকপনি । কলাকার মশাগী নুংগী ওইজবা অকনবা ঈথিলদি ময়েক শেংনা উবা ফংদে ।

মহারাজ চুড়াচান্দ সিংহনা পানবা মতমদগীদি (১৮৯১-১৯৪১) লাই য়েকপগী শিনফম অসি মণিপুব সরকারগী দরকার অমগুম চৎথরকখি হায়বা

য়াই। মতাং অসিৱাইদা বৈষ্ণব ধর্ম্মসু মপুং মরৈ ফানা শাফু কন্না শন্দোকলকপগা লোয়ননা লৈকায় খুদিংগী মাঙোপতা রাধা কৃষ্ণগী লীলাশিং য়েক্তুনা লৈতেংবগী মথক্তা ইনাক কৈরাক খুনবা মীওইশিংনসু মখোয় মখোয়গী ময়ুমদা লৈতেং ওইনা অয়েকপশিং থেৎনবা হৌরকখি ।

মতাং অসিদা লৈরম্বা মণিপুরগী মীপুম খুদিংনা খঙনরবা কলাকার নিংথৌজম ভদ্র সিংহ (১৮৩১-১৯২৭) গী মমিং পনবা য়াই । মহাক্কী মতমদগী মণিপুরগী চিত্রকলাগী ফিরেপ অমা ময়েক শেংনা উবা ফংলকখি । অপীকপা তুরিনা অমেঙবা মচু য়ানশিন্নদুনা য়েকপা খম্বা-থোইবীগী ৱারীশিং মহাক্কী মরুওইবা অয়েকপশিংনি । মহাক্কী মমাংদা অমুক্তা শীজিন্নখিদ্রিবা য়ানশিন্নবা মচু কম্পোজিসন, অমসুং পোইটিক কন্টেন্ট অৱাংবা থাক্কী মওংনি । অয়েকপশিং খরা অসিদা মণিপুরগী ওইজবা চীং-মান, লৈচীন, উচেক ৱায়া মতাং চানা চানা শীজিন্নদুনা মীতৈশিংনা লুনা চান্না থমজবা খম্বা থোইবীগী ৱারীবু অয়েকপশিংগী পুক্লিংদা নৌহৌনা অমুক নীংশিংবা ঙমহল্লি । মহাক্না ইম্ফালগী চৈরাপ পঞ্চাইগী ফক্লাংদা য়েকলম্বা খম্বা-থোইবীগী মতাংশিং হিন্দু ধর্ম্মগী দশবতারগী তাংককশিং অমদি অচুম্বা বিচার উৎননবা অমসুং অরানবা তৌবা মীওইববু কিহন্নবা য়েকপা ম্যুরেল পেনেলশিংদা অকনবা রোল ওইবা লৈইশিং য়াম্না হৈশিংনা শীজিন্নবা উবা ফংঙি ।

ভদ্রগী মতমদ লৈরম্বা অতোপ্পা মমিং লৈবা কলাকার অমদি রাজকুমার য়ুমজাওসনা সিংহনি (১৮৭০-১৫৫৪) । মহাক্না য়েক্লম্বা হিন্দু ধর্ম্মগী অমদি রাধা-কৃষ্ণগী ৱারী শীংবুলদা য়ুম্ফম ওইবা পোষ্টর কলরনা কেনভাসতা য়েকপা লাইশিংদা য়েকলিবা পোৎশিংগী অরাপ্পা অমসুং অনকপগী মওং উৎননবা নোংচুপলোমগী পর্স্পেকটিব ময়েক লানা শীজিন্নবা উবা ফংঙি । কলাকার অনী অসিনা য়েকপা হিন্দু ধর্ম্মদা য়ুম্ফম ওইবা লাইশিং অয়াম্বদা ট্রাভাঙকুর ষ্টেটতা পোকপা রাজা রবি বর্মানা য়েকপা লাইগী (১৮৪৮-১৯০৬) বিষয় অমদি কম্পোজিসনগী য়াম্না নকশিন্নবনা মহাক্কী প্রভাব অদো হায়বদা ঙমদে । মখোয়গী মখাদা লাকপা সেবক শাখাশিংনা টৈক্লিক অমসুং বিষয়দা অহোংবা পুরকপা উদে ।

অদুম ওইনমক, অনীশুবা লাঞ্জাও অমসুং ভারতনা নীংতম্লবা মতুংদগীদি মণিপুরগী লাইয়েক্ত খঙহোং হোংবগী শক্তম অমা উবা ফংঙি । মহারাজকুমার

প্রিয়োব্রত সিংহ গী য়াম্না ইংবা, তপ্লা 'কংলা উত্রা' 'লোয় কুম্বা' উৎপা ওইল পেইন্টিংশিং বিষয় অমসুং টেক্নিক্তা নোংচুপলোমগী প্রকৃতিগী দৃশ্য, অকোয়বদা হৌজিক হৌজিক থোকলিবা থৌদোকশিং য়েকপা লাইশিংগী মায়কৈরোমদনি। হাওবম শ্যামসুন্দর সিংহ গী অঙনবা তাংকক্কী ৱাটর কলর লেণ্ডস্কেপশিং অমসুং অকোনবগী থম্বাল হেরাপী, ইন চিংবনচিংবা পেইন্টিংশিং প্রকৃতি অমসুং মীওইবা অনীগী মরক্তা লৈনবা মরী অদু য়াম্না একাডেমিক ওইবা মওংদা য়েকপা পেইন্টিংশিংনি। মহাক্কী অকোনবগী অয়েকপশিংদা ইম্প্রেশন্নিজমদ নকশিনবা, ব্রশ অমসুং স্পাচুলাগী ত্রেকশিং শীজিন্নবা উবা ফংঙি। কলাকার অনী অসিনা ধর্ম্মদা য়ুম্ফম ওইবা থাদোক্তুনা সেক্যুলর ওইবা পেইন্টিংশিং য়েক্তুনা মণিপুরগী তুংদা লাক্কদৌবা কলাকারশিংগী বিষয় অমসুং টেক্নিক্তা খুম্মাং য়ানবনি। ইংশোক ১৯১৭ তা পোকপা হঞ্জবম শ্যামো শর্ম্মগী অঙনবগী পেইন্টিংশিংদা মহাক্কী গুরু মংশতাবম কলাচান্দ সিংহ (১৮৯৩-১৯৬৪) গী লৈইনগুম্বা হিন্দু ধর্ম্মদা য়ুম্ফম ওইবা পেইন্টিংশিংনা অয়াম্বনি। মসি আর্টিষ্ট অমা ওইনা হিংবা য়াদবদগী মীয়াম্না য়েকপীয়ু হায়রকপশিং অদু য়েকপনিনা মশাগী ওইবা অকনবা ঈথিল ফোঙদোকপগী খুদোংচাবা ফংদে হায়বা য়াই। ভদ্র অমসুং য়ুমজাওসনাগী মখা তারকপা খুৎয়েকনি।

অদুবু মহাক্না ১৯৪৯ দা ইম্ফাল আর্ট স্কুল লিংখৎখিবদগীদি নোংচুপলোমগী লাইয়েকপগী নিয়মগী মতুংইন্না য়েকপা হৌরকখি। মহাক্কী অথেংবা মতমগী অয়েকপশিংদদি রোমান্টিসিজমগী মমি নিংথিনা তাখি। মহাক্কী লোক্তাক্তা মীতৈ নুপীনা ইন চিংবগী শক্তম য়াম্না রেয়েলিষ্টিক ওইবা লমদম অসিগী শওং শাদা উৎপা অয়েকপনি। খরা থেংথরক্লগা য়েকপা 'মাদর মণিপুর' দা ফ্রান্সতা পোকপা ইউজেন ডেলাক্রোৱা (১৭৯৮-১৮৬৩) গী 'লিবর্টি লিদিং দ পিওপল' (১৮৩০) হায়বা ফ্রেঞ্চ রিভোলুসনবু ময়েক শেংনা নীংশিংদুনা 'লিবর্টি' বু পার্সোনিফাইদ তৌদুনা মীয়াম্বু গণতন্ত্রগী মায়কৈদা লমজিংবা অমদি মীয়ামগী পুক্নিংবু ফোঙদোকপা পেইন্টিংনি। শ্যামো শর্ম্মগী অঙাং পোবী মমা মচানা অনীশুবা লাঞ্জাওগী বোম তোপ মরক্তা থোং লানবগী শক্তম উৎপা পেইন্টিং মহাক্কী শীংথানিংঙাই ওইরবা মণিপুরগী মীয়ামগী অকনবা ঈথিল উৎপা শাফু কনবা রোমান্টিসিজমলোমদা নকশিনবা পেইন্টিংনি। শোক ১৯২০ দা পোকপা হুইরেম গৌরো সিংহগী পেইন্টিংদা য়াম্না রিয়েলিষ্টিক ওইবা উবা ফংঙি।

মহাক্কী পোষ্টর কলরনা য়েকপা মীগী পোর্টেটশিং য়াম্না শীংথানিংঙাই ওইবা তোপ তোপ্পা ষ্টাইলনি। শোক ১৯২৪ দা লাইয়েকপগী ইমুংদা পোকপা রাজকুমার চন্দ্রজিৎসনা সিংহ মাবু পোকপা আর. কে. য়ুমজাওসনা সিংহগী ষ্টাইলদা হৌরক্লবসু সিনেমাগী অচৌ অচৌবা হোর্দিং য়েকপা হৌগৎলকপদগীদি মহাক্কী ষ্টাইলদা অহোংবা লাকখি। লৈই শীজিন্নবা তোক্কুনা য়ানশিন্নবা মচুনা য়েকলিবা পোৎকী অথাবা, অপাবা, অরাপ্পা, অনকপা নেচরেলিষ্টিক ওইবা মওংদা য়াম্না হৈ-শিংনা কলরগী টেক্সতাইল ভেল্যু য়াওনা য়েকপা হৌরকখি। তশেংনমক মহাক্কী পেইন্টিংশিং মণিপুরগী রিয়েলিষ্টিক স্টাইলগী তোপ তোপ্পা শীংথানবা য়াবা অয়েকপশিংনি। মহাক্কী খম্বা-থোইবীগী ৱারীদগী লৌথোকপা থোইবীনা লোই কারকপা উৎপা পেইন্টিং, রাধা কৃষ্ণগী লীলাশিং অমদি মীতৈগী সংস্কৃতি উৎপা অয়েকপশিং য়াম্না নেচরেলিষ্টিক ওইবা মওংদনি। খরা থেংথরক্লগা য়েকপা মণিপুরনা ব্রিটিশকী মায়োক্তা শোক্লখিবা নীংতম লানগী থৌদোকশিং উৎপা অয়েকপশিং মচু অমসুং কমপোজিসন্দা য়াম্না ইন্টেলেকচুয়েল ওইবা মওংদা য়েকপা শীংথানরবা পেইন্টিংশিংনি।

হৌজিক ঐখোয়না হনগৎনা য়েংবদা খঙবা ঙমলে - মদুদি, চাওরাক্লা চহী চামরোমগী মনুং অসিদা সনা মিৎয়েং, হাওবম লিকলাইখোম্বা সিংহ, মংশাতাবম অঙাংমচা সিংহনচিংবগী মতমদগীনী। ভদ্রগী মতম (১৮৬২-১৯২৮) ফাওবদা য়েকলম্বা লাইশিং অসি ৱারী অমসুং ধর্ম্মদা য়ুম্ফম ওইবা, বিষয় ঙাক্তনি। অদুবু অয়েকপশিং অসিনা মসিগী মমাংদা লৈরম্বা পুয়ানচিংবদা য়েকলম্বশিং অদুদগীদি, য়াম্না চাওরবা খোঙথাং অমা খুমাং চাওশিল্লক্লবনি অমসুং চপ চানা অয়েকপা হায়বদুদি ওইরবনি।

মথংদা কুনশুবা খৃষ্টগী ইংদগী হৌরদুনা মরুওইনা, ভারতনা নীংতম্লদুনা গণতন্ত্রগী ঈহৌ অমা কন্না লাক্লবা মতুংদগীদি নাগরিক খুদিংগী ৱাখলদা মশানা মশাবু থিজিনবগী ঈহৌ অমা ভারত শীনবা থুংনা হৌরকখি। মণিপুরদসু গণতন্ত্রগী ঈচেল অসি পাক-শন্না শন্দোরকপগা লোয়ননা লাই য়েকপগী মায়কৈদসু অহোংবা কয়া ময়েক শেংনা উবা ফংলকখি। কলাকার মশানা পামজরবা ইচম চম্বা বিষয়শিং নোংচুপলোমদা (জেনর পেইন্টিং) হায়না খঙনবা বিষয়শিং য়েকপা হৌরকখি।

মথংগী মীরোল হায়বসি ইংশোক ১৯৪৭ কী মমাং অমসুং মতুং অদুৱাইদা পোকপা কলাকারশিংগী ৱাখল অমসুং অপান্দি পুমতোন তোঙাল্লি । মতাং অসিৱাইদা নোংচুপলোমদা ফোঙবা আধুনিক চিত্রকলাগী কলর রিপ্রদকসন য়াওবা লাইরিক অমদি জর্নেল কয়ামরুম মণিপুরদসু য়ৌরকখি । পৃথিবীগী মফমশিংদা থোকপা থৌদোক ৱাথোক কয়াগী ঈ-পাওসু রেডিও অমসুং ন্যেশনেল পেপরশিংদা অতৎপা লৈতনা মফম অসিদসু য়ৌরকখি । লোয়ননা মণিপুরগী মপান্দা লাইরিক লাইশু তম্লুরবা নহারোলশিংগী পুক্নিংগী অনিংবসু পাক চাওবা মওংদা খনবা হৌরকখি । মতাং অসিৱাইদা পনবা য়াবদি শোক ১৯৪৯ দা কলাকার হঞ্জবম শ্যামো শর্ম্মনা লাই য়েকপা তমফমশং - ইম্ফাল আর্ট স্কুল লিংখৎখিবা অসিনি । হৌজিক হৌজিকমক আধুনিক চিত্রকলাগী মায়কৈদা খোঙদারিবা কলাকার অয়াম্বা স্কুল অসিদগী থোকখিবা ঙাক্তনি । মতুংদা মশা মশানা পামজবগী মতুংইন্না কলিকতা, শন্তিনিকেটন, মাদ্রাজ, বরোদানচিংবা ভারতকী মমিং লৈরবা আর্ট কলেজশিংদা মখা তমথবা চৎনখি । অসিগুম্বা মপানগী শিক্ষা খরা ফংলবা মীবোলশিং অসিগী টেক্নিক অমসুং কনসেবতা নোংচুপলোমগী প্রভাব শোয়দনা তাফম থোকই । অসিগুম্বা পুক্নিংগী লাঙতক্লবা তাঞ্জা অসিদা সমাজদা পূম্নমক্কী ওইনা হোংলক্লিবা খোঙথাংশিং নীংশিংবা য়াই । মরুওইনা, শেল-থুমগী ফিবমদা শোকচিল্লকপা, থবক ফংদবগী সমস্যা, মীশিং হেনগৎলকপগা থানবা য়াদ্রবা মীওইবগী ভেল্যু হনথরকপা, বিজ্ঞান অমসুং টেক্নোলোজিগী অঙকপা ফংলবা অনৌবা চাংয়েংশিং অমদি পোৎথোকশিং, প্রলয়গী মশক ওইরবা পৃথিবীগী লাঞ্জাওশিং অসিনচিংবা মহৌশা অমুক্তা থোকখিদ্রিবা থৌদোক ৱাথোকশিং অসিনা অনৌবা মীরোলশিং অসিগী পুন্সিদা চঙক্লবা, পল্লেপফম লৈতব, ফিবম অমা থোকহল্লি । অসিগুম্বা চরাংনবা ফিবম অসিদা অনৌবা মীরোলগী কলাকারশিং অসিনা থায়নগী ওইবা তপথবা প্রকৃতিগী দৃশ্য য়েকপনা মখোয়দা অপেনবা পীবা ঙমদে । দৃশ্য য়েকপা তারবসু পুক্নিংগী খোইরাং খোইশাওনবগী মমি তাই, উ-ৱা, অতিয়া, মচু পুম্নমক অনৌবা মখলগী মওংদা উৎনবা ডিষ্টোর্ট তৌই । শম্না কলা হায়বসি প্রকৃতিবু মান্নবা য়েকপা নত্তে, পুক্নিংগী নুংঙাইবা নত্রগা খোয়শাওনবা ঈথিলবু মচু অমসুং লৈইনা অয়েকপা ওইনা ফোঙদোক্লবা হোৎনবনি । য়েক্লিবা পোৎলম খুদিংমক হ্যমেন ফিলিংগা মবী লৈনহনবনি । মসিনি আধুনিক চিত্রকলা হায়রিবসি।

অসিগুম্বা মখলগী চাংয়েং শোক ১৯৬৮ দা ডি কলচরেল ফোরম মণিপুরনা শিন্দুনা পাঙথোকপা মণিপুর পূম্বগী চিত্রকলাগী প্রদর্শনিদা খরা খরা উবা ফংলকখি। এক্সপরিমেনটেলিষ্টশিং অদুগী মরক্তা পনবা য়াবদি জি. ব্রজমণি শর্ম্মা (১৯৩৬ -), টি. তেজকুমার মীতৈ (১৯৩৬ - ), এল. শামু (১৯৪০), এল. মধুচন্দ্র (১৯৪২-), এস. শুন্দরাম (১৯৪৬-), এ. একান্ত শর্ম্মা (১৯৪৬-), এস. জয়চন্দ্র শর্ম্ম (১৯৫০-), কুলচন্দ্র এস. থেম, (১৯৫০), ৱাই. ইবোচাওবা (১৯৫১-), আর, কে. সমর্জিত (১৯৫২), আর. কে. সরোজকুমার (১৯৫২-), ৱাই, গুনিন্দ্র (১৯৫৮-), আর. কে. জয়কুমার (১৯৫৭-), হেনবা তেনশুবা (১৯৫৭-), হুইরেম সমরেন্দ্র, কেপেন্দ্র, ঐচ. দেবেন অমদি অইবা মশামক (১৯৩৬-), অসিনচিংবা অসিনি । হংবা য়াই, কলাকারশিং অসিনা মোদর্ন আর্টতা কয়া য়াম্না পুক্লিং হকচাং লূপশিল্লবগে ? মপাল্লোমদগী লাকপা টেক্নিক অমসুং কনসেবনা লমদম অসিগী ওইজবা ৱাখল্লোন অমদি লুনা নিঙজবা মঙ কয়া য়ামনা ফোঙদোকপা ঙমলবগে ? মণিপুরদা মতম মতমগী ওইনা পাঙথোকলিবা আর্ট একজিবিশনশিং অসিবু মমুৎ তানা চাং লেপ্পীনবা আর্ট কৃতিক লৈতবনা মী য়াম্না আধুনিক চিত্রকলাবু খঙবদা অৱাবা অমদি ওইরি । অদুবু শোক ১৯৭২ দা মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমি অমদি আর্টস সোসাইটি, মণিপুর লিংখৎখিবদগীদি চহী খুদিংগী রাজ্যগী অমদি জাতিগী থাক্তা আর্ট একজিকিসনশিং সংস্থানশিং অসিনা মথংশিংনা পাঙথোক্লি । মসিদা মপানলোমদগী মমিং লৈরবা কলাকার অমনা কমিশনার ওইদুনা এৱার্ড পীননবা অফবা একজিবিট খলহনবগী থৌরাং থম্বা অসিনা মণিপুরগী চিত্রকলানা জাতিগী অমদি অন্টরজাতিগী ওইবা ঈচেলদা নকশিল্লকপগী থৌশিন অমনি হায়বসু য়াই। অসুম্না হৌজিক্তি ললিত কলা একাডেমি, নিউ দিল্লি না চহী খুদিংগী পাঙথোকপা আর্ট একজিবিশনশিংদা মণিপুরগী কলাকারশিংনা য়াওবা ঙম্লক্লে। শোক ১৯৮৮ দা অইবা মশাগী মণিপুরগী ওইবা বিষয়দা য়েকপা পেইন্টিং অমবু ন্যাসনেল একাডেমি এৱার্ড পীরকপগা লোয়ননা অন্টরজাতিগী থাক্তা ভারতকী মপান্দা পাঙথোকপা একজিবিশনদসু শরুক য়ারুনবগী খুদোংচাবসু ফংখি । হৌজিক্তি ঐখোয়না হায়বা য়াই, মদুদি মণিপুরদা লাই য়েকপগী থবক অসিনা জাতিগী থাক্তা ফমফম অমদি শোয়দনা কনবা ঙম্লে । ||❋||

# পেনাগী হৌরকফম

পেনা হায়বা অসি মৈতৈ জাতি অসিগী থায়না মমাঙণ্ডৈদগী লৈরক্লবা য়াম্না লিরবা খোংনবা যন্ত্র অমনি । মসিনা জাতি অসিগী এলহৌণ্ডৈদগী তৎন থানবা লৈতবা সংস্কৃতিদা চাউরবা থৌদাং য়াদুনা ঙসিফাওবা লৈরি । মৈতৈ জাতিগী মনাৎকী ওইবা থৌরম থৌদোক লাই ঈকৌবা, লাই থেমগৎপা অমসুং লাই য়াকৈবগী থৌরমদা পেনাদি ইয়াও য়াওদবা য়াদবগুম্না থৌদাং য়ারি । মসিনা লাইগী থৌরম থৌওং কয়াগী থবক্তুদা নত্তুনা লৈবাক অসিদা নিংথৌ পাল্লিণ্ডৈদা নিংথৌগী মফমদা, য়াকৈরোল শকপদা, সনা খোঙলেঙবদা অমদি লমদগী শঙ্গায়দা লেঙক্লকপদা মসিগা কোন্ননা সনা লমওক্লচিংবা শৈশক্লবদা পেনা অসিনা মরুওইনা থবক পুনৈ । নিংথৌনা লম অমদা শামু মথক্তা তোংলগা লেঙথোকপদা পেনা শকপা ওজা অমদি তত্তনা থৌগল্লি । অশৈবসিনা নিংথৌনা লেঙলিবা মফম অদুগী মাঙদা লাপতক্লা উরিবা লমদুগী মমিং অদু য়ৌরক্লে অদুগা হেক্লে দাক্লক্লিবা লম অদুনা তুংওইনহৌরে হায়বা শৈশক শকই। মসিবু খ্বাইনা লময়িন পেনা হায়না খঙনরি । অসুম্না পেনা হায়বা যন্ত্র অসিনা মৈতৈ জাতি অসিগী অরেনবা অয়েবা অথীনবা অমসুং অকাম্বা হায়বা মখোল থোকপা খুৎলাইশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্না মরূ ওইবা খুৎলাইনি হায়বা য়াই ।

মৈতৈ লৈবাক্তা হিন্দু ধর্ম্ম চঙলক্লিণ্ডৈগী মমাংণ্ডদদি পেনা অসি পায়দুনা খোংলিবা অশৈবা অদুনা শিখ্রবশিংগী মথৌ য়াঙ্গেনবা পুরোই লমকোয়বা (শ্রাদ্ধ শোনবা) অসিনচিংবা জাতিগী চৎনরোলগী অচৌবা থবক থৌরম কয়াদা অচৌবা থৌদাং য়ারকই । অসিগুম্বা পেনা কৌবা খোংনবা খুৎলাই (যন্ত্র) অসি করম্না শেল্লম্বগে, কয়ামুক কুইরবগে অদুগা মসিবু করম্না পেনা কৌখ্রিবনো হায়বগী ৱাফমগা কোন্ননা কনানা হান্না শীজিন্নরকপগে হায়বদু মখাদা খরদং লৌখৎচ্চরি ।

"......... হৌজিক্তি পেনাগী মসকপু ফাওবা হায়রক্লে । নুমিৎনা

মরুনে । থা কৌগা লাইনা মমায় ৱোইরে । থাকী মনুংতকী হায়পোং পামপি অতুনা পেনাকী তেঙখল ৱোইএ । মখূল অখূপা অতুনা পূংকোয়কী মূনুংতা ফাওরুতুনা অয়াম্পা হায়খরিপা অতুতাকী বুং হায়পা খোনথোকনা সিংলি মৈলোমপা ৱোইরাবাকা পূংকোয়কী ননূং অতুনা বুয়েক ওইএ । অসাইঙৈকী সিংলি, মৈলোমপাকী মতোল অতুনা তাইপং পানলিপাকী পেললিপা মাখুল অতুনা বুতোং ৱোইতুনা বুয়েক অতুনা খোয়বী ৱোইতুনা পেনাকী চৈচিঙ অমরক ৱোইরে । মরী লীসাপা মরাং লাংসাপা পুমনামানা পেনাকী সরীক ৱোইরে । চককিরিপা তাংকিরিপী অনিমাকী তুনা অনি তাকনারপাকা মপাল থোকপা তাইপঙ পাননা পেনলে হায়পাকী পেনা কৌএ । অসিপু মপাল থোক্লা খাংপানে । অসিপু তাইপঙ পানপাকী পোকনা সাৎনপাকী অসীপানা হাননা খোংএ ।'' (পেনা লাইরিক লাতম ১*)

অসিগুম্বা ইজাতি অসিগী চহী মশীং থীঙমদ্রবা মতমদগী খোংনবা যন্ত্র পেনা অসি লৈরক্লে হায়বগী ৱাফম মথক্তা পল্লিবা 'অসী পানা হান্ন খোংএ'' হায়বনিনা যন্ত্র অসি থোয়দোক্লা চহী মশীং হায়ঙমদ্রবা মতমগী পোৎনি হায়বদুদি ময়েক শেংই । ৱাফম অমনা হৌজিক্তগী চহী ২,০০০ (লিশিং অনী) বোমগী মমাঙদগী হৌনা শীজিন্নরক্লে হায়বা অসি 'নুমিৎকাপ্পা' হায়বা পুয়া অসিনসু তেংবাংই।

খ্: গী মমাঙদা থোকখ্রবা খ্বাই নোংজেংবম পিবা য়েকমা হাউতাংলানা অঙোম নিংথৌবু তেন্না থাদুনা হাৎলুবদগী সনা খোম্মদোন অতোনবা (নিংথৌ অপানবা) কৌবনা খ্বাই নোংজেংববু কিবদগী চেনখিদুনা মোংইরাংগী লোইরেন খুনবিরোক্তা লোৎখি । নিংথৌ অপানবা অসিনা কংলৈ থাদোক্তুনা লৈবাক অসিগী নিংথৌ পান্দ্রবদা লৈবাক কাং-খোং চাইদুনা মপু পান্দবা লম ওইবদগী মী পুম্নমক ঈংনা নুংঙাইনা মরাং কায়না য়ুমলিং খুল্লিংদুনা পানবা ঙম্নরক্তবা মতৌ উবদা পোংবা তরানা ৱা তানখি । লৈবাক অসিদা নিংথৌ পান্দবদগী লৈবাক প্রজা য়াম্না ৱানরে । অদুনা চেনখিবা নিংথৌ অসি থিদবা য়াদরে হায়না খন্নদুনা নিংথৌগী ঈ-পাউ খঙননবা অরোনবা মী কয়া থাদোক্লম্মী । মমৈদা নিংথৌ অপানবা অসি মোইরাংদা লোৎলি হায়বা খঙলকখি । অদুবু মখোয়না মী কয়া মাইবা-মাইবীনচিংবা থাদুনা নিংথৌবু কৌখৎতনখিবদা নিংথৌ অপানবা অদু কংলৈদা কারকউ হায়বা য়াখিদে । মতৌ অদুদা পোংবা তরানা মচাইবেম্মা

ৱাংঙমলোন পাছোইবী কৌববু থারগা থেমগৎহল্লুই । মতাং অসিদা মচাইবেস্মগী অকনবা ৱাহৈ কয়াদগী, অমেঙবা খোনথোক কয়াদগী, নিংথৌ অপানবা কংলৈ লমদা অমুক হন্না কারকখি । অসুম্না মোইরাংগী লোইরেন খুনবিরোক্তগী লফুগী পোঙদা তোংদুনা ময়াংইম্ফাল মায়কৈরোম পাংলকখি । মতম অদুদা নিংথৌবু পেনাগী শৈশক্কা কোন্ননা পাউথেম ঈশৈ শক্লগা পুরকপদা লমখাঙদা পেনাগী চৈজিং মখোক নানথোক্লককখি । নানথোক্লিবা চৈজিং মখোক অদু লফুগী পোঙ মথক্তা চেৎননবা শুবা হোৎনবদা চেৎশিল্লু হায়বা ইয়া য়াখিদরে । অসুম তৌনা লাকখিবনা শামুরৌ হায়বা লমদম অদু য়ৌরকপনা হানখি । খোঙফম অসিদগী 'পেনা শেল্লিঙৈ শামুরৌ য়ৌই' হায়বা পাউরৌ অসি থোরকখি । মরম অদুনা পেনা হায়বা খোংনবা যন্ত্র অসি খ্:গী মমাঙদগী হৌনা লৈরক্লবা অমনি হায়বসি ময়েক শেংহল্লি ।

অসিদা নত্তবা, নুমিৎ সনা খোম্মদোন অতোনবা পাখংবনা মোইরাংগী লোইরেন খুনবিরোক্তা লৈরিঙৈ পাখংবগী মচা অনী পোক্লম্মী । মমিংনা মুংয়াং চাউবা অদুগা মনাও তাঙ্গুম লুময়িবগা অনীনি । অসুম্না মোইরাংদা পাখংবনা লোত্তুনা মতম খরা শানথুপ্লম্মী হায়বগী ৱাফম 'মৈহৌরোল পুকোক্লা' ময়েক শেংনা ভাকই । [১] লাইরিক অসিদা পাখংববু লোইরেন খুনবীরোক্তগী কংলৈ লম তান্না থেমগৎলকপদা লৈনৃং থারুক অশৈবনা পাউথেম্না শৈশক্লকখিবদি-

''হয়ি হয়া হয়ি হয়া হয়ি হয়া হয়ুম  
হয়িচাসুং হয়াচা হয়াচাসুং হয়িচা  
হয়ি ময়েক অহুম্নি হয়া ময়েক অহুমনে ।  
হয়া হয়ুম হায়না ৱাক্মানা শৈহৌরক্কে ।  
লহাননোংকী ৱাকমানা মালেম লয়সেম লয়রোইসৈ  
য়াৱালেনবু কাউত-সৈ খুং য়াৱা খোন্চেনপ নিন্ত-সৈ  
লাইৱা উনিং কংনা তোংত-সৈ  
সাচুং নিংথৌ সাচুং লাংমৈরেম্পনা  
পানফুক পানফোইলৌ সিংখা সিংথুম-লৌ

* ওক্রম ওজাথোইবা অশৈবা অৱাং পোৎশঙবদা লৈবম্মী । চন্দ্রকীর্ত্তি মহাবাজগী জিলা দববারদা সনাথৌগল তৌখিবা ওক্রম ওজা পেনা শকপগী সেবাক্লি ।

ঔক্রী নঙনা কোল্‌ও খোন্‌চো নঙনা পাউতোইও ।
খোন্‌চো পাউতোই নানম সকঙৈকী
ঔক্রী কোল্‌ওকী লয়হৌরকপাপু ৱাক্‌মাপু চৈনমফাতে
ৱাকমানা সৈহৌরক্কে । নুমিৎ সনা খোম্মতোন
লাইরেল লাই পাখংপা খাক্রিপা সাক্রিপা
কোস্তে চারী ৱাংঙম্‌ চাকচা পূথোকঙৈকী
ৱাক্‌মানা থৌকাউতনা সৈহৌরক্কে ।
নতাইরেম পায়মা সিললৈরোপানা
ইয়ু থংচিং মাথূৎসু পেনা নূংওনপাপু
চৈচিং য়েৎলম-ফান্‌ মরী লীসাপা
মবাং লাংসাপানা অহয়পা চোমচাউ য়াললে ।
মারচিং থংৱাই মার হন্‌পকী
লাংকোই মোইসা খোঙনেৎনাপকী
সমমৈনা কারন্ননা নতাইরেমনা
লফুৎ ফমতিং লাংতা ফম্লতানা
চীংঙু নতিক অরূপা খোইয়ম নঙল অচৌপাপু সৈতহহৌচরক্লকে ।"

অসুম্না পেনাগা লোয়ননা শৈশক্লম্বগী ৱাফম অসিনা পেনা অসি খৃ:গী মমাঙদা লৈরক্লে হায়বা তশেংনা খঙলে । অসিগুম্বা পীক্লবা খোংনবা খুৎলাই অসি য়েংবদা য়াম্না চম্না উবা মরম্না হায়নৈ মদুদি 'পেনামুক লায়বা ৱানি" । ৱাহৈ অসি হায়দোকপদা লায়বনি মরমদি পেনা মশাগা চৈজিংগা অনী তক্লবগা মখোল অমা থোক্লকপগী ৱাফম অদুদদা খল্লগা হায়দোক্লকপা ৱাফমনি অদুবু যন্ত্র অসিগী মগুণদি মথন্নতা লেপচবা ঙম্মি মদুদি কোর্ত্তান, পুং অমসুং মন্দিলানচিংবা অতৈ যন্ত্রনা মতেং ইপাংপাংদনা মশাগী খোনথোক্তনা ঐখোয়গী চৎনরোল, ইনাৎকী থৌরম পাঙথোকপা ঙম্মী । থোইদোকপা অমনা খরদং কৃপশিন্না য়েংবা তারবদি চাউরাক্লা পেনাসিগী মনুংদা মচাক অনী থোকই, মদুদি ঃ- ১) পেনাগী মশা (মরূ) অমসুং ২) চৈজিং ।

পেনা মশা মরূ অসিদসু অমুক তোঙান তোঙানবা মচাক ৯ না পুল্লগা মশা অসি ওই । মতৌ অদুগুম্না মচাক ৯না পূল্লগা চৈজিং ওই । অসুম্না মচাক ৯/৯ পূনবা পেনা মরূ অমসুং চৈজিং অনী অসি লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনিগী

শক্তমদগী লৌবা মওংনি হায়বসি মথক্তসু পনজখ্রে । অসুম্না লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনীগী শক্তম ওইরিবা পেনা মশা (মরূ) অসিমক্লা লাইরেম্বী ইমা মাগী শক্তম ওইবদা পোৎলম মচাক ৯ লৈ ঃ-

১) মরু ২) তেঙখল ৩) পূংমায় ৪) শম্মৈ ৫) চূম্বুল্লী ৬) উতোং ৭) উয়েক ৮) লৈনা ৯) মরেক

মচাক ৯ অসিনা পূল্লগা পেনাগী মশা (মরূ) অসি ওইরে । মসিনা ইমা লৈমরেল শিদবীগী শক্তম ওইনা লৌবনা পেনা শকপা অশৈবশিংনা পেনা থাদা পম্না ইমা মাবু খুরুম্নে । মতৌ অসূম্না পেনা মশাদা মিং ৯ লৈবগুম চৈজিংদসু মচাক ৯ লৈ ঃ-

১। নারেং খোংজি ২। য়োৎকোল ৩। শরীক ৪। শরীক লং ৫। শম্মৈ ৬। শম্মৈ কোম্থাং ৭। মোন ৮। খূদুম ৯। চৈজিং শয়াং

মচাক ৯ অসি পূল্লগা চৈজিংগী শরুক ওইরি । অসিগুম্বা পেনা অসিবু অশৈবা ওজাশিংনা শৈহৌরমদাইদা ওই য়েৎ কায়হন্দনা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনীমক্কী শক্তম্সু লাকশিঞ্জরগা খুরুমদুনা শৈহৌনৈ । তেংবানবগী মপুগী শক্তম ওইরিবা চৈজিং অমসুং পেনা মশা অনী অসিনা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনীনা পূল্লগা তেংবানবা শেমখিবগী মওং অসিদগী তাইবংপানবা অসি ওইরকপনি হায়না থাজনৈ । অদুগা পেনা মশা অসিগী মথক্তা নপ্লিবা তেঙখলগী ব্লাখল অসিবু "য়াঙবী অরুপ্পা" দা মখাগী অসুম্না হায়রি ঃ-



১। শরীক ২। নাবেং খোংজি ৩। শম্মৈ কোনথা ৪। মোন ৫ । শম্মৈ ৬। চৈজিং শযাঙ ৭। শবীক লং ৮। য়োৎকোল ৯। খুদুম ১০। চুম্বল্লী ১১। উতোং ১২। উয়েক ১৩। লৈনা ১৪। মরু ১৫। তেঙখল ১৬। পুংমায় ১৭। শম্মৈ ১৮। মবেক ॥

"লৈমরেনকি ফোনলাংতাকি পরিং অমা চিংথোকলে ।
পরিং অমনা খংচিংনে পরিং অমনা কৌপারুনে ।
অনিনা খোং অমা সেমলে খোং মাতি নুংশিংনে ।
থাংচিংনা খুতুম ওইরে কৌপারুনা নমখাং ওইরে অপানাকা মায়য়োক্লুরে ।"
- য়াওবী অরুপ্পা

মফম অসিদা পল্লিবা ফোনলাং অসিমক তেণ্ডখল্লি । তেণ্ডখলবু অমুক লাইরেম্বীগী চীংমৈশাং কৌই । চীংমৈশাং হায়বসি লাইরেম্বীগী তিল্লিখোংনি । উয়েক্লা য়াওবীগী শরুক্কি । অসুম্না 'য়াওবী অরুপ্প' নসু পেনাগী শক্তম অসিবু লাইরেম্বীগী হকচাংগী শরুক্কি হায়বদু তাকই । মতৌ অসুম্না লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনীগী শক্তম লৌরবা পেনা অসিমক অহানবদা থাংচিং লাই মরুনা খুং হায়বা মিংথোন্না খোংলম্বদগী মথং মথং শেমদোক্লুরকুনা হৌজিককী পেনা অসিগী শক্তমসি ওইরক্কি। অহানবদা পেনা অসি য়া-গী মরু (য়ারু) না শারম্মী । মমৈথংদা য়ুবী ফংনরক্লবদা য়ুবীগী হিদাকফুনা মহৎ শিন্দুনা শেমম্লরকপনি হায়বসি পেনা ওজা অশৈবশিংগী মোৎনি । হৌজিকমক ফয়েং অন্দ্রোনচিংবা লমদা শীজিন্নরিবা পেনাগী শক্তমশিং অসিগা য়াম্না খেন্নে । ফয়েং অন্দ্রোগী পেনাদি য়াম্না শীকই । খোংবদা মখোল য়াকই । অসুমনা শেম্লরক্লিবা পেনা অসিগী চৈজিংগী অকোনবা অসিনা উরৈরোম লাবনা কোল্লম্মী অদুগা মথক্তা নপ্পিবা শরীকশিং অসিনা নোংশরীক কৌবা মহয় মরূ য়াওবা নীকপদা শ্রীক শ্রীক লাউনা মখোল থোকপা অদুনা হাপ্পরম্মী অদুগা মীওইবগী হকচাংগী মিহুল মশীং ১০৮ লৈ অদুগা মশীং মান্নলা হাপকদবনি হায়না থায়নদগী হাপ্পরকই হায়বসি ওক্রম ওজা থোইবগী সেবক শ্রীচনম্বম তোমচৌ সিংহ, উয়ুমপোক, অদুগা শ্রীবাংখৈময়ুম থম্বালঙৌ সিংহ, লমদেংদা লৈবা পেনা অশৈবা অনীগী মতনি ।*

মতৌ অসুম্না পেনানা তেংবানবগী মপূ ওইবা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনীগী শক্তম লৌরগা অনীনা তক্লবদা পূক্লিং শুমহৎনবগী খোনথোক ফংবগুম তেংবানবা অসিনা পি-পা পূন্দ্রবদি তাইবং ওইবা য়াদে । অদুগীসু মথক্তা

* ওক্রম ওজাথোইবা অশৈবা অমাং পোংশঙবদা লৈরম্মী । চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী জিলা দরবারদা সনাখৌগল তৌখিবা ওক্রম ওজা পেনা শকপগী সেবক্তি ।

লাইনিংথৌ য়াওদনা লাইরেম্বী ইমা অদুতা লৈরগা অমদি লাইরেম্বী ইমা অদু য়াওদনা লাইনিংথৌ অদুতা লৈরগসু তাইবংদা লৈরিবা থবায় পানবশিং অসি শেন্নক-শারকপা অমদি শন্দোরকপা ওমদে । মরম অসিদগী লাইরেম্বীগী শক্তম লৌরিবা পেনা মশা অসি মরুওইবা মরম্মা মসিবু মরূ হায়না মিংথোন্নরি । অসিগুম্বা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনীনা পূন্নগা থোক্লকপা খোঙ্থোক্লা থবায় পানবা পূন্নমকপু পেলহনবিরকপগীদমক চীংঙু মখোয়গী মতীক মগুণ শৈথাবদা অমদি শৈহৌবদা নত্তগা অহানবা য়াকৈবদা শক্লা-শোন্নরিবা শৈরেংগী মতেক খরদং লৌখৎচরি ।

‘‘হয়ি হয়া, হয়ি হয়া, হয়ি হয়া, হয়ম হে
লহান্নোং ৱাংবা মালেম লয়সেম লয়রোয়-সৈ
য়াৱালেন্না কাউদ সৈ খুং য়াৱা ইখোন্জেনবু নিন্দ-সৈ
তাম্না হৌরম লৌখোং নিঙথিববু ফূলহন্দবা-ৱা
মাঙগী পন্থৌ ৱাবু কাউহন্দববু হাকপিয়ু ।
খোন্চি খোনকাইৱা লয়হৌ হৌরকপা ৱা
য়াইতোং চীংদি চীংতৌ-ৱা খানিংমাকা মীকা-ৱা
ইরেং পুৱা মৈগুম তৎহন্দনা তানথোং ময়ুংকুই
হৌ লমথোং মফৈপাক্কী অরূবা ৱাবু কাউহন্দা
লমগী মহীক মতাংচানা য়াঙ্গোইরহনবা
লাইদি লাইনিংথৌ থোংনিংবা থোংনিংথৌ,
লমনিংবা লমনিংথৌ চাচি য়াক্তানা
খোংচি য়ানবা লাইদি লাইনিংথৌ
য়ামবা লৈপুং কোয়চ্রাউবা, ঙানবা লৈতোঙ লেপ্পা
চরৈ লেংহুম চাউবা হনু কোকচ্রাউ হনু লাইখম
হান্না তাবা হান্না সীবা লাই কোন্না পোকপা লাই,
কোন্না সিবা লাই, চানা লকা য়েনবা
ইনূংবা লাইচিং লাকপা চানা লমকন থৌবা
লাইনিংথৌ । নদাই তয়ম ৱাকমানা অহানবদা
অরেন খুৎলাই নুংঙনববু থাদ-পম
‘রূ রূ’ লাউরি খোঞ্জেললেন্না

হন্দোক হন্‌জিন্নবগী 'রি-রৈ - রি - রৈ'
খোনজেলগা 'হয়ি হয়া হয়ুম' হায়না
ইনুংবা চীংখোং য়াকা হৌজরককে ।
ইমা লৈমরেন শিদবী মাঙশোক কাজাউ য়াবী
ফমলেন লুখাই লৌবী নাকথা লৈমা পাউদাবী
নদাইনা অহানবদা ইনুংবা চীংখোংয়াকা কৈরকলে ।
চীংঙু নতিক অচৌবা খোইয়ুম নতিক অহকপবু
শৈথাং ঙমদবা পোং-ঙাইবা কন্নানসুং থাঙমদ্রবা
চীংঙু নতিক অচৌববু ননাইনা থাবনা মৱাংলি
চীংঙু নতিক্না মহেল্লি, খোইমোম নঙনা মহেল্লি ।
কাওরেন শনগুম খনমুক মিয়েং তাবিগনো হায়না
চাংজৌ চেপ্না লোন্না পুনেমজরিএ ।"

মথক্কী শৈশক অসিদা পল্লিবা 'রু রু' হায়বা খোল্লোক্কী ময়েক অনী পূল্লিবা অসিমক লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনীগী অপূনবা খোনথোক্লি । লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনীনা পূল্লগা তাইবং জীব শেম্লবা ওইরিবা থোক্লিবা খোনথোক্না ইবুংঙো ইবেম্মা অনীমক্কী পূক্লিং পেন্নজে । "র" দি লৈমরেন্নি । "উ" দি লাইনিংথৌগী মপূক মপূংদগী 'উ' হায়বা কনজাউরকখিবগী ৱাফম্নি । মরম অদুনা অনীনা তিন্নবগী খোল্লোক "রু" হায়বদু ওইরে । মমৈদা অমা নমলে 'রি' নি, ৩ নমলে 'রৈ' নি । অসূম্না হন্দোক হনজিন থাদোক থাজিন্নবগী খোল্লোকনি । অসিগুম্না লাইরেম্বীবু লাইনিংথৌনা চেৎনা কোন্দুনা থম্বীবগী মওংদা চৈজীংগী শক্তম অসি ওইহল্লি ।

মতৌ অসুম্না তাইবংপানবগী থৱায় অয়াম্বা শন্দোরকপগী মওং তাক্লিবা পেনা অসি শীজিন্নরকপগী ৱাফম মথক্তসু পনজখ্রে অদুবু পাখংবনা কংলৈদা খুনগারকখিবগী মতুংদা, "অমরক খোংবদি তাইবংপানবদা খাবী লাইতোং ফানবনা খোংবা হানবদি মমিং য়িম্লাক হায়গে । নাহাবা মোইরেং চামপানা খোংবা হালএ । নাহাপা মোইরেং চামপানা খোংবা তুংতি তাইপং পানপানা খোংনা হাইদুনা খোমনা মরু ওইরে । মূকমূ হাইমৈচোন মউন্না তিংএ, উয়েক উতোং হাপএ । চৈচিংতি নোংসরীক্লা ওইরে । মরী অনিমাতি সামতোন অয়াঙপাপু ফাঙৈগী সমথরকপা কোরৌ নোংসাকোন অপাইপকী মমৈনা মরী

ওইরে । সনা খোংনাংলৈমকী সামতোনপু ফাপাকী খোংলি মসুং তমনা লংলানা চূমপুল্লী ওইরে । খোইতোম মানাতান অনিমনা কেকে কংলৈ লমথোল সকঙৌদাসুং খোংএ । মতুং অমরক্তি নিংঙোল য়াইমপনা খুৎলৈ অয়াম্পাপু পুথোকতুনা খোংএ । মতুং খোইয়াম লাইমিংথৌ খানা চাউপা সনথোং মোরিপানা নোংচুপ থোংনা ময়াং তখেল খোম্মা কৌনা পোকলুঙে লাইয়িংথৌ খাকেমপাকী হাকথকতা খোম্মানা য়ুপীনা শিলএ । পেনা অচৌপা অপিসা খায়এ । চৈচিংসু তেৎনৌকী য়োকোননা সিলএ । সরীকসু সেননা ওইএ । মতুং অমরকতি পামহৈপা নিংথৌ মহাকথকতা অসৈপাকা তিনৈএ । পেনা খোংপা খায়থোকতুনা পেনা লোয়সঙসুং লিংহৌএ ।'' (- পেনা লাইরিক লাতম ৩)

মৈতৈ লৈবাক অসিদা হিন্দু ধৰ্ম্ম চঙলক্ত্রিঙৈগী মমাঙদদি মৈতৈ জাতি অসিগী ওইবা করিগুম্বা নাৎকী থৌরম কয়াগী শোরাৎ শোনবা, পৃথ্বি হোঙবা, লুহোং-খোংদোংবা, উক্রোং হোঙবা অমসুং অহোঙ খোংচিংবনচিংবগী থৌরম পূন্নমক পেনানা য়াকৈবগা লোয়নননা অচৌবা থৌদাং য়ারকই ।

হৌজিক হিন্দু ধৰ্ম্মগী ঈথিলনা ফনা য়াম্না শাফু কন্না ফুজিল্লক্লবসু শাফু অদুদা কন্না তাউমিন্নহৌদবা অরিবা মৈতৈ ফুরুপ কয়া লৈরি । খ্বাইনসু খঙবিরি মদুদি চকপা, লৈশ্রাম, ফয়েং, অন্দ্রো অমসুং সেকমাইনচিংবা মফম কয়াগী মীওইশিং ঐখোয়গী থায়নগী ইপানাৎ ইপুনাৎশিং অদু থাদোক্তনা লাক্লি । অদুদা অয়াম্বনা শিকপলোন, নোঙ্গারোলনচিংবা শক্লে । অদুবু মতমগী মতুংইন্না নোংম-নোংমগী তাউশিলল চঙশিল্লকপা ঈথিন্না কনখিবনা মমৈদদি মী শিরগা শ্রাদ্ধ শোনবদা পেনাগা লোয়নননা নোংঙ্গারোল শকপদা পাখংবা নোংঙ্গারোল, রাম নোংঙ্গাবা, পরিক্ষিৎ, সর্পযজ্ঞনচিংবগী ব্রারী পরিংদা শৈশক্লগা পেনাগী সুরগী খোনথোক্তনা নাৎকী থৌবম কয়া পাঙথোক্লরি ।

মতৌ অসুম্না মৈতৈ লৈবাক অসিদা খৃ: মমাঙদগী হৌনা লাকপনা খৃষ্টনা পোকখ্রবা মতুংদা ওইরকখিবা মৈদিংঙু নোংদা লাইরেল পাখংবগী মতমদা মরুওইবা শঙলেন অহুম হায়বদি অমাই, অশৈ, য়োইরেন অসি লিংদুনা অশৈবগী শঙলেন্না লৈবাক্কী ওইনা অচৌবা থৌদাং য়ারকই । মসিগা কোন্ননা অমাইবীশিংগী থৌদাংদসু পেনাগা কোন্ননা অসুম চৎথরকই । মখোয়গীসু অমুক লংমাই, শঙলেন, ফুরা অসূন্না ৩ থোক্লা খায়দোক্তনা লৈবাক্কী ওইবা অচৌবা থৌদাং য়ারকপনা শঙলেন অসিগী মকোক ওইবীয়ু ''অসূপ্পী'' হায়না উপাধি পীরি ।

অসূপ্পীগী মখাদা ''শণ্ডলাকপী'' অদুগা মদুগী মখাদা অমুক 'হন্জবী' নচিংবা ফম কয়া হাপ্তুনা ওসি ফাওবা লৈবাক্কী লাইগী থৌরম থৌওং কয়াদা থৌদাং য়ারি । মতৌ অসূম্না লৈবাক নিংথৌ পাল্লিওঁদেদি লৈবাককী অফ-ফত্ত য়েংবিনবা মকোক (রাজগুরু) গুরুগী মওংদা পণ্ডিত লোয়শঙগী মকোক হাপই । লোয়শঙ অসিগী মখাদা শঙলেন ৩ লৈ মদুদি য়োইরেন, অমাই অমসুং অশৈবা ৩ অসিনি । অসিগুম্না শঙলেন ৩ অসিগী খ্বাইদগী মকোক ওইবা অদুগী থবক পুবা অদুবু ''পণ্ডিত অচৌবা'' হায়না খঙনৈ । মসিগী মনুংদা অশৈবা শঙলেন অসিগী মকোক অদুবু ''পেনা শণ্ডলাকপা'' হায়না খঙনৈ । পূম্নমক অসি থায়নদগী ঐখোয় পূম্নমক্না ইকাইখুম্নরকই ।

অসুম্না চহী লিশিং কয়াদগী পেনানা মৈতৈ জাতিগী থৌদাং চাউনা য়ারকখিবনা ওসি ফাওবা খূন খূদিং, লৈকাই খুদিংগী পাখং লৈশাবীশিংগীতা নত্তনা অহল-লমন য়াওনা পেনা অশৈবা নেত্তুনা নিংথৌরোলগী, খম্বা থোইবী লাংওনগী, পোম্বী লুবাউবগী অমদি নোংপোক পাম্থোইবীগী নুংশিরবা থস্মোয় শুমহৎনবগী মশক ওইবা শৃঙ্গারনা মপূং ওইবা ৱারী কয়াগী শৈশক্তা ঐখোয়না তাবা ফংনরি ।। ॥❀॥

# ম্যুজিক অমসুং কলচর

সমাজ অমা লৈরবদা সমাজ অদুগী লৈতবা য়াদ্রবা থানবা য়াদ্রবা মপোৎ অমা ওইনা লৈরবা ঈশৈ হায়বসিসু মীওইবগী সংস্কৃতিগীদি য়াম্না মমল য়ামগ্রবা মচাক অমনি । মীওইবা সমাজগী চৎনবী, লোনচৎ হৌনবা শাজৎ মীওইবনা শেমলকপগুম ঈশৈশু মীওইবনা শেম্বনি । যুগ কয়া কয়াগী মমাংদগী সমাজ অমা হায়দুনা হেক লীংলকপদগী লোয়নদুনা লাক্লবা ঈশৈ, মতম মতমগী সমাজ অদুগী অহোংবা নাইরকপা সংস্কৃতি অদুগা ঈরোয়ননা ঈশৈগী মশকসু হোংলকই । করিগুম্বদসু হান্না লৈজরম্বা ঈশৈ ফাওবা কাউনখিদুনা মাঙখিবসু য়াওরকই । তৌবগীবুদি মাঙখিবশিং অদুগী লোকগীতনা খরা হেনবগুম উই । মতম অমদা মৈতৈ লৈবাক্তা নোং তাদদুনা ঈকং থোক্লুনা লৈবা ৱানরবা মতমদা নোংলাউ ঈশৈ শক্লগা নোং তাই হায়দুনা শক্লরম্বদু হৌজিক্তি তোকখরে ঈশৈ অদু করম হায়না শক্লরম্বগে হায়বা ফাওবা খঙদরে । অসুম হায়না মতম অমগী নুপীমচাশিংগী ফৌশু ঈশৈ তাখিদরে । খুঙ্গংগী ইমা ইবেলশিংগী শিনাইকোন কাবগী ঈশৈ, লৌতা ঈশৈ, লৌরিং ঈশৈ, লৌরোক ঈশৈ তাখিদরে, অদুবু অথাপ্পা লমগী খুঙ্গংগী মীওইশিংগী মরক্তদি শকনবসু য়াওরি । মদুসু খরা লৈরবদি তাবা ফংলক্কনি হায়বা থাজদরে । য়াম্না নুংঙাইতবা ৱাকম অমনা ইকুই কুইদ্রিবা য়াওশংগী থাবল চোংবদা, নুংশি নুংশিরবা ৱারী মাইনুপেমচা, সীতাবনবাস, উসমান-থম্বাল, কদেং থাংজহনবা অসিনচিংবগী থায়নগী ৱারী কয়া থাদুনা শকনরম্না থাবল ঈশৈ কয়াদো শকখিদরে তোকখ্রে । অসুম্না সংস্কৃতিদা থাদুনা অহোংবা নাইরকপনা মরম ওইদুনা ঈশৈদসু মশক হোংলকখিবনি । করিগুম্বদা মাঙখিবসু য়াওরবনি । চীংগী লমদসু অদুমঙায়, খরা চাওখৎপা মফমদদি শোয়দনা মাঙলগনি । অদুবু হৌজিক ফাওবদা, হান্নগী প্রিমিটিভ ধর্ম্মদা থাজবা থমদুনা পাল্লিবা চীংগী কাংলুপ খরগী ঈশৈদদি অদুক য়াম্না মাঙলম্মোই । বৃটিশনা পাল্লিঙৈদদি, অনৌবা ধর্ম্ম চৎখিবা চীংমীশিংগী সমাজদদি পুমকাও কাউথোক্ল রুরে হায়বা ফাওবা য়াই । অদুবু ভারতনা নীংখা তমলকখিবদগীদি ঈনৌ নৌবা য়াওল অমুক হিংগৎলকপগুম উরকলি । অদুবু মতমদুদা লৈবা ট্রাইবেল অয়াম্বদি

থায়নগী মখোয় মখোয়গী ট্রেদিসনেল ঈশৈগী মশক ফাওবা খঙদবা য়াওরে। অসুম্না সমাজ অমগী মনুংদা মতম মতমগী অওনবা নাইরকপগা মরী লৈননা সংস্কৃতি অমসুং ঈশৈদা হোংলকপগী শাজৎ অমসুং মওং অমবু ম্যুজিকোলেজিষ্টশিংনা মখোয়গী ৱাহৈদা Culture in Music হায়না লৌনৈ।

ঙল্লিঙৈগী সমাজগী ফোক অমসুং ট্রাইবেল ম্যুজিককী শক্তম অসি মাঙড্রিঙৈদদি মতম অদুগী সমাজদি ঈশৈতনা সমাজ অদুবু পুরম্মী হায়বা য়াই। অসুম্নসু পণ্ডিতশিংনা হায়নৈ — ''In preliterate Societies music was a handmaid of culture. There was therefore much culture in the Music and also much music in the culture of such Societies.'' (Bhattacharya) তৌবতদি মতম অদুগী ঈশৈদা মশক অমখক উবা ফংই ঃ ফঙসনেল সোং হায়বা অমগা ননফংসনেল সোং হায়বা অমগা। হৌজিক ফাওবদসু, ফংসনেলগী অয়াম্বা ঈশৈদি মশক মাঙড্রি হায়বা য়াই। হোংবসু হোংদোকত্রি। হৌজিক হোংলক্লিবা মাঙশিল্লকলিবা ঈশৈশিংদি ননফংসনেল ঈশৈতনা অয়াম্বনি হায়বা য়াই। মখোয় অদুদি কলচর-বেজ হায়বদি কলচরদা য়ুম্ফম ওইবা ঈশৈ হায়বনি। মথক্তসু পনখিবা, মতম অমগী থাবল চোংবগী ঈশৈ মাঙখিবা অদুসুনি। কলচর বেজ ওইরিবা থৌরম অদুদি থাবল চোংবী অদুবুনি, ম্যুজিক অদুবু নত্তে। থাবল চোংবী অদুদা মতম মতমগী ম্যুজিক অমা হেক্তা পুশিল্লকপা য়ানবগী থোঙ লাউনা হাংদোকহনখিবা মতম অদুগী সমাজগী চৎনবী অদুননি। মরম অদুনা অসিগুম্বা কলচরগা ম্যুজিক্কী মরী অদুবু কলচর ইন ম্যুজিক হায়না ম্যুজিকোলোজিষ্টশিংগী ৱাহৈদা থোল্লি। হৌজিক্কী থাবল চোংবীদা চংশিল্লকলিবা ম্যুজিক্তি অচোঙবী অদুগা চানবা ফিল্মগী ঈশৈ খঙদে অতোপ্পা ম্যুজিক খঙদে অমা হেক্তা শীজিন্নরি। অদুবু সমাজগী মীৎয়েংদদি থাবল চোংবীদি ফোক দাঙ্গনি।

হৌজিক মথক্তা পনখিবা ফংসনেল সোং হায়বদুদি মহৌশানা য়াম্না ট্রেদিসনেল ওইবা লাইতিনগী অরুবা অমসুং য়াম্না ঙল্লিঙৈগী মীওইবশিংনসু হৌজিক্কী মীওইশিংনসু য়াম্না কিনা থাজবা Supernatural being অমদা কন্না থাজবা মীওইশিংগী লাইনিং লাইশোন ওইবা, মাইবা মাইবী অতৈ কয়াম্মনসু শকনবা মরুওইনা লাই হরাওবদা অমসুং অতৈ লাইশোন তিনশোনগী থৌরম কয়াদা শকপা ঈশৈশিংদদি অসিগুম্বা অহোংবা অমদি মাঙখিবগী থৌদোক কয়াসি

থোক্কনদে । মরম অদুনা অসিগুম্বা ঈশৈ অসিদি অপানবা কলচর গ্রুপ অদুদা লেঙদনা লৈগল্লি । শম্না হায়রবদা ঐখোয়গী লমদম অসিতগী ওইবা ঈশৈ ওইবননি । মতাং অসিদদি সঙ্গীত হায়বসি আন্তর্জাতিক লোন নত্তে হায়বসি লাকপা তারবনি । অসুম্না য়াম্নদি পেনফাওবা চমম্নবা ওইনা খ্বাইগী ওইবা ৱাহং অমা ওইনা লাকখি ঃ সঙ্গীত হায়বসি করিনো ? মসিগা মরী লৈনবা আমেরিকান ম্যুজিকোলোজিষ্ট অমনা অসুম হায়না খুন্মী ঃ In the context of world music two answers are possible. One is purely intracultural and the other is potentially Universal" (Malm) সংজ্ঞা অসিগী অহানবগী 'ইনট্রাকলচরেল' হায়বসিনা ফাওহল্লিবদি কলচর অমদা লৈরবা ম্যুজিক অদুদা নুংঙাইবা অমদি অপেনবা ফাওবা ফংজরিবা মীওইশিং অদুতগিনি, হায়বদি কলচর অদুগী মপান্দা লৈরিবা মীওইশিংগী নত্তে, মতাঙ অসিদা পঞ্জনিংবা অমনা মণিপুরগী মপান্দগী লাকপা মীওইশিংনা অতেনবা মতমগী মনুঙদা অপুনবা মণিপুরীশিংগী ঈশৈবু খঙননবা হোৎনবগা লোয়ননা মখোয়গী ফিরেপ অমা পীবা হায়বসিসু তরাইবা থবক নত্তে । মরমদি মখোয়না খঙবা তারগদি ঐখোয়গী কলচর অসিগী মপুঙফাবা জ্ঞান হান্না খঙদোকপগী মথৌ তারি, অদুগা কাইনথংদা কলচর অসিদা লৈরিবা ঈশৈশিংগী ৱাফম অদু কোন্না পায়বা তারকপনি । অদুবু কনাগুম্বনসু ঈশৈগী মশক্তগী কলচরগী মশক খঙগদবনি হায়বসু য়াওই, মদুগীসু তোঙানবা খোঙজঙ লৈ । হায়বদি ঈশৈগীদমক থিজিল্লগা খঙবা অমনা মখোয় অদুনা ফোকলোরিষ্টশিংনি অমনা ঈশৈগী সুরদগী খঙবা অমা মখোয় অদুনা ইথনোম্যুজিকোলোজিষ্টনি । মদুগী মথক্তা কলচর অমসুং ঈশৈগী মরক্তা লৈনবা মরী অদুবু কুপ্না তুনা থিরকপা তাবনি ।

ঈশৈ অমসুং কলচরগী মরক্তা লৈনবা মরী থিরকপদা ঐখোয়না পুক্লিং থিংজিনগদবদি ম্যুজিকেল সিস্তেমশিং অমসুং সংস্কৃতিশিং চাংদমনদুনা থিজিনবা হায়বা ৱাখল অসোমদা খল খর হেন্না পীবা তারকপনি । কলচরেল এরিয়া অমগী ঈশৈ খুদিংমক্কী তোংঙান তোংঙানবা ইমপোর্টেন্স লৈজে । মতাং অসিদা মুজিকেল ইনষ্টুমেন্টগীতা ওইনা ফংবা তোঙান-তোঙানবা ৱাহং কয়াদগী ফংলকপা ৱাফম অমদা ইতোপ তোপ্পা সংস্কৃতি অমদা ম্যুজিকেল ফেনোমিনা লৈরিবশিংদু খঙনবা খায়দোকপা হায়বগী ৱাহং কয়াসু লাকপা য়াই । খুদম ওইনা হায়বা তারগদি মৈতৈগী পেনাদা 'লমইন' মরোল অসি পেনা খোংবদা য়াম্না খুৎলোন

চুম্না ফজনা খোংবাঙম্না ওজা অমবু খোংহল্লগা, পুক্লিং চঙনা তাবদা ঐখোয়দা ফাওহল্লকপা ঈথিল অদুগা অতোপ্পা মপালগী য়াম্না হৈশিংনা ভাইওলিন খোংবা ওজা অমবু অমুক 'লমইন' মরোল অদু হৈশিংনা লৌথোকলবা নোটেসনদগী লৌথোক্লগা খোংহনবদা মৈতে অমগী নাকোংদদি খেন্নবগী শক্তম অদুদি লায়না ফাওগনি, অমরোমদা মৈতে নত্তবা অতোপ্পা মপানদগী লাকপা মীওই অমনা তাবদদি চপ মান্ননা লৌখিবা য়াই । শম্না হায়রবদা মপানগী ম্যুজিকোলোজিষ্টনা তোঙান তোঙানবা কলচরদা লৈরিবা ম্যুজিকেল ফেনোমেনা অসি মান্নবগুম লৌই । হোয়, মদুসু খন্নবদি য়াই অদুবু খেন্নরিবা অসি diversity of Musical sound লোয়ননা aural components মদুগী মরক্তা Timber অমসুং Vibrato সু য়াওরি । মদু পুম্নমক অদুনা Musical Behaviour হোংলকখি অমসুং কলচরেল এরিয়া অদুগী মনুংদা লৈরিবা মীওইশিংগী থম্মোয়দা nostalgic কী কল্লবা ইথিল অমনা ফুখিবনা অতৈ ঈশৈদগী তোঙাননা তাহল্লকপনি। অমরোমদা হায়রগা মৈতৈগী এপ্রিসিয়েসন না কলচরগী মশক অমগা লোয়ননা ফাওহল্লকখিবনি । অতোপ্পা নন-মণিপুরীশিংগী নাকোংদনা কলচরগী মশক য়াওদনা তাবনিনা খেন্নবা অসি লাকপনি । মসিবুনি মথক্তা পনখিবা আমেরিকান ম্যুজিকোলোজিষ্ট অমনা ম্যুজিক্কী ডিফিনিসনদা ইন্ট্রাকলচরেল অমদি ম্যুজিক ইন কলচর হায়না লৌবা য়াই । মতাং অসিদনি সঙ্গীত হায়বসি অন্তর্জাতিক লোন নত্তে হায়বগী ৱাখললোল অমা লাকখিবনি । অসুম্না ম্যুজিক অমসুং কলচরগী মরমদা নৈনবগী শক্তম অসিবু য়ুনিভার্সেল ওইনা এথনোম্যুজিকোলোজি হায়না লৌনরি । ঐখোয়গী ম্যুজিক্কী মশক লেপ্পদি ঐখোয় মণিপুরীশিংনা লেপকদৌবনি, অথাপ্পা মপান্দগী লাকপা মীওই খরনা মতম খরগী মনুংদা হেক্তা লেপ্পা খক ঙমলোই ।

অতোপ্পা শক্তম অমনা থৌরম মান্নবা খোঞ্জেলগী ঈশৈগী মরক্তনি ঃ নোংপোক বাংলাগী পদ্মা তুরেলগী মাঝি (হিহোনবা) গী ঈশৈনি (ইশামক্লা থেংনরকপা) - নুমিৎ চুপ্পা ৱানা হি হোল্লুরগা নুমিদাংৱাইরমদা জোৱারগী ঈচেল হন্না চেল্লকপদা মাঝিগী পোংথা ঈশৈ ঙমজবী খোঞ্জেল থাদুনা হৌনা লাউনা শকপা 'ভাটিয়ালী' ঈশৈ, অমনা মণিপুরগী লোক্তাক্কী পাক্লবা ঈপাক্তা নোংমগী শিছা লোইদুনা নুমিদাংৱাইরমদা ময়ুম মায়কৈ পাংলকপদা ঙমজবী খোঞ্জেল থাদুনা হৌনা শকপা 'খুল্লং ঈশৈ' অনীমক্কী ঈশৈদা হীরম মান্নে-প্রকৃতিবু থাদুনা

শকপা, ঈশ্বরবু থাদুনা শকপা, লমদম তাম্না থাপ্না লৈহৌবা লৈহৌবী কনাবু থাদুনা শকপা ঈশৈ ঙাক্তনি । কনাবু তাননবা শক্লিবা ঈশৈনো খঙদে, শকউ হায়দুনা ঈনশিল্লবসু লৈতে, খুদক্তা ফাওরকপা ইথিল অমদগী মতোমতা শকলকপনি, মতোমদনি । পুকনিংগী অপাম্বা ফোঙদোকপা চপমান্নে। ঈশৈ অনী অসিগী ম্যুজিকেল বিহেভিয়ারদা অহীকপা খোঙ্হোকনা ফোংদোকপা Folk timbre অদুসু অদুম য়াওই । তাল য়াওদনা ঈতিঙ তিংনা শকপা ঈশৈ ঙাক্তনি । খেন্নরিবদি ভাটিয়ালীগীনা রাগ কসৌলী ঝিঝিটকী মশক, শৈশক অমনা অচম্বা ভূপালীগী মশক মানবা শৈশক অসিনি । অনীমক ঈশৈসু মান্নদে কলচরসু মান্নদে, অদুবু এথনোম্যুজিকোলোজিষ্টশিংনদি পৃথিবী সঙ্গীতকী ওইনা য়েংলুরগা অমত্তনি হায়না লৌখিবা য়াই ।

নোংচুপলোমগী পণ্ডিত Bruno Nettle নদি অমুক এথনোম্যুজিকোলোজিষ্ট খরগী মত পীরি মদুদি ঃ "Ethnomusicolgists are always interested in music as a phenomenon produced by a culture" (Nettl) অদুবু মহাক্না অমুকসু পল্লিবনা, কলচর অমসুং ইতিহাসকী বেক গ্রাউণ্ড মশক শুকখঙ খঙদনা ঈশৈ অমগী মশক খঙবা হায়বা অসি সুকওই ওইথোকলোই হায়বসি ম্যুজিসিয়ানশিংনা খঙনবা ঙাক্তনি হায়বসিনি । মসিবু ম্যুজিকোলোজিষ্টশিং অয়াম্বনসু য়ারি, চুম্মী হায়নসু লৌনরি । অদুবু মত অমদনা "One cannot really understand a culture without taking into account to almost inevitably great importance of its music" (Nettl)

অসিগুম্না সমস্যা অসি অৱাং-নোংপোক ভারতকী খুন্নাইসিংগী মরক্তা খরা হেন্না থোক্কনবরা হায়বসিনি । মথক্তসু পনখরে, ঐখোয়না হৌজিক হৌজিক চৎনরিবা থাবল চোংবীগী, ফিল্ম ম্যুজিক্কী, বেণ্ড পাটিগী ম্যুজিক অসিদা য়েংলুরগা ঐখোয়গী কলচর অসি লেপকদৌরিবরা ? নত্রগা মমাংঙৈগী থাবল চোংবীগী নুংশিরবা মৈতৈগী মেলোদিগী ঈশৈদগী লাকপা কলচরগী মশকতু অদুম মাঙহনখ্রগদরা হায়বগী চয়েৎনবা সমস্যা খরা লাকপা য়াই । অদুবু ভারতকী এথনোম্যুজিকোলোজিষ্ট ডা ঃ সুভীভুষন ভট্টচার্য্য নদি চয়েৎনবা প্রোব্লেম অসিদা টার্ম অমা তোঙাননা পুথোকলি মদুনি মথক্তা নৈনখিবা অসি Culture in music হায়বদুনি । তৌবগীবুদি ম্যুজিক অমসুং কলচরগী মরী থিবা অসি

এথমোন্যুজিকোলোজিষ্টশিংগী মরক্তসু তোংঙান তোঙানবা মত লৈনৈ। ভারতকী এথনোম্যুজিকোলোজিষ্ট অমা ওইনা লৈরিবী শ্রীমতী ডাঃ এস.এ. কে. দুর্গানা মত খেন্নবশিং অসিগী মরমদা পল্লি, মরুওইনা Merriam, List, Nettl Washmann, Hood অসিনি। Hood কী মত মতুং ইন্নদি করিগুম্বা ম্যুজিক অমা থিজিনবদা ম্যুজিক অদুতা নত্তনা মদুগী কলচরগী মরী লৈনবা থিগদবনি।

হৌজিক হৌজিক্কী এথনোম্যুজিকোলোজিষ্ট পুম্নমকসু মহাক্কী মত অসি য়ানিংলি। মসিগী মথক্তা অমুক মথক্তা পনখিবা কলচর অমসুং ইতিহাসকী বেক গ্রাউণ্ডগী মশক শুকখঙ খঙদনা ঈশৈ অমগী মশক খঙবা হায়বা অসিসু শুকওই ওইথোকলোই হায়বা ৱাফম অসিসু য়াম্না মরু ওইবা অমনি।

ঐখোয়গী ট্রেদিসনেল ম্যুজিক্তা মতম মতমগী ওইনা কলচরদা অওনবা হোংলকপা নাইরকপদগী ঈশৈসু খোংথাঙ খুদিংমক হোংলক্লিবা অদুগী মতুং ইনবা তারকখিবনি। মরম অদুনা ম্যুজিক সিস্তেমশিং অমসুং কলচরশিং চাংদম্নদুনা থিবা হায়বা ৱাফম অসি মরুওই।

মপান্দগী লাকপা মীওইশিংনা, অতেনবা মতম খরগী মনুংদা অপূনবা মণিপুরীশিংগী ঈশৈদা ষ্টদি তৌবগা লোয়নন মখোয়গী ফিরেপ অমা পীবা হায়বসি তরাইবা থবক নত্তে হায়বসি মমাঙদসু পনজখ্রে। মসিগী মতাংদা ঐনা পুথোকচনিংবা অমনা চহী খরগী মমাংদা ডাঃ সুকুমার রে কৌবা মপানগী মীওই অমনা ইবা 'Music of Eastern India' হায়বা লাইরিক অদুগী লামায় ১৪৪ দা মণিপুরী ঈশৈগী মতাংদা মহাক্না মণিপুরীশিংগী জগোয় ঈশৈদা থোইদোক হেন্দোকনা রিদমগী মতাংদা য়াম্না হৈসিংবগী ৱাফমসু ফজনা পল্লি। লামায় অসিগী অহানবা পেরাগী অরোইবা পরেংদা অসুম্না পল্লি ঃ "They are practically more carried away by the art of dance than the art of music" মসিদনি ঐগা মত মান্নরক্লিবা অসি। মহাক্না ঐখোয়গী ঈশৈগী কলচরগী ৱাফমদি য়েংদনা ম্যুজিক্তদা খ্বাইগী মিৎয়েংদা য়েংলগা ঐখোয়গী ম্যুজিকপু অশোনবগী মীৎয়েংদা থম্মী। মতাং অসিদা ঐঙোন্দা ফাওরকপা ৱাখলদি প্রজ্ঞানন্দগী "melody evolved first and then rhythm, as rhythm, denotes thought and it is the expression of a purpose and therefore, it is included in the intellectual side of music and melody, on the other hand is almost the unconscious

expression of the senses" (Prajnananda). মণিপুরী জগোয় ঈশৈদি মহৌশানা মতম অয়াম্বদা অতপ্পা, অমেঙবা রসতা ফোঙদোকই, অতৈ ভারতকী মফম অয়াম্বদা জগোয়গী ঈশৈগুম এন্টরটেনমেন্ট লোমদা পুশিনদে ঐখোয়গী ৱাখলনা Melody translates feelings into sound and therefore, it is included in the sensuous side" হায়বসিনি । মসি ঐখোয়গী ৱাখল্লোননি, মরম অদুনা ঐখোয়গী জগোয়-ঈশৈনা অতৈ লমগীগা মান্নদে হায়না লৌনবা য়াই । মসিনি ঐখোয়গী কলচরগা ঈশৈগগী মরী ।

অমুক লমায় অসিগী অনীসুবা পেরাগী অনীশুবা পরেংদা অমুক পল্লি ঃ Since Raga music presupposed adequate training and practice, the lack of it in Manipuri singers makes their music different from the Original (Raga)." মতাং অসিদনি ঐবু অমুক হেন্না চম্মন্নহল্লিবসি । মহাক্কী ওরিজিনেল রাগ হায়বদু করিনো ? হিন্দুস্থানী সংগীতগী রাগবুরা ? অদুবু মণিপুরী কীর্তনদা শীজিন্নরিবা রাগগী মশক অসিদি য়াম্না লিপ্পবা কুইরবা নোংপোক ভারতকী রাগ ওইরম্বসু য়াই । অসুম খনবদা কামরুপগী রাগগা মরী লৈনরম্বসু য়াই । অতোপ্পা ৱাফম অমনা কামাখ্যা তন্ত্রদা মণিপুর অমসুং কামরুপকা লৈনরম্বা মরীগী ৱারি, তৌবতবু ঐখোয়গী অহল লমনশিংনা হৌরকফমগী ৱারী সেংনা থম্বীরমদবগুম্নসু উরি । অমুকসু খন্নবা য়াই "In Sangeet Damodara it is specially mentioned that old Hindu ragas were used in Kamarupa as in other places of India. We come across such rags in Caryas of the Budhist saints of the Kamarupa ... between 8th and 12th Centuries A.D." (Kaliram Medhi). অদুবু হিন্দুস্থানী সঙ্গীততি কাইনথংদা লাকখিবনি । অদুগীসু মথক্তা অরিবা নোংপোক ভারতকী রাগসংগীততা মুসলমানশিংগী ইথিল চংদ্রি । ভাগ্যচন্দ্র সনা হাক্তক্তা নটপালা হৌদোকখিবনি, মৈতৈ নট কীর্তনগী তৌরমলিবা অসি সাস্ত্রগী মতুংইন্না তৌবা ঙাক্তনি । প্রমান লৈতবা অমসুং মপুকথোক্লা তৌবা অমত্তা নত্তে হায়বসি অহল লম্মনশিংনা তাকলম্মী । কীর্তনগী রাগ পদ্ধতিদি নারদ সংহিতাগী মত মতুং ইন্নদি, "নিবদ্ধপ্রবন্ধ" মখলগী ক্লাসিকেল ম্যুজিকনি । নিংথৌ য়াওনা তৌবিবম্বনিনা পংতৌসু তৌরম্মোই খল্লি । বৈষ্ণব কবি অমসুং শাস্ত্রকার পণ্ডিত ঘনশ্যাম নরহরিনা ইবিরম্বা বেঙ্গলদা ফোংবা লাইরিক ময়ামগী মনুংদা 'রাগ রত্নকার' হায়বা লাইরিক অদুদি য়াওদে । মণিপুরী

বৈষ্ণব পণ্ডিত স্বর্গীয় সুরচান্দ শর্ম্মনা অনুবাদ তৌবিবা 'তীগ চন্দ্রোদয়' হায়বা লাইরিক অদুগী ৱাহৌদোকতা অসুম্না পল্লি ঃ 'রাগ-রত্নকর' মমিনা রাজ-রাগিনীশিংগী মশক মওং তাকপা অথোইবা লাইরিকনি । হেন্না চাওথোকচনিংঙাই ওইবা অমনা মৈতৈ লোন্দা অনুবাদ তৌদুনা ফোঙলিবা ঐখোয়গী লাইরিক অদু পারগদি মখোয়না হায়ব - চুম্মী মসি নরহরিগী খুৎইনি, অদুবু অসিগুম্বা অমসু মানা ইবিরম্মী হায়বসিদি ঐখোয়না খঙলমদে । মসিদগীদি কলিকাতাগী ম্যুজিকেল ইনষ্ট্রুমেন্ট য়োনবা দুকান অমনা চেল্লক্কুনা ঐগী (সুরচান্দ শর্ম্মা) খুৎতা লৈবমখে খোমদুনা লৌখ্রে । মসিদগী খঙবা ঙম্মী মদুদি - থায়নগী গুরুশিংনা কয়াগী মতীক মাংঙীন থানা সঙ্গীত কলাদা শ্রদ্ধা লৈরম্বগে হায়বদু । অসিগুম্বা গুরুশিংবু ঐখোয়না মতম পুম্নমক্তা কোক নোনজফম থোকই । অদুগীসু মথক্তা ঐনা অসিমসু হায়জনীংই ঐখোয়গী ইপা ইপুশিং একাদেমি ওইবা লাইরিক য়াম্না হৈত্রবসু সঙ্গীতগী মরমদদি য়াম্না ফজনা খঙলম্মী । ডা: রেনা হেক্তা ঐখোয়গী মতম অমগী ওঝা গুরুশিং অদুবু হৈতবা তাহনবা অসি নুংঙাইতে । ঐখোয়সু মখা তানা ওঝা গুরুশিং পুম্নমক অসিগী হৌরকফম্নচিংবা পুম্নমক য়াম্না বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা হায়বদি ম্যুজিক্কী রিছার্চ মেথোদোলোজি হায়বসিগী খোঙজঙদা ঐখোয়না হিস্তোরিকেল, দেসকৃপতিক ফিলোসোফিকেল নত্রগা এক্সপরিমেন্তেল মোথোদতগীরা অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু ফংনীংলিবা মশক অদুদি থিবা তাবনি মতম চঙগনি অৱাবা কয়া থেংনগনি, অদুবু তৌদবা য়াদ্রবনি । মসিগীদমক ঈশ্বরনা থৌনা অমসুং লৌশিং পীবিগনি হায়বগী আশাদা চঙশিনজবনি ।

অতোপ্পা মতাং অমদা কম্পন অলংকার হায়বদি খোম্ভোক অনীকপা-মৈতৈগী ঈশৈদি অয়াম্বা মফমদা কম্পন হায়বসি য়াওদবা য়াদ্রবনি - মসিনি ঐখোয়গী ঈশৈগী কলচর । ডাঃ রেনা পল্লিবনা "The Musical performance and quality suffers considerably in the Manipuri style of Kampana." অসিনি । মহাক্না নুংঙাইত্রবসু মণিপুরগী মনুংদা অমসুং মপান্দা লৈরিবা মৈতৈ লখা কয়ামরুম অসিগী থৱায়দি শক্লিবা কম্পন অসিদা লৈরিবনি । পণ্ডিতশিংনা লৌনৈ "The vibration of tone and tunes creat impressions in men and animals, and colour the mind in the form of sensation of feeling" (Prajnananda) মসিনি কমপনগী মগুণ । সঙ্গীত শাস্ত্রদসু সারাঙ্গদেবনা তোঙান-তোঙানবা কম্পন ১৫গী মশক

পল্লি, পার্শ্বদেবনা কম্পন ৭ কী মশক পুথোকই । হিন্দুস্থানী সংগীতকী অমসুং কর্নাটিক সঙ্গীতকী কমপনসু খেন্নে, মরম অদুনা মণিপুরগীসু তোঙানবা মওংগী কম্পন লৈবা তাবনি ।

ডাঃ রেনা অমুক অনীসুবা পেরাগী অকোনবা পরেং অদুদা অমুক পল্লি ঃ "Most of general tunes stand on four notes sa-re-ga-ma" মহাক্না পল্লিবা ৱাতা অসিনদি মহাক অসি মৈতৈগী ঈশৈ শুক্তা তাদনা ইরমগদবা মাল্লি । মহাক্কী লাইরিক "Music of Eastern India" হায়বা অদু ভারতকী অমসুং পৃথিবীগী মী খরনা পারম্বা থোকলগসু মৈতৈ ঈশৈ তারবা মীওইশিংগী মনাকোংদদি মহাক্কী অশোয়বা ময়াম অসি অদুম খঙজরমগনি । ডা ঃ রেনা মৈতৈগী কলচরগী মশক খঙদনা মৈতৈগী ঈশৈগী মরমদা ইরিবসি অমম্বনি । ম্যুজিসিয়ানশিংনা খঙনরবা ৱাফমদি কলচর অমসুং ইতিহাসকী বেকগ্রাউণ্ড মশক শুকখঙ খঙদনা ঈশৈ অমগী মশক খঙবা হায়বসিমসু শুকওই ওইথোকলোই হায়বসিনি । ||❋||

# মণিপুরদা রামান্দী লাইনীং

ডাক্তর সুনীতিকুমার চেট্রর্জিনী হন্দক্তা রাম অসি বিষ্ণুগী অবতার নত্তে অমসুং বাল্মীকিনা সংস্কৃত্তা রামায়ণ লেংবদ বৌধ সাহিত্য অমসুং গ্রীককী ব্বারী কয়া লৌশিল্লি হায়না মত পীরকপদগী রমায়ন অমসুং রাম লাইনীংগী মরমদা নৌহৌনা থিনিঙাই কয়া থোরক্লি। খৃ: ১৯৭৫ দ (ডিসেম্বর ৮-১২) ভারতকী সাহিত্য একাদেমীনা এসিয়াদা রামায়ণগী মরমদা চৎনরকপা বিষয়দা পৃথিবীগী সেমিনার অমা পাঙথোকখি। লাইনীং অসি ভারতকী মফম পুম্নমক কনখৎলম্বদা নত্তনা অরাপ্পা এসিয়াগী লমদম অমসুং মেক্সিকো ফাওবদা প্রভাব তারম্বগী প্রমান পুথোক্লরি। যাভ, শ্যাম, বালি, অন্নাস অমসুং ইন্দোনেসিয়ানচিংবা লমশিংগা ভারতকী সংস্কৃতিগী মশক কয়াদা নকশিনহনবা রামগী লাইনীংনি। ইমুং অমগী লনথুম য়েন্নবদা রামায়ণ য়েন্নদবা চৎনৈ। ইমুংগী মী পুম্নমকনা মশাগী অমসুং লৈবাক্কী সমস্যা কোকহন্নবা রাময়ণ য়েংবা মতম অমা লৈরম্মী। কবীরদাসনচিংবা লাইনীংবা কয়া থোকখিদুনা হিন্দু মুসলিম খৎনহন্দবা লাইনীংনি। রামগী লাইশঙ খরদা মুসলিমগী লৈঙাক ঙাকপশিংনা লেম্না লম পীবা অমসুং সেবাগী পৈশা পীবা চৎনরকই। ভক্ত কবি অমসুং অফবা ঈশৈ হৈবা মী কয়া রাম লাইনীংনা লৈহাও ওইদুনা ভারতকী লৈমাইদগী লৈরাং ওইনা শাৎকাইখি কবীর, ত্যাগরাজ, পুরান্দর দাস, স্মার্তরামদাস অমসুং পেথানগী মিং মাঙবা নাইদনা তেকখত্তুন লৈরি। রমায়ণগী মনুংগী অর্থ অমসুং ধ্বনি (খুদম তৌবা) ফজবা লৌদুনা কালিদাসনচিংবা কবি কয়ানা সংস্কৃত লোন্দা কাব্য অমসুং দ্রামা কয়া পুথোকখি। লম লমগী লোন কয়াদা মশীং নাইদনা পুথোক্লবগী মনুংদা কম্বানগী তমিল রামায়ণ, তুলসিদাসকী হিন্দীদা ইবা রামচরিতমানস, কীর্ত্তিবাসকী বেঙ্গলী রাময়ণ ফজবদা শীংথানৈ। পালিদা ইবা ডশরথ যাতক অমসুং জৈনগী প্রাকৃীত্তা লেংবা পম্মাচরিত লাইরিক্তা শেমদোক শেমজিন তৌদুনা রামগী প্রভাব য়াম্না উৎলি।

অনৌবা বৃটিশনা পানবা মতমদা মাইকেল মধুসুদনদত্তনা বেঙ্গোলী লোন্দা মেঘনাদ বধ ইখি। বাইবলগুম্না নোংচুপকী লোন কয়াদা রাময়ণ অনুবাদ

তৌনখি । পৃথিবীদা ফাওরবা রাম নীংবা লাইনীংনি । ভারতকী অনী শুদ্রব রাস্ত্রপিতা মহাত্মা গান্ধী রামভক্ত অথোইবনি । রামধুন শকচবদা মথৱাই লুপচবা, রাম নাম শোনবদা হকচাংগী লাইথুং লাইনা কোকপা অদু তশেংনা উৎপিখি । মানা তম্বীরম্বা রাম রাজ্যগী ফীভম অদুনা ভারতকী অচেৎপা দর্শন অমসুং সরকারগী নীতি ওইরি ।

ভারতকী চীঙখৈ পাংবা টিথেক্তা লৈবা চীংলোন মাপলনা কোইশিনবা মণিপুর তম্পাক্তা করম্না মতমদগী অমসুং করম্না মফমদগী রাম লাইনীং হায়জিনখিব, মৈতৈগী ধর্ম্ম অমসুং সমাজগী পুক্সিদা করি খুদোল পীরম্বা অমসুং হৌজিক্তা মশক করম ফংলিবা হায়দ্রু লৌখৎচরি । ভারতকী ওইন লাইনীং অসি নৈনবদা অতৈ হিন্দু ধর্ম্মগী মশাশিং - শৈব, শাক্ত, কৃষ্ণ লাৎপা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মখলশিং অমসুং অনৌবা লাকপা ইসলাম, শিখ অমসুং পার্ষিনচিংবগা মরী শম্নবদগী কয়াম মশক হোংলকপা হায়বদু খন্দবা য়াদে । অতৈ পন্দনা মসিখক্তা খন্নবদ অচুম্বা মশক উত্তে । ঐখোযগী লৈপাক মণিপুরগী খন্নরবসু গৌড়িয়া বৈষ্ণব ধর্ম্ম অমসুং এলহৌঙৈগী মৈতৈগী চৎনরক্কবা লাইনীংগা কয়াম চুশিন্নবা হায়বা য়েংবগী দরকারনি । রামান্দীনা গৌড়িয়া লাইনীংগা কয়াম মান্নবা, হান্নগী সনামহী অমসুং উমং লাই লাৎপদু কয়াম হোংহনখিবা হায়বদু লৈবাকসিগী ইতিহাসতা চাউনা লৈরি ।

খৃ: ১২৯৯ দ পোকপা রামানন্দ অসি রামানুজাদগী থারগা মঙাশুবা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী গুরুনি; কবীরদাসকি গুরুনি । মতম অদুদা রাম লাইনীং চাউখৎলম্মী । রামগা কৃষ্ণগা খেন্নদে, বিষ্ণুগী অবতার ভাক্তনি হায়খি । বঙ্গদেশতা চৈতন্যগী মতমদসু খা-ভারতকী বৈষ্ণব লাইনীং ইন্দুনা রাম অমসুং কৃষ্ণ নীংবা ফংই । মুরারিনা সংস্কৃত্তা রাম নীংবগী মন্ত্র কয়া লেংখি । চৈতন্যনা পেল্লদুনা মুরারিদা রামদাস হায়বা মিংথোল পীখি । রামগী থৌদোক অদু কৃষ্ণগী শান্নবগুম্না লীলাদা বেঙ্গলী নহারোলশিংনা শান্নখি । খৃ: ১৫০৮ দা নিত্যানন্দনা চৈতন্য উন্নদ্রিঙৈদা মখোয়গা শান্নখি । লীলা শান্নবদা পুক্রিংগী ঈথক কয়ামুক কন্না হৌখিবগে হায়ববু অৱাবা ঘটনা থোকখি । চৈতন্য ভগবত্তা অসুম্না পল্লি - বামন অমনা দশরথকী শরুক কুম্বদা রাম বন্দা থাবগী মতাংদা ৱামনখিবনা প্লেটফোর্মদা কুম্মৈ উংনা অদুম শিখি । (D.C. Sen, Chaitanya and His Age, p. 37)

শ্রীজী গোস্বামীগী মপা অনুপম রঘুনাথ রাম নীংবা অমসুং তোয়না রামায়ণ পাঠ তৌবা অমসুং লাইনীং হোংদ্রবা রামগী ভক্তনি হায়না বৈষ্ণব শাস্ত্র কয়াদা লাউরি ।

বঙ্গদেশ অমসুং শ্রীহট্ট অসি মরুওইবা গৌড়িয়া বৈষ্ণবশিংগী অকনবা মফম ওইরবসু কলিকাতা, ধাকা অমসুং শ্রীহট্টনচিংবদা রাময়ণ চৎপা মীওই ফংই হায়বদা লান্দে । সীতাকুণ্ড কৌবা অশাবা ইফুৎ ফংলিবসি নোংচুপ বঙ্গগী অথোইবা রাম নীংফমনি । বৈরাগী মখলগী রামতশিংদি গৌড়ীয়াগুম্না খ্বাংদা ফী মচেৎ অমা থম্বা অমসুং অকোয়বদা খ্বাংদা বহির বাস য়েৎপা, জাতিবর্ণ কোম্না লৌবা, তুলসিগী লাই শিবদা মান্নবা ফংই । লাইশঙ অয়াম্বদা রামসীতা, রাধাকৃষ্ণ অমসুং চৈতন্য নিত্যাই লোইনা থমই । শ্রীহট্টকী রামন্দী লম্বোইব শান্তদাস অধিকারীনা মাগী সেবক ভগবানদাস অমসুং নরানদাসক লোয়নন ঙাপ্রুম চীংজিন্দা ফাওরক্তুনা মণিপুরদা রামান্দী শন্দোকখি হায়বসি কনাগুম্বগী মত্তা য়ানিংদে । শ্রীহট্ট অসি চৈতন্যগী মপা মপুগী হৌফমনি অমসুং ধাকা দক্ষিণ অসি চৈতন্য লাইনীংবগী মফমনি । শ্রীহট্ট লোমদগী গৌড়ীয়া শন্দোকখি হায়বসি য়ানরগা রামন্দী শন্দোকই হায়রিবা মৈতৈ ব্রারী অসি মরা চেক্তবগী প্রমাণ পী । মদু মথক্তা পনখিবা ধর্ম্ম য়ানশিন্নবগী মশক অসি য়েংলবদি পংচুম চুমগনি খনদে ।

মণিপুরদা খুয়োই তোম্পোক (খৃ: ১৫৪-২৬৪) দা পাল্লিঙৈদা চিংঙারেন্দা সীতা মৈ ইকপগী কুম্মে তৌখি হায়না লীলাগী চৎনরকপা ফংই । বামোন খুনথোকলোনগী মতুংইন্না মণিপুরদা খুন্দারবা বামনশিংনা লাইগী মুর্ত্তি অমমম কোন্নরকই । ক্যাম্বা (খৃ: চহী চা ১৫) গী মতমদা গুজরাত, ভটপুরদগী লাকপা চেট্রর্জীনা রামচন্দ্র লাৎলি । চন্দ্রকীর্ত্তি (খৃ: চহী চা ১৯ শুবা) হাক্তক্তা থুংলবা রাইবেরিল্লদগী লাকপা বমননা রামজী লাৎলি । অরিব মতমদগী ভারতকী মফম পুম্বা মণিপুরগা নক্নবা অমসুং লমসিদা লাকখিবা বামন, লম্বোইবা, লল্লোনবা, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য, শূদ্র অমসুং লানফা কয়া মখল মখলগী লাইনিং চৎলি । অনৌবা পণ্ডিতশিংনা মণিপুরগা পৃথিবিগী মফম অতৈগা মরী লৈনবদু কক্নবা অতোপ্পা মীৎয়েংদা খন্থবদু ঐখোয়গী মচামখৈ থিজিনদুনা ককৎথপা চুমই ।

মণিপুরদা চৎলিবা রাম লাইনীং অসি বঙ্গলাদেশকী শ্রীহট্টগীনি অমসুং মফম অতৈদগী মী লাকখ্রবসু অকনবা শক্তি ওইবদি ঐখোয়না হায়বা ওইথোক্তে। ইউ.পি. গী কাশী, এলাহাবাদ অযোধ্যাগা মণিপুরগা মরী লৈনবসি মী থুংলবগা খুদম অমা অনী নত্তনা করিগুম্বা মতিকচাবা খুদম ফংদে । অরিবা মতমদা মণিপুরগী রাজপুতনাগী রাম নীংফম জয়পুর, শাহপুর, মেব্বার, অলাব্বার অমসুং মধ্যপ্রদেশকা চৎনথোক্ল তৌনরম্বা ইফং ফংদে । মণিপুরদা ফংলিবা রাম লাইনীং অসি নক্লবা তখেন (ত্রিপুরা) তেখাউ (আসাম) অমসুং শ্রীহট্ট লোমদগী হায়জিনলকপা প্রমাণ কয়া পুথোকনিংই ।

(১) শ্রীকাওমচা সিংহ অমসুং অতোম্বাপু দেব শর্ম্মনা ললিতমঞ্জরী (খৃ: ১৯৩৫, থাগী চেফোং এপ্রিল) দা শিলচরদগী লাকপা মকু মমাক্লা নিংথৌ থব্বানথাবগী (খৃ: ১১৯৫-১২৯১) গী মতমদা মহাবলিগী হনুমান ফুরা শাখি হায়খি । কাওমচা সিংহনা মণিপুর ইতিবৃত্তদা হনুমান লাৎপ খৃ: ১১৯৯ দা হৌই হায় । নিংথৌ কোনুংদা শাবা লাই ১০৮ হাপ্পব ফুরাদি য়ুহারবদা নীংখাইখ্রে । হনুমান ফুরাদি হৌজিক ফাওবা লৈরি । ব্বারী অমসুং মৈতৈ পুয়াগী মতুং ইল্লবদি মণিপুরনা শ্রীহট্টগা লৈনরম্বা অমসুং লাইনীং অসি শ্রীহট্টগী শন্দোকখিবা ওইবদা ঙকনিংঙাই লৈতে ।

(২) খাগেম্বনা পানবদা (খৃ: ১৫৯৭-১৬৫২) মণিপুরগা নোংচুপকী কাছাড় শ্রীহট্ট অমসুং তখেলনচিংবা লমগা নক্লবা উই । মনাওনুপা শানোংবনা লমসোমদগী মণিপুরদা লান্দবা অমসুং লানফম কয়াবু মৈতৈ নুপী লৌহনদুনা খুন্দাহনখিবা ইতিহাসতা উরি । শনোংবনা মবাই কাছাড় নিংথৌদগী লানগী খুৎজু-খুৎলাই অমসুং লাম্মী লৌই । শ্রীহট্টকী তরবতা লৈবা নবাবকী মতেংনা মুসলিম কয়া লাম্মী ওইনা লান্দা লৈহৌবা মীশিংনা শিনফম কয়া পায়বা য়াউখি। অসিদা নত্তন যোগী, লমকোইবা অমসুং হিন্দুগী লমচৎ তশ্বীনবা মী কাঙবু খরা লাইমতোন লোমদগী লাক্লুনা বিষ্ণুপুর য়ৌখিবা ফংই । মখোয়গী প্রভাবতগী মৈতৈনা রামায়ণ নৈনবা অমসুং রামগী মপোক নুমিৎ পালন তৌরে হায়বা প্রমান পীবা পণ্ডিতশিং ফংই । হিন্দী সংস্কৃত অমসুং বঙ্গালীগী প্রভাব কন্না তাখি। মী অনী ফমদুনা লাইরিক থিবা অমসুং হায়বা কন্না চৎনরে । মমাংগী নিংথৌশিংগী মতমদা নোংচুপকী প্রভাব অদুক য়াম্না কনদে, মাগী মতমদা খংকন কনখি হায়বসি প্রমাণ ফংই ।

লানদা মাইথিরবা শানোংবগী তুংইনবা মচা মনাইশিংনা মণিপুর থাদোক্তুনা কাছাড়দা হিংবা মতমদা রাম কথা তাবা অমসুং সতা কুণ্ড দর্শন তৌখিবা ৱারী ফংই ।

(৩) নিংথৌ গরীবনিৱাজগী মতমদা লৈবাক্তা রাম লাইনীং চৎপা, শক্তা শোন্নখিবা অমসুং হৈশিংলবা অধিকারীশিংনা নিংথৌবু ঙাউহন্দুনা মৈতৈ পুবাণ মৈ থাখিবা পুন্না ঐখোয়গী ইতিহাস, অইবা রেকোর্ড অমসুং লাইনীংনা প্রমান তৌরি । মৈতৈগী কলচর মশক হোংদোকহনখিব অসি অচৌবা থৌদাং অমা শান্তদাসনা পীরি । মহাক অসি শ্রীহট্টকী নরসিংহ ঠৈলা আখড়াদগী থোক্লকপা রামানন্দী লম্বোইবনি । মৈতৈনা রামান্দী চন্দন থিনবা ত্রিফল কৌবা লৈই অহুম থিনবা, মতাইগী অনীনা চন্দন অঙৌবা অমসুং ময়ায়দনা চন্দন অঙাংবা হাপ্লা ফংই । মুলুক দাসী কাঙলুপন লাইবক্তা অঙাংবা লৈই অমতমক থিনবা, শুকথিন থিন্দবা দাদু পনথী, রাম সনেহী কাঙবুনা লাইবক্তা অঙৌবা চন্দনগী অচুম্বা লৈই অমতমক থিনবসু ফংদে । মুর্ত্তি লাত্তবা কাঙলুপতা রামান্দী থম্বসু য়াদে । মসিনা মণিপুরগী রামান্দী মখল অসি শ্রীহট্টলোমদগী য়ৌরকই তাকই।

(৪) মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লবা রামায়ণ অসি কীর্ত্তিবাসনা লেংবনি । ভক্তশিংনা ৱারী তানরিবা লাইরিক হায়বা অমসুং থিবনা শিজিন্নরিবা লাইরিক অদুসু বেঙ্গলী পয়ারদগীনি । শ্লোক থিবা, পয়ার অদু ধোলক পায়দুনা খোংজোম পর্ব্বদ শক্লবা, পেনাদা পন্দুনা শক্লবা রাম নোঙ্গাবা লাইরিক (হৌজিক ফাওবা লোয়লমদা চৎনরিবা) পুন্না কীর্ত্তিবাসকী রামায়ণনি । যাত্রা, ড্রামা অমসুং কোন্না ইনরকপদদি বাল্মীকি অমসুং তুলসীদাসকী রামায়ণ খরা শোক্লরে । ৱারী লীবনা রাম রামায়ণ, তুলসী রামায়ণ অমসুং বাল্মীকি রামায়ণ অদু ময়াম নুংঙাইনবা ব্যাখাদা পুশিন্নে । মণিপুরীশিংদা চৎনবা লক্ষণ দিগবিজয় বেঙ্গলী পয়ারদা লৈ । মধেব কান্দলী না নোংপোকলমগী ওইনা ইহান হান্না আসামী লোন্দা বাল্মীকি রামায়ণ হন্দোকলম্বা অমসুং মাগী খুৎই নমুনা অদু মৈতৈশিংনা খঙনরম্ব্রা হায়বদু নৈনফম থোকই ।

মথংদা আসামীগী সাহিত্যদা খ্বাইদগী চাউনা থৌদাং পীরম্বা শঙ্করদেবনা রামগী মরমদা থনম্বদুগী ঐখোয়গী মণিপুরী রামান্দীগা ঈশৈগী শৈহেক শৈদা, রাগ তাল অমসুং চোলোমগী মতাংদা পুথোক পুশিন চৎনগদ্রা নৈনবা চংই ।

অরিবা বংদেশ পালাদা রামকৃষ্ণ গোবিন্দ ময়েক তরেৎনা সুর পানবা, বরগীতকী আলাপ্তা রাম, হরি, গোবিন্দ য়াউবা অমসুং সোলফা সিল্লেবল (ঈশৈগী নোট উৎপা), মচা খায়বা মওং শিজিন্নদবা অসি মান্ননা উই । ব্বাহৈগী খোনথোক অমসুং ওঝাপালী জগোইগা বংদেশ পালাগা মান্নবা লৈব্রা হায়বদুসু থীফম থোকই । হে হে রাম মো র‍্যামম হায়বা লাইশোন অদু শক্লবদা শব্দ চংশিন্নবা ফংই ।

(৫) বেঙ্গলদা চৎনবা শক্তিগী প্রভাব রামনা বারণ হাৎনবা দেবী খুরুম্বা মহীরাবণনা মিত্রংগী মহৈনা রাম লক্ষন পুরগা পাতালদা থম্বা দেবীদা বলি কৎনবা থৌরাং তৌবা, তান্ত্রিক শক্তিগী ব্বাখন্না ইশিনখিবা মতাং খরা ভস্মলোসনগী ব্বারী হনুমান্না পিকশন্দুনা রাবণগী কা চঙবা, রাবণ হাৎনবা মৃতু, স্বর হু চেনবা তেন অদু মন্দোদোরীদগী হুবা, লক্ষণ শক্তিনা পানবা কয়া মৈতৈ বৈষ্ণবশিংনা ব্বারী তাবদা নুংঙাইজে । ওইথোক্তনা শক্তি কয়া লঙ্কাগী হিংচাবশিং অমসুং শিদ্ধি ফংবা হনুমান্না পুথোকপদা কামাখ্যা মনাক নকপা লমশিং অমসুং কালিঘাটকী লাইশঙনা য়ৌবা লমগী ব্বাখলনি । লম অসিসু তন্ত্রগী প্রভাব কনমনবনা শক্তিশিং অদু তশেংবা ওইনা লৌই ।

(৬) মমৈথংদা ইনরকপা রামায়ণদা লঙ্কাগী হিংচাবা খর বিভীষণ, মচানুপা তরুনি অমসুং মতু সরমানচিংবা রামবু লাইনি নীংবা বৈষ্ণবকী মওং অদুসু মণিপুরদা পামনৈ । চৈতন্য দেবগী ধর্ম্ম শন্দোকখ্রবা মতুংদা ইনবা বঙ্গালীগী রামায়ণ লাইনীং অদু অসুম তৌই ।

(৭) নোংপোক বঙ্গদেশদা নুপী চন্দ্রবতীনা লেংবা রাময়ণ শৈশক অমা চৎনৈ। কীর্ত্তিবাসকী রামায়ণদগী তোঙানবা বৌধ অমসুং জৈনগী মচাক য়াউবা অমসুং শৈশক অসিনা তামিল, নোংপোক এসিয়াগী লম কয়াগা নকশিন্নরম্বা উৎলি । রাম পোক্লবা ভুত প্রেত খুরম্বা, বামনগী যজ্ঞনা মচানিপা পিবা ঙমদ্রবদা সন্যাসীন হৈ পীজবা, সীতাবু রাবনগী মচানুপী ওইহনবা কয়া শৈশকসিদা ফংই । হয়াচক্তা নিংথৌ খিংখিং ঙাংবনা তপতৌবা, পেনু লৈমনা লফোই চাবদগী মচা ফংবা, মচে মঙানা পেনুবু বোন্দা তানথোকপা, বন্দা মচা ফংবা, মনাউ সনা ঙাংজেংসুনা থেংনবা ব্বারী অনিগা হাইফেৎ চান্নে । ব্বারী লীনবদু চন্দ্রাবতীগী বালাদা করিগুম্বদা শোন্নে ।

(৮) শ্রীহট্টগী নরসিংহ ঠীলা অখড়া অসি নরসিংহ অমসুং রামান্দী অনীমক্কী মফম ওইনা মৈতৈশিংগী লাইরিকশিংনা প্রমান তৌই । শৈব আগমনা বিষ্ণুগী অবতার পূম্বা লাৎপা য়াদ্রগা নরসিংহ রামগদি লাৎপা য়ানৈ । মুতুম ঝুলনগী বিজয় পঞ্চালীদা নিংথৌ গরীবনিৱাজনা রামজী প্রভু অমসুং নরসিংহ নির্পন তৌই হায় । চহী তরেৎ খুন্তাকপদা রামজী, সীতা অমসুং লক্ষ্মণগী মূর্ত্তি অসি নরসিংহ ঠিলাদা থমলুই । চন্দ্রকীর্ত্তিনা অহানবা পানবদা মণিপুরদা লেংথোরক্লগা চৈবাপ মনিংদ লাৎলি । অনীশুবা পানবা কান্দা হান্না থমলম্বা নিংথেম পুখ্রী মপান্দা অমুক লাৎলি হায়দুনা চৈথারোল কুম্বাবনা প্রমান তৌই । মপাললোমদগী লাকপা রামান্দী লম্বোইবশিংনা নরসিংহ মুর্ত্তি লোয়নবা বমন খুনথোকলোন অমসুং মৈতৈ পুরানশিংনা উৎলি । নরসিংহ মহারাজনা নরসিংহ ঠীলাদা নরসিংহ লাৎনবা সেবারী হাপ্লিখি । চন্দ্রকর্ত্তিনা জিলা দরকার থোক্লকপদা মণিপুর থোকচগে হায়বা লক্ষ্মীপুরদা লৈরম্বা রামান্দী লম্বোইবা অদু নরসিংহ মুর্ত্তি পুই ।

(৯) খুৎকন পাঙ্গল্লবা নিংথৌ গরীবনিৱাজগী মতমদা রামান্দী (রামাত নত্রগা রামানন্দীবু মৈতৈনা শমজিন্না রামান্দী কৌনৈ) প্রভাবতা তাউদুনা রামচন্দ্রনা লৈবাক্কী অচৌবা লাই ওইখি । মতুংদসু রামান্দী লম্বোইবা মথং মথং লাকখিবা চৈথারোল কুম্বাবদ ফংই । ভাগ্যচন্দ্রনা পানবদা রামন্দী থুংলৈ । চন্দ্রকীর্ত্তনা মতিক চাউনা মণিপুরদা পাল্লিঙৈদা অকনবা মওংদা ভারতকী মফম পুম্বদগী হিন্দু সভ্যতাগী মওং হায়জিনখিবনি । শ্রীহট্ট অমসুং বেঙ্গলগীদ নত্তনা মফম অতৈগা মণিপুরগা শম্নবসু হেনগৎখি । রাম লাইনীংদুনা অৱাং ভারত, মধ্যপ্রদেশ অমসুং রাজপুতনাদা ফংবা রামগী মশক কয়া থুংলখি । খৃ: ১৮৫৭ কি শজিবু ২৩দা রামান্দী অহুম, খৃ: ১৮৬১ লমদা ১৪ পানবা থাংজদা রামান্দী ৩০ থুংলৈ । খৃ: ১৮৯১ মহারাজ চুড়চান্দদা পানবা হৌগৎলকপদা রামান্দী ৫ লাকই (অসিনচিংবা) । নিংথৌ গরীবনিৱাজগী মতমদা কন্না শন্দোরকপা তুংদা লাইনীং অসি পায়খত্তে । লাই মুর্ত্তি লোইনরকপা ঈশৈগী খুৎলাই, লাইশোন অমসুং লাইরিক কয়া পুথোকই হায়বদি চুমই । মরাতাবা প্রভাবতি উৎলমদে । চুড়চান্দগী মতমদা নিংথেমপুখ্রী শেংদোকপদ ময়ুম মতোন্দা ফংবা লাইশিংগী মনুংদা রামচন্দ্র ভাগীরথ অমসুং গঙ্গা য়াউবা, ঙাপ্রুম চীংজীন্দা হনুমানগী মুর্ত্তি নুংদ য়েকপা লৈরম্বা, গোবিন্দজিউগী লাইশংদা হনুমানগী মুর্ত্তি শাদুনা থোঙ শংহনবা, অয়েকপা লাইদ ভাগীরথনা গঙ্গা পৃথিবীদা পুরকপা, হনুমান্না নুমিৎপু শেগাদা

থম্বা অমসুং রাম সীতা পম্বা, হনুমান্না চীং ফুক্তুনা পাইবা, রাবন্না সীতা হূবা অসিনচিংবা ফংলিবসি মতমসিৱাইগী পোখোকনি । অরিবা মতমদা পুখৎপা য়াদে । সুমাংলীলাদা পাম্নবা চন্দ্রজিনী লীলা অসি লঙ্কা ফাওবদগী লৌবনি । লাইনীংসিগী প্রভাবনি ।

(১০) রামদা নত্তনা সীতা, লক্ষণ অমসুং হনুমান লাৎপা, মৈতৈ লৈবাক্তা ফংই। মখুৎ মরি পানবা মূর্ত্তি ফংদে । উনা শাবদা খুৎলাই য়াউদবা অচম্বা মূর্ত্তিদমক উই । চেদা য়েকপদা তেল পায়বা অমসুং হনুমান্না থৌগনবা, রাবনগী লান তৌনবা য়াম্না পাম্লে । ফৈজোম থোনবা, কোয়েৎ হাপ্পা অসি লমসিগীদা ওইবা অতৈ মফমদা ফংদবা মশকনি । হনুমানজীগীদি ধাতুনা শাবা হুইমুক্তা ৱাংবা মূর্ত্তি, নুংদা হকপা অমসুং উনা শাবা কয়া থেংনৈ ।

মণিপুরদা রামান্দী ঈহৌগা লোয়ননা তম্পাক্কী মৈতৈশিংনা মনা-মশিং চাবা, নোংগ্রুং ইরুপ্পা, শা, য়ু থাখিবা ওক অমসুং য়েন লোইদবা, শিরগা মৈ থাবা (মমাংদসু চৎনৈ), লাইবক্কী শরু অদু গঙ্গাদা থাদবা অমসুং তীর্থ চৎপনচিংবা হৌরকই । বৈষ্ণব চৎপশিংনা মুগাফি অমসুং শামতুবু অশেংবা ওইনা লৌবসি রামাইত বামন (অচারীশিংনা) চৎনবগা য়াম্না মান্নে ।

মী মমিংদা রাম, লক্ষণ, ভারত, বিভীষণ, ভগীরথ, গঙ্গা অমসুং সীতানচিংবা থোন্নরকই । লম মমিংদা রামনগর, রামশালা, মহাবলীনচিংবা রামান্দী প্রভাবতগী শেমখি । নিংথৌ পামহৈবনা গোমতি মহারানীদা ৱাশকখিবা মতুংইন্না মচা অহল শ্যামশাইদা নিংথৌ খুভম পীদুনা অজিৎশাইদা পীবদু দশরথনা কৈকেয়ীদ হায়খিবগী ভরতপু নিংথৌ ওইহনবগী প্রভাব ফংই ।

শ্যামশাই খুরাইলাকপা তোমথিন ঙানখিবা মনসিদ্ধি ফংবা হনুমান ভক্তনি। মহারাস্ত্রদা ফাউখিবা স্পার্ত রামদাকগা চাংদম্নবা য়াওই । মপানীংবদা রামগী মওং মরৈবাক অমসুং মজাতিবু নুংশিবা রামগী পান্দম অমসুং অৱা লান্দা হৈশিংবা উৎপদা রামগুম থৌনা লৈবা থেংনৈ । ঐখোয়গী পুয়া, মৈহৌরোল অমসুং চৎনরকপদা শ্যামশাইগী শক্তি, হনুমানগুম্না য়ৌগে হায়বদা ঙম্বা অমসুং ঈশিংদা শিদবা ঙম্বা কয়া ইদুনা থমলম্মী ।

রামান্দী ঈথিন্দগী রাম নাম উন্নবদা শোনবা, রাম তারকা মন্ত্র শিজিনবা মণিপুরদা চৎনখি । 'ম' য়াউদ্রবদি মনশিবয়া ওইদদুনা 'ন' শিব ওই, 'রা'

য়াউদ্রবদি নমো নরায়ন্য ওইদদুনা 'নম' নারায়ানা হায়দুনা 'নারায়ণ' লৈতবা তাহল্লি। রাম হায়বা ৱাহৈনা রুদ্রগুম ফত্তবা মাংহনবা অমসুং বিষ্ণুগুম ঙাকপি হায়বগী অচুম্বসি খঙনখি। সনামহীগা লৈমরেনগগী মূর্ত্তি অমুক শারগা রামান্দী তারক মন্ত্রনা জীবন্যাস তৌখিবা ৱা সনামহী লাইকলদা য়াউরি।

মৈতৈগী অনাবা য়েংবা মাইবা অমসুং পাঞ্জি য়েংবা মীওইনা রামায়ণদা য়াউবা মৃত্ত শঞ্জিবনি, শীদ হিদাক্কী মগুণ, জম্বুবান অমসুং বৈদ্য সুষেনগী পুকশুবা হৈবা লাইয়েং বিভীষণগী পঞ্জি হৈবা অদুবু তশেংনমক ফজে। হনুমান চক্র য়েংবা অমসুং তুংগী ফল যুম্ফম শাবা অফবা মফম য়েংবদা রাম, লক্ষ্মণ অমসুং সিতাগী মম্মিংদা খুং নমহল্লগা ফল ফাকপা চৎনৈ। রামায়ণ পাবা অমসুং তাবা অসি ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদা গৌড়ীয় কনখৎত্রিফাউ তৌখি।

রাম লাইনীংবু লৈবাক্কী ধর্ম্ম ওইবসি মতম কুইনদি নত্তে। নিংথৌ গরীবনিৱাজমক্কসু ধর্ম্ম হোংলক্কনা রামান্দী চৎপা মীবু লোই থাবা, ৱাকোংবা অমসুং মশাদা নত্তনা প্রজাবু রামান্দী, গৌড়ীয়া অমসুং সাধ্য ধর্ম্মদা ওলহনখিনু ফংই। নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রদসু চন্দ্রকর্ত্তিনা পানবা ফাওবদা গৌর ধর্ম্মনা মপুং মরৈ ফাখ্রবা মতমদা মৈতৈনা রামবু লাই মশক নাইবা অমা ওইহনখি। মণিপুরী বৈষ্ণবশিংগী খ্বাইদগী অথোইবা লাইদি শ্রীগোবিন্দ অমসুং রাসেশ্বরীনি। নিংথৌ ওইবতনা সেবা চৎলি। নিংথৌ লাই ওইনা সেবা চৎনখিবা লাইশিংদা শ্রীগোবিন্দ, বিজয়গোবিন্দ, নিত্যাইনন্দ, অদ্বৈত, বৃন্দবনচন্দ্র মহাবলী ঠাকুর পনবা য়াই। নিংথৌ খঙনা কুম্মৈ অমসুং পূজা তৌই। সেবাদি যুবরাজ, নিংথেমচা কাঙবুনা অমসুং নিংথৌমচানুপী লৌখিবা শাগৈ খরনা পাঙথোকই। চুড়চান্দ মহারাজনা পানবা হৌগৎলকপা ব্রিটিশনা লৌ-ইংখোল জারিপ তৌদুনা খাজনা লৌখৎপা কান্দা মমাশীজ অমসুং মোইরাং নিংথৌ অনীনা বর সাহেবতা হায়জদুনা লাই তরেৎ অসিগী লৌ-ইংখোল খাজনা লৌহনখিদে (চৈথারোল কুম্বাবা, লা: ৫১৮)। অসি নত্তবা কামাখ্যা দেবী অমসুং লুরবা উমংলাই কয়াসু শক্তি অমসুং এলহৌঙেদগী লাইনীংগা কোন্ননা ফংলি।

শ্রীরামজী প্রভু অমসুং হনুমান ঠাকুর অনীগী সেবাগীদমক রামজী পলা, হনুমান ঠাকুর পালা শেমদুনা থমই। লাইশঙ শেম্ব, লাইগী মূর্ত্তি অমুক শেমজিনবা মৈতৈ নিংথৌশিংগী পুন্যগী লম্বীনি খন্নদুনা পাঙথোকনৈ। মৈতৈশিংনা শ্রীরামবু

(চন্দ্র থাবু মশাগী শরুক ওইনা লৌবা রামচন্দ্রসু কৌই) বিষ্ণুগী অবতারনি হায়না লৌবসি তুলসী দাস অমসুং কন্থান্না ইরম্বগা মান্নে । নিপা অথোইবা ওইনা লৌবা বাল্মীকিকিগী মইগা খেন্নে । মৈতৈরোন অরিবগী শ্রীমদ্ভাগবত গীতা লমাই ১৫৪ দা শ্রীরামবু বিষ্ণুগী তরেৎসুবা অবতার ওইন ইরি - "... দশরথ নিংথৌ মপারী কৌশল্যা সতী অচুম্বী পায়বা উনকোইগী চীংঙু শ্রীরামচন্দ্র অহেনববু ওইনা ফাউবিররবগা চীংঙু শংবান্ননা মিৎ তরেৎ সনা য়োই থম্বাল মিংলোং থম্বাল মাল্লিবা সুর্য্যবংশ শাগৈগী চন্দন লৈবু ওইনবা ... জগৎ মাতা লাইরৈমা স্বয়ং লক্ষ্মী মশান ওন পলেম সীতা লাইরৈমগী অব্রা মখে তাববু কোকপিরবসু হে নীলমাধব কৌবা চীংঙু জনার্দ্দন শিদবা নঙনে ।" ।

মৈতৈলোন অরিবদা হনুমানবু 'লুংনাংপান পাঙ্গনবা' কৌনখি । মৈতৈনা অব্রা লান চঙবদা লানগী ফীরান্দা হনুমান য়েকই । খোংজোম লান চঙবদসু লানমীগী ফীরান্দা হনুমান য়েকই । ফীরান্না খ্বাইদগী মাংদা চৎপা মতুংদা ময়াম ইন্নে ।

লৈবাক নিংথৌগী ফত্তবা থোকপা অমসুং লান মাই পাকলোইদবা মমিং চৎপা লাইশিং অসিদগী খুদম লৌবা চৎনরমই । গরীবনিৱাজগী অকোনবা অব্রা লান চংবদু হনুমান য়েকপা ফীরান অদু নুংশিংনা হুমদোক্তুনা থুদেকপা উবদগী লান তোক্তুনা সন্ধি তৌনখি । খৃ: ১৮৯১ গী লান্দা মণিপুরগী নীংতম্ব মাংলমদাইদা লৈবাক্কী ফত্তবা খুদম কয়া থোকখি । রামচন্দ্র প্রভুগী মশক ঙাংনা উবা, মাগী লাইশঙদা ঈ য়াম্না তারম্বা খুদম কয়া চৈথারোল কুম্বাবদা পল্লম্বা থেংনৈ । ঈরাৎ-পূজা কয়া তৌদুনা লাই খুরুমজবা অসি মণিপুরী বৈষ্ণব ধর্ম্মগী চৎনবীনি ।

অরংফম ফম্বা ওঝাশিংনা রামজীবু ক্কা-তাঙ্গ কৎপদা গৌবিন্দদগী খর হন্থবা ওইনা লৌনৈ । শ্রীগোবিন্দদা ক্কা মপুম ৭ হাপ্তুনা পান তাঙ্গ কৎপদা রামজী প্রভুদা ক্কা মপুম ৬ অমসুং মহাবলী হনুমানজী দনা ক্কা মপুম ৩ কৎনৈ। মসি মৈতৈনা উজবা মশকনি ।

লমসিগী প্রজানা শেমগৎপা লাইগী মূর্ত্তিশিং অমসুং মরী লৈনবা লাইশঙশিংনা মণিপুরগীদা নত্তনা ভারতকী মফম অতৈদগী লাইনীংবা অমসুং তীর্থ চৎপা কয়া পুরকই । মণিপুরদা ফংবা নিংথেমপুখ্রী মপান্দা লৈবা রামজী প্রভুগী লাইশঙ অমসুং ইম্ফাল তুরেল মপান্দা লৈবা হনুমান ঠাকুরগী লাইশঙ শেংই ।

রামজীগী লাইশঙদা হৌজিকমক রাম সীতাগী মুর্ত্তি অনী অনী, লক্ষমনগী মুর্ত্তি অমা, নিংথৌ গরীবনিৱাজগী মুর্ত্তি অমা, রামান্দী হৌদোকপা শান্তদাসকী অমা ফংই। মমৈথংদ বিষ্ণু বলভদ্র নবদ্বিপচন্দ্র অমসুং মহাদেবগী ফংলকপা মুর্ত্তিসু হাপচিনখি। রামজীগী মুর্ত্তি অসি তেখাউ লৈবাক্তগী লাকপা সুপানন্দ অমসুং পরমানন্দ কৌবা বামন অনীনা ঙাপ্রুম চীংজেন্দা পুথোরকপা মুর্ত্তিসি মাঙখ্রগা কাংঙবা য়াঙম্বনা শনথি শেংবদা থেংনবা, বামন অনীনা গরীবনিৱাজগী হুকুমনা সেবা তৌখিবগী ৱারীসু চৎনৈ। গরীবনিৱাজনা লিংখৎলম্বা রাম অমসুং সীতাগী মুর্ত্তি অদু চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা মাঙখিবদগী অমুক নিরুপণ তৌহনখিবা, মতুংদা হান্নগী মুর্ত্তি অমুক ফংলম্বগী ৱারীসু চৎনৈ। অৱা লান কায়বদা সেবা তৌবা বামোন্না রামজীগী মুর্ত্তি পুদুনা চেনখ্রগা তেরাকৈথেল মনিংদা লৈবা রামজী হাউখুনগী চীংয়াদা লোৎলমই। হাউনিংথৌনা পাম য়ানবদা থেংনদুনা নিংথৌদা অমুক কৎলকপা ৱারী ফংই। গোবিন্দ, বৃন্দাবনচন্দ্রনচিংবা লাই ৱারীদা চীংমীগী তৎন-থান য়াদবা মরী চীংমীশিংদা কৃপা পীবিবগুম রাম সীতানা হাউখুনগী পাম অয়ানবা চাথোকপা, লোত্তুনা লৈবা মুর্ত্তি অনী ফংগে তৌবদা লৈনুংদা চংবা অমসুং পাম তৌবদা শোককনু হায়না খুদম পীবা ৱারী কয়া রামজী প্রভুদা চৎনৈ।

ৱারী নত্তবদা ইতিহাসকী য়েংলবদা মূর্ত্তি অসিসু করম্না নরসিংহ ঠিলাদগী পুথোরকপা, অনীশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাউদা করম্না লাই পুদুনা চেনবা হায়বদু অচুম্বা ফংলি। সেবা তৌরিবা অদু নিংথৌ হুকুম্না লাইগী লৌচা পী। নিংথৌ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা শঙনবা সিপাই অমসুং নোংমৈ পায়বা ফংই। লাইগী সেবাদ ৱাথোক ওইখিবদু লৈবাক নিংথৌগী ওইনা খঙনৈ।

পুক্লিংগী অপাম্বা থুংহনবীনবা, ৱাথোকপা ঙম্নবা অমসুং চাউখৎনবা ফংনবা মণিপুরী বৈষ্ণবশিংনা মতম অয়াম্বদা রামজী প্রভু খুরুমই। লাইগী মওং চেপ্পা তুব অমসুং খুদম কয়া খুরুম্বা মতমদা লাইমনাইনা ফোঙদোকই। রামজীগী সেবা মৈতৈ বামন্না বৈষ্ণবকী হৌনবীদ পূজা তৌই। শা, ঙা অমসুং তান্ত্রিক প্রভাব তাদে। চূহী, শঙ্গোম অফম্বা, খোইহী, হৈ লৈনচিংবা পোৎলম কৎলি। মণিপুর বৈষ্ণবশিংনা হান্নগী লাইনীং চৎনরোল পুশিন্দুনা রামজীনা লফোই লফাং চং থোকপা, হৈজাং, সনা লুপা কৎপ, চেং হৈবা অমসুং ফৌ হৈবগী থৌরম পাঙথোকই। প্রভুগী খ্বাংজেৎ নমথাং অমসুং কোয়েৎ অহনবা কৎনৈ।

হনুমান ঠাকুরগী লাইশঙসি মৈতৈ পুয়াদা মোংবা হনবা, হলু-লমহা হায়না খঙনবা লাইগী খুন্দিন্নফম অরুবা মফমনি । বকদণ্ড কৌদুনা মমাই মঙা ফাংবা মহাদেবগী মফমসু ওইনা বিজয় পঞ্চালিদা ই । মফমসিগী হিদেন্দ পাখংবা থৌনিফম অমসুং উমংলাই ময়াম খোমগৎলগা উমংসিদা ফুমখিবা থেংনৈ । নিংথৌ গরীবনিৱাজগী মতমদগী লাইশঙ অসিদা লৈবাকপোকপা খুদিংগী মীনা খুরুম্নবা, ঠাকুরগী সেবাগী য়োংশিংনা নোংমাইজিংদগী য়োংলানলোমদা লাক্কুনা মহাবলীদা লৈখিবা অমসুং হনুমানগী মূর্ত্তি অনী থম্বা হৌখি । লাইনুংদা লৈবা সনাগী পঞ্চমুখী অসি খরনা শ্যামশাইনা হনুমান নীংবদা ফঙখি হায়নৈ । কনাগুম্বগী মত্তা রামজী প্রভু য়ৌবা মতমদা হনুমানগী মূর্ত্তি য়ৌরক্কুনা লৈবাক নিকখি । ময়াম্না থিবদা ইম্ফাল তুরেন মপান্দা লৈক্রক্তা হুইমুক ব্রাংবা সনাগী মূর্ত্তি অসি লৈরমইসু পন্নে ।

হনুমান ঠাকুরবু মৈতৈ বৈষ্ণবশিংনা কৃষ্ণজন্মা, থৌরানীজন্ম অমসুং বামনজন্মদা খুরুমনৈ । শান্তিদাসকী মপোক নুমিৎ লৈবাকপোকপদা খুরুমনবদ নত্তনা থাংজদা চৎনবসু মহৈ চাউই খন্নে । মশা মউ শোনবা মীনা অনাবা কোক্লবা অমসুং পাঙ্গল কনখৎনবা ঠাকুর দর্শন চৎনৈ । য়েক্লবা ঙম্লবা অমসুং মশা কন্নবা নীরবদি মহৈ শোইদনা ফংই হায়না চেৎনা থাজনৈ । মপান্দা থম্বা নৃঙগী মূর্ত্তি দর্শন তৌবদি মী পূম্নমক য়ানৈ । মনুংদি পঞ্চমুখীদি পাক চঙহন্দে । সেবা চঙবা ঠাকুরদ মরম কৃপ্না লীবা চঙই ।

হনুমান ঠাকুরজীদা ক্ষের, খেচ্রি অমসুং লমসিদা ফংবা হৈ, লৈ অমসুং লা কৎনৈ । রামজী প্রভুদা কৎলুবগী নির্মল য়েন্নে । ঠাকুর দর্শন চৎপদা সেবাগী লৈরিবা য়োংশিংগীদমক কবোক , হৈরা অমসুং অথুম-অহাউ কয়া পীজবদা অমুক মহৈ ফংই থাজনৈ । হৌজিকমক্তা হনুমান নীংবনা রাম নীংবদগী হেন্না পান্নম্বা অমসুং মী য়াম্না চাউনা লাৎনবসু ফংলকলি ।

চৈথারোল অমসুং বিজয় পঞ্চলি নৈনবদা কাছাড় অমসুং মণিপুরগী ........ মফম চীংলক অমসুং বরাক তুরেন মপান্দা রাম লাইনীং ফংলম্বগী খুদম ফংই । নোংচুপলোমগী লাইনীং অসি চৎপ মীওইনা হৌদোকখি । নিংথৌ গরীবনিৱাজনা তখেনলান ঙম্লবা মতুংদা তুয়াই ইরোংদগী উ অমা য়ানদুনা হিয়াং শাই । খ্বাই মরিন ইন্না তোংলগা রাম লক্ষ্মণবু খুরুম্লুই হায়রি । মফমদগী

চীংমীশিংদা নিংথৌনা রামায়ণগী প্রভাবতা ওাউদুনা রাম লক্ষ্মণগী খুভম কদাইদনো হংবদা মখোয়না তাকখি হায়রি ।

বামোন্না বৈষ্ণবকী পুজা কায়দনা লাৎপা নত্তনা মণিপুর তোপ তোপ্পা মওংদা থম্বা থেংনৈ । থীনুঙ্গৈদা রাম অমসুং সীতাবু লাই হরাউরগা খুরুমনৈ। উমংলাই ওইনা লৌনৈ । খুরাই মনাক্কী টেলী লৈফমদা হনুমানজীগী অচৌবা লাইশঙ অমা লৈ । মসিদা পীথ্রাইগী গোপালজী, শলগ্রাম চক্র অমসুং মহাদেবসু লাৎলি । কৃষ্ণজন্মদা কুম্মৈ চাউনা টেলীশিংনা তৌই । আরতি নুংতিগী কৎপদ হিন্দীনা রামভজন শকই ।

লাইনীং অসিগী মরী লৈনবা মরুওইবা কুম্মৈদি ক্বাক যাত্রা (বিজয় দশমী) রাম নবমী, হনুমান জয়ন্তী অমসুং হৈক্রু হিদোংবনি । নিংথৌনা চাউনা পাঙথোকপা কুম্মৈদি ক্বাকযাত্রাদনি । হৈক্রু হিদোংবগী থৌরম অসি নিংথৌ ইরেংবনা (খৃ: ৯৮৫-১০৭৪) পানবদগী লৈরকলে । নিংথৌ গরাবনিৱাজনা চীংঙু খমলাংবগী হরাওবা তোক্তুনা শ্রীরামচন্দ্রদা হৈক্রু পরেং কৎতুনা অমুক হোংদোকই । মতুংদা লাংবন ১১নি পানবদা শ্রীবিজয় গোবিন্দগী থাঙ্গপাত্তা হৈক্রু কৎপা অমসুং হিয়াং তান্নবা চৎনখ্রে । হৌজিক লৈবাক্কী কুম্মৈ ওইনা পালন তৌরিবা হৈক্রু হিদোংবা অসিদি রাম লাইনিংগা মরী লৈনদে ।

রাম নবমী কুম্মৈ অসি চৈত্র (মার্চ্চ-এপ্রিল) গী মাপন্নি শুবদা রামগী মপোক নুমিৎ ওইনা ভারতকী মফম অয়াম্বদা পালন তৌই । মমাং নুমিৎ নিপালগী নুমিদাংদা রামায়ণ ৱারী তাবা মহৈ য়াল্লি হায়দুনা পণ্ডিতপু ৱারী লিহল্লি। মৈতৈগী চৎনরকপনা নুমিৎ অসিদা থোইদোকপা অশেংবা উত্তে । অতোপ্পা কুম্মৈশিং অমসুং ৱারী লাইরিক তাবদা রামায়ণ কথা তাদুনা লৈ । কুম্মৈ অসিদা থৱাই য়াউবা খরনা রামজীগী লাইশঙদা উৎসব তৌই অমসুং কীর্ত্তন কৎপদি হন্দক মরক্তা ফংই । সীতা নবমী (৯নি কালেন-বৈশাখ) অদুক হাক্লা পালন তৌনদে ।

চৈত্র (মার্চ্চ-এপ্রিল) গী পূর্ণিমাদা হনুমান পোকপা পালন তৌবসি থোইদোক্লা কুইদনা চহী অমা অনীসিদা ইম্ফাল মনুংদা চৎনরকই । খ্বাইরাম্বন্দ বজারদা লৈবা দেশৱালী লল্লোনবা অমসুং শিনফম নাইবা কাঙবু মখৈনা হনুমানগী মূর্ত্তি অদু গাড়ীদা পুদুনা প্রোসেসন চৎলি । মৈতৈগী কীর্ত্তন

তৌবা কাঙবুসু প্রোসেসনদা শরুক য়াহল্লি । ফীরান পায়বা, বজাই বেঙ্গল খোংবা অমসুং চৈ হায়বা মীওই কয়ানা বাজারদগী হনুমান ঠাকুরগী মন্দির মহাবলী তান্না চৎলি । মরী লৈনবা চে য়েনথোকই । মন্দিরদা মখল কয়াগী প্রোগ্রাম কয়ামুকসু পাঙথোকই । ধবী, টেলী, নাপীত লোইনা রাম ভক্ত ওই।

ক্বাক যাত্রা (বিজয়া দশমী) - মৈতৈগী চৎনরোলগা শমজিন্নবা মরুওইবা লৈবাক নিংথৌগী কুম্মেবু মেরাগী ১০নি পানবদা ক্বাক যাত্রা হায়না খঙনৈ । লাইনীং অসি এলহৌ মৈতৈগী থাজনরবা মচল অমসুং শক্ত প্রভাবগী দূর্গা পূজাগা তোৎশিন্নখরে । গরীবনিৱাজগী মতমদা খৃ: ১৭৪৪ মেরা ১০নি পানবা ইরাইদা ইহান হান্না হৌদোকখিবা চৈথারোন কুম্বাবগী লামাই ৯৭ দা পল্লি ।

মতিক মথৌনা লৈরবা নিংথৌমচা রামনা ফক্তুবা রাবনবু হাত্তুনা মায়পাকপগী কুম্মে তৌবগী চৎনরকপা অদু বিজয়া দশমী নুমিৎসিদা মাঙদনা তিল্লরে । ভারতকী অতৈদা চৎনবা দসেরা অমসুং রামলীলাগা য়েংনবদা করিসু হৠনিংঙাই লৈত্রবা মৈতৈগী রাবন কাপ্পা নৎত্রগা ক্বাক কাপ্পনি । করিগুম্বদা তৌগদবা নুমিৎসু মান্নদবা, মণিপুরগী লৈফম্না পীব পুংশিং মতুংইন্না চৎনবা ফংই । ইংরাজী তারিক চত্তবনা মৈতৈ কুম্মেনা ভারতকী কুম্মেদগী নোংমা চোনথবদা চৎপসু হেক হেক ফংই । রাবন কাপ্পগী কুম্মে অসি নিংথৌনা রোয়েল ফেশন (নিংথৌগী কায়দা) দা চৎহল্লম্বনি । অয়ুক্তা সেনাপতি বরিবা কৌবা চৎনৈ । মমাংঙৈদা চৎলম্বা ফম কয়া লৈখিদ্রবসু নুমিৎসিগী দল্লক লান ঙক্লবা সেনাপতিগী ফম হাপ্পসি হৌজিক ফাউবা চৎনরি ।

নুংথিলদা ফম্নাইবা, অঙম অথৌ কয়া দোলাই, শগোল তোংদুনা কোনুংদা তিল্লি । সেনাপতিসু শগোল নত্রগা শামুদা তোংদুনা নিংথৌগী শঙ্গাইদা মতম চানা য়ৌরকই । নিংথৌনা পুক্লিং হুবা মওংদা শামু খাবম লাকপা মথক্তা সেম্বাং মহুমদা তোংই । নুমিৎসিগী ওইনা শাফী লানফী শেৎপা, অরাম্বাই হাপ্পা, খুৎলাই মখল পুবা অমসুং খোংগমমেলৈ অমসুং ক্বাকলৈ চরোং অদু কোয়েৎ মথক্তা থেৎপা চৎনৈ । খামেন চৎপা, রেশন ফুরিৎ, খ্বাংজেৎ-নমখাং, কোয়েৎকী মচু, খুজি, অমসুং তান মণিপুরগী খুৎশা হৈবদগী থোক্লম্বা ঙাক্তনি । পণ্ডিতনা লেপ্পা মায়কৈদা ক্বাক তানফমদা ক্বাক শঙ অমা চাউনা শাই । মফম অদু তম্না অফবা খেনফমদা নিংথৌ, সেনাপতি, অকন-অথৌ মাইবা মাইবী অমসুং পেনা পবেং লেংদুনা চাউনা চৎপা চৎনবী কুম্মে পাঙথোকই ।

মফম অদু য়ৌনবা লশ্বী অদু সনা থৌগল হায়দুনা মতিকচানা ভাকশেল্লি। লফু য়ুংবা অমসুং অথেনপোৎ কৎপসু মচি মচিদা তৌই । নিংথৌনা ক্লাকশঙদা থুংলবদু য়েংনবা মী য়াম্না তিল্লি । অরাপ্পা লমদমগী মীওই কয়াসু ক্লাক য়েংনবা মরী মতাগী ময়ুমদা লাকনৈ । মপানগী লময়েংবা অমনা মণিপুরগী সমাজগী মওং য়েংবদা খ্বাইদগী চারবা মতমসু থোকই ।

ক্লাকশঙদা নিংথৌ সেনাপতি অমসুং ফম্নাইবা কয়া মথং মনাও ফম্মে । মফমসিদগী খরা লাপ্পা মফমদা অথুম অহাউ থাদোক্লগা ক্লাক ময়ামদা পীজে । মথক্তা তেন নত্রগা নোংমৈ কাপ্তুনা থুগাই । ক্লাকশিংনা পাইখিবা মায়কৈ অমসুং মওং য়েংলগা কুমগী অফ-ফত্ত খঙনৈ । লম অচৌবা নত্রগা তুরেন মপান্দ চফু তরা লেংদুনা রাবন মকোক শেমই । মণিপুর রাইফলগী সিফাইশিংনা রাবন কাপ্পগী থৌরম পাঙথোকই । মসিগী মমাংদা নিংথৌ নত্রগা যুবরাজনা উকাই কাপ্পা অমসুং পানা পাম্বোমনা তেন খুনবা কুম্মৈ মহৌশাগী মোইরাংদ চৎনরম্মী । লৈত্রাম অমসুং ফয়েংদনা লাই হরাওবা লোইরকপদা উকাই কাপই ।

অঙম অথৌবশিংনা ক্লাক কাপত্রিঙৈদ ক্লাকশঙদা থাং, তা, গদাগী কুম্মৈ তৌনৈ । পেনা শকপা, মাইবী জগোই, য়ুবী লাকপী, মুক্না অমসুং মিত্রংগী কুম্মৈ কয়া হাপচিল্লি । অকোইবদা লমদা লৈবা চীংমী লোই-শিংসু কুম্মৈ অসিদা শরুক য়াই । মতম চানা ক্লাক কপ্লুবা পানা অমসুং হাজারীনা নিংথৌ অমসুং সেনাপতিদা মরোল লোন্দুনা ক্লাক কাপ্পগী পাউ তমই । পাউ পুবা মীদা ক্লা লানবি, পরিফি অমসুং থুমবোন নামা মনা পী । কুম্মৈ অসি লোইশিল্ললগা কোনুংলোমদা হুল্লকই । মখা তাবা দেবী থাঙ্গপাত্তা থাদবগী কুম্মৈ নৌকাখেলা অমসুং মৈ কাপ্পগী কুম্মৈ কয়া উৎপদু শাক্ত লাইনীংগী ওইখরে ।

কুম্মৈ অসি পাঙথোকত্রবদি লৈবাক ইংনা পানবা অমসুং চাউখৎপা ঙমদে থাজনৈ । নুমিৎসিদা খোংদ্রুম, মাইরেন, সেবোত অমসুং মোরোকনচিংবা মরূ হুন্দুনা থাবা ফৈ হায়না খন্নে । ক্লাক নুমিত্তা অঙাং অমা পোরগা খোংদ্রুম অমসুং মাইরেন মরন্দু লৈবাক্তা ফুল্লবদি তীন চেনদে অমসুং য়াম্না ফদুনা পোৎখোক কাই হায়বসি হৌজিকমক চৎনরি ।

**ৱারোই তাবা ঃ**

মণিপুর ভারতকী ইউনিয়নদা তিন্দ্রিবৈদা রামজী অমসুং হনুমান লাইশঙ অসি নিংথৌনা লৌচা পীবা অমসুং সেবা তৌবদা তলব পীবা চৎনৈ। মমৈথংদা নিংথৌগী প্রিভি পর্শ লৌথোকখ্রবদা নিংথৌনা লাইগী লৌচা লৌখৎখি অমসুং তলব পিবা লেপখি। নিংথৌনা সেবা তৌহল্লম্বা কাঙবুনা লাইগী সেবা চৎথরি। শ্রীগোবিন্দজিউগী তেম্পল বোর্ড অদু মণিপুর সরকারনা শেমদুনা চহীগী চৎকদবা, ধর্ম্মগী কুম্মৈ পাঙথোকহনবদা রাম লাইনীংগা মরী লৈনবসি ৱাক যাত্রা নত্তনা অতৈদি য়াউদে। লাইশঙ অনীসিসু গৌবিন্দজিউগী বোর্ডনা শিনদে। নিংথৌ লাইদা তিনশিন্দুনা গোবিন্দগী লাইশঙদা থম্বা তৌদে, ধর্ম্ম চেনবা মীওইনা লাইদা কৎথোকলম্বা লৌফম খরদি লাইগী সেবা চৎপনা ফংই। লাইফমশিং অসি ফজনা শিল্লাংবদা পুকচেল চাউবা, মফম নাইবা মীওই, প্রজাগী পূক্লিং চংবা অমসুং লাই সেবা তৌরিবা মীগী মথৌ য়াম্না চঙই। মৈতৈশিংগী মরক্তগী স্পিরিচুয়েল লিদরশিপ (অধ্যাত্মিককী মকোক থোংবা) মপূং ফাহনবা, সেবা মন্ত্রা খঙবা বামন, লাইফমদগী ফংলকপা আয়দা নত্তনা খনথরবা বোর্ড অমসুং ট্রস্ট্রী শেম্না, অমসুং সরকারনা য়েংশিনবা চঙই। লাইনীং অমসুং লাইশঙ অসি নিংথিনা ঙাকপদা ফজবা কলা, ইতিহাসকী ৱারী অমসুং মৈতৈ সমাজ কনবা ওমগনি। মী খুদিংগী নীতি দায়িত্ব ওইবা চুমই। ॥❋॥

# মীতৈ/মৈতৈশিংগী লাইনিংদ তাইবং শেম্বা মপুগী মফম অমসুং মীৎয়েং

**ৱাহৌ ঃ** মীতৈ/মৈতৈ হায়বা মীওই কাংলুপ ফুরুপ অসি য়াম্না ঙল্লিঙৈ মতমদগী হৌনা মশাগী শাগোন্নরক্লবা লাইনিং লৈজরকপা ফুরুপ অমনি । অসিগুম্লবা লাইনিং অসিদা লাইনিংথৌ লাইরেম্মা কয়াবু ইরাৎ থৌনিজবা খুরুমজবা হায়বগী লাইনিং অসিগী য়াম্না মরুওইবা শরুক অমনি । লাইনিং অসিদা তাইবং শেম্বা মপুগী মীৎয়েং অসি য়াম্না মরুওই অমসুং মহাক্কী মফম য়াম্না চাউনা লৈ । ঐখোয়না লাইনিং অসিগী মরমদা খঙঙ্জিনবা পাম্লবদি লাইনিং অসিদা য়াওরিবা মহাক্কী মরুওইবা মফম অসি য়াম্না ময়েক শেংনা অমসুং য়াম্না কুপথনা খঙদবা য়াদবগী তঙাইফদবা লৈ ।

১। **তাইবং শেম্বা মপুগী অতোপ্পা মমিংশিং ঃ** (১) তাইবংপানবা অসিবু শেম্বীবা, তাইবংপানবা অসিগী মপুবু ওইবিরিবা লাইনি হায়বদগী মহাকপু তাইবংপানবা মপু, তেংবানবা মপু, নত্রগা তাইবং মপুসু কৌনৈ । ইংরাজিদা হায়রগা ক্রিয়েটর ওফ দি য়ুনিভর্স, লোর্দ ওফ দি য়ুনিভর্স নত্রগা কেপিটেল লেটরনা হান্না ইবা গোদ হায়বদুনি । (২) তাইবং মপু মহাক্তি মতম পুম্নমক্তা হিংদুনা লৈ, শিবা লৈতে হায়দুনা ''শিদবা মপু'' সু কৌনৈ । শমজিল্লগা 'মপু' দং হায়রগসু খঙনবা য়াওই । (৩) তাইবংপানবা অসিদা লৈরিবা য়াইবী থৱায় পানবা পুম্নমক অসিগী থৱায় পুম্নমক অসি মঙোন্দগী হৌরকই, থৱায় পুম্নমক্কী হৌরকফম ওইবা শিনাইদ্রবা মরু লেমফুনি হায়বদগী 'য়াইবীরেল শিদব' হায়নসু মিংগৌনৈ । (৪) তাইবংপানবা অমদি লৈরিবা অচৎ-চত্ত থৱায় পানবা পুম্নমক অসি হয়ি অমসুং হয়া হায়বদি পা অমসুং পি অনিনা চাদা নাউদা শন্দোক্নুনা ওইহল্লকখিবনি । তেংবানবা মপু মহাক্তি 'হয়ুম শিদব' শমজিল্লগা 'হ্ং শিদব' হায়নসু কৌনৈ । পা অমসুং পিগী মতিক ময়াই লৈবা মরমদগী তেংবানবা শেম্বীবা মপু মহাকপু লুমাং শম্বুল পুল্লগা পদ্বৌ কৌবদসু হাউ হায়না মখুম্বা, লুতুং শমজিন কিরগা পলেম কৌবদসু হাউ হায়না মখুম্বা হায়না শৈথানৈ ।

(৫) তেংবানবা অসিদি লৈরিবা অচৎ চত্ত, লেংলি পাল্লিবা পুম্নমক মঙোন্দগী পোক্লকপনি, মঙোন্দগী শাৎলকপনি, ওইরকপনি হায়বদগী লাই মহাকপু 'পোক্লেন পোকপ, শাৎলেন শাৎপা' (অরিবা মণিপুরী লোনগৈ) শমজিল্লগা অপোকপা হায়নসু কোলোয়নৈ । (৬) তাইবং শেন্বা মপু মঙোন্দা হয়ি অমসুং হয়া অনিগী মতিক ময়াই লৈবগী ৱাফম মথক্তা পঞ্জখ্রে । অসুম্না হয়ি অমসুং হয়াগী মতিক ময়াই পুন্না লৈরবসু তাইবং শেন্বা মপু মহাকপু য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা ওইনদি লৌনদে চীংঙু খোইয়ুম লাইনিংথৌ ওইনা লৌনৈ । মরম অসিনা মহাকপু তাইবং মপু ইবুংঙো নত্রগা তেংবানবা মপু ইবুংঙো হায়না তেংথানৈ । (৭) তাইবং মপু ইবুংঙো মঙোন্দা মপারী অতিয়ানা তথোক তশিন্নন লৈবা মরমদগী করিগুম্বা মতমদা অমাইবা অমাইবীশিং তাইবং মপু মহাকপু অতিয়া শিদবা হায়না মিংগৌনবসু য়াওনৈ ।

২। **তাইবং শেন্বা মপু অমসুং লৈশেম লোন** ঃ মীতৈ/মৈতৈশিংগী য়েলহৌঙৈদগী পুৱারী মমাংদগী লৈরক্লবা লাইনিং অসিগী মরুওইবা য়ুম্ফমদি লাইৱারী 'লৈশেমলোন' হায়নবসিনি । কৌরৌ নোংলোন, মালেম লৈরোল অমসুং তাইবংপান অসিদা লৈরিবা অচৎ চত্ত, থৱায় পানবা পান্দবা পুম্নমক অসি শেন্লক শারকপগী মরমদা থাজনরকপা লাই ৱারী অদুবু অশন্বীদা লৈশেম লোন হায়রগা খঙনৈ । তেংবানবা অসিদা করিসু লৈত্রিঙৈ কোরৌ নোংদোলদা নুমিৎ, থা, শজীক, থবা, থৱানমিচাকনচিংবা অমত্তা থোক্ত্রিঙৈ মালেম লৈপাক অসিসু লৈত্রিঙৈদা তেংবানবা মপু ওইরগদবা লাই মহাক মতোমতমক লৈরম্মী। পুম্নমক ইহাং হাংলম্মী ইকোক কোক্লম্মী, পুম্নমক ইমম মন্লম্মী, ইতিং তিংবা, ইকোক কোকপা মতৌ অদু অতিংকোক লাই অদুগা ইমম মন্বা মতৌ অদুবু অমন্বা লাই হায়না মিংথোন্দুনা মতম অদুদা তেংবানবা মপু ওইরগদবা লাই অদুগা পুন্না লাই অহুম অসিদং লৈরম্মী । (লৈথক লৈখারোল)

তেংবানবগী মপু ওইরগদবা লাই মহাক্না তাইবংপান অসি শেন্লগা তাইবং কুম্মৈ শান্নরগে হায়না খল্লদুনা পায়ম উনগোই ইনুংদা য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা লৈমরেল শিদবীনা তগুপ তগুপ চেংলৌ মীৎচানখি । (খুনুং লিচৎ শাজৎ) অমসুং লৈমরোল শিদবীবু শাফোংহন্দুনা মপারী অহুম (১) অতিংকোন (২) অতিয়া অমসুং (৩) কোঞ্জিল তিংথোকপবু ফংজখি । মপল পন্থৌ তেংবানবা মপু মহাক্না হকথেংননা কোরৌ নোংলিংখিদে, মালেম লৈশেমখিদে । মপারী

অহল অতিংকোক্ত কোরৌ নোং লিং ও, মালেম লৈশেম ও হায়না থৌশীখি। মরম অসিদগী মপারী অহল অতিংকোকপু 'অসিবা' হায়না কোলোয় মিংগৌখি। মপারী অনি অমনা মপল পষ্ৌগী য়াথং থৌশীখোন মতুংইন্না কোরৌ নোংলোন ৭ (১) লৈয়িকোন (২) অৱাং কোন (৩) লংবা কোন (৪) নুংনাংকোন (৫) কোরৌ কোন (৬) অশি কোন অমসুং (৭) তাম্ব কোন শেমখি। (সাকোক লমলেন অহানবা) নুমিৎ, থা, থৱানমিচাকনচিংবা কোরৌ নোংদোন্দা থোকখি।

চীংঙু খোইয়ুম অসীবন মালেম লৈপাক শেম্লকপদা মনাউনুপা কোনজিন তিংথোকপনা হন্না হন্না মালেম লৈপাকপু থিনগাই য়ৈখাইখি। মরম অসিদগী কোনজিল তিংথোকপবু হারাব লৈথিনগায় হায়না কোলোয়নখি। অসিবন মশাগী খোঙবী খোঙলক্তগী নুরা তকথোক্তুনা মশা পানবা শগোল শামদোন অয়াঙববু শাফোঙহন্দুনা কোনজিল তিংথোকপা হরাব লৈথীনগাইবু তাকথোক্লবা হোৎনখি। অদুবু কান্নখিদে। হরাবনা শমদোন অয়াংববু হাওমুক্লা লেংফাইচল তাজীল খুরৌ য়েত্তুনা ফাখি। থৌদোক অসিদগী হরাব লৈথীনগায়বু কোংলৌতোল লৌথিবা হায়না কোলোয়নখি।

মপারী অসিবনা থৌদোক পুম্লমক পষ্ৌ তেংবানবা মপুদা তম্লবদা হারাবা লৈথিনগায়বু চিংথোক্লবগীদমক্তা মহাক মশাগী খোয়বুঙদগী য়ৌইবু খোইমোম লাইরেম্মা নোংথাঙলৈমা পুথোকখি। শাফোঙহনখি। নোংথাঙ লৈমগা পাউশা ঈশৈ শক্লরিঙৈদা অসিবনা মালেম লৈরোল ৭ (১) মালংকোন (২) মালৈকোন (৩) পোংলৈকোন (৪) লৈখাকোন (৫) লৈনুংকোন (৬) খমলৈকোন অমসুং (৭) খম্লুংকোন শেমখি। (সাকোক লমলেন অহানবা)

তেংবানবা মপু য়াইবীরেল শিদবনা মালেম লৈশেম্না লোইরবদি মালেম লৈমাই লৈতেম-ও হায়বদগী মপারী অসিবনা লাইবুং থৌ ৯ লাইনুরা ৭ পুথোক্তুনা থেঙ্গৌরোল ৯ হায়বদি (১) অকাও (২) লৈফম (৩) লৈচাই (৪) নোংফন (৫) লৈকক (৬) লৈনেৎ (৭) অতান (৮) লাংকক অমসুং (৯) অখম খেঙ্গৌ শাদুনা মালেম লৈতেমখি। লৈতাই নোংদাই জগোই শাদুনা লৈরোই নোংলোই ঈশৈ শকখি। (১) মালেম লৈমাই অসি লৈতেম্না লোইরে হায়বগী 'অসি' কৌখি। (২) মালেম লৈমাইদা ফাওবা করি লৈরিবগে হায়না হৈনা য়েংলে হায়বগী 'হৈয়েং' কৌখি। (৩) ফনা হৈন য়েংলবসু হারাব লৈথীনগাইনা নুংশিংকী শাইওল লৌদুনা অদুম শীৎলি হায়বগী

'হৈয়েংশিৎ / হংচীৎ' কৌখি। (৪) ফত্তবা অকাই অতোই লৈরম্বদু মশেমজিল্লে হায়বগী 'মশেম' কৌখি। (৫) অদু ওইরবসু নুংশিৎ মাদি অদুম মরৌ তৌনা শীৎলি হায়বগী 'মরৌ' কৌখি। (৬) নোংলৈ নুংশিৎকী শাইওন লৌরিবা হারবা লৈথীনগায় মান য়ৈখাই থুগাইবা ঙমদনবা চুকশোনা কাপ্পু থায় হায়বগী 'মকাপ' কৌখি। (৭) য়াম্না কন্না ঙাকশেনবদগী লৈথীনগাই হারাবন মালেম লৈথীনগাইবদি ঙমদে অদুবু শীৎপদি অদুম মশীৎলি হায়বগী 'মশীৎ' কৌখি। (লৈথক লৈখারোল)। লৈশেম্বা লাই অসিবা হায়বগী সনামহী হায়নসু কোলোয়নৈ। (অরিবা মণিপুরী লোনগৈ) চীংঙু খোইয়ুম অসিবনা মপন পঙ্খৌ তেংবানবা মপুন থৌশীরকপবু থৌপাংননবগীদমক্তা মশাদগী লাইজ ঈশিং পুথোকখি। (লৈহৌ নাউহুমলোন) ঈমাইদগী কোঙ্গোল, কোঙ্গোলদগী ঈনাং, ঈশং, কঙনাউ, কঙবী, শীংনাং, শীংউৎ, ৱাপাল উপাল শেমখি। (নিংথৌরোল শৈরেং)

তোংবানবা মপুনা তাইবং কুম্মে শান্নরগে খল্লদুনা নমু তাইবংমী শারো হায়না মপারী সনামহীদা থৌশীখি। সনামহীনা (১) তীনবী তিম্লোক (২) ঙমু (৩) হঙোই (৪) মকু (কংলা নুঙলোন লাইফম্লে) (৫) তেকপী ওক (নিংথৌরোল শৈরেং) (৬) য়োং পুম্নমক অসি তাইবংমী ওইনবগীদমক মথং মথং শাখি। অদুবু ওইবা য়াখিদে। অরোইবা মপা পঙ্খৌ তেংবানবা মপুগী মমিং য়েংদুনা তাইবংমী শাখি। থৌওং অসিনা উৎলিবসি তাইবং থৱায় পানবা অতৈদো য়াওদবা লাইগী মতিক ময়াই অদু তাইবং মীওইবদা য়াওই হায়বা অসিনি।

অসুম্না তেংবানবা মপু মহাক্না তাইবং কুম্মে শান্নগে খন্দুনা মপারী অসিবদা পুম্নমক শেমহল শাহনখি। পুম্নমক অসি তেংবানবা মপু মাগী অনিংবদগী ওইখিবনি।

হয়েং মালেম তাইবংপান্দ মপারী করম্বনা পোংনিংথৌ ওইরগদগে হায়বগী খঙনবগীদমক্তা তেংবানবা মপু মহাক্না মপারী অহুম অসিবা, অতিয়া অমসুং কোনজিন তিংথোকপদা কোরৌ নোংখোঙ কোয়য়ু, হান্না থুংলবদা ফম্বাল তোংহনগনি হায়খি। অসিবগা অতিয়াগা অনিদি কোরৌ নোংখোঙ কোয়বা চৎখি। কোনজিন তিংথোকপদি পলেম মমা লৈমরেল শিদবীগী পাউতাক মতুংইন্না ফানখোঙ কোয়দুনা ফম্বাল তোংখি তেংবানবা মপুন মপারী অতোনবদা পাখংবা মিংথোন পীখি। হয়িচক, হয়াচক, খুনুংচক, কোন্নচক/লাংবচক চক

মরি অসিদা পাখং য়োইরেল তোমপোকপা তাংজ লিলানা পাখংবা শেন্ত্রেং লোলাং পাখংবনা, নোংদা লাইরেনা পাখংবা ওইনা লাংওন্দুনা কোনজিন তিংথোকপা পাখংনবা নমু পোংনিংথৌ ওইখি। (হায়না মীতৈশিংনা থাজনরমই।) অসুম্না পাখংববু লৈবাক নিংথৌ ওইহনখি। কোন্না থুংলবা মপারী অসিববু অসিব নংনা লাইগী নিংথৌ ওইরো। লাইরূপকী থৌরমদা নঙনা, ৱায়েন তৌ-ও। তাইবংমীগী য়ুম খুদিংগী য়ুমগী নিংথৌ ওইয়ু হায়খি। মপারী অতোনবদা নিংথৌগী লমচৎ লৈবাক ঙাকপা ৱায়েল, খুৎসু খুৎলাই, লমচৎ থৌগল, নিংথৌ ওইবগী লৈবাক্কী অরুম্বা পোলুম পুবা ঙম্নবা তাকপিখি, তম্বীখি। (কংলা লায়াৎ) মপারী য়াইমা অতিয়াদি মপন পন্থৌ তেংবাংনবা মপুদা তেথোক তেশিন্ননা লৈখি। (নোংশাবা লাইহুই/অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস) তেংবানবা মপুগী য়াথং মতুংইন্না লৈরোল নোংলোন মরা চেৎশিন্নবগীদমক চীংঙু খোইয়ুম অসিবনা হু শেৎ হায়দুনা মশাগী মহী ময়াইবু লৈরোল নোংলোন সন্ন চাইথোকখি। মহাক্কী মহী ময়াইনা লৈরোন নোংলোন শানা লৈখি। সন্ন লৈবা মহী ময়াই ওইখি।

**৩। তেংবানবা মপু অমসুং মীতৈশিংগী পোকপা-শিবগী লাইগী থৌরমশিং ঃ** তেংবানবা মপুদি য়াইবীরেল শিদবনি। থৱায় পুম্নমক্কী হৌরকফম ওইরিবা শিনাইদ্রবা থৱায়রেন্নি। থৱায় চেক্লা মহাকপু তাইবং হকচাংনা পোলগী মশক ওইনা ফাজিন্দুনা থম্বনি। হকচাং পোলাং মনুংদা পোম্বীগুম লৈরম্বা য়াইবী থৱায় মহাক্লা চেক্লাগুম পাইথোকখিবা থৌওঙ অদুবু শিবা কৌই। য়াইবী থৱায় মহাক্তি তাইবং মপু য়াইবীরেল শিদবদগী লাকখিবা অদুগা তাইবংমীনা শিরবা মতুংদা থৱায়না অমুক, ইথক ইপোম্না (অমুক) ঈপাক্তো তিনখিবগুম, য়াইবীরেল শিদবদা তিনখিবা মরম্না মীতৈশিংগী পোকপা অমসুং শিবগা মরী লৈনবা লাইগী থৌরমশিংদা তেংবানবা মপু য়াইবীরেল শিদবগা থাদোক্লবা য়াদ্রবা মরী লৈনরকখি।

(ক) তেংবানবা মপু অমসুং পোকপগী থৌরম : মীওইবগী থৱায় অসি য়াইবীরেল শিদবা তেংবানবা মপুদগী লাক্লগা মালেম অসিদা খোঙদারকখিবনি। থৱায়না মালেমদা খোঙ্গুম্লকপগী লম্বীদি য়াইবীরেল শিদবদগী (১) কোরৌ নুমিৎ, (২) লোইদাম থাজ (৩) শজীক (৪) থাবা (৫) ওকপুরোই (৬) তাউহুইরেং অসুম্না মথং মথং লাক্লগা তাউহুইরেংদগী (৭) পন্থৌ মপাদা, মপাদগী

(৮) পলেম মমাগী পবুক শিয়োম্মুংদা চঙলক্তুনা লোইদাম থাবুম ১০ কোরৌ শীংবুম ৩০০ নি লৈরবা মতুংদা কোলোয় মিংলেন অঙাং ও কৌন মালেম থক্তা খোঙদারকখি । (পোম্বী লাং) তাইবং মীওইবগী থৱায় অসি তেংবানবা মপুদগী লাকই হায়বা মীতৈশিংগী লাইনিংগী থাজনবী লৈরকই হায়বগী খুদম অমখক পীজরি, মদুদি উমং লাই হরাওবগী লাইবৌ জগোইদা হকচাং শাগৎপগী মতাং অমদা য়াইবীরেল শিদবা মপুদগী য়াইবী থৱায় নিজবগী জগোই খুৎথেক অমা হৌজিক হৌজিকসু য়াওরি । (মৈতৈ লাই হরাওবা) অদুগা অমুকসু অঙাং অমা পোক্লবা মতমদা ঈরু শাদেংবীবা লোইরবা মতুংদা অঙাং অদুগী মপানা অঙাংদুগী মনাকোঙ অনিদা তেংবানবা মপুগী মিংথোন মিখ্বে পিবগী চৎনবী লৈরকই । (খুনুং লীচৎ শাজৎ)

(খ) তেংবানবা মপু অমসুং অঙাং চাউম্বগী থৌরম :- অঙাং অমা থা ৩ শুরবদি চাউম্বীবা য়ারে । চাউম্বীবা মতমদা অঙাং অদু মমানা পম্বীগনি অদুগা মপানা চাক চখোম মঙা ইনবীগনি । চাক ইনবীবা মতমদা অসুম্না হায়গনি । শোনগনি অহানবা চাক চখোমদি তেংবানবা মপু খঙনা চাক্লি, ২শুবা চখোমদি ইমা লৈমরেল খঙনা চাক্লি, ৩শুবা চখোমদি থৱায় মঙা ফানা চাক্লি, ৪শুবা চখোমদি পলেম পম্বৌ খঙনা চাক্লি, ৫শুবা চখোমদি তাইবং লৌশিং মৈরা চাক্লি মম-মম-মম হায়না তরা চাক ইনবিদুনা চাউম্বীগনি । (পোম্বী লাং)

(গ) তেংবানবা মপু অমসুং শিবগী থৌরম :- মীতৈশিংগী লাইনিংদা তেংবানবা মপু য়াইবীরেল শিদবা অসি কোরৌ নোংদোন্দা লৈ হায়না থাজনৈ। মরম অসিনা মী অমা শিববু নোংগাখিবা হায়নসু কৌনৈ । মী অমা শিরবদি মহাক্কী য়াইবী থৱায় অদু কোরৌ নোংগাখিদুনা তেংবানবা মপু য়াইবীরেল শিদবগী মফমদা, ইথক ইপোম্না ইপাক্তা তিনখিবগুম্না, তিনখি হায়বগী থাজনবী মীতৈশিংগী লাইনিংদা লৈরকই । অসুম্না মীওইবগী থৱায়না য়াইবীরেল শিদবগী মফমদা চৎখিবগী লম্বী অদুদি পলেম ইমাদগী পম্বৌ ইপাদা ইপাদগী তাউহুইরেং, ওকপুরোই, থাবা, শঙ্গীক, লোইদাম থাজ, কোরৌ নুমিৎ অসুম্না কোরৌ নুমিৎ য়ৌরবদা কোরৌ নুমিৎনা শেংতোকপিরবা মতুংদা তেংবানবা মপু য়াইবীরেল শিদবগী মফমদা য়ৌজখি । (পোম্বী লাং) মসিবু মরুনা মরুদা তিনশিনখিবা মথৌ য়াংগেনবা কৌবনে । ঐনা লাকপা লম্বীদা অমুক হনখিগদবনি । তাইবং থৱায়না য়াইবীরেল শিদবগী মফমদা অমুক তিনখিবগী শাংলবা খোঙচৎ অসিবু খরা

শমজিনবা ৱাহৈদা 'শজীক মতুংইনখিবা, থবা মমৈ ৱায়খিবা' হায়না মীতৈলোন অরিবদা শৈথানৈ । মথৌ য়াংগোনবগী থৌরমদা শক্লিংবা-শোন্নিংবা সনামহী লাইহুই, পাখংবা লাইহুই, নোংশাবা লাইহুই শক্কনি শোনগনি তাগনি। অসুম তৌরগা শিদবা মপুনা পেনবীএ, কুবিএ । য়েংবীদুনা নুংঙাই য়াইবী মথোই তোংএ । (খুনুং লীচৎ শাজৎ)

৪। **তেংবানবা মপু অমসুং লাইনিংথৌ সনামহী ঃ** লাইনিংথৌ সনামহী হায়বসি লৈশেম্বা লাই অসিবনি । চীংঙু খোইয়ুম অসিব লাইনিংথৌ সনামহী অসি তেংবানবা মপুগী মপারী অহন্নি । অদুবু মীতৈশিংগী শাগোন্নদুনা লাক্লবা লাইনিংদা মহাক অসি তেংবানবা মপুগী শাইওন অমা ওইনা নত্রগা তেংবানবা মপু মশামক ওইনা লৌবগী থাজনবীসু লৈনরকখি । থাজবী অসিগী খুদম খরা লৌখৎচরি । (১) সনামহীদি থাঙ্গৈশেংবা গুরু শিদবনি । অমাং অতা লৈতবা গুরুগী মচানি । কল্প তরুনি । (লৈথক লৈখারোল/য়েংখোম ভাগ্য) (২) *ইচাগী নমিং (সনামহী রেল) অসিনা লাংবচক্কী থৱায় পানবশিংগী লান্নফম ওইখ্রসুনু। অদুগা ইচাগী মাঙদা ইপান (তেংবানবা মপুন) ফম্বাল লাংদুনা নমাগা (লৈমরেল শিদবীগা) পুন্না লৈরগে নংনা (সনামহীরেন) ইপাগী মশক ওইনা তুংদা ফম্বাল লাংজরে । (ঙমদাই লৈতাই নোংদাই পুয়া মৈ হৌব অহানবা শরুক/হিজম মনি) (৩) পাখংবগী ফম্বাদি অমত্তনি খণ্ডগনি । পারী নংগী (সনামহীগী) ফম্বালদি য়ুম্ফম খুদিংমক্তনি । ঙসিদগী হৌদুনা য়ুমগী নিংথৌ ওইজরো । নচা ননাই খিবিক্লা নংবু ইরাৎ তৌগনি । তেংবানবগী মপুবু নহাকমক্লি খণ্ডগনি । নংবু ইরাৎ তৌদবা, নচা ননাই খিবিক্লা মরু ফংনা মাংজনি । নংনা হন্না য়েংফরোই ।* (সাকোক খিরেল/নাউরিয়া ফুলো) অমুকসু লাইনিংহল অসিনা অসুম্না হায় ''ইপুরোই অপোকপা (তেংবানবা মপু) অমা লৈ হায়বগী শীংথাহন্নবা হায়দুনা মহাক্লা সনামহী ওইনা শাইওলখি । (অহল য়াথং/নাউরিয়া ফুলো) (৪) তেংবানবা মপুনা মপারী সনামহীদা অসুম্না হায়খি - ''তেংবানবা থুংহনগে, নপা ঐনা শীনবনি । তাইবং নোংশা পাল্লগা, য়ুমথোঙ খুদিং নিংথৌ ওই । তাইবং লমজিং ওইহনগে, নপা ঐনা শীনবনি । ঐহাকসিসু নহাক্লি, নহাকসিসু ঐহাক্লি ।'' (নিংথৌরোল শৈরেং/ও তোগেশ্বর) অমুকসু মখা চৎথনা মাইচৌ পণ্ডিত ওইনাম ভোগেশ্বরনা অসুম্না হায় - ''সনামহী হায়বসি নিংথৌ মচাবুসু সনামহী কৌগনি হায়না লোইনা শিল্লোন্দা পল্লি । অদুম ওইনমক তেংবানবা

মপুবুসু সনামহী কৌই ।" (খাগেম্বা লাওজেংগী ৱাহৈদোক) (৫) লাইনিংথৌ সনামহী কনানো হায়বগী মতাংদা এন. অশোককুমারনা অসুম্না হায় - "তেংবানবা অসিদা মীপোং, শা-ঙা, উচেক-ওয়া, মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, নুমিৎ, থা, থৌৱানমিচাক শজীক, থবা, খোংজোম্নুবীনচিংবা ময়াম অসিনা লৈত্রিঙৈদা মালেম অসিদা লৈরিবা লেঙলি পাল্লিবা অচৎ চত্ত পুম্নমক অসিবু ঙাকপী শেনবীরি অদুগা অমম অঙান, অৱা নুংঙাই পুম্নমক অসিবু খায়রিবা, পোকপা শিবা নাইদবা মপু অমা লৈ, মহাক অদু লাইনিংথৌ সনামহীনি হায়না মৈতৈশিংনা লৌনৈ । (অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী পরিং :- ২) (৬) সনামহী কনানো হায়বগী মতাংদা ডা: এল. ভৈগ্যচন্দ্রনা অসুম্না হায়, "This Asheeba is God Himself appearing for the propose of creation" (A critical study of the religions philosophy of the meetei before the Advent of vaisnavism in Manipur)

৫। তেংবানবা মপু অমসুং সনামহী লাইনিং ঃ সনামহী লাইনিং হায়বসি মীতৈ/মৈতৈশিংগী মরুওইবা লাইনিং অমনি । লাইনিং অসি ১৯৮১ গী মীকোক থীবদসু য়াওখ্রে । লাইনিং অসিগী মতাংদা হৌজিক হৌজিক State Archaeology of Superintendent ওইরিবা সাপম ভৈগ্য (সনাতোম্বা) না অসুম্না হায়, "To-day Sanamahism has been recognised by the Govt. of Manipur as well as the Govt. of India. The Govt. of India has given a different code for inclution of Sanamahi Religion in the census of 1991 and 2001 A.D. (The Sanamahism Ed by Sapamcha Sanatomba) সনামহী লাইনীং নত্রগা সনামহী হায়বা লাইনিং অসি List of Lesser known Religions proposed to be studied by various Consees Directorates হায়বা অদুদা মণিপুরগী ওইনা য়াওই, অদুগা অতোপ্পা অমদুনা ননখৃস্তিয়ান/পেলন হায়বসিনি । (Report on the Enclusion of Sanamahi Religion in the Census Report/Statement -I, Manipur State Assembly, July 2003) (মণিপুর লেজিলেটিব এসেমব্লিগী হাউস কমিটি অমনা ২০।০৫।২০০৩ দা ফমখিবা মীফমদা হাউসনসু অসুম্না ৱারেপ লৌখি । 'The House resolves to cuqe the Govt. of India to record Sanamahi Religion' in the censees report and also seperate code number of

the religion in the censees operation) হায়রিবা সনামহী লাইনিং অসিদা তেংবানবা মপুগী মফম চাউনা লৈবা সুমাঙ মথৌবুংগী ময়ায় সুমতোংপালদা তেংবানবা মপু মাগী লাইফম/খুভম লৈ । উচান শীংচেপ মৈরা কভুনা খুরুমনৈ । মীওইবগী পোকপদগী শিবা ফাওবগী লাইগী থৌরমশিং Cyclical Rites and Rituals অয়াম্বদা ইরাৎফু লাৎপদা নত্তনা ফম্বানগী ইরাৎ থৌরম যাওরম্লবদি তেংবানবা মপুবু মিংখৈরোল শোন্দুনা কৌবগা ফম্বালগী ইরাৎ থৌরমদা য়াওই । তেংবানবা মপুগী মিংখৈরোলদু অসুম্নসু শোন্নে ঃ-

তেংবানবগী মবুংঙো য়াইফ থোইবা ইবুংঙো
ইবুংঙোনা মরুনি, ইবুংঙোনা লোম্বনি
ইবুংঙোনা লীক্লনি, ইবুংঙোনা হৌবনি
থব্রায় হায়না কৌজগে, লাইনিংথৌনি হায়জগে ॥

(শীংথা চৈথারোল)

পোক্লেন পোকপা শালেন শাৎপা
হৌফম লোমফম ওইরিবা ॥
হয়ি মিংলেন য়েৎলমদা
হয়া মিংলেন ওয়রমদা
লুমাঙ শম্বুনা পুল্লগা
পন্থৌ কৌবসু মখুম্বা ॥
লুতুং শমজীল কিবগা
পলেম কৌবসু মখুম্বা ॥
তেংবানবা মপু ওইরিবা
হয়ি হয়া অনীগী
অপূনবা মতিক হয়ুম্না
মিংলেন মিং খৈনরিবা
শিদবা মপু ইবুংঙো ॥ (ইরাৎ থৌরম ... নীলবীর)

শিরবা মতুংদা তাইবং থব্রায়না তেংবানবা মপুগী থম্মোয় লৈকোন্দা লৈরাং লৈনম ওইনা তিনখিদুনা চীংঙু খোইয়ুম য়াইবীরেল শিদবগী মফমদা অরান খুভম ফংজদুনা ইঙন চীক্লা লৈখিবগী মতাংদসু অসুম্না শৈথানৈ ।

‘‘লাইগী লৈপাক্লা নীংথিরে
মপুগী মঙান্না ঙানখরে
মাইকৈ মাইথোঙ লংখরে
--------
লাইগী শরীক থীংখরে
মপুগী থৌগল তৌখরে ।।

কুন্না কালেন খাইখিদরে
অৱা মৈচাক লৈখিদরে ।।
মপুগী লমদম য়েংখিবদা
লমদমগী কুম্মৈ উরুবদা
তাইবং কুম্মৈ লোইখরে
খম্নুং পাউজেল হনখরে ।।

**ৱারোই ঃ** মথক্তা পঙ্খিবা ৱারোল খরা অসিদগী ঐখোয়না অসুম্না ৱারোই অমদা লাকপা য়াই মদুদি, মীতৈশিংগী য়েলহৌঙেদগী মশাগী ওইবা শাগোন্নদুনা লাক্লবা লাইনিং অসিদি তেংবানবা মপু য়াইবীরেল শিদবা তাইবং শেন্বা মপু মাগী মীৎয়েংগী ঙমখৈ য়াম্না পাক চাউই অমসুং মহাক্লা লাইনিং অসিদা য়াম্না মরুওইবা মফম কন্দুনা লৈ । মহাক্লা মপারী অহন চীংঙু খোইয়ুম অসিবা লাইনিংথৌ সনামহীদা শেমহনখিবা কোরৌ নোংদোল, মালেম লৈপাক অদু মীতৈ/মৈতৈ খক্কিদা নত্তে । মহাক্লা লাইনিংথৌ সনামহীবু শাহনখিব মী অদু মীতৈ/মৈতৈ খক্তা নত্তে, তাইবং মীওইবা পুম্নমকপুনি । নমু পোংশিংগী পাখংববু নিংথৌ ওইহনখিবদু তাইবঙ মী ওইবা পুম্নমক্কীনি মীতৈ/মৈতৈ খক্কীদা নত্তে । মপারী সনামহীবু লাইগী নিংথৌ ওইহনখিবদু লাই পুম্নমক্কীনি, মীতৈশিংনা নীংলিবা লাই খক্কীদা নত্তে । তাইবং শেন্বা মপু মহাকপু থৱায়গী হৌরকফম মরু লেমফু ওইবা য়াইবীরেল শিদবা কৌনরিবা অসি মীতৈশিংগীতা অমসুং লমদম অসিদা লৈরিবা থৱায় পানবশিংগীতা ওইবা থৱায়গী হৌরকফম ওইবা নত্তে, তাইবংপানবদা লৈরিবা থৱায় পানবা পুম্নমক্কী হৌরকফম লেমফু মরুনি। নোংদোলদা থোকপা কোরৌ নুমিৎপু মহাক মহাক্কী মরোল্লা তোঙান-তোঙানবা মমিং থোন্দুনা মমিং কয়া লৈবগুম তেংবানবা অসিবু শেন্নীবা লাই মহাকপু মীতৈ/মৈতৈশিংগী লাইনিংদা তেংবানববু শেন্নীবা তাইবং শেন্ন মপু হায়না শৈহেক শৈথানবনি অমসুং মীতৈ/মৈতৈশিংগী পারম পুরমচংকী চংনবী মতুংইন্না তাইবং শেন্বা মপু মহাকপু ইরাৎ থৌরম তৌনবনি । ॥❋॥

# মণিপুরী কলা অমসুং সংস্কৃতিদা মিৎয়েং অমা

মশাগী মণ্ডাল অমসুং মতিং লৈজবা, মহৌশাগী ফজবনা মরাং কায়বা, স্কার কিলোমিটর ২২,২৭ মুক্তা চাউবা, চীংনা ঈকোয় কোয়শিনবা, অৱাংদা নাগালেন্দ, নোংপোক্তা বর্মা (ম্যানমার) নোংচুপ্ত অসাম, খাদা মিজোরাম অমসুং বর্মাগী শরুক খরনা নাখল ওইবা, মীশিংনা ১৮, ২৬, ৭১৪ ওইরিবা (১৯৯১ গী সেনসসকী মতুংইন্না), তম্পাক অমসুং চীংগী লম হায়না শরুক অনীথোক্লা খায়দোকপা, তম্পাক্তা মরুওইনা মৈতৈ (মীতৈ), মৈতৈ পাঙল অমদি ময়াংশিংনা খুন্দারিবা, চীংদনা নাগা, কুকি অমদি অতৈ ট্রাইবশিংগী শায়দাংফম ওইরিবা, মহাক্কী মীশিংগী শরুক অহুম থোকপগী অনিনা তম্পাক্তা অদুগা শরুক অমনা চীংদা শন্দোকলিবা, মণিপুর (কংলৈপাক) মালেমদা মশাগী নাৎ (কলচর) গীদমক্তা মশক খণ্ডনরি ।

লৈবাক অসিগী খ্বাইদগী মশিং য়াম্বা ফুরুপ ওইরিবা মহাক্কী নাৎতা শাদোং ওইরগা চাউথোকচরিবা, মৈতৈশিং অসি মৈতৈ, খাবা, ঙানবা, চেংলৈ, অঙোম, খুমন, লুৱাং অমসুং মোইৱাং হাযবা তোঙান তোঙাম্বা শাগৈ (কাংলুপ) ৭ না পুনশিল্লগা শেমখিবনি । শাওং-শাদাদা লৈবাক অসিগী মীওইশিংদি মোঙ্গোলোইদকী ঈনি, মপুং ওইবা ফুরুপকী লোল ওইরিবা মৈতৈলোল অসিনা টিবেটো-বর্মন কাংলুপকী মনুং চল্লি । য়েলহৌঙৈদগী মশাগী তোপ তোপ্পা লাইনিং-লাইশোল, ফিজেৎ-চাকচা, যুম্বাল-কৈবাল নাৎ অমদি হিংবগী নমুনা লৈজবা, মশাগী পুৱারীগী লিকলম কায়দনা লৈরিবা, থেংখাং থেংখাং কয়াদা অকা অকুম কয়া মায়োক্লখ্রবা, ফুরুপ অসিনা ঙসি ফাওবদা মশাগী শক্লোন অমা খুবামনুংদা চেৎনা পায়শিন্দুনা ঙাক্লক্লি । তাইবং মপু শিদবা হায়না মীংথোনবা তাইবঙপানবগী মপুং ওইবা মরু অমদা থাজবা মহাক্কী শক্লোনগী লিকলু ওইরিবা সনামহি অমদি পাখংবদা লাইনিং ওইবা, মৈতৈশিং অসিদি সাহিত্যে (লিটরেচর) য়াম্না লিরবা মতমগীনি । *নুমিৎ কাপ্পা, হিজন হিরাউ, পান্থোইবী খোঙ্গুল, নোংবান পোনবী লুৱাউবা, লৈরোল, চোথে থাঙরাই পাখংবা,* শায়োনশিংগী

ৱারী খুনুং ঈশৈ কয়া, ঙসিগী মীরোলগী লনগৈ ওইরিবা, মণিপুরী কলচরগী মশক লেপ্লদা মখোয়গী তোপ তোপ্পা খুদা লৈরি ।

লৈবাক অসিগী নাৎকী শক্লোন অসি মায়গৈ কয়াদা ফোঙদোকই-জগোয়, ঈশৈ, থিয়েটর (কুম্মৈ), সাহিত্য, য়েক-খোৎপা অমদি শাবা (ফাইন আর্টস), থাং-তা, শান্নখোৎনবা, অসিনচিংবা । অদুবু হেন্না পাকপা মিৎয়েংদা য়েংলগদি কলচরনা কোল্লিবদি মচলশিং অসিগী মথক্তা ফুরুপ অমগী পুন্সি, মঙ অমসুং আশা, নাৎ অমসুং চৎনবী, লাইনিং লাইশোল অমদি থাজনবী কয়া, শুপচিন্ননা খঙহল্লি । মিৎয়েং অসিদা কলচরনা হেন্না পাকপা সোসিএল মীনিং অমা লৈরকপনা, ফুরুপ অমগী শক্তম শাগৎপদা মসিনা অচৌবা থৌদাং লৌরক্লি ।

লৈবাক অসিদা কলচর হায়বসি অচৌবা শাফু অমনি । লৈবাক অসিগী অকা-অকুম নাইবা ইতিহাসকী ঈচেলদা মসিনা মহাক্কী মীওইশিংগী থম্মোইদা পীরিবা ঈনোৎ অসি য়াম্না চাওই । নিংশিংবা থোক্রুবা মতমদগী লৈবাক অসিগী সভ্যতা শেমগৎপদা মসিনা অচৌবা শরুক লৌরক্লি । লৈবাক অসিদা মিৎ থকপা য়াবা করম্বা ফুরা-দলান, কোনুং অমদি অচৌবা নিংশিং ফুরা লৈখ্রবগে ? অদুবু লম অসিগী মীশিংনা ইতিহাসকী থেংখাং কয়াদগী শেমগৎলক্লিবা নাৎকী শক্তম অসিদি পৃথিবীগী করিগুম্বা ফুরা-দলান অমদি কোনুংশিংগা চাংদম্নবা য়ারোই । অঙনবা মতমদগী কলচরনা লৈবাক অসিগী মীশিংগী থম্মোইদা অপুনবা লংলা অমগী মশক লৌরক্লি । লমদমসিগী পাক্লবা থম্মোইদা ফুরুপ কয়াগী ঈতিনফম ওইদুনা লাকখ্রবনি । মখোয়গী চৎনবি অমসুং নাৎকী ঈরোং কয়া মসিগী পাক্লবা থম্মোইগী ঈচেলদা লুপখ্রবনি । মসিনা জাতি অসিগী অচৌবা ঙাক্লৌ ওইদুনা লাকলি । ঙসি লৈবাক অসিগী ট্রেদিসন্দা উরিবা নিংথিরবা ভেল্যুশিং অসি মহাক্কী লোইনাইদ্রবা ঈফুৎতগী চেষ্টরক্লিবা ঈচেলনি, মসিনা ঈরোং কয়া ফাংলবসু লমদম অসিগী অপুনবা শক্তম শাগৎপদা মী অমগুম্না লেপলি । মতৌ অসুম্না, লম অসিগী তোঙান তোঙাম্বা জগোই ঈশৈশিংগী মশক-মচু, শাথেক-কুম্মৈ, খেন্নরবসু অপুনবা লৈ-পরেং অমগুম্না উরি । লৈবাক অমগী অপুনবা শক্তম হায়বসি চেক অমসুং নুংনা শাগৎকদবা নত্তে, মসিদি ৱাখল অমসুং থম্মোইগী লংলা অমমমনা শেমগৎকদ্দবনি । মীশিংগী থম্মোইদা পূন্না হীংমিন্নবগী ৱাখলগী মঙাল শামলক্লবা, অপুম্বা ঈচেল অমদা চেষ্টমিন্নবগী অপাম্বা ৱাখল মাংখ্রবা, পচ্চুং অমদা লাকমিন্নবগী

খোংথাং অদু শোন্থরক্লবা, তাঙ্গা অদু জাতি অমগী খ্বাইদগী হেন্না লাইবক থিবনি। মণিপুরগুম্বা লৈবাক অমদা মান্নদবা ফুরুপসিংনা মশা মশাগী মশক-মচু ফোঙদোরকপা হায়বসি অঙকপা ওইরোই। ফিভম অসিদা কাংলুপশিংগী মরক্তা মুক্লবা অমসুং থেংগাইনবগী অকিবা চৈথেং লাকপসু ওইথোক্কই। মসিবু থিংগে হায়রবদি কাংলুপশিংগী মরক্তা তোঙান তোঙানবা নাৎশিংগী ব্যবহার থম্লবা তঙাইফদে। কাংলুপ অমগী কলচরনা অতোপ্পা কাংলুপ অমদগী হেল্লি হায়বগী ৱাখল অসি চেল্লিবমখৈ অপুনবা শক্তম অমা শাগৎপদা অচৌবা খুরৌ চেলহল্লি। ঐখোয় পুম্নমক অচৌবা ঈচেল অমদা পুল্লিবনি, কাংলুপ খুদিংমক্কী মরুওইবা মফম অমা লংলা অসিদা লৈ। খেন্নবগী মরক্তা মান্নবগী অমসুং হীংমিন্নবগী খুৎ অমনা পুল্লি হায়বগী ৱাখল অসি মাঙদ্রিবমখৈ অপুম্বা শক্তম শাগৎপদা অচৌবা পাঙ্গল ওইরি। মসিগী সোসিএল রিসপোনসিবিলিটি অসি কলচরনা থম্মোই শেংনা পীবা ঙমই।

মণিপুরদা লাইনিং-লাইশোল অমসুং কলচর হায়বসি তৎন-থানবা লৈত্রবা মরী লৈরক্লি। ঙল্লিঙৈগী মতমদা খুলশিংদা লৈরিবা লাইপুংসিংদা অপুনবা লৈকায়শিংগী পুনফম, শান্নফম হরাও-কুম্মৈ তৌফম, নাৎকী তোঙান-তোঙানবা থৌরমশিংগী য়াকাবুং ওইনা লাকই। অমুকসু মসি লাইনিং-লাইশোলগী শেংলবা মফমনি। মণিপুরগী নাৎকী মপুং ওইবা লেম্ফু ওইরিবা লাই হরাওবগী হৌরকফমসু মদুনি। লৈবাক অসিগী ইতিহাসকী তাংকক অমদা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী অচৌবা পং দুপ অমা হাংখি। মসিনা মণিপুরী কলচরগী মচলশিংদা অকনবা শাফু পীখি। মণিপুরী কলচরগী কুপলবা লংলা মরক্তা অনী অসিনা চেৎনা থাগোন্নখি। মদুদগী ইনৌ নৌবা মশক অমা শেমলকই। হান্নগী অরিবা লাইনিং লাইশোল অমদি নাৎকা, অনৌবা লাইনিং লাইশোল অমদি নাৎকা পুন্না লুপমিন্নখ্রবা অনৌবা শক্লোন অমা অরিবসু মাংদবা, অনৌবসু হোংদবা। পৃথিবীদা মমিং চৎলিবা ক্লাসিকেল মণিপুরী জগোই, মণিপুরী নট সংকীর্ত্তন, খুদম ওইনা, পুনশিনখিবা অসিগী মহৈনি। মণিপুরদা চহি অমগী মনুংদা হরাও-কুম্মৈনা লেংদুনা লৈখ্রি। য়াওশং, চৈরাউবা, কাংচিংবা, নিঙোল চাক্কৌবা, ইদনচিংবা হরাও-কুম্মৈসিং অসিদসু হান্নগী অরিবা মশক্কা অনৌবা মশক্কা অনীগী য়ানসিন্নবা শক্লোন অমা উবা ফংই। মসি কুম অমদা লেংদুনা লৈখ্রবা অতেং হরাও-কুম্মৈসিংদসু নিংথিনা মমি তারি। নিংথৌ ক্যাম্বা (১৪৬৭-১৫০৮) গী মতমদগী

মরা তাদুনা খাগেম্বা (১৫৯৭-১৬৫২), চরাইরোংবা (১৬৯৭-১০৭৯) অমদি পামহৈবা (১৭০৯-১৭৪৮) মহারাজগী সনা হাক্তক্তা নিংথিনা মশা-মরেং ফম্দোক্নুনা জয়সিং (১৭৫৯-১৭৯৮) মহারাজগী মতমদা নিংথিনা মহৈ য়ানখ্রবা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী তোঙান তোঙাম্বা শক্লোন অমদি লাইহরিকশিংনা মণিপুরী কলচরদা অকনবা শাফু পিখি। লৈবাক অসিগী অরিবা লাইনিং-লাইশোল অমদি নাৎকী মশক্তা কুপ্পা শকখঙলবা ওজা কয়া অনৌবা ধর্ম্ম অমদি কলচরগী লময়ানবা ওইরকখি। লাই হরাউবগী অকুপ্পা শক্লোন কয়া থাং-তাগী ফিদুপ কয়া সংকীর্ত্তনদা জগোই রাসতা পুং অমদি চোলোমদা লুপশিনখি। লাই হরাউবা অমদা থাং-তাগী অকুপ্পা মশক খংদনা রাস অমদি সংকীর্ত্তন মশক খংবা ওইথোক্তে। বৈষ্ণব ধর্ম্মনা পীখিবদি ৱারীগী কাংলোন অদুনি। মপুং ওইবা শাথেক অমসুং ফিদুপতী মৈতৈগী অরিবা নাৎকী মচলশিংদা যুমফম ওইখিবনি।

মণিপুরগী কলচরগী তোপ-তোপ্পা মশক অমনা মসি খুন্নাই অসিগী মীশিংগী পুন্সিগা নক্লা শম্নবা, শাগোন্নদুনা লৈবা অহিংবা শক্লোন অমা লৈবনি। অরিবা মতমদা ওইরবসু নত্রগা অনৌবা মীরোলদা ওইরবসু মসিনা খুন্নাইগী পুন্সিদগী খক লাপথোক্লা লৈতে। অতৈ অতোপ্পা জাতিশিংগী কলচরগী মচলশিংনা ষ্টেজদা, নত্রগা মন্দিরদা হীংলবসু মণিপুরী কলচরদি মীয়ামগা শম্নরিবা ফোং ফোং শারিবা মশক অমা ওইরি। লাই হরাওবা অমদি মসিগা কোন্নরবা শক্লোন কয়া সংকীর্ত্তন, রাস, গৌড়লিলা, ষণ শেনবা, ৱারী লীবা, লাইহরিক থীবা, হায়বা অসিনচিংবা মণিপুরী কলচরগী কয়াৎশিং অসি খুনাই অসিগা হকথেংননা লোয়নরিবা মশকনি। মখোয়শিং অসি ষ্টেজদদা হীংবা নত্তে।

মণিপুরী কলচরগী তোপ-তোপ্পা মশক অমনা মকা লামদনা য়াম্না হায়বা ঙস্বগী শক্তী অসিনি। জাতি অসি মৈগী চীংগুম্না থম্মোইদা ওমচাক্লুরবসু ৱা কয়া ঙাংগন্দে। মসি লাই হরাওবগী জগোইগী মশক্তা জগোই রাসকী কয়াৎশিংদা নিংথিনা মমি তারি। মণিপুরী জগোয়গী শাথেক্তা খ্বাইদগী হেন্না চেকশিল্লবা মফমশিংদি মিৎ, মাই, কোক, থবাক, নিংজোল, চনিং অমসুং খোংগী শরুক অসিনি। কায়াৎশিং অসি অয়েংবনা উখিনি হায়বগী মতাগুম্না ফাজিল্লগা জগোই শাই। মিৎকী অকনবা শাফু পীদে, খোংথাংগী মখোল হৌহন্দে, খুৎকী লেং-খোৎপা পংখৈ অমদগী লান্দে, য়াগী শরুক উখিদনবা কয়া হোৎনৈ অদুবু ফাজিল্লিবা শাথেক অমসুং খোংথাংনা ঈজিংনা

ফোংদোকলিবদি কয়াদা মপাল নাইখিদ্রবা-চিল্লিবা লৈ ফাওবদা ৱা ঙাংদনা মরোল হায়হনবা ঙমই । ফুরুপ অসিগী মীওইশিংগী মিৎয়েং-নায়েং, খোংথাং-শাজৎ, মঙ অমসুং আশা, নুংগী ৱাখল্লোন, ফিজেৎ-লৈতেংগী মশক, মখোল অমসুং মচুগী অপাম্বা, ঐখোয়গী জগোইগী কায়াৎশিংদা লুপখ্রবনি । ॥*॥

# মৈতৈশিংগী মিংথোনবা

ঐখোয়গী অকোয়বদা লৈরিবা থব্রাই পানবা অমদি পান্দবা পূম্নমক্কী মিং অমমম ঐখোয়না পীনবা হোৎনৈ । মসিদসু নত্তনা তত্তনা হোংলিবা মহৌশাগী শক্লোন মীওইবগী পুন্সিদা থেংনরিবা অকি-তুজুংবা, অব্রাবা নুংঙাইবা মখল মথেলগী পুক্লিংগী ঈহুলশিংগীসু মিং অমা নৎত্রগা অমনা খঙহন্নবা হোৎনৈ । লোন খেন্নবগী মতুংইন্না চপ মান্নবা পোৎশক অমবু তোঙান-তোঙানবা লোনগী খুদমনা (লিংগুইস্টিক সিম্বোল) ফোংদোকই । অদুম ওইনমক মীগী মিং চীং তুরেল মফমনাচিংবগী মিংদি খোলহাইদা খেন্নবা লৈরবসু লোন খেন্নবগী মতুংইন্না হোংবা লৈতে ।

করিগুম্বা মীওই কাংলুপ অমদা য়াওরিবা মীশিংগী মিং হায়বসি সমাজগী অমদি ইতিহাসকী ফিভমনা ওইহল্লকপনি । মরম অদুনা মীওই কাঙলুপ অমগী মিংথোনবগী মরমদা নৈনবা মীশিং অদুদা হৌরকপগী অমসুং ইতিহাসকী লীখুন কয়ামরুম ফংবা ঙম্মী । অঙনবা মতমদা মৈতৈশিংনা কৌরম্বা মিংশিংদগী হৌজিক ফাওবদা হোংলক্লিবা কয়া অসি মথং মনাও লিশাংশিংনা য়েংলগা করম্বা মতমদগী লমদমসিদা অতোপ্পা সংস্কৃতিগী অমসুং লোনগী ঈথিল চঙলকখিবগে হায়বদু খঙবা ঙম্মি । মসিদসু নত্তনা মী কাঙলুপশিং অসিগী থাজবা মখোয়গী পুক্লিংদা মচু শঙখ্রবা অকিবা অমদি মদুদগী নাম্থোক্লবগী ব্রাখল. মসিগা লোইননা কাঙলুপশিং অসিগী অথোৎ-অমেংবা, ফজ-নুংঙাইবগী মিৎয়েং পুন্সিগী অতোপ্পা শকলোন কয়ামরুম মিং থোনবদা উৎলি হায়বা য়াই ।

হৌখিবা ইতিহাসকী তাংকক কয়ামরুমদা হোংলক্লিবা লমদমসিগী সমাজ অমসুং সংস্কৃতিগী মমি মতমগী খোঙথাংগা চাননা হোংলক্লিবা মিংশিংদগী উবা ফংই । মমা মপা নৎত্রগা অহল-লমনশিংনা চৎনবীগী পংখৈ মনুংদা মচা মশুনচিংবা কপ্পাবু মখোয়না পামজবা মওংদা মমিং থোন্নৈ । অদুবু নৈনবদা খুদোংচানবগীদমক মিং থোনবগী মওং অসি চাউরাক্লা মখল মঙা থোক্লা খায়দোক্লুনা প্রেংবা য়াই ।

**অহানবদা** — হুকচাংগী ফিভম, কুচু কুমেনগী মতুং ইন্না থোনবা মিং খুদম ওইনা ঃ অচৌ, পিশক, অঙৌ, অমু, লুখোই, অশংবী, খোংনেম, মাইপাক অসিনচিংবা ।

**অনীশুবদা** — পোকপগী মথং মনাও মতুং ইন্না থোনবা ঃ অহল, য়াইমা, তোম্বা, তোম্বী, খম্বা, খোমদোন, খোম্মে অসিনচিংবা ।

কনাগুম্বনা মিংশিং অসি অমা নৎত্রগা অমদগী হেন্না পুনশিন্দুনা থোনবসু চৎনৈ । খুদম ওইনা ঃ অহনজাও, অঙৌয়াইবা, তোলপিশক, তোমচৌ অসিনচিংবা।

**অহুমশুবদা** — লৈ-শু, শা-উচেক্কী মিং লৌদুনা থোনবা মিংশিং - থম্বাল, হৈয়াই, খোংনাং, উরিরৈ, ক্বাকলৈ, থরো, লৈহাও, সনারৈ, লৈবাকলৈ, কেতুকী, কোম্বীরৈ, লৈশং, তখেল্লৈ, নুমিৎলৈ, কবোকলৈ, শামু, শবি, তেকপী, কোকিল, হোংঙাই অসিনচিংবা । মহৌশাগী পোৎশকশিংদগী মিং লৌদুনা থোনবসি অঙনবা মতমদগী চৎনরকপা থেংনৈ । পোইরৈতোননা মচাগী মিংবু শীংঙুৎকী মমিং লৌদুনা থোনখিবগী ব্রারী লৈ ।

*খেকলোয় মিংপু মিংথোংসে হায়বসু খেকলোয় তাংনা*
*চাউই শিংনাং মিংপু মিংথোংসে হায়বসু নেম্বী তাংনা*
*চাউই শীঙুৎ কুরোন য়াম্বা মিংবু মিংথোনসী হায়না*
*শীঙুৎ শিঙতাপুং তাপুং শীঙতিংনবা কৌএ (পোই. খু., লাঃ ৬১)*

মরিশুবদা হিন্দু লাইনীংগা মরী লৈনবা মিংশিং হরি, শ্যাম, কাহ্নাই, কমলা, মাধব, অসিনচিংবা ।

লমদমসিগী মৈতৈশিংনা মহৌশাদগী থাজনরকপা খুদম ওইনা উমংলাই অমসুং মাইগৈ শুাকপা লাইশিংগী মিং লৌদুনা মিংথোনবসি তাঙনা থোকই অদুবু হিন্দু লাইনীং লৌরবা মতুংদা লাইশিংগী মিং লৌদুনা থোনবা য়াম্না চৎনরকখি ।

মঙাশুবদা ময়াম্না খঙনরবা মিংসিং - ব্রারী লাইরিক্তা য়াওবা চরিত্রশিং ময়াম্না খঙন-তানরবা মীওইশিংগী নত্রগা লৈবাক্তা পাম্নবা মিংশিংদগী লৌদুনা মিং থোননৈ । খম্বা, থোইবী, গান্ধী, কেনেদি অসিনচিংবা । অয়ান্বগী ওইনা

চৎনবীদা তোম্বী, পিশক, থম্বাল, থানিলনচিংবা মিং খরদি নুপী নুপা অনীমক্তা কৌনবা মিংনি ।

হিন্দুশিংগী মরক্তা অঙাং অদুনা পোকপা থৱানমিচাক অমসুং থাগা মরী লৈননা মিংথোনবা য়াম্না চৎনৈ । অদুবু মহৌশাদগী চৎনরকপা মৈতৈশিংগী মিংদদি থাবা, থবী, অপানবা, তাউহুইরেং, মেরা, কালেনজাও, থৱানথাবচিংবা থোল্লবসু তাঙনা থোকই । হিন্দুগী সংস্কারগী মরমদা খঙহৈরবশিংনা নুপীদি মিংগী অরোইবা 'ী' নত্রগা 'া' না লোম্বা তুমা শুদবা সিলেবল ওইগদবনি হায়রম্মি । মসিদসু নত্তনা হায়দোকপদা নুংঙাইবা অর্থ নিংথিনা ফোংদোকপা তাবদা ফজরবা, য়াইফবা নুংঙাইবগী মশক ওইনা অশাংবা স্বর ময়েক্লা (Long vowels) লোম্বা মিং থোনগনি হায়রম্মি । মদুদসু নত্তনা উ, চীং, তুরেল, মী, লাই, অকিবা পোকপা পোৎশক্কী মিং থোনবা নুপীগা লুহোংগনু হায়রম্মি মরমদি অসিগুম্বা মিংশিং অসি অনার্য্যশিংগী মিংদা য়াম্না থোল্লি । মখোয়না চারৌ মৌরৌনদনবগীদমক ৱাফমসি মহাক্লা হায়রম্বা য়াই । (পান্দে, ১৯৭৬ : ৮০)

হৌজিক্কী মতমদা মী অয়াম্বনা মিংথোনবদা থোইদোক্লা মরুওইনা লৌনদ্রবসু অমদি পাঙ্গিনা পীরকপা মিংদা থোইনা পুক্রিং চংনদ্রবসু মহৌশাদগী থাজনরকপা ৱাখল মিংয়েংশিং মপুং ফানা মুৎথিবদি নৎত্রি । মৈতৈশিংনা মিংবু মরুওইনা লৌনরকপগী খুদম লমদমসিগী অরিবা লাইরিক 'পোইরৈতোন খুনথোক' কা উবা ফংই । পোইরৈতোন্না খুনথোরকপদা মপারী মমোম কয়া শিখিবগী মচা য়াম্না তাঙনা ফংবগী মরম মিংথোনবদা অকায়বা লৈবননি হায়না থাজরম্বগী ঈঙ্গিৎ ৱারীশিংদা উৎলি । মরম অদুনা মচাবু খঙহৈরবা মাইবনা মমিং থোলহনখি । মত্তৌ অসুম্না মচা পোক্লগা তোয়না শিবা মরাইবক থীরবা কনাগুম্বা মমা মপাশিংনা অকোনবা পোকপা মচাবু পুন্সি নুংশাংনবা, অশিববু অমসুং ফত্তবা লাইশিংবু ঙাকথোক্লবা "মংলেম" মঙ্গি, মংলেম্বী, মঙ্গিতোম্বীনচিংবা মিং (Repulsive name) কৌবগী চৎনবী মৈতৈশিংগী মরক্তা লৈরি । মসিদসু নত্তনা কনাগুম্বা মচানুপী ঙাক্তা পোকপা মীনা ইকোন কোনবা পোকপা মচানুপীদা নুপাগী মিং চাওবা কৌরবুদি মথংদা নুপা পোকই হায়না থাজনৈ ।

মণিপুরীগী চীংগী লমদা খুন্দারিবা চীংমীশিংগী মরক্তা মিং থোনবদা অখন্নবা থৌরম অমসুং নুমিৎ লৈরম্বা থেংনৈ । মরিংগীসু চৎনবী ওইনা মচানুপা

অহানবা, অনীশুবা, অহুমশুবা, মরিশুবা, মঙাশুববু মথংশিংনা মোবা, কোবা, মাইবা, উংবা, কুম্বা কৌরম্মি। নুপীদসু তেবী, তোমবী, তোংবী, সুংকোবী, কুম্বী কৌনরম্মি। মৈতৈশিংগীদি অসিগুম্বা থৌরম অমদি অকনবা চৎনবী লৈরম্বা থেংনদে। অনালশিংনা হেক পোকপগা অঙাংগী মমিং থোল্লি মরমদি মিং থোনদ্রবদি লাই ফত্তবা চঙই হায়না থাজনৈ। কোইরেংশিংনা অঙাং পোক্লবা মতুংদা নুমিৎ হুমনি শুরগা 'নাইলু ওই' কৌবা থৌরম পাঙথোকই। অঙাং মরু কোকই, খুজিন ককই মনা হুৎলি অমাইবনা মমিং থোল্লি। মপু নৎত্রগা মবেনগী মিংগা অকোনবা সিলেবলনা অঙাংগী মিংগী অহৌবা সিলেবল ওই। মৈতৈশিংগীসু পোকপা মতুং নুমিৎ ৫,৬ নি শুবদা ইপান থাবগী থৌরম তৌরবসু মিং থোনবগী শরুকতি য়াওদে। (থিরেল লায়াৎ, লা ঃ ৩৫) তৌইগুম্বসুং চোথে থাংব্রাই পাখঙবা কৌবা লাইরিক্তা লৈমা থম্মোই লেশ্বী অমদি থাঙব্রায় কোতি অহানবনা পোকপা মচাবু নুমিৎ ৫নি শুবদা কেগে মোইরাং চোহা থাংমৈ পাখঙবা মিংথোনখি হায়না পল্লম্বা থেংনৈ। মৈতৈ নিংথৌশিংগী মিংথোনবদা চৎনবী অমা ওইনা লৈত্রবসু করিগুম্বদা মপা মপুগী মিং লৌদুনা থোল্লম্বসু থেংনদবা নত্তে। খুদম ওইনা মৈদিংঙু থব্রানথাববু (১১৯৫-১২৩১) "মৈদিংঙু থাব্রান থাবা কৌদ্রিঙৈদা মপু মিংগা মিংনাবা লাইরেল মৈদিংঙু অয়াংবা শরি তোংবা" কৌরম্মি। (নিংথৌরোল লম্বুবা, লাঃ ১২৩) মহারাজ গম্ভীরসিংহ্ চিংলেন নোংদ্রেন খোম্বগী মিংথোল লৌদুনা মচা ইবুংঙো চন্দ্রকীর্ত্তিগী মিংবু 'নাওজিংলেন নোংদ্রেনখোম্ব' হায়না খঙনখি।

চহীচা তরাতরেৎ শুবদা চৈথারোল কুম্বাবদা শামুশিংগী মমিং হেব্রা, মুক্তা, পবনসিংহ্ প্রতিকানচিংবা থোল্লম্বা থেংনখি। অরিবা লাইরিকশিংদা অহানবা ওইনা মৈদিংঙু চরাইরোংববু পীতম্বর কৌরম্বা থেংনৈ। মহাক্কী মচাইবুঙো গরীবনিব্রাজগী মিং পার্সিয়ান ব্রাহৈনা থোল্লম্মী, মতুংদা শাহনচিংবা ব্রাহৈশিং মিংগী অরোইবদা হাপ্লকপা মতম অদুদা উবা ফংখি। তরানিপালসুবা চহীচাদা মৈতৈশিংনা হিন্দু লাইনীং লৌরুবদগী সমাজ অমদি সংস্কৃতিগী লমদা অহোংবা কয়া লাকখি। লোইননা ইন্দো অরিয়ান লোনগী মিং কয়া থোম্নরকখি। মতাং অসিদা পনবা য়াবা অমদি ময়ায়চনবা মতমগী সহিত্যদা অইবসিংগী মিং থারকপদা য়ুম্নাক্লা হান্না নত্রগা মিংনা হান্না ইরম্বগী চৎনবী অনীমক উবা ফংই।

খুদম ওইনা মিংনা হানবদা, 'অরোই লাইশ্রমচা' 'অতিবার য়ুম্নমচা' । য়ুম্নাক্না হানবদা অথোকপা সুবেদার, ৱাহেংবা মাধবরাম নত্রগা কোনসমচা মেঙ্গর, অসিনচিংবা কৌরম্বা উবা ফংই ।

মৈতৈ নিংথৌশিংনা শা লান্দা থৌবশিংদা মনা-মথুম পীবা মিংথোল পীবগী চৎনবী লৈরম্মি । গরীবনিৱাজনা শমশোক লান ঙম্লবদা থৌনাফবা মনাইশিংদা মিংথোন পীখি । মসিদগী মতম অদুগী মিংগী মরমদা খরমখৈ খঙবা ঙম্মি ।

> অপোং সোরোখাইবা নংদি শেম্বী তইখা মীরোংখন ফাবও তৌনা কৌশে ইদাইরেম পুকচাউ নংদি লা কয়া নন্দমিৎ ফাবও কৌসে অকোঙ হাওবমচা নংদি সেনবী পোংনোং ফাবও কৌসে । লমলোই ঙাংবমচা ৱাঙ্গোন কৈরুংবা নংদি লাসোং লানথৌয়াং ফাবও কৌসে । হোংঙাই সনশম্বা নংদি লুথক শারা ফাবা কৌসে মুংয়াং নাওরোইবা নংদি ... লকেং লাংথৌয়াং ফাবাও কৌসে । লাইরেন ঐগী কোলোয় ইমিংথোংদি লাইরেন মইতেংঙু নোংপোক ৱায়রং পামহৈবা ঔৱা থোঙলেন লমথাবা সেনবীচা চোতা ঙম্বা সমসোক চঙনা খোম্বা ৭ সেনবুং লোকপা ... চকপা অঙ্গো চীঙদা মেম্লেন মরাইলাংনা তানফংবও তৌনা কৌসে (শ্ব.ঙ ঃ ২৭)

লমদমসিগী অরু অহেন, ফজবা হৌন-লোনচৎ পুম্নমক্কী তুংনফম নিংথৌ কোনদা ওইরম্মি হায়বা য়াই । মীঙ্গৌ থাগৌ, থৌগল্লোননচিংবা য়েংশিন্নবা অখন্নবা লোইশং লৈরম্মি । 'শঙ্গাই ফম্মাং' দা গরীবনিৱাজ নিংথৌগী মনাওশিংবু 'ইপুংঙো' কৌরম্মি । নিংথৌগী নুপীসিংবু 'ইবেম্ম' হায়না খংনরম্মি (লোঃ শিনয়েন, লাঃ ৩৫) । তম্পাক লৈমা যুবরাজগী মনাও ইবেম্মবু খঙনবা মিংগৌনি । মৈতৈ লৈমনা পোকপা শিজ অদুনা খুরাই লৈমা ওইরম্বা খুরাই লৈমা অদুনা পোকপা অঙোম সিজ অদুনা অমরক মৈতৈ লৈমা ওইরবা অদুনা পোকপা নিপাদি স্নামহি কৌই । নুপী ওইরবদি তম্ফা কৌই । অয়াম্বদি কৌফরোই । নিংথৌনা পোকপা অতৈদি সনা কৌগনি, তম্ফা মৱাদি য়িংপুংঙো কৌগনি । .... সিজ মৱা অয়াম্বা অতৈদি তঙাং কৌগনি (লো. শিঃ লাঃ ৩০) । নিংথৌগী

মনাও ইবেম্মা ফমথোন কাবীসিং লৈমরেন, অপাম্বী অহল, অপানবী নহা, লৈমখুবী অহল, লৈমখুবী নহাবু য়োয়বু হায়না খণ্ডনৈ। (অঃ মঃ লোনগৈ, লাঃ ২৪৬)।

তাইবংপানদা নৌনা খোঙদারক্লিবা অঙাং খুদিং মমা মপা, মচে, মনেমনচিংবশিংগী মফমদদি মমল য়াম্বা ঙাক্তনি। মখোয়গী তুংগী আশানি। সনা, ইবুংঙো, ইবেম্মা, তম্পাকলৈবা, তম্ফাম্না, লৈমখুবী, অপানবী, মেঞ্জর শেল্লুংবনচিংবা নিংথৌকোনগী ওইবা মিংশিং য়াইতোং খমদোংবশিংগী ফমগী মিঙ্গৌশিং মতমগী মতুংইন্না মীচমসিংগী মরক্তসু কৌনরকখি। মতৌ অসুম্না মৈতৈশিংগী মিংথোল মখোয়গী থাজবা, ফজ-নুংঙাইগী মিৎয়েং অমসুং হোংলক্লিবা সংস্কৃতিগী শক্লোন মমি তাবা উরি। ॥❋॥

# সমাজ, মীওইবা অমসুং কলচর (সংস্কৃতি)

সমাজ অমা হায়বসি মান্নবা আসা, মান্নবা পচ্ছুং অমা তানমিন্নরিবা মীয়াম অমবু মান্নবগী ৱাখল্লোন অমনা পুল্লগা মীয়াম পূন্না লৈমিন্নরিবা অদুবু কৌই হায়না পৌরপনা থম্বা য়াই । অদুনা মীয়ামগী মরক্তা লৈনরিবা মরী, সোসিয়েল রিলেসনসিপ হায়বসিনা সমাজ অমগী খ্বাইদগী মরুওইবা মচৎসি ওই । মসি হায় হায়দুনা মীগা মীগগী মরক্তা মরী অমা লৈনরগা মদুবু হেক্তা সোসিয়েল রিলেসন কৌগনি হায়বা লৈতে । খুদম ওইনা বসকী খোঙচৎ অমদা ফম্ফম থংননা ফম্মিন্নদুনা ঙাইহাক চৎমিন্নবগী মরী মতেক অমা লৈবদু সোসিয়েল রিলেসন কৌবা য়াদে । ঙাইহাক্তং ফম্মিন্নরুবা, লৈমিন্নরুবা হায়বসিনা সোসিয়েল রিলেসনসিপ শাগৎপা ঙমদে - সোসিয়েল রিলেসনসিপ হায়বসিগী খ্বাইদগী মরুওইবা মচলদি লৈমিন্নরিবা মীশিং অদুগী অমগা অমগা খঙনবা, অমনা অমগী অপাম পামদা, অৱা-নুংঙাই খঙনবা, সিয়ার তৌনবা হায়বশিং অসিনি। অদুনা 'সমাজগী ওইবা' হায়বসিদদি পুক্নিংগী ওইবা ফিভম, কাইদা হায়বসি য়াম্না দরকার ওই । অদুগা অমুকসু সমাজ অমদা লৈমিন্নরিবশিংগী পূন্না লৈমিন্নবগী মরুওইবা মরম অমনা অপূনবগী ওইবা পচ্ছুং অমা ফংনবা তানমিন্নবা, পচ্ছুং অদোমদা চঙশিনমিন্নবা হায়বসিনি । অদুনা গিসবর্ট-না ''অমগা অমগা হকথেংননা নৎত্রগা নাকোইননা খঙনবা অমসুং মান্নবা মওং মতৌ লৈবা''[1] হায়বসিনা সোসিয়েল রিলেসনসিপকী মওং মতৌদুনি হায়রম্মী । অদুবু মসি হায় হায়দুনসু সমাজ অমদা মান্নবা ঙাক্তা লৈগনি, মান্নদবগী মফম লৈতে হায়বদি লানগনি । মান্নবা, য়ানবা, মতেং পাংনবা হায়রিবশিং অসিনা মপূঙ ওইবা মচল ওইরবসু য়ানদবা, মানদবা, তিন্নবা য়াদবা হায়রিবশিং অসিসু সমাজ অমগী মচল ওইনা অদুম্মক লৈগনি । অদুনা সোসিয়েল রিলেসন লৈবা মফম অদুদদা ঐখোয়না 'সমাজ' হায়রিবসি থিবা ফংগনি । অদুগা 'সমাজ' হায়রিবা

[1] *P. Gisbert : Fundamentals of Sociology; ''Reciprocal recognition, direct or indirect, and commonness are the characteristristic features of every social relationship'' p 9.*

অসিমকসু য়াম্না পাক চাউবা মীৎয়েংদগীদি তোঙান তোঙানবা মখল কয়াগী মীওইবগী মরীশিং সুপ্না য়াওগনি । মীওইবগী হকথেংনরিবা নৎত্রগা নাকোইননা লৈরিবা মরীশিং, য়াম্না মমূৎ তানা খঙলবা নৎত্রগা খঙদবা মরী কয়াসু, য়ানবা কয়া য়ানদবা কয়াসু পূন্না অমত্তা ওইনা লৈরিবদুনি সমাজ হায়রিবসি । মসিগী মনুংদা ইচম চমজরিবা মীচম কয়া, অমদি, হীরম কয়াদা মপূঙ ফানা হৈশিংলবা কয়াবু কাঙবু কাঙসু শেমদুনা লৈবা থেংনগনি ।

মীওইবগী মান্নবা ব্রাখল্লোন অমসুং মান্নবা পচ্ছুং হায়বসিনা য়ুম্ফম ওইদুনা শাগৎলগা সমাজ হায়বসি ওইবনিনা 'মী' হায়বসি য়াওদনা সমাজ লৈবা য়াদে; অদুগা মীওইবসু সমাজ য়াওদনা মতোমতা লৈবা ঙমদে । মীনা মীবু ঙাকশেনবিবা, মশাগী নুংগী শক্তি কয়াগী ফোংদোক্লবা, নুপা নুপী ওইবগী অপাম মিহৌ থুংনবগী, পুক্লিং অমসুং হকচাংগী অফবা মাইকৈ য়েংনবা, পুরক্লবা অমসুং পুন্সি হেন্না মপূঙ ফানা নুংঙাইবা মওংদা হিংননবগীদমক মীওইবনা সমাজদা লৈতবা য়াদে । অদুনা মীনা থোইদোক হেন্দোকপা অকক্লবা অমসুং অখন্নবা খরখক নত্তনা অতৈদি সমাজ য়াওদনা হিংবা অমসুং লৈবা ঙমদে । মীনা সমাজদা পোকপা অমসুং চাউরকপা অসিনা সমাজ লৈতবা য়ারক্তে । সমাজদা হিংবা হায়বসিমক মীওইবগী পোকপদগী য়াওরক্লবা মচৎনি । অদুনা সমাজিক পুন্সি হায়বসি মীওইবগী মহৌশানি; পোকপদা লোয়নরক্লবনি । সি ঈ এম জোঅদ-না "মীওইবনা মাগী অশেংবা মওংদু সমাজদা ফংব জীব ওইবদা নত্তনা থাইনগী শাগৈ খরগী য়ুম খরদনা শেম্না সমাজদবু ওইরবসু মওং অমা নৎত্রগা অমগী সমাজদা অদুমক লৈরকই"[২] হায়রম্মী । অদুবু মতাং অসিদা অতোপ্পা হংবা য়াবা ব্রাহং অমা থোক্লকলিবদি মীওইবগী মফমদা সমাজনিতী লৈ হায়বা পুন্নমক্লা য়ারবসু অদুগুম্বা মীওইবগী সমাজনিতী অদু করিনা ওইহল্লকলিবনো হায়বসিনি । অসিদা নত্তনা মীওইবগী সমাজনিতী হায়বসিগী সাইকোলোজিকেল বেসিস করিনো ? অসিগুম্বা সমাজনিতী হায়বসিবু মীওইবগী পোকপদগী য়াওরক্লবজাৎলা নৎত্রগা তোঙান্না তানসিনগদবরা ? হায়বা ব্রাহংশিং অসি মরুওইনা মীওইবা অমসুং সমাজ অনিগী মরমদা নৈনরকপদা য়াওরকই । লম

[২] *C.M.E. Joad : Guide to the Philosophy of Morals and Politics, "Not only is man a being who only attains his real nature in society, he is a being who has always lived in some form or other of society even if his earliests society was only that of the family group" p. 37*

অসোমদা নৈনবা অমসুং থিজিনবা কাণ্ডবু অমনদি মীওইবগী সমাজিক স্বভাব (সোসিয়েল নেচর) হায়বসি মীওইবগী পোকপদগী অদুম য়াওরক্লবা অপাম্বা, খৌরাংবা কয়াদগী মরূ হুনদুনা লৈরক্লবনি হায় । মীওইবনা মশাবু লেঙদনা মাঙহন্দনা লৈবা পাম্বা অমদি মাগী অপাম্বা কয়াবু ফোংদোকচবা পাম্বা হায়রিবশিং অসিদগী সোসিয়েল নেচর অসি লৈরকপনি; মরমদি সোসিয়েল নেচর হায়বসিগী খুৎথাঙদা খক্তমক মহাক্লা মীওইবা অমা ওইনা হিংদুনা লৈবা হায়বসি ওইথোকই । মশাবু মতম কুইনা হিংদুনা লৈবা (মাগী স্পেসিজ, জাৎনা কুইনা হিংদুনা লৈবা) হায়বসিমক্তবু মঙোন্দা য়াওরিবা সোসিয়েল ইম্পলস ময়ামদুনা পোকহল্লি অমদি মদুগীদমক মীওইবনা মহাক মহাক্কী লম্বা থিবা হৌই । অদুগা অমরোমদনা মহাক্লা মসাবু মশক তাক্লবগীদমক মানা হৈজবা অমসুং তৌবা ঙম্বা মওং কয়াদা মশাগী মশক উৎনবা হোৎনরকই । অদুনা মীওইবগী সোসিয়েল নেচর হায়বসি মায়কৈ কয়াদগী ফাওরকপা পুক্লিং অমসুং হকচাংগী-নুং অমসুং পানগী ওইবা অপাম্বা কয়ানা পোকহল্লকপনি ।

মীওইবগী নুং অমসুং পানগী ওইবা অপাম্বা কয়ানা মীওইবগী সোসিয়েল নেচর পোক্লকপনি হায়বা অসিদা মীওইবগী তোঙান তোঙানবা শক্লোন লৈবরা হায়বা ব্বাহং অসি থোক্লকই অমসুং মদু হান্না খঙবা মথৌ তারকই । মতাং অসিদা J.S. Mackenzie না মীওইবগী শক্লোন অহুমগী ব্বা পল্লি । মাগী মত-তা মীওইবগী মরুওইনা শক্লোন অহুম লৈ - 'a vegetative aspect, an animal aspect, and an aspect that is more peculiarly his own'[৩] মীওইবগী অব্বা-নুংঙাইগী হৌরকফম-মাইথীবা মায়পাকপা পুন্নমক মীওইবগী মান্নদবা শক্লোন অহুম অসি য়েৎনবা, অমনা অমদগী ঙমগে তান্নরকপা কয়াদগী থোক্লকপনি । মীওইবগী পুন্সিনা উপাল ব্বাপালগী পাঙ্খক্লুম নোংজু নুংশাগী ওমচাক্লবদা, ইংথম কালেনগী অইং অশাদা করিসু তৌবা ঙমদনা লৈ, অমুকসু শা-ঙাগী মতৌগুম ঐখোয়গী অরাম খৌরাংবা কয়া, পুক্লিংগী হকচাংগী ঈখৌ লাংবা কয়াবু অফ ফত্ত খল্লুদনা পাঙননবা হোৎনরুই । অদুবু তপ্না তপ্না অপাম্বা মিহৌবা কয়াবু ঐখোয়গী খন্থনবগী শক্তিনা লাকশিন্দুনা হেন্না ব্বাংবা পুন্সি অমদা হিংননবা চঙশিললি । অসিগুম্বা মীওইবগী কুপখ্রবা মরোল মরোল

[৩] J.S. Mackezie : Outlines of Social Philosophy (2004), P.33

চন্দুনা লৈপ্লবা মওং মতৌনা মিনুংশি, হেন্না উশিন্বা ঙম্বা, জ্ঞান লৌশিং লৈহন্দুনা মাগী পুক্লিংদা লৈরিবা শারমচৎ অদুবু মকা ফোংহন্দনা খুদুম চনসিন্দুনা থম্বা ঙম্নিবনি ।[8] অদুবু ৱাফম অমদি মীওইবগী মশাগী ৱাখল খঙ্গনবগী শক্তি -রিজন অসি অফবা খক্তগীদমক মীওইবনা ফংজবা ওইরবসু মসিবু অরানবা মওংদা শিজিন্নরবদি মীনা খ্বাইদগী তমথীরবা শা ওল্লকপদা করিসু ঙক্লিংঙাই লৈতে; অদুগা অদুমক পামদবা মীওইবগী কাঙলুপতসু লৈরগ্লোই হায়নিংঙাই লৈতে । অদুনা 'মীওইবগী কাইদা' হ্যমেন নেচর - হায়বসিগী খ্বাইদগী চাউরবা চাংয়েংদি লুপ্পবা, কুপপ্পবা মীওইবগী অফবা মায়থোঙগী শরুক অমসুং অনেম্বা শাবুক ঙাবুক্কী ৱাখল অনি অসিবু করম্না চাং অমদা থমগদগে। করম্না অফবা মাইকৈনা হেন্না পুথোক্তুনা মাগী কাঙলুপকী অমদি তাইবঙপান অসিগী অফবা তৌবা ঙমগদগে হায়বসিনি । অফবা অমসুং ফত্তবা হায়বা অনি অসিবু করম্না চাং অমদা থমগদগে অমসুং করম্না অফবা মাইকৈনা হেন্না পুথোক্তুনা মাগী কাঙলুপকী অমদি তাইবঙপান অসিগী অফবা তৌবা ঙমগদগে হায়বসিনি । মসিদি অফবা অমসুং ফত্তবা হায়বসি অনি অসিবু করম্না শিজিন্নবগে হায়বসিদা মখা পোন্না লৈগনি ।

অসুম্না শেমগৎলকপা মীওইবগী স্বভাবতগী অমসুং অদুগুম্বা স্বভাব অদুবু হেন্না হেন্না মপূঙ ফানবা হোৎনবগী খোঙফমদগী সমাজগী হৌরকফম ওইরকই । মীনা মীগীদমক সমাজ অমা শেমগৎলি, কদৌঙৈদসু সমাজ লৈননবা মী শেন্নকপা নত্তে । অদুমক্না এরিষ্টোটল-না মীওইবগী খ্বাইদগী অৱাংবা পচ্ছুংদি "theoritical life"[৫] তা ফংগনি, তৌবতবু মদুগীদমক তশেং তশেংবা সমাজগী অফবা থবক তৌগদবনি, মদুতনা লৈত-য়াদবা য়ুম্ফম ওইগদবনি হায়রম্মী । অদুগা অমরোমদসু মী অমনা তাল্লিবা খ্বাইদগী ৱাংলবা অফবা হায়বদুগা অপূনবগী ওইনা মীওইবনা তান্নরিবা পাল্লিবা, ময়াম পূম্নমক্কী অফবা হায়বদুগা কদৌঙৈদসু তাইওন্ননা থোকপা লৈতে । অহোইনদুম অসিগুম্বা পচ্ছুং অসিবু মী অমম্মনা ওইরবসু সমাজগী অপূনবগীবু ওইরবসু তান্নরিবা ঙাক্তনি মরমদি মসিদা মী অমনা মাগী পর্সোনেলিতিবু খ্বাইদগী অৱাংবা থাক্তা পুক্নবা হোৎনৈ অমসুং মদুতনা মাগী পুক্লিংদা লৈরিবা অপীক অপীকপা ৱাথোক মচা মচাদগী নাহোক্তুনা হেন্না ৱাংবা

[8] *Green : Prolegomena to Ethics* - তা মসিমক য়াম্না চাউনা মফম কন্দুনা লৈনবা থেংনৈ ।
[৫] *Ethics, Book-X.*

তাইবঙপান অমগী নুংঙাইরবা পুন্সি অমা পীবা ঙম্মি । অসিগুম্বা পচ্চুং অসিবু ইংগ্রজিদা 'Culture' হায়নৈ । Culture হায়বসিমক্তি মহৈ তম্বা-হায়বসিগী অপাকপা ব্রাহঞ্জোক অদুগা মান্ননা লৌনবা অদুনি । মতাং অসিদা মহৈ তম্বা হায়বসি অখুবা অমসুং অপাকপা ব্রাহঞ্জোক অনিদগী লৌবা য়াই । অহানবগী অসিদনা মী অমনা মহৈ তম্বা হায়বসি অককুবা সমাজ অমগী অককুবা নাগরিক অমা ওইননবা অককনবা মহৈ খরা তম্বদুনি । অদুগা অকোনবগী অসিদনা অদুগুম্বা অককুবা ঙমখৈ পন্দুদগী লাঙ্ঘোরক্লগা অপূনবগী ওইবা অপাকপা মীৎয়েংদগী উবা মহৈ তম্বা হায়বনি । অদুনা অহানবগী অসিনা, হায়বদি, অককুবা সমাজ অমগী নাগরিক ওইনবা মহৈ তম্বা হায়বসিনা পৃথি পুম্বগী নাগরিক ওইনবগী খুদম ওইগদবনি অনি অসি লাপথোক্লবা য়াদে । অপীকপা অখুবা মীৎয়েংদগীদা য়েংলগা মহৈ তম্লবদি মদুনা পাকচাউনা অকায়বা পীগনি, পুম্নমক্কী মাঙজগনি । অপাকপা মীৎয়েংদগী মহৈ তম্বা হায়বগী ঙমখৈ লৈতে হায়না ঙমলিবমখৈ তম্লবসু মদুনা মীওইবা সমাজগী কান্নবা পুরক্লবদি মদুসু থোইদোক্লা মহৈ হৈরবনি হায়নদি লৌনদে । সেক্সপীয়র অমসু প্লেটোগী অইবশিংদা অব্রাংবা থাক্কী মীওইবগী মীনুংশিগী মশক, কলচরগী মপূঙ ফারবা খুদম উবা ফংই । মতাং অসিদা হংবা য়ারিবা অয়াম্বা মীয়াম্নসু হংনরিবা ব্রাহং অমদি 'কলচর' নৎত্রগা 'সংস্কৃতি' হায়বসিবু করিনো করি হায়না ব্রাহঞ্জোক পীগনি হায়বসিনি । মেথিয়ু অর্নোল্ড-না মাগী মতমগী ইংলিস সোসাইটিবু মীওই কাঙলুপ অহুমথোক্লা খায়দোক্লগা কলচর হায়বসিগী মতাংদদি নীংবা কায়না য়েংখি । মহাক্কী মত-তা সমাজদা লৈরিবা ইনাক খুনবা পৈশা পায়বশিংনা কলচর হায়বসিদা করিসু থৌশাদে, মিদল ক্লাসকী মীওইশিংসু মা-মানা তৌজরিবা থবক্কী মহৈদুদা পেঙ্ঘোক্লগা মাগী মাগী অপীকপা সংসারদুনা মরোইরে খল্লগা লৈবনা কলচরগী থোইদোকপা ব্রাখল খল্লুদে অদুগা লাইরবশিংনা নোংমা নোংমগী চরা তান্ননবা হোৎনবদা কলচরগী ব্রা থোইদোক্লা নিংশিংলুবা ঙমদে । অদুনা অসিগুম্বা মীওই কাঙলুপশিং অসিনা সমাজ অমা শেম্বা ওইরবদি কলচর হায়বসিগী মফম থোইদোক্লা লৈতে হায়বসি মাগী (মেথিয়ু অর্নোল্ড) গী মীৎয়েংনি ।*
কলচরগীদমক হোৎনবা হায়বসিমক্তবু অহাঙবা নুংঙাইবা মতম ফংলগদা

* *As reproduced by V.K. Gokak : India and World Culture; Sahitya Akademi.*

ওইগদবনি । মসিদসু নত্তনা কলচরগীদমক যৌরংবা, অপান্বা, হেন্না মপূঙ ফাবা হায়বসিদা থাজবসু থমগদবনি । অদু নত্তনা কলচরগীদমক হায়বসিগী ময়েক শেংদবা মশক্তা লাইবক্তা তন্নন্বনা মরোইরবনি হায়না থাজবা অনিনা পূনশ্রবদি মীৎয়েং সেপ্পবা মোন্দ্রংগী কল্পবা মীনাই ওইথিগনি ।[৭]

মথক্কী য়াফমশিং, অফাওবা মীওইশিংগী মত-শিং অসি লৈজরগসু ঐখোয়গী য়াহংগী পাউথুমদি ফংগ্রি, কলচর হায়বসিবু করিনো ? সমাজ অমগা সংস্কৃতি হায়বসিগা লৈনগদৌরিবা অকক্লবা মরী অসিবু করিনো ? রেমোণ্ড ৱিলিয়মস-না 'কলচর' হায়বা য়াহৈসি "ইংরাজিগী খ্বাইদগী চয়েৎনবা য়াহৈ অনি অহুমগী মনুংদা অমনি' হায়রম্মী । তশেংবমকসু কলচর নৎত্রগা সংস্কৃতি হায়বসিগী অকক্লবা ঙমখৈ অমদা অর্থ অমা পীনবা হোৎনবদি ওইথোক্তে । অদুম ওইনমক কলচর হায়বসি অখুবা অমসুং অপাকপা মীৎয়েংদগী অনিথোক্না হনবা য়াই । অপীকপা মীৎয়েংদগীদি কলচর হায়বসি মী অমগী পূক্নিং য়াখল, মাগী তৌথোরকপা থবক, মাগী থকশি খাসি পুন্নমক হেন্না শেংদোক্লবা 'রিফাইন' তৌরবদুবু খঙনৈ । মেকেনজিনা কলচর হায়বসি 'মানসিক স্বভাব' পু অয়াংবা থাক্তা পুখৎনবা হোৎনবনি হায় । বর্ট্রাণ্ড রসেল না "অশেংবা কলচর হায়বদুদি অকক্লবা মফম মতমগী থৌদোক মচা অমনিগী খন্দনা তাইবঙপান পূম্বগী নাগরিক অমা ওইরগা মীওইববু মাগী সমাজগী অপূনবা মশকপু খঙনবা, হৌগ্রবা অমসুং লাক্কদৌরিবা অনিবু হৌজিক হৌজিক্কী ফিভমনা শম্নহনবা ঙম্নবা হোৎনবা"[৮] অদুবুনি হায়রম্মী । John Dewey না কলচর হায়বসি ঐখোয়না "তাঞ্জরগা, হোৎনরগা মপূঙ ফারবা-মচেৎ মকায়গী ওইদবা"[৯] ওইনা ফংলিবা অদুবুনি হায় । ফাওরবা এন্থ্রোপোলোজিষ্ট ই বি তৈলরনা অপাকপা মীৎয়েংদগী পীরম্বা কলচরগী অর্থ অসিনদি ফনা য়াম্না পাক-চাউনা কোক্লিন্নে হায়বা য়াই । মহাক্না কলচর হায়বসি "that complex whole which includes knowledge, belief, arts, morals, law, custom and any

---

[৭] *Amartya Sen : Culture and Captivity; Identity and Violence The Illusion of Destiny, p.103.*
[৮] *Betrand Russell : Education and Social Order; p.87 "Genuine Culture consists in being a citizen of the Universe, not only of one or two arbitary fragments of space-time, it helps man to understand human society as a whole, to estimate wisely the ends that communities should persue and to see the present in its relation of past and future."*
[৯] *John Dewey : Democracy and Education, p. 142.*

other capabilities and habits acquired by man as a member of society"[১০] হায়না দিফাইন তৌরম্মী। কলচরবু অসুম্না অপাকপা অর্থদা হনবা ৱাহৈছোক অসিদদি মীৎয়েং অনিদগী য়েংবা য়াই অমনা পোৎচাক্কী ওইবা, অনিশুবদনা, পোৎচাক্কী নৎতবা, non material ওইবা হায়বসিনি। মসিগী মরমদি মীওইবগী দরকার ওইবা পোৎসি শেল-থুম অমদি মদুনা লৈবা য়াবা পোৎ খক্তমক ওইদে, পোৎচৈ ওইনা লৈতবা, অফবা, ফজবা, আত্মাগী ওইবশিং অসিসু থাদোকপা য়াদে। মীওইবনা মপাঙ্গোংদা উরিবা, শোকপা পনবা য়ারিবা পুন্সিগী হিংবদা চঙলিবা চানবা, শেৎনবা, লৈনবা, পোৎ ময়াম অসিতনা পেছোকপা ঙমদে। মসিগী মথক্তা, লীলা ড্রামা অমসুং জগোই ঈশৈগী কলা-না পুক্নিং শুস্কৎনবা হোৎনরিবা, যন্ত্র কয়াগী নুংশিরবা শুর তানিংলিবা ধর্ম্মগী চর্চা কয়া তৌরিবা, আত্মাগী লম্বেল অমা থিনবা হোৎনরিবা পুম্নমক অসিনা পুক্নিংগী ওইবা, হায়বদি, non material culture অদুনি। মেটরিয়েল অমসুং নন মেটরিয়েল কলচর হায়বা অনি অসিমক কলচরগী অপাকপা মীৎয়েংগী ৱাহৈছোক্কী মনুং চল্লি। অদুনা কলচর, সংস্কৃতি হায়বসি সমাজ অমদা লৈরিবা নাগরিকশিংদুগী অপুনবগী ওইবা, মীরোল অমদগী মীরোল অমদা পাথাং পুথাং য়ৈনা পুদুনা লাক্লিবা ৱাখল্লোন অদুদা য়ুম্ফম ওইরগা শাগৎলিবা পুন্সি মহিং অদুবুনি হায়না লৌবা য়াই। অদুনা কলচর হায়বসিদা মীওইবগী হিংবদা দরকার ওইবা পোৎচৈশিং, থাজনবী, কলা, লমচৎ শাজৎ, হৌন-লোনচৎ, লোল ময়েক পুম্নমক মনুং চল্লে। মসিদি মী অমগী অপূনবা পুন্সিগী ফিভম কাইদা অদুবুনি। অদুবু করিগুম্বদা মী অমবু নৎত্রগা সমাজ অমবু হেন্না ৱাংবা নৎত্রগা খরা নেম্বা সংস্কৃতি লৈ হায়না সংস্কৃতিগী অনেম অৱাং খায়দোকপদি লৈ। কলচর হায়বসিনা মীনা শাদগী তোঙাননা লৈরিবনি। কলচর তৌরবা মীনা মফম মতম মতাংগী মতুং ইন্না করম্বা থৌগলোন - ব্যবহার, লমচৎ-শাজৎ চৎকদগে হায়বসি খঙই। জ্ঞান-না মীওইববু শক্তি অমসুং লৌশিং পী অদুগা কলচরনা মীবু 'মীওইবা' ওইহল্লি।

কলচর হায়বসি নাগরিক অমগী মরুওইবা ওইবদা নত্তনা সমাজ অমগীসু য়াম্না মরুওই। সমাজ অমদা থোক্লিবা তোঙান তোঙানবা থৌওং থৌদোক

[১০] *E.B Taylor : Primitive Culture.*

কয়ানা সমাজদা কলচরগী কয়ামুক মরু ওইবগে হায়বদু খঙই । অদুগা সমাজ লৈত্রবদি কলচরসু লৈতে অদুগা নেল্লবসু ৱাংলবসু কলচর য়াওদবা সমাজসু লৈবা ঙমদে । মীওইবনা হিংবদা তোঙান তোঙানবা অপান্বা কয়া লৈবদগী কলচর হায়বসি পোক্লকই মশা-মরেং ফল্লকই । অদুনা কলচরনা নাগরিক অমগীদা নত্তনা সমাজ অমগী পচ্চুং য়ৌনবা লম্বী তাকই । অদুবু করিগুম্বদা কলচর হায়বসি অকক্লবা মীওই খরদগীনি হায়না লৌনবা য়াওই । অকুপ্পা অমসুং অৱাংবা থাক্কী কলা, সাহিত্য, ফিলোসোফিনচিংবগী জ্ঞান অমসুং মগুণ লেপ্পদি হীরম অদুদা খঙ হৈরবা মীওইশিংদনা তৌই হায়বদি চুম্মী অদুম ওইনমক, হায়রিবা কলা, সাহিত্যগী, ফিলোসোফিগী পোৎ পুম্নমক সমাজগী মরলনি অদুনা সমাজ অদুদা লৈরিবা নাগরিক খুদিংমক্কী হক পোৎশিং অদুদা লৈ । তশেংবমকসু কলচর হায়বসিগী অঙনবা মতমদি ময়ামগী ওইদুনা লৈরকই । থাইনগী প্রিমিটিব সোসাইটিদা অচম্বা মওংগী ঈশৈ, ম্যুজিক, জগোই অমদি অতৈ কলা মখলশিং পুম্নমকতা সমাজ অদুগী মীওই পুম্নমক্না শরুক য়ারম্মী, পুম্নমক্কী ওইরম্মী । তুংদা মাগী মাগী হৈ শিংবা, শেমগৎ শাগৎপা ক্রিয়েটিবিটিনচিংবা হাপচিন্দুনা মাগী মাগী ওইনা পুথোক্লরকপদগী মী খরদগী ওইরকপনি ।

মথক্তা পঙ্খিবগুম কলচরগী মশক অনি লৈ : অমনা মপানথোংগী উরিবা থেংনরিবা মেটরিয়েল কলচর অমনা ঐখোয়না ইচম চম্না মপাল্লোংদা উরিবা থেংনরিবা পোৎ অসি নত্তবা নুংগী ওইবা, নন-মেটরিয়েল কলচর অনি অসিনি । করিগুম্বা মতমদা মেটরিয়েল কলচর হায়বসিনা মূক্লবগী, খৎনবগী মরূ হুনফম ওইবা য়াওদবা নত্তে । নন মেটরিয়েল কলচর দদি মরুওইনা মী অমগী পর্সোনেলিটি ৱাংখৎহনবগী মরম্না মপূঙ ওইবনিনা খৎনবা, মূক্লবা য়াবগী মরম ইরৈ লৈতে । মীওইবনা লল-থুমগীদমক মী খৎনৈ, লাল তৌনৈ, অদুবু সাহিত্যগী, কলাগী, ফিলোসোফিগীদমকতি কনাসু খৎনদে; কলচর হায়বসিদি খৎনবা, মূক্লবা পুম্নমক্তগী নিংতম্না লৈ । ফজবা কলচরগী মশক হায়বসিদি জাৎ-ধর্ম্ম, লমখৈ ঙমখৈ হায়বা লৈতনা মীপুম খুদিংগী ওইদুনা লৈ । থায়নগী গ্রীক-কী ফিলোসোফিনা, ভারতীয় দর্শন-না চহী লিশিং কয়া মালেম পুম্বগী নৈনফম ওইদুনা লৈরিবা অসিনা সাক্ষিনি । অসিননি ফজবা কলচর অমনা অকক্লবা সমাজ অমগী মফম অমসুং মতমগী ঙমখৈদগী ফাওবা লাম্লোকতুনা মীপুম খুদিংমক্কী ওইবা ঙমলিবা, থাগৎনফম ওইরিবা । সমাজ অমবু কয়া

য়াম্না চাউখৎলম্বগে অমসুং চাউখৎনবগে হায়বসি সমাজ অদুগী কলচরেল হেরিটেজ অদু উরগা খঙবা ঙম্লিবনি । অদুনা ঙসিদি অমগী লমগী কলচরনা অতোপ্পা লৈবাক অমসুং অতোপ্পা সমাজ অমদা চত্তুনা কলচরেল মিসন কয়া পাঙথোক্লদুনা হেন্না নক্না খঙনবা ঙম্নবা অমসুং মদুনা মীয়ামগী মরক্তা শান্তি পুরক্লবা হোৎনবগী থৌরাং লৌখৎনরক্লিবা অসি । মরমদি কলচর হায়বসিনা মীওইবগী ব্রাখলবু হেন্না ফজহল্লি, অচুম্ববু উহল্লি, থকশি খাসি লৈহল্লি অমসুং মদুনা সমাজ অমবু অৱাংবা থাক্তা থাংগৎপা ঙম্মি । হ্যুমেন ভেল্যুজ হায়বসিদগী নাথৈদুনা চৎথ্রবা কলচর অমত্তুনা মীওইবা সমাজগী অমাঙবা নত্তনা অফবদি পুরকলোই অদুনা মীওইবা সমাজগী বিশ্ব শান্তিগীদমক ফজবা কলচর হায়বসি য়াম্না তঙাইফদে । ||*||



অবিবম চিত্রেশ্বব শর্ম্মা খৃ: ১৯৩৯গী জনুৱাৰী ৫দা খোংমন মংজীল, ইম্ফালদা পোকই। সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী লম অনীমক্তা মীযাম্না শক খঙনবা মীশক্লি। মহাক্কী **লূপথখ্রবা হিনাউ** কৌবা ৱাৰী মচাগী লাইবিক্তা মণিপুব ষ্টেট কলা একাদমিগী সাহিত্যগী মনা ১৯৮৯দা ফংখি। মাগী অতোপ্পা লাইবিক **থবোশংবী** (উপন্যাস, ১৯৯১)সু নেম্নেল সাহিত্য একাদমি এবার্দ ফংখি। লাইবিক অনী অসিদা নত্তনা সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী লাইবিক পূন্না ৯ (মাপল) ফোঙখ্রে। সেমিনাব কযাদা পাথোকখিবা অমসুং অতৈ সংস্কৃতিগী ৱাবেং কযাসু ফোঙখ্রে। অবিবম চিত্রেশ্বব শর্ম্মা হৌজিক হৌজিক সঙ্গীত নাটক একাদমি, নয়ি দিল্লী অমসুং জৱাহবলাল নেহরু মণিপুব ডান্স একার্দমি, ইম্ফালগী এডভাইজবী বোর্ডকী মেম্বব ওইবি। সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী সংস্থান কয়াগা মবী লৈনবিবা শ্রী শর্ম্মা মণিপুবী, সাহিত্য পবিষদ, ইম্ফালগী লাইফ মেম্ববনি। ইক্সেক্যুটিব কমিটিগী ইনভাইটিসু ওইবি।





খুন্দোংবম গোকুলচন্দ্র সিংহ, খুবাই শোইবম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। ডি.এম. কলেজ ওফ আর্টসকী ফিলোসোফি দিপার্টমেন্টকী বিদব এণ্ড হেড ওইবি। মণিপুব যুনিভর্সিটিগী ফিলোসোফি দিপার্টমেন্টতসু গেষ্ট লেকচবব ওইনা চহী ১০ হেন্না তম্বীবক্লি। শৈবেংগী অমসুং ফিলোসোফিগী অমা, পূন্না লাইবিক অনী ফোঙখ্রে। মণিপুবগী মনুং অমসুং মপান্দা পাঙথোকখিব. সেমিনাব পেপব কযাসু ফোঙখ্রে। মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, ইম্ফালগী জেনবেল সেক্রেটবী ওইনা থৌ পুবম্মী। পবিষদকী চেফোঙ **সাহিত্য**, মণিপুবী লিটবেবী সোসাইটিগী চেফোঙ **সাহিত্য লৈচল**গী জোইন্ট ইদিটব ওইখি। মণিপুব যুনিভর্সিটিগী ফিলোসোফি দিপার্টমেন্টনা পুথোকপা ফিলোসোফিগী জর্নেল **রিফ্লেক্সন্স**-কী পব্লিকেসন কর্মিটিগী জোইন্ট সেক্রেটবী ওইবি।